# মণিপুরী জগোই সেমিনারগী
## নৈনখিবা মশক
১৯৭১

# মণিপুরী জগোই সেমিনারগী

নৈনখিবা মশক—

১৯৭১

সম্পাদন তৌবা

শ্রী এলাংবম নীলকান্ত সিংহ




মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী
ইম্ফাল।

অফোঙবা—
মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী
ইম্ফাল।

**Manipuri Jagoi Seminarga Neinakhiba Mashak—1971**
***(Proceedings of the Seminar on Manipuri Dance—1971)***

অহানবা শাযোন
ফেব্রুযারী ১৯৭৫
কপি—১০০০



মমল—লুপা ১০'০০

নম্ফম—
ভাগাবতী কার্য্যালয়,
চূড়াচাঁদ প্রিন্টিং ৱার্কস,
ইম্ফাল।

# মাহৈ খমদং

ইং কুমজা ১৯৭১ গী ওক্টোবরগী তাং ২৪ দগীনা ৩০ ফাওবা জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমীনা মণিপুরগী শিক্ষাবিভাগ, শ্রীগোবিন্দগী পালা লোয়শংগী তেংবাংগা লোয়ননা নুমিৎ ৭ নি চুপ্পা মণিপুরী জগোইগী সেমিনার অমা ফমখি। মণিপুরী জগোইগী তোঙান্ তোঙানবা মশকশিং—থাং-তা, লাই হরাউবা, সঙ্কীর্ত্তনগী ঈশৈ, চোলোম অমসুং পুং, গোষ্ঠলীলা, রাসলীলা, চীং অমসুং তমগী লোকগীত অমসুং লোকনৃত্যশিং— ফনা নীংথিজনা কুপ্পা নৈনখি। মপানগী শীংথানরবা পণ্ডিত অমসুং কলাকারশিং য়াওখি। নুমিদাংগী শরুক্তা ঈশৈ জগোইশিং উৎখি। অসিগুম্বা সেমিনার অসি জাতিগী সংস্কৃতিগী ইতিহাসতা অতাওবনি।

অসিগুম্বা সেমিনার অসিদা পাথোক্লখিবা চে-শিং অমসুং নৈনখিবা ৱাফমশিং অমুক অযাম্বদি টেপ রেকোর্ড তৌহৌই। অসিনা তৌখিবা সেমিনার অমুগী মপুংফাবা রিপোর্ট অমা শাগৎনবা সেমিনারগী ডাইরেক্টর— শ্রীনীলকান্ত সিংহদা শিন্নখি। খোঙদোকপগী মতাংদা য়ানবা মতুংইন্না মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা ফোঙবা হায়না তাখি।

অসিগুম্বা লাইরিক অসি ফোঙজবা য়াহনবীবা— জরাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমীগী কর্ত্তৃপক্ষবু থাগৎচরি। বানানগী মতাংদা অশোয়-অঙাম খরদি চুমথোকচরি; অসিমকপু চিংখহৌবা কয়াগী-দমকসু ওাকপীনবা নীংশিংজরি।

প্রকাশক

# ছীরম-লামায়

খুংথেক, খুত্থম খুংথেক, নাকচি খুংথেক, লৈশাং খুংথেক, লৈহেক খুংথেক, লেংনোন খুংথেক, খুকউ খুংথেক, লাইচিং খুংথেক, মিং খুংথেক, খুংনীংখুংথেক, চম্প্রা ওকপী খুংথেক, নাকোঙ্ খুংথেক, লৈপোম্বা, খুজেং খুংথেক, খুংনাউবী খুংথেক, নাতোন শূমাং খুংথেক, মরু পোকথায়বা খুংথেক, খুংনীংথৌ খুংথেক, খুং অনিগী জগোই খুংথেক—নোংদাই লৈতাইরোম খুংথেক, লৈপেক খুংথেক, লরাই খুংথেক, খোযদৌ শাবা খুংথেক, য়া শাবা খুংথেক, চীনবান শাবা খুংথেক, লুখম শাবা খুংথেক, হকচাং লাংবুম, য়াঙ্ শাবা খুংথেক, হরায় হাপ্পা খুংথেক, লৈনুং থোঙ্লেন খুংথেক, থরায় নিবা খুংথেক, খুজেং লৈবী খুংথেক, ইকুপ খুংথেক, চুকয়ুংবা খুংথেক, থবাক শাবা খু থেক, ভানকম শাবা খুংথেক, খৌরীতোংদম খুংথেক, লেংপাক শাবা খুংথেক, থরায় হাপ্পা খুংথেক, চীরোঙ-চীরেন খুংথেক ]



[ ঈশৈনা হৌরকপা, মণিপুরী খুনুং ঈশৈ, ঈশৈগী মথল, পেনা, পেনা যন্ত্রগী মওঙ্ মতৌ অমসুং শারিবা চঙ্ইবা পোং-চঙশি, শৈশক-কাওলুপ, লাইরোল, রাধী পরিং নত্রগা কাব্য শকপা, হৈবোল লৈরোল, পেনাগী চংনবী শৈশকশিং, রাগ হৌবা, হেপলি পাবোং শিকপ লোন, লৈমরোল শেরোল, কালেন শৈজিং, পাম্হোইবী শৈরোল, হেপ্‌লী থাঙ্‌য়ৈ, জাং শৈশক, খোংজোম পর্ব্ব, থবক শিন্থা কোয়বা ঈশৈশিং, মরু-ওইনা নৈনগদবা খ.। ]



[ জগোই ঈশৈ হৌরকফম, চাং অমদা চংলিবা থাগী মমিং অমসুং করম্বা থাদা কব্রি কব্রি হৱাউকুম্বে ভৌবা, য়ুম পানবগী

---

# মণপুরী জগোই সেমিনার—১৯৭১ ইং
# রিপোর্ট

জবহরলাল নেহেরু মণিপুর ডান্স একাদেমীনা মণিপুরগী শিক্ষা বিভাগ অমসুং শ্রীগোবিন্দজীউ পালা লোয়শঙগী মতেংগা লোয়ননা ইম্ফালদা ১৯৭১ ইংগী ওক্টোবর তাং ২৪ দগীনা ৩০ কাওবা চয়োল অমগী সেমিনার কমখি। সেমিনার অসিগী নৈনখিবা মশক্তি—মণিপুরী জগোইগী মশক কন্না-থাঙ-তা, লাই হরাওবা মণিপুরগী তমগী অমসুং চাৎগী খুনুংঈশৈ (লোকগীত) সংকীর্ত্তনগী পুং ঈশৈ অমসুং চোলোম, গোষ্ঠলীলা অমসুং রসলীলাবু মশক চপচানা পুংথাকপগা লোয়ননা কমদোনা হোংলকইবা সমাজগা ঈয়োননা করনা থমগদগে অসিনি।

মণিপুরগী মহুংদগী পণ্ডিত, কলাকার, অমসুং ঈশৈ-জগোই-পুংগী ওস্তা, ৩০০ লোম হেন্না প্রতিনিধি ওইবীনবা বার্তন তৌবদা প্রতিনিধি ২৫০ বোমদি লাওখি। মপানগী ওন্না—দিল্লী, বোম্বে, নোংচুপ-বঙ্গ, মাদ্রাজ অমসুং আসামদগী মণিপুরী জগোইগী ওইবা মনিং চংলবা পণ্ডিত অমসুং কলাকার ১৭ বার্তেন তৌবদা প্রতিনিধি ৮ থক লাক্নুনা লাওরখি। অসিগী মথক্তা মণিপুরগী শীংথানরবা মীওই অমসুং ওস্তা কয়াম্বু ওবজার্ভর ওইনা সেমিনার অসিগী নৈরবগী শরুক্তা লাওহনা তিল্লখি।

সেমিনার অসি ওক্টোবরগী তাং ২৪ গী অয়ুক্তা মণিপুরগী উপ-রাজ্যপাল শ্রী ডি. আর. কোহলিনা হৌদোকখি। গুরু মৈস্নাম অমুবী সিংহনা সভাপতি ওইখি। শ্রী এন, তোম্বী সিংহ এম. পি. লীল্লিবা কমিটিগী চেয়ারমেননা নৈনগদৌরিবা বিষয়শিং শন্দোক্ত তকখি মুনিং

অসিমক্কী নুংথিল পুং ২ তাবদগী তোঙান তোঙানবা বিষয়দা নৈনবগী সভা হৌখি। তাং ৩০ গী অয়ুক্তা সেমিনারগী ডাইরেক্টর, প্রোফেসর শ্রীনীলকান্ত সিংহনা নুমিৎ ৬ নি চুপ্পা নৈনখিবা অতুগী মচং ওইবা রিপোর্ট পুথোক্তুনা সভাগা য়েংনবা লৈতনা য়ানরবা মতুংদা য়ারেপ (রিকোমেণ্ডেসন) ৮ থক য়ারেপকী ড্রাফটিং কটিনা পুথোক্তুনা য়ানখি। নুমিৎ অসিমক্কী নুংথিলদা বিদায়গী সভাদা কুমারী সবিতা মেহতানা বিদায়গী ভাষণ পীখি। শ্রীচিংগাংবম কলাচাঁদ শাস্ত্রীনা সভাপতি ওইখি। নুমিৎ ৬ নি অসিগী সভাশিংগী তোঙান তোঙানবা সভাপতি-শিংদি মথাগী অসিনি—

তাং ২৪ গী নুংথিল (বিষয়—থাঙতা): ওঝা লাইরেনমযুম দামু সিংহ
... ২৫ .. অয়ুক (...লাই হরাউবা): পণ্ডিত মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ
... ... ...নুংথিল (.. ... ...): পণ্ডিত থোঙাম মাধব সিংহ
... ২৬ কী অয়ুক (খুনলুং ঈশৈ অমসুং জগোই): (ক) ওঝা পরশুরাম (শেকমাই)
... ... ...নুংথিল (সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ): ওঝা নিংথৌজম চাউবা সিংহ
... ২৭ ...অয়ুক ( ... চোলোম): ওঝা থাংজম চাউবা সিংহ
... ... .. নুংথিল ( ... পুং ): ওঝা মাউরেম ধ্বজ সিংহ
... ২৮ ...অয়ুক ( ... ... ): ওঝা লৈচোনবম কোইরেং সিংহ
... ... ...নুংথিল (গোষ্ঠ লীলা): গুরু অমুদোন শর্ম্মা
... ২৯ ...অয়ুক (রাস লীলা): গুরু হাওবম অতোম্বা সিংহ
... ... .. নুংথিল ( ... ... ): ... ... ... ...

---

## (ক) নৈনখিবগী শরুপ্পা মচং

(মণিপুরী জগোইগী সেমিনার ১৯৭১)

মণিপুরদা অহানবা ওইনা ভৌখিবা মণিপুরী জগোইগী মায়কৈ কয়া—থাঙ-তা লাই হরাউবা, মণিপুরগী খুনলুং-ঈশৈ, সংকীর্ত্তনগী পুং

ঈশৈ, চোলোম, গোষ্ঠ-লীলা অমসুং রাস-লীলাগী হৌরককম, চৎথ-রকইবা মশক ( পরম্পরা ) অমসুং হৌজিক ওইরিবা ফিবমগী মতাংদা মুমিং ৬ নি চুপ্পা নৈনখি। নৈনখিবা শরুক অসিদা থায়নগী মশক থিজিনবদসু নত্তনা কমদোনা অশেংবা মশক অসি হোংলকইবা সমাজ..। ঈরোয়নবা তাকদগে হায়বসিসু মপুং ওইবা রাফম অমা ওইখি। অকুপ্পা মরোলদি পুণোক্তুনা পা-নখিবা চে ১৪না যুক্ষম ওইরগা থোরকপা রাফম কয়ামুক্কী মপুং ওইবা শরুক খরদা প্রতিনিধিশিংগী সভানা ফোংদোক্লগিবা মত অমসুং য়ানখিবা মশক খরা উৎখি।

## থাঙ-তা

থাঙ-তা হায়রসি মৈতৈগী লিরবা অমসুং মগুণ লৈরবা লৈশেম-ঙৈগী ওইরবা সংস্কৃতি মশক অমনি। মসিনা থেঙ্গৌরেল ৯, খোশা-রোলনচিংবা কয়া লৈরিবা অসিনা মৈতৈগী লিরবা সংস্কৃতিগী থরায় ওইরি। লাই হরাউবগী জগোই-রাসকী অমসুং পালা-চোলোমগী মশক কয়ামুক্তা থাঙ-তাগী খুংথেক অমসুং শাথেক্কা নকশিন্নবা কয়া উবা ফংই হায়বা প্রমাণ তৌখি। খরগী মত-তা থাঙ-তাগী খুংথেক শাথেক্কুগী মৈতৈ জগোইগী খুংথেক শাথেক থরমথৈদি লাকই হায়বা থাজরবসু সভানা হৌজিক কাওবগী নৈনবগী মতাংদদি—অমনা অমদগী লৌনবা নত্তে, মায়বা শরুক কয়া থেংনবতনি হায়না মত ফোংদোকখি।

থাঙগা তাগা কনানা হানঝগে হায়বগী মতাংদা মত খরা থেন্নখি। অসিমকপু পুয়াগী অমসুং লাইরোলগী প্রমাণ কয়াদগী অনিমক অসি চপ মান্না লিরবনি হায়না য়ানখি। প্রতিনিধি অমগী মত-তা—তা-না থরায়নি, থাঙনা হকচাংনি হায়বা চেংনা থাজবা মত অমদা অনিগী নক্কবা থানবা য়াদবা মরীসি প্রমাণ তৌখি।

## লাই হরাউবা

লাই হরাউবগী থায়নগী মশক অমসুং হৌজিকী ওন্নকইবা মশক নৈনবদা— থায়নগী মশকী অরাংবা দর্শন অমসুং লিরবা সংস্কৃতিগী মশক

পুখোকপগা লোয়ননা হৌজিক্কী শিথরকইবা মশক অসিদা হুংশো থীবা ফোঙদোক্লখি। হৌজিক্কি লাই হরাওবদু কুম্মৈগুম্না লৌনরকপা, থোই-দোক্লস্নু বেঙ-নচিবা মতমগী লাক্লিবা যন্ত্রশিংগী ছন্দনা থোক্লকইবা অকায়বা মওঙ, জগোইগী খুংথেক-শাথেক অসি থিংগদবনি হায়না অকনবা মত ফোংদোকখি। থোইদোক্লস্নু মাইবী-লোইশঙ অমস্নুং পণ্ডিত লোইশঙগী শক্তি চাউহন্দুনা অমস্নুং কায়রকইবা অসি মতমগী চেস্থরকইবা ঈচেলদা অসি ফাওবদি য়াই হায়বনচিংবা কয়া—নীংথিজনা লেপথোক্লহন্দুনা মাঙথরকলিবা মশক অসি কনগদবনি হায়না মত ফোঙদোকখি। অসিগীসু মথক্তা হৌজিক ফাওবদা কায়দ্রিবা থায়নগী ফজবা মশক থরসি তুংগীদমক কলছৌনবা ফিল্ম লৌথুনা অমস্নুং টেপনচিংবদা ঈশৈ—লাইশোন কয়া রেকোর্ড তৌহৌগদবনি হায়না মত ফোঙদোকখি।

লাই হরাউবগা মবী লৈননা মৈতৈগী জগোই-খুথেক্কী মতাংদা লাই হরাউবদসু মৈতৈগী ওইবা মমিংদা শীজিন্নরম্বা, চৎনবিবা ভারতকী অভিনয়গী শাস্ত্রদা তাকপা হস্তক কয়ামুকসু লৈরি হায়না প্রমাণ তৌখি। হায়রিবা খুংথেকশিং অসি চপচানা হৌজিক ফাওবা শীজিন্নরবদি য়ানবা মমিংশিং অসি ইশিন্দুনা থম্বা ফাওবা দরকারনি হায়বা মত ফোংদোকখি। অদুবু সংস্কৃত মমিং ওাক্তা শীজিন্নবগী মতুত্তা মৈতৈরোনগী মমিংশিং শীজিন্নগদবনি শাস্ত্রগী মমিংদা অসি অসি লৈ হায়বা ফাওবদি য়াই হায়না মত ফোংদোকখি। প্রতিনিধি অমনা হৌজিক ফাওবদি খুংথেক-শিংগী মমিং অসি মৈতৈ জগোই তম্বীবদা শীজিন্নদবন হৌজিক্তা নৌ-হৌনা পুশিনবদা থেঙমনৱ্রা হায়না চিংনবা পোকখি। অসিমক্তগু থায়নগী লৈজরম্বা পোৎ ওইবনা অমস্নুং থৌদোকনসু জগোইগী পাক-থোকপা মশক—নৃত্য নাট্য অমস্নুং বেলেনচিংবদা মমিং মথাগা কোয়না শীজিন্নবা য়াবা মথে মৈতৈগী তোপ-তোপ্পা টেকানকতা শীজিন্নবা হৌবা য়াব্রে হায়না মত ফোংদোকখি।

# মণিপুরগী জগোইগী অমসুং চৈংগী থুনুসুং ঈশৈ

মৈতৈগী পেনাগী শৈশক্তা মশক কয়ামুক নৌহৌনা থেনবদা সভানা অপেনবা পোকখি অমসুং খরগসু হেন্না কূপশিন্না থিহনা চপচানা স্বরলিপি কাওরা তৌহনা মশক লেপথোকপা অমসুং শাগে থাম্নদোকপা দরকার ওইরে হায়না লৌনখি। খায়গী থওনবা লোক-গীতপু মণিপুরীদা হায়বদা, মমিং কয়া থোক্লরকপদা খুনুসুং ঈশৈ হায়বমবু খরা কেন্না চুনবরা হায়না সভামা মত ফোঙদোকখি। অসিগুম্বা থিজিনবা (রিসার্চ) অসিদা হিন্দু ধর্ম্ম চঙলক্ত্রিবৈগী মমাও অমসুং চঙলক্লবা মতুং হায়না থিজিনবসু কায়গনি হায়না মত ফোঙদোকখি।

পেনাগী শৈশকসু নত্তবা খোংজোম-পর্ব্ব অমসুং মোইরাং-শাইগী শৈশক্লচিংবা মওঙ কয়াসু কূপশিন্না থিজিনবা অমসুং স্বরগী মশক্তগী খুনুসুং ঈশৈ কোৌগত্রা নত্রগা পরম্পরাগী ওংবা মশক কৌগত্রা হায়বনচিংবা রাকম কয়াসু কূপশিন্না খন্নবা দরকার ওইরে হায়না মত ফোঙদোকখি। থোইদোক্লসু ময়েক্তী মতাংদা হৌজিক কালগী রাহে কয়া, পেনাগী অমসুং খোংজোম-পর্ব্বগী ওঝাশিংনা শীজিন্নরকইবা অসি চুমদে হায়নসু মত ফোঙদোকখি।

কবুই জগোই অমসুং ঈশৈগী ওইবা মশক্তা লৈরম্বা কূপত্রবা ঈশৈ অমসুং জগোইগী মখল কয়াসি উবদা সত্তানা অওকপগা লোয়ননা নৈনখি। নহারোলদি হৌজিক জগোই-ঈশৈ থৌশানরক্লে হায়বগী পেন্দবসু ফোঙদোকপগা লোয়ননা লৈরিবা খুনুসুং-ঈশৈ কয়াগী মতুংগী ভাব অমসুং অর্থ অমসুং বৈজ্ঞানিক ওইবা মওওদা থাম্নদোকপা মশক অমা দরকার ওইরে হায়না মত পীনখি। খুথেক শাথেক্তা হেজিনবা মশক অমসুং মসুংগী থৌশিন্না থওদবদগী থোকপা কজদবা খরসু শেমদোক্লদবনি হায়না য়ানখি। কবুইগা মৈতৈগা থায়নগী ওইবা সংস্কৃতিগী মশক্তি রায়মক নকশিনবা মরী লৈনৈ হায়নসু সত্তানা মত ফোঙদোকখি।

## সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ

মণিপুরী সংকীর্ত্তনগী ঈশৈগী শকাক্তা মৈতৈগী ওইবা শৈহেক শৈদা অমসুং মৈতৈগী খুনুমুং ঈশৈগী শৈহেকী মশক কয়া চঙলবসু ঈশৈগী য়ুম্ফমদি শাস্ত্রীয় ওইবা রাগগী মশক্তি হায়না সভানা য়ানখি। চীন্দগী ওইনা তয়বা ঈশৈগী মশক ওইবনা চহি চনিরোমগী মমুংসিদা শকপাদা খেন্নরকপা অমসুং মপুং ফাদবা খরা য়াওরবসু হিন্দুস্থানী অমসুং কর্নাটিক-কী ঈশৈগী পরম্পরা ( স্কুল ) অনি লৈরিবা অসিগুম্বা মৈতৈগী সংকীর্ত্তনগী শৈশকসু অতম্মগুবা স্কুল অমা ওইনা দাবী তৌবা মতম ওইরে হায়না মত ফোংদোক্লখি। অদুগা মৈতৈগী—সংকীর্ত্তন-শৈশক অসি মপান্দগী তয়বা নত্তে—লাইগুম্বা ওৎশিংনা, ওল্লকইবা ধর্ম্মগা ঈরোয়ননা পুথোকপিরম্বনি হায়না সভানা য়ানখি। নৈনবগী অরোইবা ওইনা হিন্দুস্থানী নত্রগা কর্নাটিক-কী শৈশক্কা মান্নবা মান্নদবা থিবদসু নত্তনা লৈজবিবা মশক অসি শেংনা উত্নুনা মৈতৈগী রাগগী শৈশক্তি অসিনি হায়না বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা থিজুনা প্রমাণ তৌগদবনি হায়না মত ফোংদোকখি।

## সংকীর্ত্তন-চোলোম

মৈতৈগী সংকীর্ত্তনদা য়াওরিবা কুপ্পবা অমসুং ফজরবা চোলোমগী মশক কয়া উবদা সভানা য়াম্মক অপেনবা পোকখি। থোইদোক্লসু শা-উচেক্কী শাজংতগী লৌবা চোলোমগী ফজরবা মশক্তা সভানা য়াম্না মুংঙাইবা পোকখি। চোলোমনা উৎলিবা জগোইগী মশকসি চুম্নী মতৌ তম্বা নত্তে-মপুংগী থবাক্কী মশক অদু জগোইগী খুৎথেক-শাথেক্তা হাপ্পনি হায়না য়ানখি। অদুবু অসিগুম্বা চোলোম অসি শোহারশিংনা ইতৌ তৌনবক্তবদসু নত্তনা তম্মরক্তে, হায়না মুংঙাইরবা ফোংদোক্লখি। অমুকসু সংকীর্ত্তনবু ফজনা ঙাক্তে হায়রবদি দোহাম্মনা চোলোম তম্বদসু নত্তনা পালা খুদীংমক্তা চোলোম তমদবা য়াদে হায়রবা

অকনবা মতম্ভু কোঙদোক্লখি। অসিগুম্বা সংকীর্ত্তনদা মতমগী ঈশ্বাংবা পুশিল্লকইবা অকায়বা পুশমক অসি খিংননবা হোৎনংদবনি হায়না মত কোঙদোকখি।

## সংকীর্ত্তন—পূং

সংকীর্ত্তনগী পুংগী শবক্তা লৈরিবা রাংলবা মৈতৈগী থায়নগী পরম্পরাগম্ভ মরী লৈননা থমলিবা ধ্যান অমস্তুং লাইনীংগী মশক অসিদা সভানা অপেনবা পোকখি। থোইদোকপস্তু রাগ অহৌবদগীনা সংকীর্ত্তনগী লোইশিনবা ফাওবদা চৎখরিবা ভাব অমস্তুং রস অসি করি অমতা কায়হন্দনা থমগদবনি হায়বসি সভাগী মতনি। অরিবা শাস্ত্রগী ওইবা লাইরিক খরগী প্রমাণদা হৌজিক্কী লৈরিবা রাগ অচৌবা হৌবগী পুংলোনগী মশক্তা খেন্নবা খরা উরবস্তু মহু চুমথোকলোইদবনি—লাইরিক্তা প্রমাণ ওন্দে, চৎনবীনা প্রমাণ ওইগদবনি হায়বা মত কোঙদোকখি।

রাজমেলগী তুইতাল অচৌবগী মাত্রা মশীংদা সভানা খেন্নবা মত কোঙদোক্লখি। রাজমেল হায়বসি 'রাজমিলনং' হায়বদগী থোরকপনি অমস্তুং তাল অমত্তগী মমিং নত্তে হায়বদি য়ানখি। অদুবু রাজমেল তুহতালগী মতাংদদি শ্রীগোবিন্দজীগী পালা লোয়শঙগী ওঝাশিংগী মত ওইনদি, মাত্রা নিপান ওইফম থোকই হায়না অকনবা মত কোং-দোকখি। রাকম অসি থায়নগী ওঝাশিংগী কোর্বেক কয়ানস্তু সাক্ষী ওইরি হায়নস্তু মত কোঙদোকখি। রাকম অসিদা প্রতিনিধি খরনা মাত্রা ৭ কী ছন্দনি রাজমেল হায়বসি হায়না অকনবা মত কোঙদোকনি। চুম্নগী লাইরিক্কী প্রমাণ নত্তনা চপচাবা য়ৈনহুনা মায়কৈ অনিমক্কী ডিমোনষ্ট্রেসন তৌনহুনা সভাদা উৎখি। নাকল অনিমক্কী মত কোংনত্রবা মরমনা অস্নুম্না লোইশিনবদা সভানা য়ানখি—পালা লোয়শঙগী ওইবা ওঝাশিং অয়াম্বগী মততি মাত্রা ৮ নি; অসিমকপু মাত্রা ৭ নি হায়না য়ানীংদবা অকনবা মত কোঙদোকপা ওঝাশিং খরস্তু লৈরি।

খরগা অমুক কুপশিন্না নৈনহূনা অতোপ্পা পুন্নমক্কা য়ানবা মত অমা লৈত্রি কাওবদি অসুম হায়না খল্লদা সভানা হন্নাউনা য়ানখি।

পুংগী তাল-লিপি ( নোটেশন ) গী মতাংদা হিন্দুস্থানী পদ্ধতিদা চংকত্রা নত্রগা কর্নাটিক পদ্ধতিদা চংকত্রা হায়রবগী ৱাফমদা কুপ্পা নৈনখি। মৈতৈ-পুংগী শাস্ত্রীয় ওইবা য়ুমফমদা অনিমক্কী নরুবা মশক লৈরি হায়না য়ানখি অমসুং অসিমক্কা শাস্ত্রীয় ওইবা প্রমাণবু চেংশিলহল্লি হায়না হংঙাইবা পোক্লনি। তাল লিপিদা লঘু গুরু শীজিন্নবনা কর্নাটক-কী মত চংপা নত্তে; থায়নগী ওঝাশিংনা শীজিন্নবা শাস্ত্রগী লাইরিক্কা লঘু গুরু য়াওবা ঙাক্লনি হায়না প্রতিনিধি অমনা মত ফোঙদোকখি। প্রতিনিধি অমনা ধর্মগা নকশিন্নবা বাংলা কীর্তনগী তাল শাস্ত্রগী মায়কৈদসু খরগা হেন্না কুপশিন্না থিজিনবা চুম্মী হায়না মত ফোঙদোকখি। পুন্নমক অসি অমুকসু হেন্না কুপশিন্না নৈনরগা তোপ তোপ্পা মণিপুরী তালগী তাল-লিপি অমা পুন্নমক্কা য়ানহূনা পুথোকপা চুম্মী হায়না সভানা মত ফোঙদোকখি।

## গোষ্ঠ-লীলা

গোষ্ঠ-লীলাগী মগক কুপশিন্না নৈনরবা তুংদা কোন্নুংদা হৌজিকমক চৎথরিবা পরম্পর'দগী খেন্নবা কয়া খুন্নক্কা শান্নবদা লৈরিবশিং অসি চুমথোকপনা চুম্মী হায়না য়ানখি। ফি, শেল থাবা অমসুং ফিজেৎ লৈতেংদা কান্নবকইবা কয়াসু থিংকম থোকই হায়না মত ফোঙদোকখি। গোষ্ঠ লীলা হায়বসি ৱাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমগী অতুন্নাইদগী ওইকম থোকই হায়না প্রমাণ পুথোরকপা অসিদসু সভানা য়ানখি।

জগোইগী শরুক্তা—উপলৈ অমসুং ঘাটকী জগোইগী মশক্তা শ্রী৺গোবিন্দজীগী পরম্পরাদগী খয়া খেন্নবা উরিবা অসি চুমথোকপা চুম্মী হায়না মত ফোঙদোকখি। মত খেন্নরিবা ওঝাশিং খরনদি - মসিমসু হান্নগীনি হায়না য়েংখি। প্রতিনিধি অমনা খেন্নরিবা অনিমক

ট্টাইল থেম্বা ওইনা থম্বসু য়াই হায়না মত পীখি। অসিমকপু হৌজিক্নমক শ্রীগোবিন্দদা চৎনরিবা অমসুং শান্নিবা জগোইগী মশক অসিমদি কায়হন্দনা থম্বনা অচুম্বা ওইগনি হায়বা য়াফমদা সন্তানা য়ানখি।

## রাস-লীলা

রাস লীলাগী হৌরকপগী য়াফমদা লাই হরাউবদগী চৎথরকলিবা মশক অমসুং মথং মথং ওইরকলিবা বিকাশকী মশক থিজিনবদা চিথহৌবা ওঝা গুরু কয়াবুসু পুথোকপা চুম্মী হায়না সন্তানা মত কোঙদোকখি। জগোইগী খুৎথেক শাথেক্তা মৈতৈগী থাঙ-তাগী খুৎথেক শাথেক্তা মান্নবা নকশিন্নবা কয়া ডিমোনষ্ট্রেসন তৌবদা সন্তানা য়ানীংবা উৎখি।

জগোইগা নকশিন্নবা মুদ্রা (ওঝ শিংগী বাহৈদা 'হস্তক') গী মতাংদা নৌহৌনা নৈনখি। মৈতৈ-জগোইদা মুদ্রাগী মায়কৈদা পঙথি থিজিনবা অমসুং মীগী শাস্ত্রগা মান্নত্রগা মান্ননবা হোৎনবগী মায়কৈদা পঙচঙ চঙশিনবা চুমদে হায়না মত কোঙদাকখি। 'ইহায় হায়বা মান্দনা য়াম্না হায়বা' হায়বসি মৈতৈগী জগোইগী থরায়নি হায়না সন্তানা য়ানখি। খোঙজিনা ( ঘুঙুরনচিংবা ) তাম্থা পীবা চুমদে অমসুং হিন্দুস্থানী যন্ত্রনা ঈশৈগী মতুং ইনবা—ওঝাশিংগী মাক্তা ফমহুনা খরগা নৈনত্রবদি কজদে হায়বসিদা সন্তাসু য়ানখি। রাসকী ওইবা জগোইগী মশক্তা পোৎ-লোইগী শন্নক্তা—থায়নগী মৈতৈতগী ওইবা কয়া চঙখিবা অসি কুপ্না থিজিনগদবনি হায়না মত কোঙদোকখি। সংস্কৃত-শাস্ত্রগী ওইবা য়াফম ভাক্তনসু জগোই রাসকী মশক তাকপা ওমলোই -অবিবা লাই হরাউবগী মায়কৈদসু থিগদবনি হায়না সন্তানা য়ানখি।

জগোইগী শন্নক—বেলেগী মতাং নৈনবদা মত খরা থেন্নখি। রাস লীলা, লাই হরাউববু থায়নগী ওইবা বেলেগী মশক্কি হান্নবা প্রাভি-

মিথি অমগী মতৌ-ভা—মসিদি 'নৃত্য-নাট্য' কৌপদবনি, মেথে হায়বনিদি মা-অৗভদবা লোচ্চুপতগী চঞ্জকপা আর্ট—( Abstract Art ) অমনি হায়না সতানা য়ানখি। মণিপুরী জগোইগী পাক্লবা থুংথেক শাখেকী পুকৈদগী মেথে পুথোকপদি য়াম্মক থুদোং চায় হায়নমু সতানা য়ানখি। মৈতৈ জগোইদা—অম্থম অম্থম শম্নবগুম চথরিবা শাথেক অসি মৈতৈ জগোইতগী ওইবা তোপ তোপ্পা মশক্নি হায়না য়ানখি।

ভঙ্গী শাবগী মতাংদা নৈনবদা মপুং ওইবা ওঝাশিং খরনা য়াজ-থেলবু মাত্রা ১৪ ওইহনবগী থোরকপা—খরা শাংদোক্লা শারকপা—য়াকমদা নৈনখি। ওঝা অমনা শাস্ত্রীয় ওইবা মশক—থোইদোক্লমু মৈতৈ ওঝাশিংগী য়েৎ-ওয় কায়দনবা মশক্তগী থোকহনখিবনি হায়না মত ফোঙদোকখি। থোকহল্লিবা মশক অসি তালগী মাত্রাগী মশীংনা থোক-হনবনি হায়বা সভানা উখি। অসিমকপু থায়মগী মশক্তি য়ারিমথৈদি হোংদোকপা চুমদে হায়বসিনা সভাগী মত ওইনা লৈখি।

## (খ) তাখিবা য়ারেপশিং—

জরহরলাল নেহেরু মণিপুর ডান্স একাদেমীদা থাগৎপা —

হন্দকী সেমিনার অসিনা মণিপুরী জগোইগী ওইবা চাউরবা থুমিং ৭ নিগী সেমিনার অমা জরহরলাল নেহেরু মণিপুর ডান্স একা-দেমীনা শীন্দুনা নীংথিজনা পাংথোকপা অসিদা য়াম্মক অপেনবা ফোঙ-দোক্লি। অসিগুম্বা সেমিনার অসিনা মণিপুরী জগোইগী মায়কৈ কয়াগী ওঝাশিং, কলাকারশিং অমসুং পণ্ডিতশিংগী য়াথলদা য়াম্মক খন্থহনবা অমসুং নৈনবগী কান্নবা অমসুং থুংঙাইবা অমা শোয়দনা পোকহল্লে হায়না উই।

অসিগুম্বা সেমিনার অসি নেহেরু-একাদেমীনা খরগা তোয়না তৌহনা মণিপুরী জগোইগী চৎথরক্লিবা পরম্পরা অসি ঙাকথহু

মতুংদা অনৌবা ফজবা মশকশু থোকহনগনি হায়না হন্দকী সেমিনার অসিনা থাজরি।

## ষ্টেট কলা একাদেমী লিংখৎপদা তুংশাইবা কোংদোকপা

—হন্দকী সেমিনার অসিনা মণিপুরগী ওইবা ষ্টেট-কলা-একাদেমী অমা লিংখৎনবগী থবক চথরকুনা ঈশৈ, জগোই, থিয়েটার, ললিত-কলা অমসুং সাহিত্যগী ওইবা অপুনবা সংস্থান অমা মণিপুর সরকারনা লিংখৎলকপা অসিদা য়াম্নমক অপেনবা ফোঙদোকলি। অসি-গুম্বা একাদেমী অসিনা মণিপুরগী ঈশৈ-জগোইগী ওস্তাশিং অমসুং কলাকারশিং কয়াগা তিন্নহনা, মণিপুরগী মফম পুম্নমক্তা চাইহনা লৈরিবা কলাগী সংস্থানশিং চাউখৎহন্দুনা অমসুং থায়নগী সংস্কৃতিগী লংলবা মশক কয়াবু পুথোকপগী মায়কৈদা চঙশিন্দুনা মণিপুরী সংস্কৃতিবু মরম কয়াদা ঙাম্মোকহল্লকনি হায়না আশা তৌরি।

## সনা কোন্নুংগী লোইশঙদা শক্তি হাপ্পা

ঙসি তিল্লিবা মণিপুরী জগোই অমসুং ঈশৈবু তুংশিজবা খঙহৌবা পণ্ডিত, গুরু অমসুং কলাকারশিংনা মতমগী মতুংইন্না ওন্নকলিবা অমসুং হোংলক্লিবা জগোই-ঈশৈ অসিগী মাঙথরকদবা মাল্লবা ফিবম অসি কুপ্না নৈনরে। ঙসি ফাওবদা মণিপুরী জগোই ঈশৈবু য়োকপিরিবা, কল্লিবা অমসুং অচুম্বা মশক লেপলিবদি সনা-কোন্নুংদা লৈরিবা লোয়শঙশিং অসিনা ওইরি। অসিগুম্বা লোয়শঙশিং অসিসু মতমগী মতুংইন্না হোং-লকলিবা রাজনীতিগী অহোংবা লাকপদগী হায়না লৈরম্বা শক্তি, কায়-বনচিংবা অহু মাঙশিল্লকদবা, হন্থরকদবগী ফিবম উরকলি। অদুবু মণিপুরী জাতিগী সংস্কৃতিদি মাঙহনবা য়াদে; সমাজ অমসুং চৎনবী কয়াবু হেক হন্দোকখিবা য়াদে, মণিপুরী জাতিগী মনুংদা চৎনরিবা—

তোকপা থাত্রবা জাগু-কর্ম্ম, দেবকর্ম্ম পূন্নমক্তা পুং-ঈশৈ-জগোই শকপা, শোনবা তঙাইফদনা চত্‌লিবনি। মরম অসিনা মণিপূরী জাতিগী যুগ কয়াগী পুনশিগী মশক উৎলকলিবা জগোই ঈশৈশিং অসি মতিকচানা ঙাকুনা থম্‌বা অমত্তুং অৱেপ্পা মশক্কু কন্দুনা থম্‌বগীদমক হৌজিক হৌজিকমক সনা কোন্নুংদা লৈরিবা লোয়শঙশিং অসি লেঙদনা কায়-চন্দনা থম্বা অসি, তঙাইফদবনি। অসিগুম্বা লোয়শঙশিং অসি থম্বা য়ানবা অমসুং শেন-থুমগী কিবম অসি য়েংশিনবীনবা মণিপুর সরকারনা চহিগী বজেৎকী শেনকম খরদি কাইথোক্তুনা থম্বীবনা চুমলক্লবা থম্মজে। মসিগা লোয়না লোয়ননা হৌজিক লৈরিবা সনা কোন্নুংগী লোয়শঙশিং —পালা-লোয়শঙ, পণ্ডিত-লোয়শঙ, মাইবা-মাইবী লোয়শঙ, পেনা লোয়শঙ, গায়োৎনচিংবা অসিদা মতিক চানা হৈশিংলবা, লৈবাক্তা শক-খঙনরবা ওঝা গুরুশিং পূন্নমক য়াওহনবা শীনবিবা অমসুং লোয়শঙগী নিয়ম কানুন-নচিংবসু মতমগা চানবা মওঙদা খরদং শেমদোকপিবা পামজে। লোয়শঙশিং অসিনা মুন্না থন্নহনা লেপ্পরবশিং অতুগী মতুং ইন্না জগোই-ঈশৈ, পালা-চোলোম, পুং-চোলোমনচিংবা মহৈ (কলাবিদ্যা) পূন্নমক তুংগী নহারোনশিংনা তমজহৌনবা, হৈজহৌনবা মণিপুরগী স্কুলশিংদা অহৈবা ওঝা হাপ্পিহনা তম্বীহন্নবা শীনবিবা অসিমকসু পামজরি।

## মণিপুরগী ফোক-লোর রিসার্চ-ইনষ্টিট্যুৎ লিংবা

মণিপুরী হায়রিবা জাতি অসি তোঙান তোঙানবা কাঙলুপ কয়ামরুমনা তিন্নরগা শাবনি। তোঙান তোঙানবা কাঙলুপ খুদীংমক, মশা মশাগী মতিকচাবা লোন, সাহিত্য অমসুং কলাগী ওইবা সংস্কৃতি লৈজে। অসিগুম্বা সংস্কৃতি অসিদা য়ুম্ফম ওইহনা কাঙলুপ খুদীংমকী অপুনবদা মণিপুরী সমাজগী য়ুম্ফম ওইহনা লৈরিবনি। মতমগী য়াওন মতুংইন্না অসিগুম্বা য়ুম্ফম অসি থরমথৈদি কায়শিল্লক্লে হায়রসি

খঙনরে। মসিনা অসুম চথখিবা তারবদি মণিপুরীশিংগী অশেংবা মশক অদু মুৎশিনরগনি।

অসিগুম্বা কায়শিল্লকপা অসি য়ারিবমখৈ থিংনরবা অমসুং মণিপুরী-শিংগী মশক অদু মাঙহন্দনবা সেমিনার অসিনা ফোক-লোর-রিসার্চ ইনষ্টিট্যুৎ অমা লিংবা চুমই হায়না লৌই। হায়রিবা ইনষ্টিট্যুৎ অসিগী মপুং ওইবা থবক্তি—

(ক) অরিবা মণিপুরী জগোই অমসুং ঈশৈ থিজিনবা অমসুং থিরক্লনা কংলকপা অদু মতম মতমদা কোঙদোকপা।

(খ) হৌজিক হৌজিকমক চৎনরিবা লোকনৃত্য (ফোক জগোই) অমসুং ঈশৈগী চাং অসি হন্থদনা চাওখৎহন্নবা হোৎনবা। মদুগা লোয়-ননা য়ারিবমখৈ থিজিন্দুনা কংলকপশিং অদুগী পরিংদা চুমথোকনবা হোৎনবা।

(গ) হায়রিবা ইনষ্টিট্যুৎ অসি রিসার্চ-সেন্তর ওইবদা নত্তনা তঙ্কম ওইহনা—রিসার্চ-স্কোলার অমসুং অতম্বা অনিমক্তা স্কোলারসিপ পীননবা থৌরাঙ তৌবা।

(ঘ) মদুগা মরী লৈনবা লাইব্রেরীগা তিন্নবা ম্যুজিয়ম অমা হাং-দুনা, জগোই-ঈশৈগী অরিবা অনৌবা লাইরিক—য়ারিমখৈ খোমজিনবা অমসুং অনি অসিগী (হায়বদি জগোই-ঈশৈ) অকংবা হৌজিকী অরিবগী মশকমখৈ, ফোটোগ্রাফ, মোসন-পিকচর অমদি টেপ রেকোর্ড তৌদুনা থমজিনবা।

## জবহরলাল নেহেরু মণিপুর ডান্স একাদেমি চাউথৎহনবা

হৌজিক নেহেরু ডান্স একাডেমি অসি জগোইনা মপুং ওইবা একাদেমি অমনি। একাডেমি অসি মপুং ফাবা অমা ওইনবা অরাংপা অতে লৈরিবা হিরমশিং অসি হাপচিন্দুনা ক্লাস মশীং হেনগৎ-নবা সংগীত-নাটক-একাডেমিদা খঙহনবা চুমই হায়না ওসিগী সভানা

লেপ্পরে। জগোই ডিপার্টমেণ্টকী ক্লাসতি মপূংফাম্না লৈরে। সংকীর্তনগীদি ডিপার্টমেণ্ট ওইনা লৈত্রি। ডিপার্টমেণ্ট অমা ওইনা লৈনবা পুংগী, চোলোমগী, ঈশৈ অমসুং থাংতা ক্লাস অহুম অসি হাংনবা ওসিগী সভানা লেপ্পরে। জগোইগা মরী লৈনবা থাংতা অমসুং তাগী অমদি অখোংবা যন্ত্রগী ( পেনা অমসুং বাঁশীগী ) ডিপার্টমেণ্টসু লৈত্রি। ডিপার্টমেণ্ট অসি লৈহনবা, থাংতা-তাগী অমসুং অখোংবা যন্ত্রগী ডিপার্টমেণ্টসু হাংবা চুমই, হায়না ওসিগী সভামা লেপ্পরে।

মায়েপ অসিগা মরী লৈননা চুম্নগী জগোইগী সার্টিফিকেট অমসুং ডিপ্লোমা পীবদসু নত্তনা ঈশৈগী, পুংগী, চোলোমগীসু সার্টিফিকেট, ডিপ্লোমাশিং পীগদবনি।

## পুং-ঈশৈ জগোইগী সংস্থামশিংদা সরকারনা মতেং পীবা

পুং-ঈশৈ-জগোই তম্বা সংস্থান কয়াসুক মণিপুরগী মফম মফমদা লৈ। কলাবু মুংশিবা মীশিংনা য়াম্না য়ানা অমসুং কন্না হোৎনজুনা সংস্থানশিংসি হৌজিক হৌজিক য়াম্না য়ামা হিংলি। য়ানা হিংলবসু কলাগী অয়াংবা থাক্কী পোংথোক্তি নত্তনা থোয়রকই। মশু লৈবাক প্রজানা উত্তুনা লৈরিবা অসিনি। সংস্থানশিং অসি লৈবনা মণিপুরগী কলাশিংবু হিংহনবা অমসুং চাওথংহনবদা য়াম্না মতেং ওইরি। অদুবু শেল-থুমগী অয়াংপা কয়া লৈবনা সংস্থানশিং অসিনা কলাগী সেবাদি নীংবা থুংনা তৌজবা ওমত্রি। হায়রিবা সংস্থানশিং অসিদা সরকারনা মমিংতা ওইনা মতেং থর থরদি পীরি। মতেং থরা অসিনাদি সংস্থানশিং অসি চাংলাইবদা য়ানা থোকই। মরম অসিনা পুং-ঈশৈ-জগোই তম্বীরিবা সংস্থানশিংদা সরকারনা মতিক চানা মতেং পীবিবা চুম্মী হায়না ওসিগী সেমিনার অসিনা অকনবা মত ফোংদোকলি।

## জগোইগী খুৎথেক শাথেকী মমিং মথা লেপ্পা
## ( Technical Dictionary on Dance )

মণিপুরী লাই হরাউবা অমসুং রাসকী জগোইদা শীজিন্নরিবা খুৎথেক শাথেক পুম্নমক অসি খোমজিন্নগা মৈতৈগী চপচাবা মমিংশিং অমসুং মদুগা কোন্নবা চপচাবা অর্থ পুথোকপা অভিধান অমা ফোঙদোকপা হৌজিকমক মতম চারে। অসিগুম্বা খোমজিনবা অসিদা মমিং মথা লৈতবা করিগুম্বা খুৎথেক শাথেক য়াওরগদি অখণ্ড অহৈগী বোডি অমনা কুপ্পা নৈনরগা অনৌবা মমিং শেম্বনু দরকার ওইরে হায়না সেমিনার অসিনা লৌরি। মসি পুথোক্লবা সরকারনা অমসুং মরী লৈনবা অথোরিটিশিংনা য়াব-মথৈ থুনা থবক অসি পায়খৎপা চুম্মী হায়না সভানা লেপ্লে।

## স্কুলশিংদা পুং-ঈশৈ-জগোইগী ক্লাস থম্বা

মৈতৈ সমাজগী পুন্সীগা মতম পুম্নমক্তা তৎনা-থানবা য়াত্রবা পুং-ঈশৈ-জগোই অসি থায়নদি লৈকাই খুদীংগী শীংলুপ পালা লিংহনা সংকীর্ত্তনগা মরী লৈনবা থবক পুম্নমক অতোপ্পগী মতেং লৌদনা মথোয়-তনা অহুম্মক তৌরম্মী। করুপ্রবা শীংলুপকী চৎনবী অসি মুথরক-পদগী কলা অসিগী মমি শামথরফপা ওইরি। শীংলুপকী চৎনবী অসি লৈনা লৈনা সার চূড়াচাঁদ মহারাজগী মতমদা স্কুল স্কুলশিংদসু কোননা চৎপা ওঝাশিং থমহনা পালি নাইনা অঙাংশিংবু তম্বীহল্লম্মী। হৌজিক্তা অনৌবা তমখৎলকপা মীগী মশীং য়াম্না হল্লরে। মমৈদসি শরুক য়াবীনবা মী কাদহনা কলা অসি পুং-মুৎ মুংথিবা য়াবা মওঙ অমা শেংনা উনরে। অসিগুম্বা ধর্ম্ম অমদি পুন্সীগা তৎনবা য়াত্রবা পুং-ঈশৈ-জগোই ( চো-লোমগী শরুক য়াওনা ) গী ক্লাস অমা স্কুলশিংদা অয়াবা য়েংহনা সর-কারনা থম্বীবা চুম্মী হায়না সেমিনার অসিনা মত ফোঙদোকলি। ইতি—

শ্রীনীলকান্ত সিংহ ডাইরেক্টর—
মণিপুরী জগোইগী সেমিনার
৩০। ১০। ১৯৭১ ইং

# মণিপুরগী থাঙ-তা

লম অসিগী য়েলহৌঙৈদগী হৌনা থাঙ তা, পূং ঈশৈ-জগোই হায়বসি ফিবম ফিরেপ খোঙলোন খুৎলোন তাঞ্জা মেঞ্জা মিৎয়েং নাক্সেংদা অমগা অমগা য়াম্না নক্লবা মরী লৈনৈ। কনাগুম্বা নিপা অম্না থাঙদা মতম্বা অত্থগা তাদি শুকথঙ মথঙত্রবা অত্থু ওইরবদি চিন্নবা মতমদা খোংলোম কুপশিনবা য়াংলকই। অহনা থাঙ হৈবা মী অয়াম্বনা খরদা ওইরবস্থু তা খৌশাবা হৈনৈ অম্থগা তা হৈবা ওব্বা অয়াম্বনা থাঙ হৈত্তবা পঙনা খেনদে। অনী অসি পুন্না হৈত্রবদি ওয় য়েং শুদবগুম খোকই। শা লান্দা অমদি য়েকনবদগী মশা কন্নবগীদমক্তা শীজিন্নবা মরম্না অনী অসি থানবা য়াদবা মহৈ ওইনা খোকই।

থাঙ হাইবদা খুৎ য়েংনা থাঙ পায়রগা খুৎ ওয়না চুঙ্গোয় পায় নত্রগা থাঙ অনী পায়হ্নুনা হাইবস্থু চৎনৈ। তা খৌশাবদা খুৎ য়েংনা তা পায়, ওয়না চুং পায়। মৈতৈরোন অম্রিবদা তাবু তিমেন চুংবু মরোং কৌই। তা হায়বসি য়েকনবদা থিন্নবা মচিন ফুম্বা য়োংনা শাবা খুৎলাই অমনি, মখোক য়াম্না শাংই। শীজিননবমগী মকুং ইন্না মশক মওং তোঙান তোঙাল্লি। মত্থুদি থৌগন তা ( মহারাজগী সনা থৌগন চৎপদা পায়বা ) শগোল তোংবা লাম্মীনা পায়বা তা, তাপাক, খংনং তা, কৈ চনবদা শীজিন্নবা লম্বু ( মসিদি তা অতৈদগী চাউবা হোল্লি ) শামু তানবদা শীজিন্নবা লাংশোই।

চুং অমস্থুং চুঙ্গোয় অসিনা য়েক্নবনা ফুরকপা থিল্লকপা য়াল্লকপা মতমদা হকচাং শোক্নবা ঙাকথোকপদা শীজিন্নৈ। থাঙ-তা অসিস্থু হকচাং ঙাকথোক্লবশস্থু শীজিন্নৈদি হায়ববু মরু ওইবদি মীঙোন্দা য়ানবা থিনবা মীবু শোকহনবদা শীজিন্নৈ। থাঙ তা-দা নত্তনা পুং-ঈশৈ জগোই অসিস্থু খোঙলোন খুৎলোন খোঙকম চোংথোকপা চোংশিনবা ফিবম

কিরেপ মিৎরেং মারেং করাদা অমগা অমগা মান্নবা করা য়াওই। হায়রিবা থাঙ-তা পুং-ইসৈগে জগোই অসিগী হৌরকফম থিবদা লৈশেম নোংশেমগী মারী লাংখিক্তা তোঙানবা খন্না খন্না লৈরবম্ব মথোয় অসিগী হেন্না নকশিন্নবা মরি মথোং উবা ফংই।

## লৈশেমলোন—থেংগৌ (থাঙ-তা)

তাইবংপানবগী মপু মাঙবা ভুম্বা নাইদবা শিদবা লাই-অতিংকোকনা (গুরুশিদবনা) মচা অতিয়া শিদবব্ লৈপাক শেম্মো হায়না শীথরকএ হায়হুনা অতিয়া শিদবব্ মমিং অশীবা হায়না কৌখি (পুদিন)। তাইবংপানবগী মপু গুরুশিদবা হায়বসি মতান্দি নোংথাঙ কুপ্পগুমই, মহাক্তি নুপী নুপা মরক ওই, লৌমাইদা হামুন নৈরগা গুরুগী মশক ওই, লুমাঙদা শমজিন চিন্নগা নিপাগী মশক ওই, লুতুংদা শমজিন নৈরগা পলেমগী (নুপীগী) মশক ওই। [থিরেন মৈরম লীবা] শিদবা লাই অসিনা মহাকী (হকচাংগী) য়েত্তগী অশীবা, ওয়দগী কোজ্রিন তিং-থোকপা, মাঙদগী হারাবা, তুংদগী লৈরুপকোং তাথোকখি। গুরুশিদবনা অশীবদা পান্নি ইবুংঙো অহন নঙ কোরৌ নোংফৌও, মালেম লৈশেমও হায়বদা অশীবনা ঐবু লৈশেম নোংশেমও হায়রবদি করম শেমগদবনো হায়না তাইবংপানবগী মপুদা হংলবদা গুরুশিদবনা হায়খি হে অশীবা ঐবু য়েংও হায়হুনা মরা কাথোকখি। গুরুশিদবগী মপুক মহুংদা লৈরম্বা মরাম অহু উরহুনা অশীবনা য়াম্না কিরহুনা গুরুদা খুরুমহুনা মরা উমশিনবিরো হায়হুনা গুরুনা মরা উমশিনখি। গুরুশিদবগী মপুক মহুংদা তিংলিবা শিংলি পাকনগী মরক্তা য়েকলিবা ময়েকশিং অহু য়েংনা শেম্মো হায়না তাকপদগী অশীবনা থেংগৌ শাহুনা লৈপাক শেমখি। হায়রিবা অশীবনা মতোমদা শেম্বা ওমলোই হায়হুনা মাঙোন্দগী লাইক-থৌ পুথোকখি। হায়রিবা লাইবংথৌশিং অসিনা লৈশেম্বদা থেংগৌ শাখি। লাইবংথৌ—লৈশাতাউ—নোংশাতাউ—লৈথোমতউ নোং-থোমতাউ—মরিনা থোঙ্জোং অহুমলক চোংহুনা লৈহৌ থেংগৌ শাখি।

চকমরিংবা, তাংমরিংবা, লৈপুরিংবা, নোংপুরিংবা লাইবংথৌ মরিনা নোংহৌ থেংগৌ শাখি। খোঙচোংদি মত্তারক চোংখি।

## থেংগৌরোন :—

লৈশেমলকপদা লাইপাখং মাপন্না (কবিগুম্বা লাইরিক্তা তরেংনা লৈনেংঙৈদা খোকখিবদি :—

কাওনা কাওনা নেংলকই হাযত্থুনা **অকাও থেংগৌ** কৌখি।
চোংনা চোংনা নেংশিল্লকই হাযত্থুনা **লৈফন** থেংগৌ কৌখি।
চোংথোক চোংশিন নেংতনা লাকপনা **লৈচাই** থেংগৌ কৌখি।
চোংশিন চোংশিন লৈনা লৈনা নেংতনা লাকপনা **নোংফন** থেংগৌ কৌখি।
শিক্লা শিক্লা নেংতনা লাকপনা **লৈকক** থেংগৌ কৌখি।
চোংথোক চোংথোক লৈনা লৈনা নেংতনা লাকপনা **লৈনেং** থেংগৌ কৌখি।
চোংনা চোংনা, নিক্লা নিক্লা নেংতনা লাকপনা **অতান** থেংগৌ কৌখি।
চোংশিন চোংশিন নিক্লা নিক্লা নেংতনা লাকই হায়দনা **লাংকক** থেংগৌ কৌখি।

থেংগৌ-লাথাপি-খম্বান্নাওন্না মেন শাবা **অথম থেংগৌ** শাবদা শোয়নবদি মচা-মশু শুক্তা শোইদাদে, মশা লাইথুং থুংই। থেংগৌগী চুংনা লৈমরেন্ন থাওনা তুবী চীবোং যাশবা **থাঙককলেন** যাশবা কৌই।

## ফিজেং :—

অথম থেংগৌ শাবা চৈংগোন থেন কাবদা শেংকদবা ফিজেত্তি—নীংখম **শমজিন থুদাংয়াই থুবোম য়াই শিরোনবা খোঙ্গ্রাই** মথক মখা লাংমৈ পুংলেনবা, মতু লৈশাম পজেং থোনা মথক্তা খোনবা ফীরান নাম্মাথক্তা নাম্ম থেংপা নিংথৌফি, তাফিন শাযাং তাঙ্কপ। হায়রিবা ফিজেংশিং অসি শুদবনা শাবরদি মহাক পুন্সিদে, লৈমা নিংথৌগী কক্তে লৈপাক রায় তৌইদে চাকতোন ফিদোম লোম্বা কৌই। লৈপাক শেম্বা

লোইরবদা পাখংবনা কেক্রুপান্দা চীংগোন থেন কাহুনা অথম থেংগৌ শাখি। খুইগা পাখংবগা হাংনচৈদা পাখংবনা খুইবু মণ্ডক ককুনা শাশিং চামা ফারে লানশীং চামা ফারে, হায়দুনা চীংগোন থেন কাহুনা অথম থেংগৌ শাখি, নাকথ লান্মী কৌহুনা য়েনবুম হুইরোই চনখি। খুইগী মথয়ায়না য়াকথোং ( yellow fittern ) ওইখি। য়োইমোংবা তাউথিংমাং মচীন মনাউ অনিনা ফাকয়েন মীওম্বা ফাবা লোইরবদা শাশীং চামা ফারে লানশীং চামা ফারে হায়না তাউথিংমাংনা শরিক পান্দা থেন কাহুনা অথম থেংগৌ শাখি। য়েনবুম হুইরোই চনখি। অন্নম তৌনা নিংথৌরোন মথং মথং থেংগৌ শাখি। লাইনিংথৌ খাগেম্বগী সনা হাক্তক্তা অখোম ময়োম্বা অথম থেংগৌ শাখি। মহারাজ গরিবনিরাজ সনা হাক্তক্তা অপোং সোরোংখাইবা থোংলেন রাংখৈরাকপনা অথম থেংগৌ শাখি। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র সনা হাক্তক্তা অতোম গোপীনা লাইরিক লাইশু পুম্নমক শেম্বদা পেল্লে হায়দুনা অথম থেংগৌ শাহনখি। মথংদা রাংখৈ পণ্ডিত গোপীরামনা পাচ হনবা ওইরবদা অথম থেংগৌ শাখি।

## থেংগৌগী মহৈ :—

অকাও থেংগৌনা খমলবদি চাক-ঙা হোক্তিও। নোংফম থেংগৌনা খমলবদি লৈপাক নিংথৌ পূকচেন তিন্নদে, নিংথৌ মপুক শাউএ। লাংকক থেংগৌনা খমলবদি শা-লান মখে লাংখি। লৈচাই থেংগৌনা খমলবদি লৈপাক তাক কায়এ, নিংথৌ শি। লৈনেং থেংগৌনা খমলবদি লৈপাক মরা তপএ। অচোং থেংগৌনা খমলবদি মতিন মরাই ফলদি। অতান থেংগৌনা খমলবদি নিংথৌ পুন্সিএ। লৈথম থেংগৌনা খমলবদি লৈপাক মরা তপএ। তাম্মোঙ লেমথোঙ মমুং মফৈ পাকনা পাল্লি নিংথৌ খুন্দি।

তীন শিদবনা চাকশৌ মপীগুমনা হুম্মিং খুদিং শৌহুনা শেমলকপা মহাফনা মথম্না ঈনথায়রবগা পোকখিবনা ময়ানা শীংজং-য়োং ওইখি।

× × × মানাক অশাংবনা থাঙশাং কথাক থাঙ ওইখি—মমিংদি হায় কুপলেন ফিরোক থাঙ কৌএ। ফিরোক থাঙ কৌবদি × × × নোংথাঙ কুপলবগা লৈচিনবু থাঙ অহুনা হাইদোকুনা নোংথৌবু শেংহল্লে, মহুগী ফিরোক থাঙ কৌএ। নাকলু মোইরাং তোম্না থাঙশাং মাগি ওইখি। মমিংদি মপা থাঙ কোংম্লিপা কৌএ। × × × × তীন শিদবগী মরৈনা পুকপ থাঙ কৌই। × × × তীন শিদবগী মমৈনা থাঙ তেম শাবনে, কবো লৈতেং মওঙনে। × × × পাম্বোম য়েংনা তকং থাঙ ওইখি। কবোদা পীখি। চকোংনা থাঙজৌ ওইখি। × × × য়ুপংনা থাংগু তা ওইখি। (থাঙলোন থাঙচং)

লম অসিদা লৈবা শলাই তরেৎ অসিগী থাঙ মশক মমিং তোপনা লৈ। মহুদি :—

১। পুকক থাঙ— অঙোম শলাইগী ২। তোনকফপা—খুমনগী ৩। লাইথাঙ চিনাইবা—ঙানবা শলাইগী ৪। চকথাং—নিংথৌজাগী ৫। য়েনখা মতোকশাবা—মোইরাং শলাইগী ৬। তোন্দুম্বা—লুয়াংগী ৭। খুম্হোঙ থাঙ - শরাং লৈশাংথেমগী ( শলাই থৌনিরোল )

## মশক নাইবা লাই থরগী থূৎশূদি :—

থাঙ তেমশাবা - খাংজিংগী থাঙ, পুকপ থাঙ—অপানবগী থাঙ, তরুং থাঙা কবাক থাঙ তেম শাবগদি—শুকগী থাঙনি, হৈজ্রাংনে, হুং-শম্বনে, নাউকন থাঙনে, য়েম্থাঙনে—লৈমরেন শিদবীগী থাঙনি, থাঙজৌ—থৱারেনগী থাঙনি, চৈগু থাঙ—মার্জিংগী থাঙ, চপথাঙ—অতিয়াগী থাঙ, থাংগু—পোইরৈতোনগী খুৎশ। (থাঙলোন থাঙচং)

মৈতৈ নিংথৌ থবগী থাঙ—মৈদিংঙু নাউফংবগী (খৃঃ ৪২৮—৫১৮) থাঙদি কপন্নুলেং কৌই। মৈদিংঙু শমৈরাংগী ( খৃঃ ৫১৮— ৫৬৮) থাঙদি অমীনি—অমনা খোমলেন তোংবা কৌই, অমনা মিতোংতৃপ কৌই। উরাংকোম্হৌবগী থাঙদি অমীনি—অমনা লৈরুখোম্বা কৌই, খোঙতেকচাগী থাঙদি অমীনি—মুয়া ফাবা কৌই। ( নিংথৌয়োনগী থাঙ )

# লৈশেমলোন অমসুং জগোই

গুরুশিদবনা অতিয়া শিদববু লৈপাক শেম্মো হায়না শীখয়কএ হায়রুনা অতিযা শিয়ববু অশীবা কৌখি। অশীবদা গুরু শিদবনা পন্নিং লাংশঙ উরোং লাইশোন শীংকাপ মঙামক গুনা তাকপীরবদা গুরুনা তাক-পীবা লাইশোন অদু অশীবনা শোন্দুনা কোংংান অয়াম্বা পোকএ। মথংদা অমুক শোমবদা ইশং পোকএ। মতুংদা কংপীক কয়জাউ পোক তরঙ লাংজা ঈপাকথক্তা ( ঈশিং মথক্তা ) অশীবনা মিরেনগী লাংগুম (মিয়াংগুম) পন্নিং লাংশঙথা উকাকময়রোং য়ান্না লৈশেম নোংশেম হৌরে। মাগী পাম্বে ওংনবা অহমনু-গা অবৈমুগা অনী পোকলে। অহুমনুনা হুমলেন মুংশিং পোকএ। অবৈমুনা হামলেন লৈচিন পোকএ। হুম-লেনগা হামলেনগা ( লৈচিনগা মুংশিংকা ) নিপা নুপী ওইনা ওঙনরে। ঈশিং তরঙদা ১। কন্নিনে ২। কন্নানে ৩। নোংদম খুবনে ৪। নোংয়ায় মরি ওনবনে ৫। চৌবা মপান থাবনে ৬। তরঙ খোইহুচানে ৭। পিশাতাউনে তরেং পোকএ। অতিয়া শিদবনা পন্নিং ময়ায়দা কন্নগা লৈপাক্তি কদাইদগী লৌশিগে হায়না তৌকম খঙ-দনা মুংবঙনা লৈবা অদু গুরুনা খঙলহুনা তরঙগী মথাদা লৈথখিহুনা ঈশিং মনুংদা থেংগু পোকএ। অদুগা গুরুনা থেংগুগী মথক্তা ফমলে। অশীবনা ঈশিং মনুংদা কন্নি লৈবগে য়েংগে হায়রুনা লৈথরকপদা ঈশিং মনুংদা গুরুগা থেংনরে। গুরুনা কদৌবা লাকপনো হায়রবদা অশী-বনা লৈপাক নিগে লাকইবনি হায়রবদা গুরুনা অদুদি নখুং নতুংলোম ওন্থোকলগা গুরুগী খোয়দগী নযানা চিকুনা লৈপাক খজিকুং লৌখো হায়রুনা লৌরবদা গুরুনা লৈপাক অদু থেংগুগী মথক্তা শেম্মু হায়রুনা অশীবনা থেংগু তোংহুনা ঈশিংগী কাওপংলকলে অদুগা লৈপাক শেম্বা হৌগংলকপদা লৈপাক মনুং ওইনবা হায়াবনা চাইখাহুনা লৈপাক অদুনা লৈচিন ওইখ্রে। মথংদা অশীবনা ঈশিংদা তাউরিবা ময়াম অদু অমুক খোমজিন্নে। মাগী খুরাদগী নুন্না তাহুনা ঙাপ্রুম (mudeel) পোকএ। অশীবনা ঙাপ্রুমগী মশোক্তা ভোংহুনা গুরু তান্না চংখিহুনা অমুক্তা

লৈপাক নিরুরে। অশীবগী মতেং গুইনবা লৈখোম তাউনে, নোংখোম তাউনে, লৈশাতাউনে, নোংশাতাউনে মরি পোক্লে। -মরি অসিনা **লৈহৌ থেংগৌ** শাতুনা লৈপাক শেমখি। হারাবনা অমুকম্মু চাই-খাইরে। হন্দক চাইশাইরিবসিনা উন ওইখ্রে। মতুং অংদা অশীবনা মাগী খুয়াদগী তাখোকতুনা কোবী পোকএ। অশীবনা কোবীবু গুরুদা থাতুনা লৈপাক নিহল্লুই। গুরুনা কোবীদা লাতশোন অমম্মু তাকপীরে অদুগা লৈপাকম্মু পীরতুনা কোবীনা লৈপাক অদু মকোক্কা থোংনা পুতুনা লৈপী তোমশোন মখিন ফাংনা কাখৎলক্লুনা অশীবদা লৈপাক অদুগা লাইশোল অদুগা শিন্নরে। অশীবনা লৈপাক অদু চাইথোক্লুনা গুরুনা কোবীদা তাক্লকপা লাইশোন 'লৈপী তোমশোন নপ্‌ফা" হায়না শোন্দুনা লৈপাক অদু নীংথিনা শেমলিঙৈদা হারাবনা অমুকম্মু থুগায়গে হায়না তৌবা অদু গুরুনা উরতুনা রাখল তৌরগা গুরু মহাক্কী মখোয়দগী খোয়নৌ কৌনা মিং নাঙ্গী মশকুন্না গুরুনা মাগী মিংলুবমদা কৌথোকলে। মমিংদি তরৈ মিংয়েংশেন মি মি মিয়েংশেল কৌএ। গুরুনা খোয়নৌ মিয়েংশেল ও অশীবনা লৈপাক শেম্ববু হারাবনা হৌজ হৌজ য়ৈথায়রে। মহাক্না য়ৈথায়বা ওমদনবা নওনা হারাববু কাউহল্লো হাইনা খুনিংথৌদগী **নোং থোঙ লৈমা** পুথোকলে। ইমোম নোংথাঙ লৈমা নঙদি নহু নিংথৌ অশীবনা লৈশেমঙৈদা লাইজা ইপাকথক্তা (ঈশিং মথক্তা) নমু মীপুক শুনা (মীগী পুক্লিং হুনা) শান্নরু হায়না থৌদাখি। লৈপাক শেম্বদু থুগাইগে হায়না হারাবনা লৈথিঙ্গায়গে লাকপদা লাইজা তরঙথক্তা নমু মীপুক হুবী তক্কা নোংথাঙ লৈমবু উরবদা কনানো মোমম্মু চেংলৌ শকহেনবী পায়মা খোয়জঙবী তিল্লাং খোয়দাবী ও হায়না হংববু য়োয়বু নোংথাঙ লৈমা নমু মীপুক শুম্বীনা থেক্ক থেকপা মথক্তা থেকরাজা ঈফুনা নোগ নৌবা মথক্তা চরৈ মকাফোং মাল্লো মীমাঙ তাক (ফজবা কীজোন্না ফিজেং লৈতেংহুনা) মিংমৈ তোরানথা খোয়রুম মোমোন নোকনা চীনগোই ঐবু পাউশনরবা (ঐবু ঙংশি রাহৈনা করেম্নববা) নঙহুম কনানো? পলেম পম্বৌ কনানা পোকপনো? য়োয়বু ঐদি পম্বৌ পানাইদবী **পলেম**

পীনাইদবী, কোলোয় মিংনাইদবীদি ঐনি হায়রমলগা ঈশিং তমলেনম্নুংদা থ্‌পখরে। ঈশিং তমলেনম্নুংদগী মৈক্রেং খানিকনা খাব্রো থাঙ-শেংননা কাওরকলে। হাব্রাবনা নোংথাঙ লৈমগা রা অওক অথোং তৌনা ভাঙনা শানহুমা পাউরররিঙৈদা অশীবনা লৈশেম নোংশেম্বা লোইহুনা লাইবংথো নোংদম খুবগা নোংদম লেংবগনা লৈরোই থেংগৌ শাখি, লাই পাথং তরেৎ লাই হুরা তরেৎপু নোয়না তমদনহন্দুনা হায়বদি জগোই শাহন্দুনা লৈরোই নোংলোই ঈশৈ শকখি।

## জগোইগী শাথেক্কা থাঙ-তাগা মান্নবা শরূক

জগোইগা থাঙ তাগা থানবা য়াদবা, য়াম্না নকশিন্নবা মরী লৈনৈ। মণিপুরদা চৎনরিবা জগোই মরু ওইবা মখন অনীনি। মহুদি: লাই হরাউবগী জগোই অমসুং রাসগী জগোই। লাই হরাউবগী জগোই তাংকক অমগী লোইশিল্লকপা মতাংদা লাইরিংথৌ লাইরেম্মা খুরুম্বদা খুজেংলৈবী তৌহুনা জগোই থোকলিবা মী অহুনা খুরুমলগা মানা শারিবা জগোই অহু লোইশিল্লি। রাসগী জগোইদসুং ইবুংঙো ইবেম্মাবু খুরুম্বদা গোপীশিংনা খুজেং লৈবী তৌরগা খুরুমহুনা জগোইগী তাংকক অমা লোইশিল্লি। লাই হরাউবদা শীজিন্নরিবা খুজেং লৈবী অসিগা রাসদা শীজিন্নরিবা খুজেং লৈবীগা মওং খুজেং মরৈ মরাক চপ মান্নৈ। থাঙ হাইবদসু খুজেংলৈবী শীজিন্নৈ। খুজেং লৈবী হায়বসি থাঙ তৌবশিংনা তমদবা য়াব্রবা নিয়ম অমনি। খুজেং অংপকী মতিক নৌরগা থাঙ হাইবদা য়েংবদসু ফজৈ অহুগীসু মথক্তা মী অনী লাম্বা তৌনহুনা থে-নরকপা মতমদা খুজেং শরা হেন্না নৌবা মী অহুনা খুজেং নৌদবা অহুদগী খুদোংচাবা লৌবা তেল্লি। মরম অহুনা থাঙ তম্বদা খুজেং নৌ-ননবগীদমক্তা মমা হৈদগী হৌনা খুজেং লৈবা অসি তমদবা য়াদবা অমা ওইনা তমনৈ। অহুনা খুজেং লৈবী হায়বসি থাঙ হাইবদা লাই-হরাউ-বগী জগোইদা অমদি রাসগী জগোইদা ইশি শীজিন্নরে। শীজিন্নরিবা খুজেং লৈবী অসি লাই হরাউবদা অমসুং রাসগী জগোইদা শীজিন্নবদি

খুজেং লৈবী খুংলোন অমত্তা শীজিন্নৈ অমত্তা থাঙ হাইবদা শীজিন্নবা খুজেং লৈবীনা খুৎলোন অনী শীজিন্নৈ। থাঙদা শীজিন্নবিবা খুজেং লৈবী অহনবী অসিদি জগোইদদি শীজিন্নদে। থাঙদদি খুজেং লৈবী অসিগা কোম্নবা খোঙলোম খোউথাং লৈ, মহু কান্নবা য়াদে। খোঙদি য়েংকী খুৎনা মথক থংবা মতমদা য়েংকী খোঙ থাংগৎকনি, য়েংকী খুৎনা থক্তগী খারোমদা হাইথবগা ঈরোয়ননা য়েংকি খোঙ অহু লৈপাক্তা থাগনি। ওয় খোঙ খুৎসু অসুন্না ভৌগনি। খোঙফমদি মাঙদা চঙশিনবা ভুংদা হন্দোকপা খোঙফম অনী চৎপা য়াই। খোঙফম অহুম—থা মচেৎ শাবা খোঙফম অহুম ফুংগা নুংহুম শাবনচিংবা খোংফম কন্নাদা শীজিন্নবা য়ায়। জগোইদদা নত্তনা পালাগী চলোমদা, পুং চোলোমদা অমসুং ফীবমদা থাঙ ভাগী ফীবম কয়ামকমগা মান্নবা য়ান্না য়াওই। পুংগী খোংখোঙ শাবা, ঘাট তাবা পুংগী বাক লৈবদা থাঙ্গা মান্নৈ।

[ ওঝা তরঙ্গ, ওঝা দামু, ওঝা চনম্বম বীরহরি অমসুং ওঝা পরশু-রামনচিংবা অথঙ অহৈগী সব কমিটি মেম্বরশিংনা পুথোকপীরক্লগা শ্রীখেলচন্দ্র সিংহনা ইথোকপা অমসুং ওক্টোবর ২৪ গী মুন্দিদাংবাইরমদা পাখিবা ]

শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ

## লাই হরাউবা

(ওক্টোবর ২৫ অয়ুক)

লাই হরাউব হায়রব অসী ভাইবঙপানব মপুন লৈশেম নোংশেম-লকভৈগী থবক অদু লাইশিংন খুংন থেকতুন উৎপ, জগোই শাহুন তাকপ, চীন্নন শকপ-শোনব ঙাওবন খঙহল্লি। লাই হরাউব অসী মখল অহুম থোকন থায়দোকৃই :—কংলৈ হরাউব, মোইরাং হরাউব অমসুঙ চকপ হরাউব—অহুম অসিনি। লাই হরাউব মখল অহুম অসী অমগ

অমগ মায়কে, খেন্নৈ। কংলৈ হরাউবা; য়ুমজাউ পাকন-ন লাইরেল মথেক চংলী। লাই হরাউব লোয়রগ মূক্সা লমজেল তৌই। লাইরোই মুমিংত ঔগ্রি হংগেল শকঙ্গী। অদুগা মোইরাং হরাউবদ তিললু-লাইরু লাইরেল মথেক চংলী। লাই হরাউব্রিঙৈগি মমুংদ মূক্সা, লমজেন তৌঙ্গী। অদুগ ঔগ্রি হংগেল-ন খোং চিংব কুমতদ শকঙ্গী। কংলৈন চহী খুদিঙ লম থোকঙ্গী, মোইরাংন কুম অম লম থোকঙ্গী, কুম অমন খোংচিঙ্গী অদুগ কুম অমন য়ুম ফমঙ্গী। চকপ হরাউবদ লাইরেল মথেক চংতে, অদুমনদি ওইরগ লোয়শঙ কোয়ব হায়ব অমদি তৌঙ্গী।

কংলৈ, মোইরাং অনীন লাই ঈকৌরগ লাইমুংদ পুশিললী অদুগ চকপ হরাউবন হেক পুশিনদে। ঈকায়কপ মতমদ লাইশঙদ লৈব মীন পুঙগি মপু, খোংগি মপু পুরক্লবরা হংলগ লাকলিবা কাঙবুন পুরকলে হায়রগ পুশিললি। অসিত নত্তুন লাইরোন মশান্নদসু খেন্নৈ। মাসীন লাই হরাউব মখল অহুমগি খেন্নবনি। অদুগ লাইশিংগি মমুংদসু খেন্নব য়াওরি। লাই পূন্নমক নোংপারোন খেন্নে। লাই হরাউব তমবদি সনা কোন্নুংগি মাইব শঙলেনদ মাইবন মাইবদ, মাইবীন মাইবীদ অদুগা পেনান পেনা শকপদ তমঙ্গী। অসুম তৌন লোইশঙ অসীগি মথাদ মাগি মাগি শঙফমদ ( Department ) মথং মথং ভাক্লকপন ওসি ফাওব চংথরি।

লাই হরাউব অসী ইহান হানবদা লাই ময়ামন নোংপোকপু লাইগী নিংথৌ সোরারেন হাপ্প মতমদ লাই ময়ামন লৈ লাংলগ শায়খিব অদুগি মতৌ অদু তমদুন খৃষ্ট মাঙ শতাব্দী 8 গি অদুরাইদ খাব লৈরেল খৈন হোঁদোক্লম্বদগি ( পানথোইবী খোঙ্গুল ) মথং মথং লাকপন ওসিগি অসী ওইরবনি। লাই হরাউব অসি মওঙ থর থর হোংলকপন ওসিগি মশক অসী ভারবনি। মমাঙৈগুদ হরাউবদা ভাঙনব রা, লাইমিং লাইশোন, খুংথেক অদুমক হোংব য়াত্রবসু মতম মতম অদুগি হোংদব য়াত্রব মরুওইবদি ফিজেৎনি। ফিজেৎ হোংলকপাগি মতুং ইন্ন পোৎচঙদস্ন হোংলকঙ্গী। খুদম - শয়েল কৎপ হায়ব অসী

য়াহয়দি হোংদ্রি, পোংতি মছুং শিনখিবন য়ামগ্রে। লাইশিং অসীগী মমুংদ লাইনিংথৌ খোয়রীফাব ডা কৎপ য়াদে। পুরৈরোম্বা, কবোক কৎপ য়াদে।

**ফিজেৎত খেন্নব**—হৌজিক জাতি পুম্নমককি মমুংদ ফিজেৎ অসী খেন্নরকলে। মীওইবন ফিজেৎ খেন্নরকপ মতুংইন্ন লাইদ কৎপ ফিসু খেন্নন কৎলে। খেন্নরিব মওঙদি মক ওইব ফিতম হোংদ্রবসু মচাকত খেন্নগ্রে। থাবনগি নীংখম শমজিন ফজেংলৈ, ফনেক ইনফিন-চিংব অসী হৌজিকমক খেন্নরে। মখোয় অসী মীতৈগি খুৎন নাইব লংন শারমঙ্গী। হৌজিকন মীরৈবাককি মচাকন শাখরে। লাইরেম্মগি ফনেকত থাবনগি কানক কনেক, পুমথিং ফনেক ফিশা ফনেক, লাইফি-কানক-নচিংব অদু হৌজিকত অযাম্ব লৈদ্রে। লাইরিকত লৈব মাইবীগি ফিজেৎতি 'কোনজ্রে চরৈ-ফিঙৌ শেৎপী খাবী' হায়। মসীন মাইবীগি ফিজেৎতি ফিঙৌনি হায়রব তাকঙ্গী। অদুবু হৌজিকতি রেশম ফুরিৎ অশংব লৈংলে, খামেন চৎপা ফি ইললে। নাইনগি মচৎত হাইবার ( নায়ানবী ন শিন্দুন খেন্নহললে। **হৌজিকত মৈতৈ লশিং ফি** লৈত্রে। মীরৈবাককি লংন শাব ফিনি, ইনফিসু নুপীগি শিল্প, ক্রেপনচিংবন শিল্লে। মাসীন তাবদি মশ ন খেন্নব তারবনি।

**লাইরোল অমসুং শান্নবদ খেন্নব** -হৌজিক শান্নরিব লাই হয়াউব অসী লাইরোল, জগোই ঈশৈ অসিদসু ফিশেংত খেন্নরকপগুম মথং মথং খেন্নবকঙ্গী। হয়াউবগি শান্নব মওঙসু মতমন য়াদবদগি তোক-খিবসু যাওবকলে। খুমম -মম ৈঙঙদ লাই নুপী থিব হায়ব অম য়াও-রমঙ্গী। মাদু মাইবীন কাওফয পায়দুন মমায়দ ফিন কুপশিন্নগ মমিং উইশিন্দুন কোযন চংলগ শিবদ কাঙদ্দযন কোৎপ নুপী অহু লাইগি নুপীনি হায়দুন ফিরোন অথেনপোং পি, মানসু লাইদ ঙমজব পোং কংলী। মাসী **লাই কংলৈ থোকপ** কঙ্গী। হৌজিকতি মাসী তৌনদে, খোয়রীফাব লাইগি থৌনিরগ তেরুরে। মসীন থৌনিবোনগি থৌরমদ কায়বনি। অহুগ জগোইদ খেন্নবন খুৎথেকত হেনজিন্ন থেকপ, লাইহৌবগি লাই-

চিংথোকপদ কা হেন্ন হকচাং চেপথব—উপথব-নোনথব, হাইবনচিংব অসী হেনজিনব মওঙ ঙাক্ত উরে। লাইরিক্কত লৈব মপোপ কান্নদব অদূ থুগায়রুন ঐখোয়গি লাই হরাউবগি জগোই—থুংশেম তাহল্লে। মাসী পুংলোন্ন কায়হনবনি। হৌজিক হরাউরিব লাইফম অয়ামব থান্নগি হরাউপুংগি মহুৎত ধুলোকন শীজিন্নরি। হান্নগি পুংদগি ধুলোকন থুংথং থুব হেললি। অদূন পুঙলোনগি মতুংইন্ন জগোই শাব হওনবন খুংথেক-শাথেক, খোঙথাং হুহুল মরম পূন্নমক্ত খেন্নহনবনি। মমাঙৈঙ-দদি হরাউপুঙগ বাঁশি পেনাতগ হরাউবমঙ্গৈ। মতম অহুন হকচাং ইপোম কান্নদন ইওন শান্নমঙ্গৈ। হৌজিক হকচাং ঈরাঙ হওন ঈথক ঈফেনদ জগোই শাগ্রে।

**লোংখোনব**—লাই হবাউবদ লোংখোনব য়াওরিব অসি ঙা কানব খোনব নত্তে। শান্নরিব লাই অহুগি থরায়ন, শান্নবদ শোন্নখিব য়াওহুন, মফম খঙদন লৈহৌব য়াওরম্নবসু ফাজিন্দুন লাইকোনদ খোনজিনবগি থবকনি। পেনান লোং খোনব মতমদ মিকৌন্নোল খোংঙ্গৈ। মতম অসিদ শাব জগোইদ লাওব য়াব মতমগী খুংথেক অমসুঙ খোঙথাং য়াওদন ইওন শাগনি। অদূবু হৌজিকতি চোংহুন অমসুঙ চেন্ন চেন্ন খোনহুন লাই হরাউবগি ফিভম থুগায়রি। মাসীগুমব অওনব অসী মাইব, মাইবী, পেনা খোংবশিংগি তমশিনব য়াৎপননি অমসুং মথোয়গি তমফমশঙ (School) মতিক চাদবন থোকপনি। মমাঙৈঙগি নিংথৌশিংন পাল্লিঙৈদ লাই হরাউব অসী লৈবাককি ধর্ম্মগি মরু অমসুং কলচরগি মকনি হায়রুন য়ামন চেকশিন্ন ঙাকলমবদগি মন্নন-নাই অহৈব উঝাশিংদগি তোপন তোপন তমনখিবদগি উঝাশিংগি অমগ অমগ মোত খেন্নরকপদগি কলচরদ কায়রকপনি, খোঙলোন খুংলোন খেন্নরকপনি। মাসীন পেনাদসু মরোল মান্নদবনি। মাইবী অসি মশান শঙলেন, লংমাই, ফুন্না হায়ন অহুম থোকপন লৈহুন, লাইশোলদ খেন্ন-রবসু জগোইগি খুংথেক শৈশকতি মান্নগদবনি। অদূবু সেবোকন থরান্ন য়াওখিদবা উঝান মতিক চান লৈতবদগি খেন্নরকপনি।

পেনা—মীতৈগি পেনা হায়রব যন্ত্র অসী গুরু লৈমরেলগি মশকনি হায়রৈ। অহানবদ পেনা অসী খোম তুমবান ওইরগ চয়জিং য়াশান ওইরমঙ্গৈ হায়। অতুদগি ময়ায় ওইব মতমগি পেনান চয়জিংন য়োং, শরীকনা শেল, শমৈ, উয়েক, উতোং, তেঙথলন রা, চুমবুলন তরেঙন নাইব লং, পেনা মকন য়ারুন ওইরমঙ্গৈ। হৌজিককি পেনা মঙঙন—শরীকন পীথ্রাই, মরুন য়ুবীন ওংথুন অয়ামবন শীজিননরি। মাসী মওঙদ মান্নরবসু পোংশকত থেন্নরি। মসিদ নংত্তন পেনাগী শকপন শকপ ঈশৈদ লুরব লাইরোল শৈশকতা উঝাশিং লোল খঙদবন মী-য়ৈবাককি লোল কয়া য়াওন শকলি। মাসী চাওখংলকপগি মতুংদ হাপকংলবনি হায়গদবদ মীতৈগি কলচরতুম মাঙনব মরম অম ওইরি। লাই হরাউবগি মতুংদ লৈশেমবগি মরম তাকপা হোইরৌ, হয়া, জগোইন হওরকপগি মরু তাকপ অনোয়রোল কায়হৈত্রব শৈশক অসী তমব য়াং-পদগি অয়ামব পেনা খোংবন শকপ ঙমনদরি। শকপ ঙমব মী লৈতব নংতে, অদুবু তাঙনদি লৈরে। অতুগ মণিপুরগি মমিং চংলিব পেনা খোংব উঝাশিংদি লাই হরাউবগি মরমদ থৌওইবীদবন হৈতে। মখোয়দি মোইরাংগি খোইবী-খম্বগি ঈশৈত্তদ হৈনবনি। লাই হরাউবদ থরায় য়াওব উঝাশিংন তমফম হংজফম তাঙবন লাইরোলগি মরমদ য়ামন য়ান লাইগি থৌগল তৌরি। পেনা হায়রব অসী মীতৈগি থাদোকপ য়াদরব লৈশেমবদগি লোয়নরকলব, লাই হরাউবন মৃৎতরিবমথৈ লৈ-হৌরগদব যন্ত্রনি। করিগুমব মতিকচাব তমফম অম অথরিটিন শেমবিদরবদি পেনা খোংবা য়াংথরকপগ লোয়নন খৃৎলোন, শৈশক-নচিংব য়াংলক্কুন নোংম নোংমগি মাঙথরকপ নংত্তন চাওখংলকপগি মরম উদে।

মাইব—লাইহরাউবদ মাইবগি মথৌদি লাই হৌব-লোইব, তীনশক লাইশকখঙন কোনয়াই থাব. লৈ হুনব, লাইশোন-তীনশোন তৌব মাইবগি মথৌনি। মখোয়ন অশোয়-অঙাম থোক্তনব য়েংশিললি। মাসিদ অরুবদি মাইবন মতিক চান তমফম শৈত্তব, উঝা লৈরবসু মীতৈময়েক খঙদবন

তমবদ থুদোং চাদব মীন মাইবগি থবক তৌবদগি মাইব মাঙদব-তগি থায়নগি শৈশক শৈথা কয়াবু থুগায়দুন মশান হৈনব শৈশক্ক শকতুন তাবদ হরাউবগি লাইরোল অদূ পূমণ্ডল ওয়ন তাহললী। অদুগ মশান শকলিব-শোললিব অদূগি মনুংগি রাখল থনথব রাংপ-দগিসু হরাউববু উরিব মীশিংবু করি তৌরিবনো হায়ব অদূ ভাব তাহনবদ রান থোকই। হৌজিককি মতমগি মাইবশিংদি থোগল কায়দনব হরাউ-বগি মরম খরদং খঙলগ হরাউব মাইবন অয়ামবনি। মাসিনা লাই হরাউবগি চাওখৎপগি অচৌব পল অম ওইরি।

**লাই হরাউবগি খোঙচৎ**—লাই হরাউবগি থবক অসিমু পৃথিবীগি খোঙচৎ মতুংইনন চাওখৎপ, শিথব মতম লৈতব নৎতে। খৃষ্ট মাঙ মরিশুব শতাব্দীদ লৈ লাংব চাকলোন কৎপন মপূঙ অদুদ নোং-থাঙলৈম জগোই, পানথোইবী জগোইন চাওখৎপ মতুংইন্ন লাইশিংন তৌখিব থবক, মীওইব শাব, মথোয়ন পানব ভমনব যুমশাব, পাম য়ানদুন মহয় মরোং থাব, ফি শাবনচিংব ফাওব উৎতুম হরাউরে। অদুদগি খৃষ্টগি অহানব শতাব্দীদ নোংতা লাইরেল পাখংবন পানব মতমদ পূঙ-ঈশৈদ চাওখৎলবসু মতুংদ অনিশুব শতাব্দীদগি হৌনা লাই হরাউব অসী যামন থীন শিথখি। অদুদগি খৃষ্ট'ব্দ ৭ শুব শতাব্দীদ পানব নাওথিংখোং সনা হাকথকতগি অমুক চাওখৎলকপন ১৬ শুব শতাব্দীদ পানব খাগেমব মহারাজ সনা হাকথকত অমুক মপুংফান চাওখৎলরে। মাঙখরব লাইরোলনচিংব খোমজিল ইশিললমঙ্ঈ। অদু-দগি খৃষ্টগি ১৮ শুব শতাব্দীগি অহৌবদ পানবা মৈতিঙু গরিবনিরাজ মহারাজ সনা হাকথকত লাই হরাউব অসী নমথখিবদগি মশু ইবুংঙো জয়সিংহ (ভাগ্যচন্দ্র) মহারাজ সনা হাকথকত য়ামন কয় খিজিন-বীদুনা থমবীরমঙ্ঈ। অদূমনদি ওইরগ যুগ পুরকপ মঙঙ অমদ চৎখিবন লোলয়ালন মপূঙ ওইন অশৈ, অমাই, মাইবী লোয়শঙ অহম-মকত চঙশিললমবন স্বর্গীয় বোধচন্দ্র মহারাজ সনা হাকথকতদি লাই হরাউবদ **'হরি হে নারায়ন, রাম কৃষ্ণ নারায়ন'** হায়ন শকনরমলে। হৌজিক্তি

থায়নগি য়ারী কায়দনব হোৎনরি। লাই হরাউবগি মওঙ অসিদ লোল অমসুঙ ফিজেৎত ওনবগ লোয়নন শাথেক হে.ংলে। অদুগি মথকত ধুলোক অমসুং বেংগুন, শৈশক খৎপ, খোঙথাং ফিংবত নৎত্তন লাই হরাউকম, লাইশঙনচিংবদ শেম শারিব মওঙ কয়া অসীন মরম ওইহুন থায়নগি লাই হরাউবগি পনদব য়াদরব মাইবরোলগ থুৎথেক খরদগ ঙায়হৌহুন মমৈথঙদদি নিঙথিন ঙাকশেনব শোলহৌরবদি য়াসনচিংব অতোপ্প জগোই কয়ামুক্ক মরূপ ওইবদগি মীতৈ লাই হরাউবগি খুৎথেক জগোইনচিংব অসী পুমমাঙমক মাঙদরবসু অয়েংব মীন, করমব জগোইন মপুঙনো হায়ব অসী পুক্নিঙদ চিংনিঙঙাই ওইরকপ য়াই। বেঙগি খোঙথাংগ পানথোইবী জগোইগ য়েকনব ওইরবসু হরাউব খুদিঙদ তৎতন থেংনরবনিন শোয়দন তিনমরকপ তাই।

## ডিমোনষ্ট্রেশনগি শরূক ( জগোইন উৎপ )

১। হকচাং শাগৎপ, ২। পানথোইবী জগোই, ৩। ফিদম জগোই ( লাইবঙথৌ + লাইকরা )

মথাদা, মরু ওইব 'লাই ঈকৌবগি' অকুপপ মরোল খর নৈনরি মহাদি—

ঈকৌব—লাই হরাউবগি অহানবদ তৌগদব থবকতি 'লাই ঈকৌব'নি। ঈকৌবদ য়াঙব মক ওইব পোৎচঙদি—খয়োম, ঈহাইফু, লৈয়োম, হীয়ী-লং, কোময়াই, ঈশায়ফু অসীন মকুনি।

খয়োম—মহুৎদ কোনয়াই চাপ্প, লাংথৈ মতোল ৩ থেংপ, য়েক্রম ১ গ লায়োল অহুমন চেঙগ যোমব, পয়ান পুনব মরোমবু খয়োম কৌই।

ঈহাইফু—ঈকৌবদ লৈয়োম হাপনব লা-মচে'ন লৈমা হাপ্প হীয়ী লংন পুনব চক্বু ঈহাঈফু কৌই।

লৈয়োম—লা-ন য়োম্ব, লাংথৈ মপোগ ৯ অমসুং ৭ পু লৈয়োম কৌই।

হীরী লং—ঈহাই-ফুগা লৈয়োমগ শন্নবা লংজা ৯ না ফাইব অমসুং লংজা ৭ ন ফাইব, লম অনী শাংব লং অনীবু হীরী-লং কৌই।

কোনয়াই—সনাগ লুপাগ অনীবু কোনয়াই কৌই।

ঈশায়ফু—ঈকৌবদ হরাউব লোইত্রিব ফাওব থিন্নব ঈশিং শোকনব চফু অদুবু ঈশায়ফু কৌঈ।

ঈকৌবদ য়াওব্রিব খয়োমন গুমিৎ-থানচিংব করি অমত লৈতরিডৈদ তাইবঙ-পানব মপুন ঈশিং তন্নগদ করম লৈব, অদুগ লৈশেম্বন করম তৌন শেমখিব হায়ব অদু উৎলি। খয়োমদ য়াওব য়েরুমন তাইবঙ মপুন তাইবঙ পানব শেমত্রিডৈদ মথনত লৈরিডৈগি কিভম উৎলি। য়েরুম মনুংদ সনা লুপা, কোনয়াই হাপ্পন মতম অদুদ গুরুগী মশাদ গুরু লৈমরেল পূন্ন লৈব তাকই।

লাংথেং মতোল ৩ থেংপন গুরুগি মশাদ লৈশেমব লৈঙাকপ, লৈতাকপ ও মক লৈ-গুমন লৈব উৎলি। চেঙন—গুরুন লৈব মকমদ মশিঙ নাইদব পৃথিবীগুমন তাইবঙপান কয়ান য়োমদুন লৈব তাকঈ। অদুগ লা ৯ ন য়োমবন গুরুগ কোন্নন হওথ্রব, ওইরিব, ওইরক্কদব মতম ৩ ন য়োমদুন মতমগি মথা পোন্ন লৈব তাকঈ। অদুগ তাইবঙ মপু গুরুগি মশাদ লৈব্রিব পুম্নমক অসী করিগুম্ব পাংগল অমন অমগ অমগ ফাঙিন্নহনা থম্ব খঙহল্লি।

ঈ হাইফু অনীনি। মাসীন তাইবঙ মপুন শেমব অসী লৈপাক নিংথৌ অনী শেমঈ। অনীমক চফুগুমন মতুম তাম্ন হায়ব উৎলি।

লৈয়োম অসীন তাংবঙপান শেমবগি মরুদি লাইবঙথৌ ৯, লাইকনবা ৭ ন মকোক ওইন শেমখিব তাকঈ। লৈয়োম অমন লাইনিঙ-থৌগিনি, অমন লাইরেম্মগিনি। লাইনিংথৌগি লৈয়োমদ গুরুগি লাংথেং মপোপ ৫, লাইবঙথৌগি মপোপ ৯—পুন্ন ১৪, উপন থাব লারোল ৩ ন য়োমঈ। লাইরেম্মগি লৈয়োমদ লোংন থাব লারোল ৩ ম লাংথেং মপোপ ৭ য়োমঈ। গুরুগি লৈপোপ ৫ ন গুরু লৈমরেল অমত্তমি

তাকই। মপোপ ৯ ন গুরুদগি লাইবওথৌ ৯ পুথোকপ, লাইরেম্মগি লৈপোপ ৭ ন লৈমরেলদগি লাইকয়া ৭ পুথোকপ উংলি।

ঈশায়ফু়ন তাইবঙ জীব পুম্মক অসী ঈশিং য়ায়া ওইবী লৈমরেল শিদবীদগি থোকখিব অহুগ লেওদবী লৈমরেলনি হায়ব তাকলি।

**ঈকৌবগি থৌওঙ**—লাই-থেমগৎলমদা'দ মাহবীন লৈয়োম অনী অদূ ঈহাইকূ পুল্লিব হীরী লংন পুল্লপ হীরীচয়দ পুম অহুমলক য়েৎলগ খূৎ য়েৎন পায়গনি। মচিঙ্গ অনীন ঈহাইফূদ মতোল অমমম পুনগনি। মাইবীন মথূৎ ওয়ন শরীক খিঙলগ লৈয়োনহু লাই তোংত্রিব কাওব ঈশিংদ চুপ চুপ লূপকলি। মাইবীন লাইতোংলবতদ লৈয়োম অনী অদূ থাইদোক্লগ লাইনিংথৌগি হীরী লংন লাইনিংথৌগি লৈয়োমদ য়েৎলগ লাইনিংথৌগি ঈকৌফুদ হাপকনি। অদূগুম লাইরেম্মগি লৈয়োমস্থ লাইরেম্মগি ঈকৌফুদ হাপকনি। মাসী মাইবন লাইয়িংথৌগি মাংবীন লাইরেম্মগি লৈয়োম হাপকনি। মাসী লোইবগ লাইশঙ য়োনব কারকপবু 'হিকাব' কৌঈ। লাইমাঙ যৌরবদ ঈশায়ফু পুবী নূপীগি ঈশায়ফূদ ঈকৌফুদগি লৈয়োম লঙথোক্লগ হাপকনি। নূপী অহুন হীরী-লং অহু পুল মপানগ পাযনিন্ন'নি। লং অদূ লৈপাকত তাবা য়াদে। লাইশঙ যৌববদ মাইবন লাইনিংথৌগি লৈযোম-হীরী অদূ লওথোকলগনি, মাইবীন লাইরেম্মগি লৈয়োম হীরী লওথোক্লগনি। অহুগ লাইয়িংথৌগি হীরীদ কাঁয়োয় শুব নীপা অহুম লাইরেম্মগি হীরীদ কোকশেং শেংপী, খাওজেৎ শেংপী নূপী অহুমন পায়রগ মাইব মাইবীন মাঙ থান, মাইবন হি লাউহুম চংলগ ফমদেংলিব লাইগি থোয়দওদ লৈয়োমন শোকনি। লাইনিংথৌগি লৈযোমন লাইনিংথৌদ লাইরেম্মগি লৈয়োমন লাইরেম্মদ শোকনি। মসিবু লাই থরায় হায় কৌঈ।

লাইগি থরায হাপলগ মাইবীন লৈযোম অদূ থোকলকগ লাইয়িংথৌগি লৈযোমদগি গুরগি লৈপোপ ৫ ন লাই অনীগি মরক্ত থমগনি। মসীবু নমঙা-লৈ কৌই। লৈপোপ ৯ ন লাইয়িংথৌগি মাঙদ হকচাংগ

থেংনব থমগনি। লাইরেম্মগি লৈযোমগি লৈপোপ ৭ন লাইরেম্মগ থেংনন মাঙদ থমগনি। অহুগি মতুংদ নমঙা-লৈগি লৈপোপ ৩ না লাই-নিংথৌদ, লৈপোপ ২ ন লাইরেম্মদ থমগনি। লাইনিংথৌগি মাঙদ থমখিব লৈ ৯ অহুন য়েংত লৈব লাইবঙথৌ ৯ দ অমমম থমগনি। অহুগ লাইরেম্মগি মাঙদ থমখিব লৈ ৭ ম ওয়দ লৈব লাইরূরা ৭ তা অমমম থমগনি। মাসিবু লৈহুনব কৌঈ।

মথক্ত হায়খিব পূমমক অসিদগি মথাগি অসী থওব ওমঈ। লাই থেমগৎপ মতমদ মাইবীন লৈয়োম অসী পূম পায়বন ঈশিং অমঙদ গুরু শিদব মথনত ঈশিং ঈপাক্ত লৈয়াঈ হায়ব তাকঈ। ঈকৌরগ লৈয়োম অনী থাইদোকপন গুরু মথনতন লৈশেমললমদাইদ নীপা অম, নূপী অম অমী থোকখিব উৎপনি। মাহু নমঙা লৈন লাইনিংথৌ-লাইরেম্মদ গুরুগি লৈপোপ মঙান থাইখিব অহুনম্ব তাকঈ। অহুগ লাইনিংথৌগি লৈপোপ ৯ ন লাইবঙথৌ ৯ দ থাবন গুরুদগি লাইবঙথৌ ৯ থোকপ, লা বেম্মগি লৈপোপ ৭ ন লাইরূরা ৭ ত থা-বন লৈমরেনদগি লাইরূরা ৭ থোকখি হায়ব তাকপনি।

**লূক-থাব** —লাই হয়াউবদ লাইদ কৎনব থাব লা-বু লুকথা-লা কৌঈ। লা অদূ মক্ষম চা-না থাহুন পোং কৎনব তৌববু লুকথাব কৌঈ। ক্ষমদেংলিব লাংগি ক্ষানখোঙ ৪ গি মনাক্ত লা ৪ লোংন থাগনি। লাই অনীগি মথা কাল মযাযদ লাতোন ১ উপ্প থাগনি। মাদূবু 'চনিঙ' কৌঈ। লাই মমাঙদ লা ৩ তাইহুন পাকন থাগনি। মাদূবু 'লূকলেন' কৌঈ। লাইবঙথৌ ৯ গি লান উপ্প থাগনি। লাইরূরা ৭ কি লা-ন লোংন থাগনি। লা উপ্‌ন থাব লূক্ত লকোয উপ্‌ন হাপকনি। লা লোংন থাব লূক্তন লকোয় লোংন হাপকনি।

[ পুথোকপিবা—শ্রীচন্দ্রসিংহ পণ্ডিত অচৌবনচিংবা সনা কোন্নুং লোয়শঙগী পণ্ডিতশিং ]

পণ্ডিত শ্রীবুলচন্দ্র সিংহ

# মৈতৈ জগোই খুৎথেক

( ওক্টোবর ২৫ সুংথিল )

মৈতৈ জাতিগী য়েনহৌভেদগী লৈরকুবা 'লাই হরাউবা জগোই'দা জগোই-খুৎথেক ( নৃত্যহস্ত ) করামরুম মরাং কায়না লৈ। জগোই খুৎথেকশিং অসিনা শীজিন্নবা য়াবা হায়বদি বিনিয়োগ তৌবা খুৎথেক অমনা অতৈ কন্নি কন্নিদা ভাব অর্থ ফোংদোকুনা অভিনয় তৌবদি কয়া কয়া তৌরমদরে। লাই হরাউবা জগোই অসিদা মতাং মতাংগী খুৎথেক করামরুম লৈ, মদুদি—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | মাংবীগী লাইচিং জগোই খুৎথেক—মশী' | ১১ | পুন্না ১৩৩ |
| ২। | লাইবৌ হক্চাং শাবা জগোই | ৬৪ | |
| ৩। | যুমশারোন— | ১৯ | |
| ৪। | পামহাই— | ৩৯ | |

মপুং ওইনা জগোই খুৎথেক ১৩৩ অসি পুন্না লৈ। মসিদা শাকম খেন্নবসু খুৎথেক মান্নবা কয়াসু য়াওই।

খুৎথেকশিং অসি মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ পণ্ডিত অচৌবনা ( পণ্ডিত লোইশঙ ) তম্বীরকই অমসুং থায়নগী 'মৈতৈ-লাই হরাউবা' লাইরিক্কী পণ্ডিতমক্না ইথোকপিদুনা ঐখোন্দা পীবিখি।

অমনা পণ্ডিত লোইশঙগী শ্রীভারিয়'নবম কুলচন্দ্র সিংহ পণ্ডিত-তগী লাই-হরাউবা অসি খর মথৈদং তমজে। পণ্ডিতকী 'মৈতৈ-লাই হরাউবা' কৌবা লাইরিকসু মথক্তা হায়জরিবা জগোই খুৎথেকশিং অসি নীংথিনা ময়েক শেংনা য়াওরি। জগোই খুৎথেকশিং অসি থেং-নজরুবদা মসিনা ঐ তৈ জগোইগী "নৃত্য-হস্ত" হায়বদু ওইবা য়ায়-পদরা হায়না পুক্নিংদা য়ায়া থাজবা হুংডাইবা অমা কাওজখি। অদুনা জগোই খুৎথেকশিং অসিগী মনুংদগী ভগবান নন্দিকেশ্বরগী "অভিনয়

দর্পণ"দা য়াওরিবা নৃত্যহস্ত, অসংযুত হস্ত অমসুং সংযুক্ত-হস্তশিংগা মান্নবা খন্না মথেৎ খনগৎচন্না অহুগুম্বা মৈতৈ-জগোই-খুৎথেক খন্না অহুগী শীজিন্নকম ( বিনিয়োগ ) তৌজরবনি। মসিদগী অহেনবা অমদি অরাংবা কয়াম্না অথণ্ড অহৈশিংনা পাউতাক শীবিরবদি থোইনা হেন্না ফুংঙাইজগনি। হায়রিবা অসিগুম্বা মৈতৈ-জাতিগী ওইবা জগোই খুৎ-থেকশিং অসিগী পূর্কৈ অসি থেংনজরকবদগী মৈতৈ-জগোইগী ক্ষেত্রদা মতিক চাবা জগোই খুৎথেক মরাং কায়না অমদি য়াত্তনা লৈ হায়রবসি ঐগী থাজরবনি। মথাদা খুৎ নামগী অমসুং খুৎ অনিগী জগোই-খুৎথেকশিং শীজরি—

## খুৎ নামগী জগোই খুৎথেক ( অসংযুত হস্তাঃ )

লাইচিং, লৈনা, খাঙ, পাম্বোম, চিরাই, কোকচি, খুদুম, নাতোন, লৈশাং, লেংদোন, খুকউ, লাইচিং, মিৎ, খুনীং, চম্প্রাওকপী, নাকোঙ, লৈপোম, খুজেং, খুৎনাউবী নাতোন শুমাঙ, ময়ুপোকথান্নবা, খুৎনিংথৌ— অসিনচিংবা জগোই খুৎথেক অসি লাইবৌ জগোই খুৎথেকশিংদগী খুৎ নামনা শীজিন্নবা য়াবা খনগৎচবনি, মশীং—২৩ নি।

১। **লাইচিং খুৎথেক**—( পতাক )— খুৎপীদগী খুৎনাউবী ফাওবা খুৎচাশিং নপ্পগনি অমসুং খুবাক তিংগনি—অসিবু 'লাইচিং-খুৎথেক' কৌই। **শীজিন্নকম**—নোং, বন, অহিং তুম্নেন, আতিয়া, অরাংবা; ককথৎপা, মুংশিৎ, ভূম্বা, মতিক মগুণ, থৌজাল, থাবল, মুমিৎ-মঙান, অইন কনবা, পাজল-কনবা, শান্তিগনবা, ইথক-ইপোম, থোং, খুদেকপা, লম্বী চৎপা, চপমান্নবা থনবা, হকচাংদা তৈবা-নানবা, ভূমির লৈরু, ইশাগী কান্নবা, উনা, চুজোয়, শোকপা, নিংথৌ, অস্নম অস্নম তৌবা, আশীর্ব্বাদ, সমুদ্র, অকবা মিংচৎ, কজবা, চহি, থা, থাঙ-শৎপা, নোং-চুবা মতম, অনেম্বা, অরাংবা, নাকল, মশীং মঙা—অসিনচিংবা অসি লাইচিং খুৎথেকনা শীজিন্নবা য়াই।

২। লৈম। খুৎথেক—( অৰ্দ্ধ পতাক )—খুদোম্বী, খুৎয়ারমা খুদো তিংলগা খুৎচা অতৈনা কোনগনি—অসিবু 'লৈনা শাবা খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—মশীং অনি, কাটি, উপাক, হোরাম, হৈক্ৰাঙ, ছুরি, ফিরোল মচি সনথোঙ, থিন্দুনা তাকপা, চুরুট থকপা, অয়ারদা তাকপা,—অসিনচিংবা অসি লৈনা শাবা খুৎথেক্কা শীজিন্নবা য়াই।

৩। খ্যাঙ খুৎথেক ( অৰ্দ্ধচন্দ্ৰ )—খুৎপী খুদোম্বী ফাক্তোরু-গনি, খুৎচা অতৈনা খুদোম্বীগা নরুনা তিংগনি—অসিবু 'খ্যাঙ-শাবা খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—নিপাম্নি পানবা-থা, অচাপোৎ হাপ্পা পাত্ৰ, ওক পায়হুনা ঈনবা, পূরুিংদা রাখল পোল্লকপা, খ্যাঙ, থবাক রৈবা ( ইমাই পেম্মা কবিনো ), অঙাং পম্বা, হায়জবা, পোৎ-শোকপা, নানথোকপা, নীংশিংবা তৰ্পণ, মূৰ্ত্তি-মণ্ডপ তাকপা,—অসিনচিংবা অসি খ্যাঙ-শাবা খুৎথেক্কা শীজিন্নবা য়াই।

৪। পাম্বোম খুৎথেক—খুৎপী-খুদোম্বী ফাক্তোরুগনি, খুৎচা অতৈনা কোনতক তৌগনি—অসিবু পাম্বোম শাবা খুৎথেক কৌই। শীশিন্নফম—পাম্বোম ফাবী ( লৈতেং , খুবোম য়াই য়া কাহুনা হা হা কাম্বা, ওক লাকুনা ঈনবা খৌম্নি পা'য়বা, খুজাই গ্ৰাস পায়হুনা ঈশিং-নচিংবা থকপা—অসিনচিংবা অসি 'পাম্বোম শাবা' খুৎথেক্কা শীন্নবা য়াই।

৫। চিরাইশাবা খুৎথেক—( অৰ্দ্ধসূচী )— খুদোম্বীনা তিং-লগা খুৎপীনা খুদোম্বীদা নপকনি অমসুং খুৎচা অতৈনা খুবাক ময়ারদা কোনশিনগনি—মসিবু 'চিয়াইশাবা' খুৎথেক কৌই। শীজিন্নফম—থজীক্তা, পোৎকী ময়োম, মতোন অপীকপা উচেক, তীল, মসি, মন্থ, পোৎ অমবু থিন্দুনা তাকপা, স্নেতু্ম, মচীনহুম্বা পোৎ, থিনবা, উরু-উরু লৈবা, কলম, ছুড়ি কোইরপ কোয়বা তাকপা, মিৎতা কাঁজল থাবা,—অসিনচিংবা অসি 'চিয়াই শাবা' খুৎথেক্কা শীজিন্নবা য়াই।

৬। কোকচিং খুৎথেক—( মুষ্টি ) চিরাই শাবা খুৎকমদগী খুদোম্বীনা কোনশিন্নকুনা খুৎয়ারগা লৈমিন্নগনি— মসিবু 'কোকচি শাবা

খুংথেক' কৌই। শীজিন্নফম—মন্ত্র লংবা, শম পায়বা, খুতুম্না থাবা, পোং পায়বা, লৈতৌবা, শীঙ খায়ব, পদা, লান তৌবা, মলশিংনা শীংনবা, পুরীং লেঙদবা, রাখল চেংপা, নিপা জগোই শাবা, অকল অরীং শীংনবা, থম্মোই চেংপা, শাউবা, চৈঙপায়বা, শাটিন তুম্না, কীয়ান পাইবা, মো'বুং খোংবা, করতাল খীংবা, মন্দীলা খীংবা তাল থাবা,—অসিনচিংবা অসি 'কোকচি শাবা-খুংথেক্না শীজিন্নবা য়াই।

৭। খুদুম-খুংথেক - ( শিখর ) খুদোংবীদগী খু নাউবী কাওবা খুবাক ময়ায়দা কোনশিল্লগা খুংশীনা য়ুংনা তিংগনি মসিবু খুদুম খুং-থেক কৌই। শীজিন্নফম - লীকং পায়বা, শা'রোঙ পায়বা, লেঙদবা যুম্বী, শোয়দনমক, তর্পণ তৌবা শ্রাদ্ধ রাখল মকারাম্বা, মত্তে ওইদে, নুপী নিপা মুংশি-মুংওন্দসু শীজিয়ে নীংশিংবা, খ্বাঙদা করিগুম্বা পুনবা, কিশিকিবা, শরীক খীংবা, নিপানা ময়াইকানা জগোই শাবদসু শীজিয়ে।

৮। নাকচি খুংথেক—( ভ্রমর ) খুংপীগা খুংয়ায়গা অনি মতোন শম্নগনি, খুংচা অতৈনা তিংগনি মসিবু নাকচি খুংথেক কৌই। শীজিন্নফম—খুজি খুজিশিবা, খোইমু, নাসিকা নাইন, লৈ মচা, লৈ-হেকপা, ওথোকপা, চন্দন তকপা, চন্দন থিনবা কাপ্পা, মহৈ য়াল্লবা পোং, উচেক মচা খুদোপ, খুদোপ-শিজিনবা, চাবা, কুশীদগী ঈশিং হৈবা, খোই, কুবাক,—অসিনচিংবা অসি নাকচি খু থেক শীজিন্নবা য়াই।

৯। লৈশাং খুংথেক—( পদ্ম কোষ ) খুংচা পুম্নমক পুল্লগা য়ুংলগা খুং মতোন লম্ভক লম্ভক থমগনি—মসিবু 'লৈশাং খুংথেক' কৌই। শীজিন্নফম—উহৈ, নুপীগী থবাক, করিগুম্বা অমা ওনথোকপা, লৈ-নাচোম, উরু উরু লৈশিনবা, চখোম বোল কাওক্রম পোমশাংনবা থম্বাল, লোঙজীন, শরীক, উচেকমরুম, হৈনৌনাচিংবা উহৈ অসিনচিংবা অসি লৈশাং খুংথেক্না শীজিয়ে।

১০। লৈহেক খুংথেক ( কটাকামুখ )—খুংপী, খুদোংবী, খুংয়ার মতোন মতোন শম্নগনি, অরেম্বা খুংচা অতৈনা খুবাক ময়ায়দা

কোনগনি—মসিবু 'লৈহেক খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—লৈহেকপা, মুক্তাপরেং, লীকপরেং উৎপা অমদি শিবা, পানা খুদপ, রা ভাঙথোকপা, মনম নম্বা, ষা-চন্দন তকপা, তেন কাপ্পা, শগোল য়াচনগী লাগাম, কস্তুরী, ইবা, য়েকপা, মাইবগী গুলি—অসিনচিংবা অসি লৈহেক খুৎ-থেক্না শীজিনৈ।

১১। লেংদোন খুৎথেক (সর্পশিরঃ)—খুৎচাশিংনা খুবাক ময়ায়রোমদা কোন্তক তৌগনি—মসিবু 'লেংদোন খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—লিন, মখোনতাবা, খীকপা চাইবা, কোৎথৎপা মলশিংনা পাম্বোম মরু পায়বা, কৌবা, লাউ হাইবা, চৎলো, ব্যবহার তৌনা রা ভাঙবা—অসিনচিংবা অসি 'লেংদোন খুৎথেকনা' শীজিন্নবা য়াই।

১২। খুকউ-খুৎথেক (ব্যাঘ্র)—খুৎপী-খু নাউবী অনিনা খুৎনমলোমদা তিংনা লৈগনি, খুদোম্বী, খুৎয়ায়, খুৎনীংথৌ অহুমনা খুবাকলোমদা কোন্তক তৌগনি—মসিবু 'খুকউ-খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—বাঁশী কামহুনা খোংবা, যন্ত্র খোংবা, চায়রুং, নুপী ভাকপা, চক্রি তকপা, অকিবা, চায়ববু কৌবা, চৎলো, লৈ-ই অহুম চিংবা, শক্তি, চন্দন থিনবা, ছাটিন তুপ্পা, পে-খানবা—অসিনচিংবগী 'খুকউ-খুৎথেক'না উৎপা য়াই।

১৩। লাইচিং-খুৎথেক (সিংহমুখঃ)—খুৎয়ায়-খুনীংথৌগা খুৎপীগা মতোন মতোন শয়রগা খুৎনাউবী-খুদোম্বী অনিনা খুৎনমলোমদা তিংনা থমগনি—মসিবু "লাইচিং-খুৎথেক" কৌই। শীজিন্নফম—দৈপূজা তৌবা, কুশ শেৎপা, মাইবগী হিদাক, নোংশা, শক্তি, জল হোবা খোংবা থাকপা, সিংহাসন, থেবা, শঙ্খ, শগোল, মনা কনবা শা, পাউভাক অসিনচিংবা অসি 'লাইচিং,খুৎথেক'না শীজিন্নবা য়াই।

১৪। মিৎ-খুৎথেক—খুৎপী-খুদোম্বী অনি মতোন শয়গনি, মরক অহু খুৎপী অমরোম লাপ্পহনগনি, খুৎচা অতৌনা তিংগনি মসিবু 'মিৎ-শাবা-খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—তুলসী মনা, মঙ্গল ওইবা পোংশক,

কিশি-কিবা, য়ারেপ, পাউতাক, য়েংহুম পায়বা, মুক্তা, মল্লিকা, লৈ-মচা, নুংগুয়া কনবা পোং, খল্লোকপা, অরেম্বা তাবা, লীকপয়েং-শিবা, রাখল তৌবা, থাউমৈ চুখংপা, বর্ত্তি, তুমাম চুংবা, নাদা লৈ থেংপা, শিখা পুনবা, চীকথংপা, শিখাদা লৈ-তুলসী থেংপা, মমা কায়নবা, পাউতাক—অসিনচিংবা অসি 'মিং খুংথেক'না শীজিন্নবা য়াই।

১৫। **খুৎনীং খুৎথেক (চতুর)** খুদোম্বী, খুৎয়ায়, খুৎনীংথৌ নয়না তিংলগা খুৎপীনা খুৎয়ায়গী মখোঙ শোক্ত্না খুৎনাউবীনা হাইথরবদি মদুবু 'খুৎনীং শাবা খুৎথেক' কৌই। **শীজিন্নফম**—মশীং মরি, খাবৈগুয়া খোংপা, মতুপ মতুপ, কোর্বেক পাবা, থম্বাল মনা, লাইদা—ঈশিংদা অর্ঘ্য কৎপা, যোগীশিংনা করমালা চৎপা (মুসলিমশিংগী সলাম তৌবসু শীজিন্নবা উই) হায়রিবশিং অসি 'খুৎনীং-খুৎথেক' না শীজিন্নবা য়াই।

১৬। **চন্দ্রাওকপী খুৎথেক (অলপদ্ম)**—খুদোম্বীদগী খুৎ-নাউবী কাওবা লৈরপনা য়ুংগনি, খুৎপীসু লৈরপনা য়ুংগনি, খুবাক মরায় কুৎহনগনি—মসিবু, চন্দ্র ওকপী খুৎথেক' কৌই। **শীজিন্নফম**—থাবল কবা, থম্বাল অশাংপা, নুপীগী থবাক, কায়নবা, নম্লগা চোংবা, মিংশেল য়েংবা, পুক্লীংদা শাউবা, ধর্ম্ম খঙবা, প্রাক প্রাক লাওবা মখোল, মীয়ামা নিন-খোংবা, দলান মতোন, কন্নিনো হংবা, তোংপা, জগোই শাবা, য়া হংবা—অসিনচিংবা অসি 'চন্দ্রাওকপী-খুৎথেক'না শীজিনৈ।

১৭। **নাকোঙ-খুৎথেক (হংসাস্য)**—খুৎপী খুদোম্বী মতোন শম্নরগা খুৎচা অতৈনা কনগনি, মসিবু 'নাকোঙ-খুৎথেক' কৌই। **শীজিন্নফম**—অশাংপা মল্লিকা, মুক্তা, তু চুংবা. নোংলীক, পুক, গুলি, পোহাল, পোং-মচা, মশীংথীবা, চেঙ-থোঙ্গদিং কৎপা, লৈপয়েং উংপা, শিবা, কিশি কিবা, কায়নবা, অরেম্বা, পাউতাক, লাইরিক পাবা, বিচার তৌবা, লংথোকপা—অসিনচিংবা অসি 'নাকোঙ-খুৎথেক'না শীজিন্নগনি।

১৮। **লৈপোম্বা (মুকুল)**—খুৎচা পুম্নমক মতোন মতোন শম্ন-গনি, মসিবু 'লৈপোম্বা শাবা খুৎথেক' কৌই। **শীজিন্নফম**—চখোম,

থরো থম্বাল অপোম্বা, চপ্পা কামদেবগী পঞ্চবাণ, পোৎ-লৌখৎপা, লকু-থরো, মণীং মত্তা, নাচোম শেম্বা, ইনবীবা, রাঙাও থোক্লকপা, শিকপা, লৈশাবী মচাগী থবাক, হুম হুম লাউবা থম্মোই, খংরেং রেংথোকপা, কু-কামথোকপা, মনম নম্বা,—অসিনচিংবা অসি 'লৈপোম্বা খুৎথেক্লা' শীজিন্নবা য়াই।

১৯। **খুজেং খুৎথেক**—খুদোম্বী খুৎয়ায় অমসুং খুৎপী মতোন মতোন শন্নগনি, লেমহৌবা খুৎচাশিংনা কোস্তক তৌনা তিংগনি—মসিবু 'খুজেং খুৎথেক' কৌই। **শীজিন্নফম**—মাইবগী হীদাক, কুরাক, মন্ত্র শোনবা, যন্নাউমচা, চন্দন তকপা, চৈ পায়বা, ছাপা-থাবা, তেন শৎপা, তেন কাপ্পা, লৈ পরেং, খুজি শিবা, খুদোপ শিবা, খুজেং, ফিজি পায়বা, লোম্না চৎপা, শঙ্গোম শুম্বা, কাজল থাবা,—অসিনচিংবসি 'খুজেং শাবা খুৎথেক'না শীজিন্নবা য়াই।

২০। **খুৎনাউবা খুৎথেক** (ত্রিশূল)— খুৎপীনা খুৎনাউবী মতোন্দা নপশিনগনি অমসুং খুৎচা অতৈনা নপ্পনা লৈগনি। **শীজিন্নবা**—মণীং অহুম, লিম্না মরৈ তম্বা, হৈথাগোক মনা, মচীন অহুম লোঙবা খুৎলাই (ত্রিশূলনচিংবা), লোড়জীন—অসিনচিংবা অসি 'খুৎনাউবী খুৎ-খুৎথেক্লা' শীজিন্নবা য়াই।

২১। **নাতোনশূমাঙ খুৎথেক**— খুৎপী খুৎনাউবী খুবাক লোমদা কোস্তয়গা লেমহৌবা খুৎচা অলমনা তিংগনি, মসিবু 'নাতোন শূমাঙ খুৎথেক' কৌই। **শীজিন্নফম**—কৈ, হঙোই, য়োং, লিন অচৌ-বনা মম্না কাবা, মম্না কবাক খনবা, তাপ তেক ফাবা—অসিনচিংবা অসি 'নাতোন শূমাঙ শাবা খুৎথেকনা শাবা যাই।

২২। **মরু-পোকথায়বা খুৎথেক** (সূচি)—খুৎচা মরিমক মতোন শন্নরগা খুদোম্বী তিংখৎকনি, মসিবু 'মরু পোকথায়বা খুৎথেক' কৌই। **শীজিন্নফম**—রাহৈ অমা, মণীং অমা, চাম্না, মুমিৎ তাবা, মহু মসি, অকিবা, তুজুবা, চাকা, কোইরপ কোয়বা, চকু শাবগী নুংফাল,

ভুমিন লৈস্থ্ হায়বা, মালা, মালা চৎপা ( লাইনীংবা ), উরুক্ক লৈবা —অসিনচিংবা অসি 'মক পোকখায়বা খুৎথেক'না শীজিন্নবা য়াই।

২৩। খুৎনীংথৌ খুৎথেক ময়ূর )—খুৎপীগা খুৎনীংথৌগা খুবাকলোমদা তিংনা মতোন নপ্পগনি, লেমহৌব খুৎচা অতৈনা তিংগনি মসিবু 'খুৎনীংথৌশাবা খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—তুলসীপত্র, ওথোকপা, মল্লিকা, লাইদা পোৎ কৎপা, য়াহোং, শাস্ত্র পাবা, ইবা, য়েকপা, মহৈ য়ানবা পোৎ, চন্দন খিনবা-কাপ্পা, গুলি চাবা,—অসিনচিংবা অসি খুৎনীংথৌ শাবা খুৎথেকনা শীজিন্নৈ।

## খুৎ অনিগী জগোই খুৎথেক ( সংযুত হস্তাঃ )

নোংদাই, লৈপেক, লরাই, খোয়দৌ, য়া, চীনবান, খৌরীতোংদম, লুখম, লেংপাক য়াঙ, থবাক, থরায় হাপ্পা, ওয়ামকম, লৈস্থং থোঙলোন, হকচাং লাংবুম, থরায়নিবা, চূকয়ুংবা, ইকুপ্পা, চীরোঙ-চীরেন, খুজেং লৈবা। মশীং ২১ নি।

১। নোংদাই-লৈতাইরোন খুৎথেক ( অঞ্জলি )— খুৎ অনিমক খুবাক তিংগনি, খুৎচা নপ্পনা অমস্থং য়েৎ-ওয়গী খুৎনা খুবাক অনি নপ্পগনি—মসিবু 'নোংদাই খুৎথেক' কৌই। ( লাইচিং খুৎথেকনা য়েৎ ওয় অনি খুবাক নপ্পয়বদি 'নোংদাই জগোই' কৌই। শীজিন্নফম —লাই দেব ), গুরু, ইথকথোকবা, অহল্লম্মন, খুকস্পা, ( লাইপক মপাদা, কোকথক্কা ), ইকাই খুম্নবা মীশক্কা ন্যবহার তৌবদনা খুৎ অসি থবাক মপাদা থমগনি অমস্থং মথক্কী হায়রিবা অসি নোংদাই খুৎথেক্না শীজিন্নবা য়াই।

২। লৈপেক খুৎথেক ( পুষ্প পুত )—খুৎ য়েৎ-ওয় অনিমক্কী খুবাকময়ায় কোক্তক তৌগনি, খুৎ অনিগী খুৎনাউবী মতোন কাওবা শয়গনি—মসিবু 'লৈপেক-খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—ঈশিং, লৈ খুজোক, আয়ত্তি তৌবা, পোৎ লৌবা য়াবা, অর্ঘ্য পীবা,

যজ্ঞগী আহুতি কৎপা, উইকে লৌবা, লৈকৎপা, ঈশিং থকপা, ঈশিং শিংতোকপা ( ঈশিংপা ), হুমিত্তা ঈশিং কৎপা—অসিনচিংবসি লৈ-পেক খুৎথেক্না' শীজিন্নবা য়াই।

৩। লরাই খুৎথেক—খুৎ-য়েং ওয় অনিমক্না খুবাকলোময়দা খুৎচা পুন্নমক মতোন মতোন শন্নহনগনি, খুজেং কাক্তোক্লহনা ময়াক্তা থম্বাল শানা থমগনি—মসিবু লরাই খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—লরাইলেম্ফু, কুঞ্জবন, যুম, দলান মতোন, অরাংবা চীংদোন, যুম্বী-অচৌবা মতোন, হিনাউ, কৃপশিনবা, কঙ্গিগুম্বদা খুরুম্বদা শীজিয়ৈ, রাখল তৌবা অসিনচিংবা অসি 'লরাই-খুৎথেক্না' শীজিন্নগনি।

৪। খোয়দোশাবা খুৎথেক—খাঙ শাবা খুৎথেকনা খুৎ-য়েং ওয়না খুৎপী খুৎপী মতোন শন্নগনি অহুগা খুদোম্বী মতোন মতোন শন্নগনি, খুৎচা অতৈনা তিংনা তিংনা লৈগনি, মসিবু 'খোয়দোশাবা খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—মথক্কী লরাই খুৎথেক্না মায়ৈ ফৈ (পোৎথন্নবা), ফৈজা উক্রোঙ অহোবা, রাখল তৌবা, অরাংবা—অসিনচিংবা অসি 'খোয়দোশাবা খুৎথেক'না শীজিয়ৈ।

৫। য়া-শাবা খুৎথেক—খুৎ য়েং-ওয় পুমতিং তিংগনি, খুৎ-নাউবী অনি চেপ্না শন্নগনি—মসিবু 'য়া শাবা খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—মি'শেল য়েংবা, লাইদা লৈ কৎপা, হুমিত্তা ঈশিং কৎপা, চাইথবা, ঈশিং শিংতোকপা—অসিনচিংবদা 'য়া শাবা খুৎথেক' শীজিয়ৈ।

৬। চীনবান শাবা খুৎথেক (শকট)—খুৎ য়েং-ওয়গী খুৎপী অনিমক শন্নগনি অমসুং খুদোম্বী অনি মতোন মতোন শন্নগনি, খুদোম্বী অনি খুৎপী অনিগী ময়াক্তা খুৎপীমুক লাওহন্নগনি, লেমহোবা খুৎচা পুন্নমক্না তিংগনি—মসিবু 'চীনবান শাবা খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম হিংচাবা ( নাতোন শুম্বাঙগী কোই, মকোই ক্রীং-ক্রীং

চোংসা শাউবা, তীস, কুয়াক অচৌবা পাইবা। অসিনচিংবদা মসি শীজিন্নবা য়াই।

৭। **লুথম শাবা খুৎথেক**—খুৎ অনিমক্কা উপনা খুদোন খুদোন শম্নগনি, খুবাক তিংগনি—মসিবু 'লুথম শাবা খুৎথেক' কৌই। (লাইচিং খুৎ অনিনা মতোন মতোন শম্নরগা লুথম শাবা ওই)। শীজিন্নফম—তীংসী-য়াওসীবা, হকামচনবা, হকচাং থেকপা অসিনচিংবা অসি 'লুথম খুৎথেকনা' শীজিন্নবা য়াই।

৮। **হকচাং লাংবুম (স্বস্তিক)**— খুৎ য়েৎ-ওয়না খুবাক তিংনা কায়ন চনগনি, য়েৎনা মথক থংগনি, খুজেং খুজেং শম্নগনি—মসিবু হকচাং লাংবুম-খুৎ কৌই। লাইচিং খুৎথেক অনিনা য়েৎ-ওয়না কায়ন চনগনি য়েৎনা মথক থংগনি খুজেং খুজেংদা—মসিবু 'হকচাং লাংবুম খুৎথেক' কৌই। **শীজিন্নফম** নিংথম্বা, কিবা, থুপ্পা, ইকাইবা, পুং ঔরাইবা, রাথল চমন্নবা, কোনশিনবা, উচেক মশাখপ্পা, সমুদ্র-ইথক, কিত্নবা লোয়া চেনবা, কাংগী উত্রা, কুম্ভীর অসিনচিংবা অসি 'হকচাং-লাংবুম-খুৎথেক' শীজিন্নবা য়াই।

৯। **য়াও শাবা খুৎথেক**— খুৎ য়েৎ ওয় অনিগী খুদোন তয়া-মক শম্নরগা খুৎনম-খুৎনম থেনগনি, খুদোলনা মথক ওনথংকনি—মসিবু 'য়াও খুৎথেক' কৌই। **শীজিন্নফম**—ওম্না তৈনবা রাথল. তিন্নবা য়াদবা, অরাংবা মতোন, য়ুমলোল, চূড়া—অসিনচিংবা অসি 'য়াও খুৎথেক্না' শীজিন্নগনি।

১০। **থরায় হাপ্পা খুথেক**—ওয়গী খুৎনা খুৎচাশিং শম্ননা খুবাক কোন্তক ফৈনা থম্নগা য়েৎকী খুৎনা খুবাক কোন্তক মথক্তা উপ-কনি, মসিবু 'থরায় হাপ্পা খুৎথেক কৌই। **শীজিন্নফম**—মখুম, ইথক থোংবদা নোঙ্লুক্লা য়া ওাওবা, হুরানবা, মীনম্বা. পোৎ নোইহৎপা অসিনচিংবা।

১১। **লৈন্দুৎ থোঙলেন খুথেক**—য়েৎ-ওয়গী খুৎপী খুদোম্বী কন্দোরুনা, য়েৎ-ওয়গী খুৎপী খুদোম্বী অনি মতোন মতোন শম্নগনি,

কোয়না অহোবা অমা থমগনি—মসিবু 'লৈহুং-খোঙলেন-খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—উক্রোঙ অহোবা, থৈজা, পোং থম্নবা থৈ, উতোং অহোবা, উখোঙ, পাত্র থাংগত্তুনা ঈশিং থকপা, চোংগা, দুর্ঝিন— অসিনচিংবা অসি 'লৈহুং-খোঙলোন'না শীজিন্নবা য়াই।

১২। থরায়নিবা খুৎথেক—খুৎ অনিমক য়ুংনা খুৎশীগা খুৎশীগা চেপ্না শম্নগনি, খুৎনাউবী অনি মতোন মতোন শম্নগনি, খুৎচা অতৈনা লল্লপা তিংনা লৈগনি, খুবাক মরু অনি নপ্নগনি—মসিবু 'থরায় নিবা খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—অশাংপা থম্বাল, খয়োম, লৈ কংপা, কেতুকি, উহৈ য়াবা, মৈবুন, লোঙশা মচীন, রাখল চময়বা, বোল ওকপা,—অসিনচিংবা অসি 'খয়োম খুৎ থেক্না শীজিন্নবা য়াই।

১৩। খুজেং লৈবী খুৎথেক (চক্র)—খুবাকী খুৎচা লম্ভক তৌরগা য়েৎ-ওয় অনিনা খুজেং নরুনা য়েৎশোমদা মথং মথং লৈথগনি—মসিবু 'খুজেং লৈবী খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—জগোই শাবদা শীজিনৈ, উরুরু লৈবা, থাঙ হাইবা তাকপা, জগোইনা খুরুম্বা, মঙ্গলগী মতমদা শীজিন্নবা য়াই।

১৪। ইকূপ খূৎথেক (মৎস্য)— ওয়-য়েৎকী খুৎ অনিনা খুৎশী ফাক্তোক্লগা খুৎচা অতৈনা নপ্নগনি অন্তুগা ওয়গী খুৎনমদা য়েৎকী খুবাক্না ননগনি, খুৎশী অনি হাইদোক্নি—মসিবু 'ইকূপ্পা খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—ঙা, ঙানা ঈশিংদা চাবা, মসি 'ইকূপ্পা খুৎ'না শীজিন্নবা য়াই।

১৫। চুক-য়ুংবা খুৎথেক—ওয়গী খুতুম মথক্তা য়েৎকী খুতুম্না ননগনি, (খুতুম অনিমক য়ুংনা লৈগনি) মসিবু 'চুক য়ুংবা খুৎথেক' কৌই। শীজিন্নফম—থম্মোই ফাজিনবা, উচুক য়ুংবা, কৌ-গুবা, লৈবা, কীন্নান চৈখোক পায়বা, গদা শীজিনবা অসি চুক য়ুংবা খুৎথেক্ন য়াই।

১৬। থবাক শাবা খুংথেক—খুং য়েংনা ওয়গী খুনম মথক্তা থমগনি, য়েং-ওয় অনিমক খুংপী মুংখৎকনি, খুবাক কোত্তুক তৌগনি—মসিবু 'থবাক শাবা খুংথেক' কৌই। শীজিন্নফম—উচেক মশা খপ্পা, নুপীগী থবাক, যুপকাষ্ঠ পুং ঔরাইবা—অসিনচিংবা অসি 'থবাক শাবা খুংথেক্না' শীজিন্নগনি।

১৭। ঙানফম শাবা খুংথেক—খুং য়েংকী খুংয়ায় খুং-নিংথৌ অনিমক নপ্পরগা খুংপীনা শোক্কনি, খুদোম্বী খুংনাউবী তিংগনি, ওয়গী খুবাক তিংলগা য়েংকী খুজেংদা খুদোম্না শোক্কনি—মসিবু 'ঙান-ফম শাবা খুংথেক' কৌই। শীজিন্নফম—ঐগী নুপী, শজিমচা, অসি-নচিংবা অসি 'ঙানফম খুংথেক্না' শাই।

১৮। খৌরী তোংদম খুংথেক—খুং অনিমক খুংপী কন-দোক্কনি, খুংপী অমগী মতোন্দা খুংপী অমনা শোক্লগা ওয়গী খুংনমদা য়েংনা ননগনি। মসিবু 'খৌরী তোংদম খুংথেক' কৌই। শীজিন্ন-ফম—যুপকাষ্ঠ, অরাংবা চীংদোন, উচেকনা মশা খপ্পা অসিনচিংবদা মসিনা শাবা য়াই।

১৯। লেংপাক শাবা খুংথেক—খুং অনিমক খুবাক তিং-গনি। অমত্তুং য়েংনা মথক থংনা কায়ন চনগনি, খু'জং খুজেং থেংনগনি—মসিবু লেংপাক খুংথেক কৌই। শীজিন্নফম—সমুদ্র-ঈথক, অরাংবা চীংদোন, নিংথম্বা, অকিবা, নুপীনা ইকাইবা, পুং ঔরাইবা—অসিন-চিংবা অসি লেংপাক খুংথেক্না শীজিন্নবা য়াই।

২০। থরায় হাপ্পা খুংথেক—ওয়গী খুংনা খুংচাশিং নপ্পনা খুবাক ময়ায় কোত্তকনা লোংনা থমগনি, য়েংকী খুংনা ওয়গী মওঙদা ওয়গী খুংতা উপশিনগনি। মসিবু থরায় হাপ্পা খুংথেক কৌই।

শীজিন্নফম—লাই নীংবা, ধ্যান তৌবা, নৈহৎপা, নোইহৎপা জগোই শাবদগী শীজিন্নৈ, পূজাগী মতমদা শীজিন্নৈ, মখুম খুমজিনবা—অসিনচিংবা অসি থরায় হাপ্পা খুংথেক্না শীজিন্নবা য়াই।

২১। চীরোঙ-চীরেন খুৎথেক—খুৎ অসিমক খুবাক তিংনা কায়রন চনগনি অমসুং খুৎ লোংথোকনি। মসিবু 'চীরোঙ-চীরেন' খুৎ-থেক কৌই।

শীজিন্নকম—মন্দির মতোন, চীংদোন, উচেক মশা খল্লা, যূপ-কাষ্ঠ (বলি তৌকম চুক), কৈরেন কৈজাউ মমায়—অসিনচিংবা অসি চীরোঙ চীরেন খুৎথেক্লা শীজিন্নবা য়াই।

—শ্রীথম্বাল শর্ম্মা

# খুনুং ঈশৈ (মণিপুরী লোকগীত)

(ওক্টোবর ২৬ অয়ুক)

## ঈশৈনা হৌরকপা —

ঈশৈগী মরুদি শব্দনি। শব্দগী কুপ্লবা খোন্থাঙ—'নাদ'দগী সঙ্গীত খোয়রকপনি হায়নৈ। প্রাণবায়ু অমসুং ইচ্ছাশক্তি অনিগী তিন্নবনা কুপ্লবা স্বর (সূক্ষ্মস্বর)—'নাদ' পোকই। শাস্ত্রনা হায়রি—'না' হায়বা ময়েক্লা প্রাণবায়ুনি, 'দ' হায়বা ময়েক্লা মৈগী মশক্তি। অনি অসিনা তিন্ন ছনা থোকই হায়রুনা 'নাদ' হায়না খঙনৈ। (শ্রীকৃষ্ণ-রস-সংগীত-সংগ্রহঃ)

নাদ মখল অনিনি—'আহত' অমসুং 'অনাহত'। অনাহত নাদদি অসুক্কী মতিক কুপপ্রে মচুদি চুমগী নাকোঙনা ভাবা ঙমদ্রে। আহত নাদনা মফম, মতম অমসুং ফিবমগী মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা মওঙদা খৌনাউগী থোঙদা মপান খোয়রকপা মচুদগী সঙ্গীত (ঈশৈ পোক্লে।)

য়েলহৌতৈদা মীওইবা জাতিগী খন্নোইনুংগী থুপ্লবা মকমদা লো-ভুনা লৈরম্মী সঙ্গীত। অদুবু মহৌশা লাইরেম্বীগী অতৈ মরাশিং—

শা-উচেক কয়াগী খোংবদা ঈশৈগী মশক কোঙদোক্লম্মী। মতৌ তম্বনা মীওইবা জাতিগী মতম চুপ্পদা হৌনশানি। হিংননবগী কন্না নোমবা অমস্তুং হোৎনবা তাবনা মীওইবগী পুন্সীদি মতম চুপ্পা চিন্দুনতা লৈবনি। হিংননবগী কন্না নোম্বা চৈরক্তা অহাঙবা মতম থিংনা মহৌশা লাই-রেম্বীগী মকমদা মীওইবনা থম্মোইনুংগী রাকৎ ফোংদোক্লবা কন্না লাক্লজে। অরা-মুংঙাই কয়াগী মরক্তা শান্তিগী আশাদা তাইবঙশেম্বা মপুগী মকমদা থম্মোইগী অয়োনবা রাকপু হেক হেক ফোংদোকচৈ। অচুগুম্বা রাকমশিং অচুদা য়াওরম্মী 'সুর'। মথল মথা কয়াগী সুর নত্রবসু স্বর অমা, অনি মন্ত্রগা অচুমগী অমদি ইচম চম্বা ছন্দদা য়েলহৌঙৈগী মী-ওইবনা শেমজরম্মী ঈশৈগী অহানবা যুক্তম। তোঙান তোঙানবা শা উচেক কয়ানা খোংবদা তারম্মী মথোয়না নুংশিবা খোঞ্জেল অমস্তুং ফাও-রম্মী পূক্নীংগা শান্তি। মচুদগী মীওইবনা অচুগুম্বা খোঞ্জেনশিং অদু পুদুনা মশাগী ওইবা সুর অমস্তুং রা (মরেক) দা ঈশৈ শেম্বা হৌরকই। মমৈদা চাওথৎপগী য়াওন মতু ইন্না ঈশৈগী শক্তম মথং মথং হোংল-ক্লনা ভাব কথানা থল্লবা অমস্তুং মীরমলেনতগী নক্তনা লাইরমলেনগী ওইবা, রাংলবা আদর্শবু তাকপা ওয়বা নীংথিরবা কলাবিদ্যা অমগী মশক ওইরকই।

য়েলহৌঙৈগী মীওইবা জাতিগী পুন্সীদা ঈশৈ-জগোই হায়বসি হিংননবগী নোম্বা অমস্তুং হোৎনবগী মরক্তা তঙাইফদনা চঙবা শিনক্তম অমনি। অচুগুম্নবা চম্নবা সুর অমস্তুং ছন্দদা শকপা শাবা মচুদা চুমগী শরুমচেৎ, উকক-রাকক-তা ফৃতুনা য়ৈতুনা পুথোকপা মথোল, শঙ্খা তিংবা যন্ত্র অমদি খুবাক্কী মথোল শীজিন্নদুনা থম্মোইনুংগী ফোং-দোকনী বদো হেন্না মপুং ফানবা হোৎনরম্মী।

থায়মা মীওইবনা ঈশৈ শকই, জগোই শাই পূক্নীং-থরায় অমস্তুং রাখল পুন্নমক হাপ্তুনা। মচুগা লোয়না লোয়ননা থিজে করিগুম্বা লোক্তুনা লৈরিবা শক্তি অমবু ফংনবা। হিংনবা নোম্বগী অচিনবা মরক অচুদা মীওইবনা য়াবু য়াকায়রহনবা ঙমদে। অদুবু জগোই-

ঈশৈগী মতমদা মীওইবনা শক্তি অহুগী অনুভব তৌবা ঙমজে। অনাবা কহনবা, কত্তবা তান্থোক্লবা অমুগা অতৈ হিরম কয়াগী ওইনা উৎসব, থৌগোক-কূম্বেগী ঈশৈ-জগোইগী মতমদা পূক্নীংগী পাঙ্গল অমসুং মহুগী প্রভাব মীওইবনা নীংথিনা খঙবা ঙম্মী।

ঙসিগী চাওখৎলবা মীওইবা সমাজগী কলা সংস্কৃতিগী জগৎ অসিদা থায়নগী চাওখৎখ্রিবা খুনুং-ঈশৈ-জগোইগী মমল লেপ্পা ঙমদবা য়াই নত্রগা মতিক চাবা সম্মান উৎপা ঙমদবসু য়াই। অদুবু চাওখৎলবা ঙসিগী কলা-সংস্কৃতিগী বিকাশ অমসুং হৌরকপদি থায়নগী অসিদগীনি হায়বসিমদি চেনবা য়াত্রবা য়াফমনি।

## মণিপুরী খুনুমুং-ঈশৈ—

লোকগীত নত্রগা 'ফোক-সোং' হায়রগা হৌজীক ঐখোয়না খঙনরিবসি ঙসিগী চাওখৎলব মীওইবা জাতিগী কলা-সংস্কৃতিগী মমি তাত্রবা ঈশৈ মখল অহুনি হায়না লৌবা য়াই। শম্মা হায়রবদা সহরগী চাওখৎপা খুংশেম চঙদবা ইচম চম্বা থায়নগী অমসুং খুনুমুংগী ওইবা ঈশৈ মখলনি। মসিদা স্বরগী মওঙ ( মেলোডিক-ষ্ট্রাকচার ) হঞ্জিন হঞ্জিন শকপদগী রা—ঈশৈগী ময়েক্লা হেন্না মরু ওইহল্লি। স্বরগী খেন্নবা ( ভেরিয়েশন ) অনি অহুমদগী পঙহেন হেন্দ্রবসু ছন্দ অমসুং তালদি অহুম্মক য়াওই। চঙলিবা স্বর ( মিউজিকেল নোট ) মশাংসু অহুম মরিদগী হেন্দে। মরম অসিদগী অসিগুম্বা খুনুমুংগী ওইবা শৈহেক শৈদাগী ঈশৈবু 'খুনুমুংগী ঈশৈ' নত্রগা 'খুনুং-ঈশৈ' হায়বা য়াগত্রা খল্লি।

## ঈশৈগী মখল—

মণিপুরগী খুনুমুং-ঈশৈগী মখল চাউবাক্লা মখাগী অমুম্মা থায়দোকপা য়াই—১। পেনা, ২। খোংজোম পর্ব্ব, ৩। কূম্বে থৌগোক নত্রগা উৎসবশিংগা মরী লৈনবা ঈশৈশিং অমসুং শিন কোয়বা ঈশৈশিং, ৪। শাই নত্রগা মোইরাং শাই হায়না খঙনবা ঈশৈ।

১। পেনা—

মণিপুরগী খ্বায়দগী লিয়বা ঈশৈ মখলনি। তশেংবদি ঈশৈ মখল অসিদা শীজিন্নরিবা যন্ত্র অহুগী মমিংনি 'পেনা'। পেনা শকপা ওবা-শিংনা কয়া থাক্তে—লাইনা পীবা অমসুং লাইগী মশক ওইবা যন্ত্রনি। লৈফুরেল-নামুংবী অমসুং অতিংকোক শিদবা অনিগী অপুনবা শক্তিগী মশক ওইবা যন্ত্রনি। পেনাগী হৌরককম অমসুং কয়া কুইরবা মসিগী খোইদোকপা মরী মখোঙ, ইতিহাস অমসুং পুরা মৈনবিবশিংগী মফমদা লাম্ভোকচরবসু মসিমদি হায়জনীংই মহুদি, পেনাগী প্রভাব অসি মণিপুরগী পরম্পরাগী ঈশৈ খুদীংমক্তা ফজনা চঙই। হৌজীকী আধুনিক-ঈশৈ নত্তনা মণিপুরগী ঈশৈ খুদীংমকী যুক্ষমদি পেনানি হায়বদা হায়-মনবা থোকলোইদরা খঙ্গে।

পেনাগী শৈশক্তা জাতি অ'সগী মশাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা সুরবু ( টিপিকেল টিউন ) ময়েক শেংনা তাবা ফংই। শৈশক শৈহেক অসিদা হৌবনগী লোইবা ফাওবা অনি, া খোম্ভোকী ঈথক হৌহল্লি। করিগুম্বা স্বর অমবু হঞ্জিন হঞ্জিন উচ্চারণ তৌরগা অনিকপা খোম্ভোক অসি থোরকই—মসিবু ঈশৈগী লোন্দাদা 'কম্পন' হ যরগা খঙনৈ। অসিগুম্বা কম্পন অসি পেনাদা অমুকী মত্তিক কুপ্পা অমসুং কুনে শীজিন-নগ্রে মহৃদি, মহুগী চাং মত্রগা পাদম লৌবা রারে। করিগুম্বা তোঙান তোঙানবা স্বর অনিবু অমনা পীরু অমসুং অমনা চাউনা অমুক্তদা পুরা উচ্চারণ তৌবা ভূমিকা'গী মওওস্র পেনাদ ফজনা চঙই।

পেনা যন্ত্রগী মওও মতৌ অমসু. শারিবা চঙইবা পোৎ-চঙশিং—

যুবীগী হিদাকফু অমবু তংখায়দগী থর কল্প খায়রগা শউনগী পুংমায় হাপ্ত্না উগী উয়েপ নত্র া মওক অমা লম্ব ওইনা থিল্লোক্লগা রাগী উতোং অমা পুহুনা পুংমায়গী মথক্তা তেওখল নত্রগা ত্রিজ মচা অমগী মথক্তা শামৈ চবুন অমা খুদোল অমগুম্ব শন্দোক্ল তিংবনি। অতোপ্পা, স্নোংকী অকোনবা উগী নত্রসা রাগী খুৎপায় পানবা অমদা

শাদৈ চবূল অমা তিংবহূনা লেন্দুনা থোংনবা 'চৈজিং' ওইনা শীজিন্নৈ। পেনাগী চমূদি থান্নবা উরু-য়াক নত্রগা তূখানা ওইরম্মী। কাইনথওদা হিদাকফু-য়ুবী মনীংনা শিনজিল্লকপনি অস্মুন্না হান্নৈ। পুংমান্নগী অপাকপা চাউয়াক্লা থূনম অমরোমনি। পেনাগী অশাংবনা চাউয়াক্লা থূহুপ অম-গুম্বনি। শাদৈ পুরিবা য়াগী উতোংগী মমায় (ডায়েমিটার) চাউয়াক্লা থূদোল অনিরোম ওইগনি হায়বদি থূংগী অমস্তুং থূদোম্বীনা কোমন চপ্তূনা পায়ব য়াগনি। চৈজিংগী অশাংবা, অজ্ঞি ময়েক শাবা য়োংকী অকোংপা অমস্তুং উগী নত্রগা য়াগী থূংপায় পূম্না 'শা' অমওম্ব হায়বদি থগায়দগী কাপ অমা তাবনি।

শৈশক-কাওলুপ—

ভাব, রস, ময়েক অমস্তুং শৈশক-ষ্টাইল মতুংইন্না চাউয়াক্লা পেনাগী কাওলুপ (কেটাগোরাইজেশন) অহুম থোক্লা থান্নদোকপা য়াই।

১। লাইরোল—মসিদা লাইগী মকমদা হায়জবা নোঙবা, লাই-শিংগী পেন্নবগীদমক, লাইশিংগী মতিক মগুণ শৈথাবা অমদি লাই-শিংগী য়াকায়রোলনচিংবা মখল থূদিংমক কোনশনবা য়াগনি। মসি-গুম্বা শৈশকশিং অসি য়াম্না চীং-লেম্মী অমস্তুং মক ওইনা শান্ত অমস্তুং মধুর রসনা আধায়নি।

২ শুবদা—য়ারী পরিং নত্রগা কাব্য শকপা।

মসিদা নিংথৌরোল, কংলৈরোল, থোইদোকস্তু মোইরাংগী থম্ব-থোইবীগী হুংশিন্নবা ঈশৈ পরিং কোনশনবা য়াই। শৈশক অসিদা শৃঙ্গার, বীর অমস্তুং করুণনা মক ওইবা রসনি।

৩ শুবদা—হৈরোল-লৈরোল।

হৈরাং-লৈরাংগী হুংশিবা মনম তারগা অমদি রুজবা মশক উরগা মীওইবগী পূক্নীংদ অশেংবা হুংঙাইবগী রাখল অমা কাওরকই, মতুদগী মহৌশা লাইয়েম্বীগী কজববু শৈথাহুনা মীওইবনা শরুকই। অসিগুম্বা শৈশক অসিদা কল্পনাগী থাক য়াম্না য়াংই। নীংথিজরবা প্রমাণ-উপমা-

নচিংবা অলঙ্কার-শাস্ত্রগী মচাক্না থম্লবা শৈশক্কি। রসনা মরু ওইনা শৃঙ্গারনি। শৈশক কাওলুপ অসিদা মহৌশাগী কজবা, নীংথিবা থিবীকপু শৈথাবা মথল অয়াম্বা কোনশনবা য়াই।

## পেনাগী চৎনবী শৈশকশিং —

পেনাগী চৎনরিবা শৈশকশিংদ চাউরাক্না তরেৎ-নিপান শুরি— রাগহৌবা, হেপলি-পাবোৎ, শীকপ্লোন, লৈমরোন-শৈরোন, পাম্হোইবী শৈরোল, কালেন-শৈজিং, হেপলি-থাওরৈ অমসুং জাৎ-শৈশক—অসি-নচিংবা। হায়রিবা শৈশকশিং অসিদা শীজিন্নরিবা স্বর অমসুং লৈরিবা স্বরগী থেন্নবশিংবু (ভেরিয়েশন) নৈনম্বনা য়েংবগী মতাংদা য়াম্না কুপ্না থিজিনবগী চাউরবা অধ্যায় অমা লৈরি। অহুমকপু শৈশকশিং অসিগী শকলোন অমসুং কোংদোম্বকপা মওঙ চাউরাক্না প্রাক্টিকেল ওইনা থম্লদং উৎচগে।

### ১। রাগ হৌবা—

শৈশক অমগী অহৌবনি। রাগ সঙ্গীত-তা হায়রবগা আলাপকী শরুক অহুনি। স্বর অমা অনিতদা 'হয়ুম, হয়া হে' না হৌবা য়ারোল থম্বু ছন্দ নাইনা উচ্চারণ তৌবনি। মসিদা সুরদগী য়া-গী শরুক্না হেন্না নম্মী। শীজিন্নরিবা স্বর (মিউজিকেল নোট) শিংদি অসুমনি—

সস, রর, স, সরস, রস, সরস, স, সর, স—অসিনচিংবা। বড়জনা মুখ্য স্বরনি, শাস্ত অমসুং চীং-লেম্বা স্বরনি, ভাবকী পোৎকমনি। অহুনবা শৈশকী অহৌবা রাগদ মরু ওইরিবা?

### ২। হেপ্লি পাবোৎ—

অকল-অথৌগী ভাব কোংদোকপা স্বর অমসুং ছন্দনি। ওয়া-শিংনা হায়রৈ—'গগ, গর, স, গ, গর, স'— শুদ্ধ-গান্ধারনা স্বরশিং অসিগী মরু ওইবা মপুংনি। স্বর তরেৎকী ময়ুংদা শুদ্ধ গান্ধার অসি য়াম্না থৌবা অমসুং লাকওম কাওমত্রবা ওইনম্ব শীংথানৈ।

### ৩। শিকপ্ লোন—

অন্নাবা-ভেংথা নাইওইগী ভাব কোংদোকপা শৈদানি। স, মমম, মম, মমম, মম, মগ, গগ, গর, স— অসিগুম্বা রূপ অসিদা শুদ্ধ-মধ্যমনা থৌজাল অমম্বুং মুংশিবা প্রেমনা মাগী ওইবা অন্থুঙবা প্রভাবপু কন্না শন্দোকই।

### ৪। লৈমরোল শৈরোল—

হুরাউ ভয়ামগী মুংঙাইবা অমসুং ফজবগী কোংদোকপদা শীঞ্জিন্নবা শৈদানি। স্বরগী মওঙদি -

স, রস, পগ-প, প প, প, পপ, পগ, প, পগ, পর সর, স— অমুমনি। ষড়জগী যাম্না চান্নবা অশোনবা স্বরশিংবু মাঙোন্দা চঙজকম পীওম্বা, মত্তিক-মগুণ চেনবা অমসুং মুংঙাইবগী মশক ওইবা ফজরবা পঞ্চম-স্বরনা মসিদা মপুং ওইহল্লি।

### ৫। কালেন শৈজিং—

কায়নবগী লাঙওরুবা-বিরহনা শৈশক অসিগী মপুং ওইবা ভাবনি হায়নৈ। স্বরগী মওঙ –

প—গপ, গপ, স, র স —অসিনচিংবা অসিনা ভাব অসিবু কদায় কাওবা ফোংদোকলিবা চায়বহ্ অতৈসু খরা থিজিন্নীংঙাই ওইরি।

### ৬। পান্থোইবী শৈরোল—

লৈশী লৈথোন্দুনা লাইগী মফমদা হাযজ-নোঙ্গবগী মথুং হুজনবা ভাবকী ঈচেল লুরবা অমা শৈরোল অসিগী মন্নুংদা চেল্লি। স্বরদি—

স, রস, গপ—পপ পপ, পগ পগ, রর—গপ, গর, গগ, স, স,— র - স, - অসিনচিংবা অসিনি। মসিদা কাখিবদা পঞ্চম অমসুং কুমকপদা ষড়জদা স্বরগী পোত্থাক্রম ওইরি। চৌংলেম্বা (শান্ত) অমসুং মুংঙাইব ( আনন্দ ) অনিমক শৈরোল অসিদা মরেক শোন্না ফোংদোকই।

৭। হেপ্‌লী থাওরৈ—

অনৌবা অমসুং ফজবা শৈথাকদা পীজিন্নবা শৈরোলনি অসুম্না হায়নৈ। স, গ, গ, — সগ — স অসিনচিংবা স্বর ষড়জ্‌ অমসুং গান্ধার ত্তমক পীজিন্নরি। পঞ্চমদি য়াওদ্রি।

৮। লাং শৈশক—

খুংঙাইবগী ঈথক ইপোম হৌরবা ফজরবা শৈশক্রি। শৈশক অসিদা কেম নৌজবগী ছন্দ অমসুং তালগী মওঙ ফজনা উংলে। স্বরদি

—'স পপপ, প-পগ, প— - গ, সরস — অসিনচিংবা।

স্বর অসিদা ষড়জ্‌ অমসুং পঞ্চম — স্বর অনিগী তিন্নবা (কোম্বি-নেশন) মরেক শেংনা ফজনা হ য়বা য়াই। শৈশক অসিনা কোংদোক-নীংলিবা ভাবপু য়াম মকা লামহল্লি।

পেনাগী স্বরদা থেন্নবা মথল (ভেরিয়েশন) মরু ওইনা অনিত্তমক উবা ফংই। মতুদি—খুংঙাইবা কোংদোকপগী স্বরদা—

স, প, প, প পপগ, প-গরস নত্রগা সপ — - প, প গ —

পগ, সর — স, — অসিনচিংবা।

অমনা অরাবগী ভ বতা তেংথা মাউওইগী স্বর —

স ম —ম, ম ম গ,—ম গ র, স র, স অসিনচিংবা অহানবগী অসিদা পঞ্চম, অকোনবগীদা মধ্যমনা মুখ্য স্বরনি। স্বর অনি অসিগী মশা মশাগী ওইবা গুণ অমসুং প্রভাবনা সুরশিংসিদা চঙতুনা অরাবা অমসুং খুংঙাইবগী ভাবপু মরেক শেংনা কোংদোকই। পেনাদা, হায়-রিবা থেন্নব-স্বর অনি অসিতনি মপুং ওইরিবা। স্বর অনি অসিনা ওস্থাঙ ওনশিন কয়া তৌতুনা পেনাগী শৈশক শৈরোলময়াম অসি শকহল্লি। পেনা শৈশক্তা চঙইবা স্বরনা (ম্যুজিকল নোট) মরু ওইনা মঙানি—স প ম গ র

লৈমরোল শৈরোল খুংঙাইবদা স প গ র স

অরাবা শিকপ লোনদ—'স ম গ র স'। মসিদা পঞ্চমগী মহুংতা মধ্যম পীজিন্নরকই।

কড়ি-মধ্যম অমসুং ধৈবত চঙবা স্বর অমগা লৈরি—

'শোক কপ্পোং লাঙয়াথেল কুব লাইমকোল ককচেংনা লাইকারম' হায়বনচিংবা ঈশৈদা—

ম্ম ম্ম ম্ম | পপ | —ধ—প | ম্ম প-প গু | প—গ | সরস—।

শৈহেক অসিগী লয় (টেম্পো) অয়াম্বদা থুনা শীজিন্নৈ। মসিদা তালগী চুংঙাইবা ইহুল অমসুং লয়গী ইথক-ইপোম কজনা লৈহন্নি।

মসি নত্তবা পেনা ময়োল অমগা লৈরি অথুবা লয়দা——

গ র গ | গ র স— | প প র গ | স র স— |

স ন্ স— | স ন্ স স | —গ প গ | প র স— |

তশেংবদি মসি যন্ত্রগী (ইনষ্ট্রুমেন্টাল) ময়োল ওইনা তৌই। পেনাগী সুরদা নিষাদ শীজিন্নবা মতাং অসিদা থেংনৈ। নিষাদকী মতুংদা লাকইবা অহানবা গান্ধার অসি খর নৌবা গান্ধারনি, মতাং অসিরাইদদি অকুপ্পা খোন্থাঙশিং—শ্রুতি নত্রগা মাইক্রোটোনগী মওঙ কজনা শীজিন্নরে। কম্রিগুম্বদা হৌজিক-কালগী যান্ত্রিকশিংনা খর নৌবা গান্ধার অসিবু কোমল গান্ধার ওইনা লৌহনা জ্ঞ জ্ঞ জ্ঞ গ র স—অস্নুমনা শীজিন্নবা থেংনৈ—মসিনা কদায় ফাওবা ওইকম পোকপা থিজিনবগী দরকারনি।

পেনাদা ছন্দগী লয়গী অমদি তালগী মওঙ য়াম্ন ফিবম তানা লৈবা উই। অদুবু অয়েবা বাদ্যযন্ত্র অমা শীজিন্নদুনা তাল সঙত শীবসি কন্না থেংনদে। অস্নুমনা পেনাগী শৈশক শৈরোল মতুংইন্না খায়দোকলিবা কাওলুপশিং অসিবু তোঙান তোঙানবা ধারণাগী মখল অমমমনি হায়না লৌবা য়াগত্রা খঞ্জে।

২। খোংজম পর্ব্ব—

ঈশৈ মখলা অসি ইকুই কুইত্রি, চঙি চামা কাদ্রিবনি। ইং কুমজা ১৮৯১ দা মণিপুরগী নীংতম্বগী লানফমদা মৈতৈ-লৈমগী অথৌবা মপারিশিংনা ময়েপাক্কীদমক ইচঙ থৌনা মথম্বায় কৎথিবা মহুগী কাউওমত্রবা

সুর অমমা শৈখল অসিদা হৌবদগী লোইবা কাওবা নীংশিংবগী খোম্বাও রৈহল্লি। বীর-না মপুং ওইবা রসনি। মাত্রা ৮ গী তাল অমদা পাঞ্জাবী ঠেকা নত্রগা সোকাগী লয়চংকুম্বনা মপুং ওইবা গতি ওইরগা মরক মরক্তা 'করাজ' হায়রগা খণ্ডনবা ছন্দগী অহোংবা (রিদথমিক ভেরিয়েশন) পীহুনা অকল-অথৌ অমস্তুং হচহ থৌবব্ নীংথিজনা কোংদোকই।

থম্বনীংঙাই ওইবদি 'খুনম্নুং-ঈশৈ' নত্রগা 'লোক-গীত' হায়বসিদা মতম কুইনা চংনরক্লবা 'অরিবগী' রাকম অমা লৈবা তাবনা শৈকম এসি খুনম্নুং-ঈশৈ হায়বসিদা চনগদ্রা নত্রগা চক্লোইদ্রা অসিনি। করিগুম্বা চনবা তারবদি—মসি ২ গুবা মণিপুরগী খুনম্নুং-ঈশৈ মথলদা থম্ব য়াই। অসিগুম্বা 'বীর-গাথা' গী শৈখল অসি পেনাগী সুরদ য়ুক্কম ওইরগা 'নট' ঈশৈগী শৈশক পুহুনা শেমখিবগী খুদম উবা ফংই, সুরগী মওঙ মতৌ (মেলোডিক ষ্ট্রাকচার) অসিদা মুন্না থিজিল্লুরবদি।

শৈখল অসি 'ধোবি লৈনৌ' হায়বা ওঝা অহুনা হৌদোকপিরম্বনি, মথংদা খুমন্থেমগী ওঝা 'চাওবা' নচিংবা ওঝাশিংনা মথং মথং লৈহৌই হায়নৈ। সুরগী মওঙ —স র গ ম (নোটেশন) গী পাম্বনা চাউরাক্লা থরদং উৎচগে—

স্থায়ীদা—ধ্ স স স স র গ— | ম গ

র স, স র গ ম প র স র—স।

অন্তরাদা—প ধ ধ প,—ধ স স—

স র গ—ম গ র স ন ধ প ধ ন স ন ধ প—গ ম ধ ধ ধ—

প ধ ন স ন ধ প, প ধ ন ধ প ম গ, ম গ র স

করাজ ছন্দগী অহোংবা — ছন্দগী অহোংবা (ভেরিয়েশন) পীরকপদা— ধ প—গ র স র স | স স র,—গ, প—গ র স রস।

অসিগুম্বা ছন্দগী অহোংবা করাক অসি মথক অহুম থোক্লা শীজিন্নবা থেংনৈ।—

অহানবদা মাত্রা ৮ গী তাল্লদা—

+
১ ২ ৩ ৪ | ৫ ৬ ৭ ৮ |

অনুবদা মাত্রা তরামথ্রিগী তাল্লা ৪ দা—

| | | | | | | | | | | | | |
১ ২ ৩ ৪ | ৫ ৬ ৭ ৮ | ৯ ১০ | ১১ ১২ ১৩ ১৪

অহুমবদা মাত্রা ১০ গী—

| | | | | |
১ ২ ৩ ৪ | ৫ ৬ | ৭ ৮ ৯ ১০

মাত্রা ১৪ গী অমসুং ১০ গী অসিদি অথন্নবা ওঝা'শিং নক্তনা সাধারণ ওইনদি পাঙশি শীজিন্নদে।

৩। খুনুং ঈশৈগী অক্তম থুবা মথক্কদি—কুমৈ ফিয়োং, থৌদোক উৎসবকা মরী লৈনবা ঈশৈশিং—শিম্না কোন্নবা ঈশৈশিং অসি কোনশনবা য়াই।

কুমৈ থৌদোক উৎসবতা মরু ওইনা লাই হরাওবা অমসুং থাবল চোংবা, নক্রগা কে ক্রে ক্রেক—পনবা যাই। ঈশৈ তা শক্তনা জগোইগী শরুকসু নীথিজনা য়াওবি।

লাই হরাওবগী ঈশৈদা—'রাকে'ম্লো'না হৌবা ঈশৈগী পরিং অথুবা লয় অমসুং ছন্দদা রাম্রমক মরীক চুম্মী। মরায় ওইবা লয়চা 'অঙৌবা শগোল তৌ'বরা, নিথৌবেক্কী শগোলদি মমৈ গে গে লাউবনি।' অতপ্পা লয়দনা— 'হৈর'ওথোয়নিদা চানবা হৈনিদা' নচি'ব ঈশৈশিং থোইদোকনা পনবা যাই। শীজিন্নবা তালদি মাত্রা ৬ অমসুং ৮ গী তালনা মরু ওইনা উট শৈথন অসিদা ইরাং পুক্কাগী মশক ( এটমোসফিয়ার ) অমা লৈতল্লি।

থাবল চে'ংবা নক্র'গা কে-ক্রে ক্রেক চো'ংবগী ঈশৈদা মরু ওইনা সুরগী মথক ( মেলোডিক ভেরিয়েশন ) অনিয়োমদগী পাঙহেন হেক্লা উদে। নোটেশনদা হায়রগা

স স গ—র, গ র গ—স, স স গ—র, গ র গ —, গ প ধ—ধ, প ধ —প গ, গ প—গ—র, স স গ—র গ।

শীজিন্নরিবা স্বর পাল্কায় অনিগী অকোনবা অসি কোমলমক্তি নত্তবা খরা নৌবা গান্ধারনি। মসিনা রাগা মুংশিবা অমসুং নৌহনবা অমা কাওহল্লি পূক্লীংদা, লয়দি অতপ্পা অমসুং রাগা চীং লেম্না—মাত্রা ১৪ গী তালদগী পোক্লকপা ছন্দগী মওঙ উৎলি। মসিগী মথং থুজিল-লকপদা মাত্রা ৮ গী তালদা লাকই—

স গ র স—গ র—স,—গ প ম গ—গ র স, অসিনচিংবা।

থাবল-চোংবীদা—হায়রিবা সুর অনি অসি নত্তবা খরা নৌখবগী মওঙ মানবা—'হৈরাঙ-খোরনিদা'গী কাইদাদা অমসুং মরাই ওইবা লয়দা থেংনৈ। অকোনবগী হায়রিবা সুর অসি থাবল চোংবমক্কীরা হায়বসি খিজিরিঙাই মশক ওইরি।

থাবল-চোংবা—মৈতৈগী ফজরবা ফোক-কলচর অমনি। মসি হৌজীক্তদি পূমহোং হোংলে হায়বা রায়ে। নক্ত্রগমা শিরে হায়বা রায়ে। মমিংত্তা ভারহৌরে। ঈশৈ য়াওখিদরে, যন্ত্রতমক—খোইদোক্লা বেন্দম্যুজিকতা মপূং ওইনা শীজিন্নরে। ঐখোয়গী ওস্তোক্লা লাইবক থীবনি। মসিদা সমাজ অসিগী খোইদোক্লস্ন সংস্কৃতি নৈনবা মীওইশিং অমসুং কলাকারশিংগী চেকশিনবা মিংয়েং চঙশিনফম থোকই। করম্না অমুক হিংগৎহনগদগে হায়বগী অকনবা থৌদাং লৌখৎফম থোকই।

থবক শিল্পা-কোন্নবা ঈশৈশিং মখল অসিদা লৌবুক্তা পাথং লৈশাবীশিংনা লৌ শূরিঙৈ অরা-পোখানবা ওইনা অরায় অথুম শরুবা থূরঙ ঈশৈশিং, লৌঙাকপদা শরুবা—'হা উরিৎ মাপঙবী' নচিংবা অমদি অঙাং নাউখেম্বদা শরুবা ঈশৈশিং পুশিল্লকপা রাই।

শিল্পা কোন্নবা অমসুং খৌদোক্লা মরী লৈনবা ঈশৈশিং হৌজীক্তি অরাম্বা তাবা ফংলক্তরে। মসিনা মখল মখা করাগী পান্থে শীজিন্নরনা থিব-ছন্দগী অধ্যায় অমা চাউনা লৈরি।

হৌজীক্তা—পেনা অমসুং খোংজম পর্ব্বগা রায়হনা শেন্দগী মওঙ মানবা—খাই নত্রগা মোংরাংশাই হায়না খঙনবা শৈখল অমসু চংনরকলে। মসিসু খোংজম পর্ব্বমক্তগীসু থরা অমুক নৌথরিবরা হায়না খঙে।

শৈখল অসি মণিপুরগী খুনুংং ঈশৈগী মনুংদা অমা ওইনা চনগত্রা নত্রগা পরম্পারাগী ওইবা ট্রেডিসনেল শৈখলশিংগী মনুং চনগত্রা হায়-বসি কোক অমসুং ট্রেডিশনেলগী থিওরিদা হাপ্তনা রায়া কৃপা নৈনবা অমা চঙই।

অতৈ মরু ওইবা নৈনগদবা থরা—হৌজিক অসিদা খুনুং ঈশৈ ( ফোক-সোং ) গী মশক অসি ইশেং শেংলক্তবা নত্রগা অরেপ্পা নাইদবা মওঙদা চথরকপগুম্বা অমা তৌরি। ওইবা য়াই, ঘরাণা খেন্নবা নত্রগা কলাকারশিংগী অশোনবা কয়ানা মসিগী মরম। অদুবু অরেপ্প—অচুম্ব শৈশক শৈরোল থিহনা হুমহনা পুথোকপা পুম্না কলা-কারশিংগী অমদি মীয়ামগী হৌজিক হৌজীক্তি ওইবা চাউরবা থৌদাংনি। মসিদগী থিন্থরবদি ফিবম হেন্না ফংচনক্তবা য়াই। ফোক-সোংগী যন্ত্র-সঙ্গীতকী মতাংদসু চান্নবা যন্ত্রশিং অমদি মশাগী কোন্নবা যন্ত্র থিবা তাই।

থিজিনবগী মতাংদা মমিং লৈরবা ওঝাশিং অমসুং কলাকার-শিংগী রেকোর্ডিংগী পুক্কৈ হেনগৎহনবা য়ামনা মতেং ওইগনি।

য়াকম অমনা—খোংজোম পর্ব্বদা খোংজোমগী থৌদোক অহুগী ৱারী নত্তবা ৱারী অতৈ কয়া নিংথৌরোলনচিংবা কয়াসু হৌজীক্তি শরুরে। কবি অমুক হায়গনি, রামায়ণগী ৱারী ফাওবা শরুরে। মসিগী মতাংদা লেপথোকনবা অমসু চঙত্রা হায়না খঙে।

জাতি অমগী মশক তাকপ মতম্দ খুনুংং ঈশৈ ( লোকগীত ) হায়বসিসু য়াম্ন মরু ওইনা চঙবা মচাক অমনি মরম অসিদগী গুসি,

পৃথিবী পুম্বগী ওইন "ইণ্টরনেশনেল—ফোক ম্যুজিক কাউ-ন্সিল"না খুনুঙ্গ ঈশৈগী লময় খোমজনবা অমসুং থিজিনবগী অচৌব থৌদাং অম পায়রথংলকলি।

খুনুঙ্গ ঈশৈ হায়রিসিবদু মরু ওইন চীন্দগী মথং মথং লৌন-য়কপা ওইন তৌবন, খর থৈনরকপ নত্রগ খর মাঙশল্লকপ শোয়দন মাওরম্মগনি অমসুং মাওরকখিগনি—খোয়দোক্লগী সুর মতাংদ। হিরম অসিদ ঐখোইগী পুক্লিং চংশিনব তাই অমসুং চেকশিনব মীৎয়েং মতম চুপ্পদ থম তাই।

খুনুঙ্গ ঈশৈগী মচুংদসু তোঙান তোঙানবা মথলশিংগী শকপ-শোনব মতমদ মাগী মাগী শৈশক-শৈখল অদুগী মচুংদ লৈব তাই। থিজিনবগী মতাংদ—থাপ্প অমসুং মচুং কয়া হুজিন্দুনা মহৌশাগী ওইব ফিভম-মতম-মকম অমসুং থৌদোক-উৎসব কয়া থীদুনা টেপ রেকোর্ড লৌরুব তাই। অদুগ ফংলকইবশিং অদু য়াম্ন লায়ব অমসুং অচম নোটেশনদ ইখোক্লুন থম তাই। মসিন খুনুঙ্গ ঈশৈগী সুর অমসুং ময়েক্কী অচুম্ব থাইনগী ওইব মশক অদো থিবদ য়াম্ন মতেং ওইগনি—মসি হৌজিক্কী থিজিনবা অমসুং নৈনব য়ুগ অসিগী দাবীমি।

শ্রীচান্দম গোপাল সিংহ

# কবুই জগোয় অমসুং ঈশৈ

( ওক্টোবর ২৬ অয়ুক )

**জগোয় ঈশৈ হৌরকফম :—**

জাতিগী সংস্কৃতি ওইবা জগোয় ঈশৈ অসি য়েলহৌঙৈদগী, লাইগা মীগা শম্নরকপদগী হৌদোকমিন্নরকপা মরম্না জগোয় ইশৈ অসি করম্বা মতমদা হৌদোকখ্রকপনো হায়বা অসি লাইরিক হৈবা অমসুং য়ারী খঙবা কনা অমত্তনা হৌজিক ফাওবা হায়রবা ঙমদে। জগোয় ইশৈ অসি মতম লৈবখিবিক্ত প্রকৃতিগী খোংদোই মতুংইন্না থাদোকরবা লৈতনা ইরোইহমিন্নরকলি। অহুগুম্বা প্রকৃতিগী খোংচৎপু ঋতুগী মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা শকফমদা ওন্দুনা চৎনরকলিবা পরম পরাগী সংস্কৃতিবু ঙসি ফাওবা কবুই নাগানা চৎনবী কইম অমদি ধর্ম্ম ওইনা চৎনরকলি। কবুই নাগাগী চৎমবী জগোয় ইশৈ অমসুং কিজেং লৈতেং পৃথিবীদা শুমতোপ তোপ্পী।

**চহি অমদা চৎলিবা থাগী মমিং অমসুং করম্বা থাদা করি করি হরাউ কুম্মৈ তৌবা ?**

শজিবু থা :—শজিবু থাবু নপগু ফুমকৈবু হায়না কৌই। নপগু হায়বা অসি চইন, চানবা চিঙ্গাক পুনি, থাইনা অহল লমনশিংনা চইন হায়বা চাক অসি খ্বাংদগী ইহান হান্না চাবা চাকনি হায়রুনা শজিবু থাদা চইন ছল্লি মরম অহুনা চইন হুনখিবা থা অদুবু নপগু ফুনকৈবু হায়না কৌখি।

**কালেন :**—কালেন থাবু নপচং ফুনকৈবু হাইনা কৌই নপচং হায়বা অসি চান্নবা অশেংবা ফৌ অহুবুনি। থাইনদগী চৎনবী ওইনা কৌদি হুনবা হাইবসি ইহান হানবদা খুলগী ওইনা পাখং ও লৈশাবী ও বা য়ুমথোং, খুদিংদা লৌ লৈবা ইমুংদা ফৌদি মুট অমমম থাররগা লৌযুক্তা

চংখ্রুলা মাগী মাগী লৌবুক্তা তোথোক্লগা হৌনবিনি হায়রগুনা কৌদি হুগনই। মহুবু হুনগবদি মহৈ মহৈ মমন্নাইগী লৌশিং অমুস্থু লোয়না হুনবা য়ারে। মমম অহুনা খুনগী চংনবী কো ইহান হান্না হুনখিবা থা অহুবু মপচং কু॰কৈবু হাইনা কৌই।

ইঙা থা :—ইঙা থাবু লাওফুন চুংবু হায়না কৌই। লাওফুন-চুং হায়বদি লৌ মথাই চনশিল্লকরবা মতম অমুবুনি। ইঙা থা অসিদা লৌ অসি মহৈ মহৈ মন্নাই চমন্নক্লবনি হায়রগুনা থা অসিবু লাওফুন-চুংবু হায়না কৌই।

ইঙেন থা :—ইঙেন থাবু লাওফুন ঙাইবু কৌই। লাওফুন-ঙাই হায়বদি লৌ লোইরকপগী কুম্মৈ (হয়াওবা) নি। লৌ অসি মহৈ মহৈ শূনরকপনা ইঙেন থাদা লোইনা লোইনরকলে। অহু ওই-রবদি হয়াওবসি হায়না হয়াওবা থাবু লাওফুন-ঙাইবু হায়না কৌই।

থরান থা :—থরান থাবু বুমবু হায়না কৌই। বুম হায়বা অসি থবক ইংথাং শুবা য়াদবা হায়বনি থরান থাদা মতমগী নোংনা য়াম্না কন্না মন্নাং কাইনা চুখিবা মবমনা মী পুম্নমক থবক শুবা য়াদহুনা মহৈ মহৈ য়ুমদা লৈবা মতমনি হায়রগুনা থা অসিগী মমিং বুমবু হায়না কৌই।

লাংবন থা :—লাংবন থাবু পোককাবু হায়না কৌই। পোককা হায়বদি পোকখাটবা অমুবুনি, থন্নান্দা নোং কজনা (পোকথাইমা) তাখিবা মন্না কৌশিং অমুস্থু মরু চংনা কজনা পোকথাইমা শাংলি হায়রগুনা থা অসিবু পোককাবু হাইমা কৌই।

মেরা থা :—মেরা থাবু নপথন ঙাইবু হায়না কৌই। নপথন-ঙাই হায়বদি কৌনৌগী কুম্মৈবুনি (হয়াওবা)। কৌসিনা কজনা পোখায়না শাংলকপগী কজনা মুম্নরকলবা অমুদা মুঙাইরে, কৌনৌ লাকদৌরে হায়রগুনা হয়াওবা অমুবু নপথন ঙাইবু হায়না কৌই।

**হিয়াংগৈগে থা :**—হিয়াঙ্গৈ থাবু লাও তাইবু হায়না কৌই। লাও, তাই হায়বদি লৌ থাওববুনি। হিয়াঙৈদা লৌ কনা মুন্নে থাওবা য়ায়ে থাওরসি হায়দুনা থাওনবা থা অদুবু লাওতাইবু হায়না কৌই।

**পোইন্নু থা :**—পোইন্নু থাবু ঘানবু হায়না কৌই। ঘানতাই হায়বা অসি কবুই নাগাগী খ্বাইদগী চাওবা চহিগী হন্নাওবনি। লৌউ শিংউন্নু লোইরে, মহৈ মবোংন্নু মহৈ মহৈ ময়ুমদা পৈশিন্নরে, লৈবাকী ওইনা হন্নাওরসি হায়না হন্নাওবা থা অদুবু কুম্মৈগী মমিং লৌদুনা ঘানবু হায়না কৌই।

**ৱাকচিং থা :**—ৱাকচিং থাবু চগাবু হায়না কৌই। চগা হায়বা অসিন্নু কুমৈ মখল অমনি। হন্নাওবা মখল অসি অন্নুম তৌরকপদুনা নোংমদি ঐখোয় অসি শা লাল লাক্লবদি মান্নথিবা তারে হায়দুনা শা লালগী মহৈ তমহৌদবা য়াদ্রে হায়দুনা শা লাল তম্বগী কুমৈ তৌই; মদুগী কুমৈ মমিং লৌদুনা ৱাকচিং থাবু চগাবু হায়না কৌই।

**ফাইরেন থা :**—ফাইরেন থাবু কতোই তাইবু কৌই। কতোই-তাই হাইবদি খোইদিং অঙৌবা কুমৈ হায়বনি। ৱাকচিং খুনগী লৈশবী পাখংনা লাল তম্বগী কুমৈ লোইবগা ঐখোয় অসি পুকচেল খোইজেল মান্নবা লৈসি হাইদুনা ৱাশক্লবা ওইনা য়েনশাং অমত্তা চান্নিন্নশি হায়-দুনা যুমথোং খুদিংগী য়েনশাং চফুদা খোইদিং অঙৌবা থাদরগা হন্নাও তন্নাম্না চান্নিন্নখি, মদু চান্নিন্নবা থা অদুবু কুমৈ অসিগী মমিং লৌদুনা কতাইতাইবু হাইনা কৌই।

**লমদা থা :**—লমদা থাবু চকাকতাইবু কৌই। চকাকতাই হাইবদি অচংবা অমন্নুং অশিবা অনিবু থাইনবগী কুমৈবু চকাক তাই কৌই। জাতিগী চংনবী ওইনা শজিবু থাদগী লমদা থা ফাওবা অলিগী মন্নুংদা কনাগুম্বা পোকপা শিথিবা য়াওরবদি লমদা থাদা লৈবাকী পুম্নমক্কী ওইনা হন্নাত্তবা মতমদা মাগী সমাশোয় শোনগদবনি। মতম অদুদা মত্তনা অতোপ্পা মতমদা শোনবা য়াদে। মতৌ অদুম্না অচংবা

অমসুং অশিবশিংগী হৌনরী ধর্ম্ম কর্ম্ম থবক পাংথোক্লবগী ফুম্মৈ অহুগী মমিং লৌহুনা বা অসিবু চকাক ভাইবু হাইনা কৌই।

য়ুম পানবগী থবক ইংথাং শূ-নোম্বদা :-

কবুই নাগাগী য়ুম পানবগী থবক হা'বসি লৌশিং উবনা খ্বাইদগী মরু ওইবা থবকনি। লৌ-শিং উবা ইথোল কোইবা অসিবু ইপা-ইপুগী মাহৈদা য়ুমশা-কৈশাবা, লৌউ-শিংউবা, শিং-য়েন থিবা হায়না চৎনৈ, কবুই নাগাগীনা কাইশু-শামসু মৈ লাওতাই-লাওদিমৈ থিংলেম-তুইজুমৈ হায়না চৎনৈ।

লাওতাই লাওদিমৈ—হায়বদি লৌ খাওবা লৌ য়েবা হাইবনি।

কাইশু শামশুমৈ—হায়বদি য়ুম শাবা কৈ শাবা হাইবনি।

থিংলেম তুইজুমৈ—হাইবদি শিং চনবা ঈশিং শোকপা হাযবনি।

পুম্নমক্কী মাহৈ অসিবু পুলপ ওইনা খঙবা অশম্বা লোলনা কাইশু লাওলোয়মৈ হাযবগা খঙনৈ। কাওশু লাওলোয়মৈ হায়বগী অর্থদি য়ুম শায়।। লৌ-শিং উহুনা ইথোল কোয়বা অহুবু খঙনৈ। হায়রিবা কাইশু লাও লোয়মৈ অসিগী থবক্ত থায়না অহল লমনশিংনা নিয়ম অমা নাইনা চৎননবা ফজনা শেমবিরম্মী। কুম অমগী ইহান হান্না লৌ তাবগে হায়রবদি খুনগী ওইনা ফোকৌবা পূজা ইহান হান্না তৌগনি। মহুগী তুংদা মহৈ মহৈ লৌ শুনবা হৌরগনি। লৌ উবা, শুবা হৌনরক-পগী মতুংইন্না লৌউ শিংউবগী ইশৈ নাংমাইসু অহুম শকপা হৌনরগনি। লৌ তাবগী মতমদি মথক্তা থাগী মমিং ইবদা থাগা হরাওকুমৈগা লোয়ননা ইশ্রবনি, অহুদা কবম্বা থাদা লৌ তাবা হৌবগে হায়বহু য়েংবীরো, অহানবদা লৌ শুবদা ( তাবদা ) শকপা ইশৈ :-

লাওকুনলু :-

লাওকুনদো তুনা পোংকনিমৈতা লুংশিয়ে
লিন কৈজিংমং তিংগোংমৈতা লু'শিয়ে
লিন কৈজিংমং গিমলম শোনলৌমৈতা লু'শিয়ে ॥

অর্থ ঃ—লৌউ-শিংউগী মতমদা নিঙোলবা চৎথিগদববু থম্মোইনা হুংশি, তামপ্রবা লৈচিন্না মন্নবা লমদমদা লৈহনগদববু হুংশি। তামপ্রবা লৈচিন্না মন্নবা মীগী লমদমদা থাজখিগদববু থম্মোইনা হুংশি।

লৌ শূবদা য়োংনা অমুক তৌথখিবা অহুগী তানথাদা ইশৈগী রাগৈ অমগা লোয়ননা সুরদা শকুনা লৈশাবী পাখংশিংনসু সুরগী তানথা মতুংইন্না তৌরকপদগী তালদা ইশৈ অহু অরাই অথুম তৌহুনা শকই, ইশৈ অসিগী হুঙাইবা য়াগদা লোইননা থবকসু ঐগী লৌমাংনা মীগী লৌমাংদগী হেন্না য়াংশিনগে, মীনসু মীঙোন্দগী হেন্না য়াংশিনগে হায়না মহৈ মহৈ হোংনহুনা থবক অহু অহেনবা তারহুনা শুনৈ; অহুবু ইশৈমা কব্রি অমত্তা রাহন্দে। লৌ অহুনা অহুম শুনরকপা অহুনা হৌজিক্কি পোথারসি হায়বদি ময়াম অসি থবক থাদোক্লরগা অতোপ্পা ইশৈ অমা শকনি মহুবু কহু হায়না খঙনৈ।

কতু ইশৈ ঃ—হো লো বাংলূনৈ কুমৈ লূ়ন
লিখং লিলু ঙালেং কুম পু
নং তাবেনজু শুই গন জে—
হা — - হুই — হি - — —

থবক খুৎ থাল্লগা ইশৈ অসি অরাই অথুম তৌহুনা শক্লগা পোথারগনি মহুদগী চান-থক্লবা চাকয়োমনচিংবা পুথোক্লরগা অচা অথক তৌহুনা পোথাগনি অহুম তৌহুনা অহংগুম্বা ইশৈ মথল মথলশিং পুথোকহুমা শক্লগা লৌ অহু লোইরবা তানশিল্লি। লৌ অহু লোইরগা ফৌ হুনপ্রগনি কুমগী নোং ল'ক্লগনি পাম্বীসু অহুম চাওপ্রগনি। চাওরকপগী মতুংইন্না নাপীসু হৌজিল্লকই, নাপী অহুনা রাম্না বৌজিল্লক্লবদি ফৌ পাম্বী অহু চাওবা ওমদে হায়হুনা লৌ পেংবা হায়বগী থবক অমা লাকই লৌ পেংবগী ইশৈ ঃ—

লাওলেওলু ঃ- হৈহুই ইখা তলোন লুমকি আইহৌমংগে,
অনলাও লেংলাও হৈলাক্তি ককহু ইন লুই

আইলোয়ে মৈ লমদৈ গানলো হৈকুমৈনৈ
গানলো লাওলোন ককখো হুইকৈমৈহৈ
হুইহৈ কজাইগাইনা লোংলুবুয়ে ॥

অর্থ :—ঈশিং মাইশিং কয়া থেংনবকলবসু ঐদি উখিদ্রি, ঐগাক্তি ঐগী কৎখিদ্রবা মৌবি রান্না থল্লবা লৌরকী ঈশিংদনা ইকৈজে, অতোপ অতোপ্পা মীসু লাক্তুনা লুজে, ঐহাক্কী হৃংশিবীনসু লাক্তুনা লুজে, লৌরক্তগী চেনথরকপা ইশিং অসিতনা লাইবক কনা মায়োক্লনা থেংনবীব্রি।

অসিগুম্বা ইশৈ কল্লামরুমগা লোইননা থবক অহু শুরকপনা পেংনবগী শরুক লোয়শিল্লে, ফৌ পাম্বীশিং অহু কজনা পেংথোকপীরবনিনা পাম্বীশিং অহু নোংমা নোংমগী রান্না থুনা চাওরকলে মপান শাংনরকলে, মহৈ পান্নরে, কজনা যুন্নরে হায়রবা মতমদা ফৌ লোকপা মতম ওইরে হায়না খুলগী ফৌকৌবগী পূজা তৌই মহুদগী মহৈ মহৈ লোকপা রাবা লোকপা হৌনরকলগনি। ফৌ অহু লোক্লগা লৈশাবী পাখংশিংনা ফৌ অহু য়ুম তান্না হোল্লকই। ফৌ হোনবদা রাব্রবা লৈশাবী পাখংশিংনা থৌবুদা ( য়ুমবু ) অরাম থৌরাংবা কোকহল্লু পিজৌ হায়তুনা থেম্বা ইশৈ :—( মজাল্ল )

ইশৈ :—হাহো, হাহে, ইয়ে ভুয়ে
নলোই কতানলে নলোয় কতানলে ইহে
শিমপোং তিমখো ও তুযে
হে শিমপোং তিমলনা ইহে
চাংবাব বংল্লং শাউ দেও লুম গুনখো ও ভুয়ে।

অর্থ :—হা, হে, হা, হে হায়না খোংনরকই উচেক রান্নাশিংনা। উচেক রান্নাশিংনা লৈহি চুপশি হায়না হায়নরকই। লৈহি অহু চুপলগা মোংশোং মরক্তা লুপ্তাইনা লাংউব্রসি।

অসুম্না ইশৈ অহু তোঙান তোঙানবা অমসুম শরুহুনা মা রা লাওনা অচা অথক তৌহুনা অরাবা কোকহল্লি। লৌ অসি মহৈ মহৈ লোই-নমক্রবা মতমদা খুনগী অহল লমন্না খ্বাইদগী কনানা হেন্না ফৌ মহৈ মরোং লোকপগে হায়বত্রু য়েংই মাহুবু দোং জাওমৈ হায়না কৌই। মোংজাওমৈ হায়বদি কোৎ য়েংবা হাইবনি। কোৎ য়েংবদা খুনগী অহল-লমন্না য়ুমথোং খুদিংদা চৎতুনা য়েংই খ্বাইদগী হেন্না ফৌ লোকপা ইমুংদা ইশৈ তৌই, মহুবু কোন ঙমৈ হায়না কৌই। অসুম হায়না লৌউ-শিংউবগী থবক অসি লোইশিল্লি অসিগুম্বা ইশৈশিং অসি মতাং অমমমগী ইশৈনা মশিং খংদনা লৈগ্রবনি মহুবু চাওরাকপা অমমমদা তাকপদনি। লৌউ শিংউবগী থবক মতুংইন্না থাশিং থিবগী মমিংম্ব থোল্লি।

## মীওইবগী ধর্ম্ম কর্ম্মগী থবক

অঙাং পোকপা :— নাহুৎ নাবেং :—অঙাং অমা পোক্লবদি মুমিৎ মঙানিদা ফজুমপাইমৈ হায়দুনা পূজা তৌই। খুলগী অহল-লমন্না অঙাং অহুগী য়াইফনবা শোল্লি। মহুদা অচংবা প্রসাদি অহল-লমনদা লোয়না য়েন্থোকই নহানা মহু চাবা তৌহৈদে। অঙাং মনা হুৎপা অসি চহি অমদা অমুক্তা থোকই, অমমমদগী ওইনা নাইতোম হুৎনদে, শজিবু থাদগী লমদা থা ফাওবা চহি মনুংদা পোকপা অঙাংবু লমদা থাগী নাহুৎপা কুমৈদা অঙাং পুন্নমক মানা হুৎকনি মহুগীদমক নাহুৎপা কুম্মৈ (নাম্নুমৈ) হায়দুনা চহি খুদিংগী হন্নাওই। অঙাং মনা হুৎপদা মনা হুৎলিবা অঙাংগী ময়ুমদা অহল-লমন্না হন্নবা হন্নুবীশিংনা জগোই ইশৈ তৌই।

### নাহুৎপগী জগোয় ইশৈ :—

হৈচা পোনলুমদৈকি কুম্মৈ পুইচা কলেন দৈশোলো
নমগুথং পোনলুমদৈকি কুম্মৈ পুই চাকলেন দৈশোলো

অর্থ ঃ—হৈচা ( চান-থক্লবা ) অসি পুথোকপশিংগী মনুংদা মীঙো-ন্দগী মীথোই মীহেল্লি। খুন শেমবা লৈশেমবা পোকলুরিবশিংগী মনুংদা অঙাং মমা মপাগী হৈচানবা খাইদগী থোইদোক হেন্দোকই।

অস্থম হাইনা অঙাং অহুগী য়াইকনবা ইশৈ অসি শকতুনা জগোয় অমা অনি শারয়গা য়ুম মনুংদা ইমুং মনুংদা চংলগা লেপ্পগা ইশৈ তৌই। মহুদগী ইশৈবু কোনশুমৈ হায়না খঙনৈ। অস্থম হায়না অঙাং 'হুগী মানা হৃৎপিণ্ডরবদি মোংম নোংমগী অস্থম চাওখৎখ্রে, লৈশা-পাখং কায়-বদি মরুপ মপাং তিনবা হায়তুনা পাখংনা পাখংগী ফালদা লৈশাবীনা লৈশাবী কালদা হায়বদি রুবতা তিনবা হোরে, লৈশাবী ওইয়বদি নোংমদি লুহোংবা হায়বম্ব ওইরকলে, লুহোংলমদাইদা লৈশাবী পাখং লুকুমৈ হায়তুনা য়ায়া ভোইনা খাইনয়মদাইগী পাখংকালদা লৈশাবী পাখংনা ইশৈ নোংমাই য়ায়া তৌই। মতুগী ইশৈ লমলোন লু, লুচু কাইলু হায়না খঙনৈ।

লমলোন লু ঃ—

লুচু কাইখো অনৈ লুং লৎলা লাথুইমং
লমলোন পুইচাং অনৈলুং লৎ লাখেজো মুন কুমৈনৈ
লে', লমলোন পুইচাং অলুং লৎকো লালৌতিকি
আইমুন পুইকো অচু'না দিংঙে—
অনচুং লিজো মুন আইঙুইনা তিংশাম খাম
শুখো তয়ে, হে তিংশাম খাম থং দমলো মংকুহৈ
দৈথে তুনা অচুং তুংঙে—
হে তিংশাম খাম থংদমলো মংশননিনা অনৈ
দমপা চাংখো গংলুমৈয়ে, খৈজো কুমৈ নৈলে

অর্থ ঃ—লুচু কাইদা ঐখোয় অনিগী থম্মোইগী য়াবু ফোংদোকপা ওমদতুনা থবক ইঙখাং চংমিন্নবদা ঐখোয় অনিগী থম্মোইগী য়াবু ফোং-দোক্লকসি লৈরাং মানবী মুজাও থবক ইঙখাং চংমিন্নবদা ঐগী থম্মোইগী য়াবু হাইদোকচক্লয়গা মুজা মহাক্তি তুমিন্না লৈথোকখ্রে। তুমিন্না

লৈথোকয় ঐগাক্তী মুংশিবী লৈয়াং ওইনা মতম কুইনা লোইনবী ওইসি। মতম কুইনগীদমক্তা লাইবক্তা তঙ্গীয়োইক্রা হায়রবগীদমক রা-ঙাংদনা লৈজবনি মতম কুইনগীদমক তঙ্গীরমত্রবদু ঐখোয় অনিগী তাই-বংপান্দা ইহান হায়বা য়েংনরুরিবনি লাকউ চংলসি হৈবেয়া।

অসুম হাইনা অমনা অমগী পুক্লিংগী রাবু ইশৈনা কোংদোকুনা মুংশিবা মশক খঙহল্লি, লুহোংবদা কৈন্যা অহু বরগী ময়ুম য়োবা কাও ইশৈ শকুনা থিল্লি মহুগী ইশৈ অহুবু লুচেন লু হায়না খঙনৈ।

লুচেন লু:—পুই পুকাই ততোনজিনা কুমৈনৈ
তেংকৈনা দিং হে, হে পুই পুকাই
ততোনজিন, কুমৈনৈ তেংকৈনা দিং
হৈকুমৈনৈ হেং হোয়॥

অর্থ:—ইমা ইপাগী য়ুম থাদোকনিংদহুনা মুজা মহাক্তি য়ুমবি কোন্দুনা থাওগ। অসুম হায়না ইমা ইপাগী য়ুম থাদোক্লগা চংনিং-দহুনা য়ুম্বী কোন্দুনা লেপ্পী।

অসিগুম্বা ইশৈ মখল মথেল কয়া মরুম লৈখ্রে। করিগুম্বা নিঙোল অহুনা অভোপ্পা লমগী ওইরবদি নিঙোল থিল্লকপদা নিঙোলগী ময়ুমগা মপাগী ময়ুমগা খুল অনি অসি লংনবা ওইনা ইশৈ তায়ে, মতম অহুদা শকপা ঈশৈবু চপালু হায়না খঙনৈ।

চপালু:—

গিনপুথুলে অলু মুলো অলুমু গাইমংগে
গিনপু থুলে নংমু খেমখো নখাং অমুখৈ লাইতেং-
লগে অখেম থংলিখো গিনপুলে আই জিপনিমং
লোয়ে গান আংমু তুনা কনৈ ককখৌতে
জিগলনা তাবেন পদৈ শিন্দায়ে আইমু তারেন
শিয়া মুই গিনপুতা থালেন পুতোং অলুমৈ
থাংপিংনা বমতুংঙে অগাংজাং গিনখুই তংতিত্তী

অর্থ :—লমলানব ও! ঐগী ইশৈ তাও ঐগী ইশৈদি ফজদে নংনদি তান্নসি মহায় ঐগী ইশৈবুদি তান্নবদা ভমলোই নোংঙানবা তান্নমুসি লমলানবা। ঐদি ভুমনিংলোই পাখং ঐদি লৈশাবী অনিগী কারক্তা ভুমলগা মুভাইনা নোক্তুনা লমলানববু লেন্নরকপবু ইথক খোংবনসু লাংনবা কিত্তুনা লৈরুবনি মকম খুদিংদা শন্দোকপীরু ॥

শা লানগী মতমদা খুন ঙাকপগী ইশৈ :—

কবুই জাতি অসি খুল অমা পাল্লবদি লৈবাক অমগী রায়েল শাসনদা চংবা থবক খোৱম পুম্নমক চপচানা লোয়্ননা তৌই। মরম অন্থনা লম অমগী মীনা খুন্দা লান্দারকপা ভমদনবগীদমক রেক্রুবা চঙলকপা ভমদনবগীদমক খুলগী অকোয়বদা মপাঙ্গল কল্লবা নহারোলশিংনা অহিং মুংথিল থাক্তুনা খুল ঙাকই মখুল ঙাকপা নহারোনশিংনা শকপা ইশৈবু কাইরোং-লোন-লু হায়না খঙনৈ।

**কাইরোং লোনলু :—**

রিগান পৌহায় শিহৈ সংলম পুসনথে
রিগান পৌনি পংনা কশান জাওজো অনফৈ তৈকাওলা
অগী তৈফুংলনা অনবুই তৈপোন হোজাগে
হৈরম পুই অনদি খা লমজিংচো
হৈরম শি অনশা সংজুং কনামমে ॥

অর্থ :—হে লানমীগীদি মপু ওইরিবা। ইনজিং মতৌই খোংজিল্লক্লে। লানমীগী মপু নহাকসু খোক্তুনা লানগী শেমশায়ো লানগী কিজেং শেংত্তুনা খুংতা চুং পায়বত্থনা ইশাগী তাবু পায়রত্থনা হোয়জম শাররো ঐখোয়গী ইমা ইবেলশিংবু কয়ামুক কিব্রবগেনে ঐখোয় হুইদি করি নত্তবদসু খোংবা মহৌশানি।

পেনা ইশৈ :—কবুংগী চৎনবী মভুংইন্না পেনা পায়তুনা খোংবা ইশৈ শকপা হায়বসি ফো মুন্নরকপা মতমদা মুভাইবগী লোইমা খোংই, লো অমুক ভাবা হৌপ্রবদি পেনা খোংবা শকপা য়াদে। থাইনদগী

চৎনবরকপী মতুংইন্না কৌ মুন্দ্রিভৈদা পেনা খোংহুনা ইশৈ শরুবদি কৌ অহু শাৎপদা মরু চংদে কৌহাম ওাক্তা শাৎলি হাম্বহুনা পেনা পায়হন্দে হায়না চৎনবন্মী। পেনাগী ইশৈ অসি মরুওইনা মুংশি লুংওনগী মরিদা শকপনা অরাম্বনি পেনাগী ইশৈবু লা-লু হায়না খঙনৈ।

**কৌশু ইশৈ ঃ**—কৌশু ইশৈ অসি কনাগুম্বনা ইশৈ হৈহুনা —য়ুমগী কৌশুবা মতমদা শকনবন্থু য়াওই হাইববু মরুওইনা ইনাক কৈরাক খুনবা মীনা তৌবা উৎসব তরাংকাই শুমৈ; বালুমৈগী খৌদোক্তা জৌদাই জাইপৎমৈ হায়বা—হুমিৎতা লৈশাবী পাখং খুল হুপ্পা য়ু শুংই য়ু শুংবা হারবসি য়ুগীদমক্তা য়াম শুবনি মতুদা ময়াম শুবগী তানথা মতুং ইন্না পুং শেল য়াওনা ইশৈ শকপা য়াউ পুং মৈবা য়াও তৌহুনা হুমিৎ মঙানি হরাওবদা থকপা ওকন্নবা য়ু শুংই মহুগী ইশৈবু পানশৌ-লু হায়না খঙনৈ॥

## চহিগী হরাওকুম্মৈ

কবুই নাগাগী চহিগী হরাওকুম্মৈ কয়ামকম লৈ—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | পোইন্নু থাদা ( ঘানবু ) | ঘানঙাই তিংকুমঙাই |
| ২। | রাকচিং থাদা ( চগাবু ) | চগা ঙাগ রিঙাই |
| ৩। | কাইরেল থাদা ( কতোইঙাইবু ) | কতোইঙাই নান্থু |
| ৪। | লমদা থাদা ( চকাকবু ) | চকাকঙাই থৈমৈঙাই |

**ঘানঙাইমৈ ঃ**—ঘানঙাই হরাওবা অসি চহি অমগী মনুংদা খ্বাই-দগী চাওবা হরাও কুম্মৈনি। মসি পোইন্নু থাদা তৌই হুমিৎ মঙানী হরাওই মসি জগোয় ইশৈ কয়ামকম লৈ, অহানব হুমিত্তা ময়াম হুঙাইনা চাকচা-হৈজানবদা শকপা ইশৈ।

নপু করোন পুইলু ঃ—

কুমৈ পুইকাই খৌ অলাংহ থাই নাইরে
লাংদাই শমলো কয়ে চম পন অটৈ অন্দোং

জাওপুকি লাংহৈদাই শাং কুমৈপু কশিম—
শুপোং বমখোন্নে॥

অর্থঃ—মুঙ্গা নহাক্কী সঙ্গাইদা মগুন লৈবা উহৈ লৈ উচেক লাংমৈশিংনা পাংশিন্নখি। ইরূপ চপিক্কা ঐখোয় অনিস্ম তান্নরকপবু উচেক লাংমৈনি হায়রগা ইবুংঙো মহাক্না মতিক মগুনগা লোইননা চাংলেম্না লৈরমই।

মসিগুম্বা ইশৈশিং অসিনা য়ুমথোং খুদিংগী চন্নুনা চামিন থক-মিন্নরগা হৌজিক্তি চৎকদবা লোইরে হান্নবা মতমদা লৈশাবীনা লৈশা-বীগী ফালদা পাথংনা শাখং ফালদা হজিনগনি। হজিনবা মতমদা ইশৈ'সি শরুনি।

## পাথং ফাল হজিনবদা শরুদবা ইশৈ :—

খোইদাইকাই অনরিম লকগে
কুমৈ পুইকাই গাইনা কিমকৈ লকগে
কুমৈ পুইকই কিমকৈ নিথাই
অঙ্গুজৈ কাংঙো অঙ্গু জৈ থিপখোরুই
কুমৈ পুইকাই গাইনা কিমকৈ লকগে॥

অর্থঃ—খোই মহুম অসি কাইগদোবা নত্তে অতুগী মতুংইন্না পাথং ফালগী য়ুমবুস্ম কাইরোই পাথংফালগী য়ুস্মুনা কাইগদোবা লৈরবদি বরাক্কী ইরেল অসি য়েংউ বরাক্কী ইরেল অসিনা কাংলবস্ম ঐখোয়গী য়ুস্মুদি কাইরোইদৌরি।

হরাওবা অসিগী হুমিৎ নিনি চনবদা খুলগী লৈশাবী পাথংনা মাগী মাগী শেলথাং অমদি চান্নবা চিঙ্গাক পুরকই 'হুবু তমচা কৌই. মহুদা অথোই অহেন তান্নে মহু লোইরগা হুংথিলদা তমচনলাম জগোয় শাই। তমচন লামগী ভাবত্তি অয়ুক্তা লৈশাবী পাথংনা হরাওবদা চান্নবা পুরকপা চান থরুবা .পাংচৈশিং অহু খ্বাইদগী অহেনবা থল্লগা খুলগী অহলদা হান্না

পিজথোকই মতুংগী অথেনপোৎ পুহুনা অহল্লমনগী তিনফম (পৈকাই) দা থিল্লি। থিনবা মতমদা শাবা জগোয় অতুবু তমচন লায় হাইনা খঙনৈ।

ভূমনিশুবা মুমিত্তা তুনাগানভাই হায়দুনা গানপিকদিমৈ. খংবোন কদিমৈ হায়দুনা লৈশাবী পাখং জগোয় শাই।

জগোয় অসি লোযরগা চাক ঈশিং লোইরকলবা মতুংদা লৈশাবী পাখং নোংঙাল ফাওব ইশৈ তাবৈ। মতুংগী ইশৈ অতু লমলোনলু হায়না খংনৈ মতুংগী ইশৈ অহু মথক্তস্ত লৈশাবী লুহোংলমদাইদা মকপ মপাং ইশৈ নোংমাই তৌই হায়বগী মতাংদস্ত য়াংশ্রে মরম অদুনা হরাওবদা শক্লবন্থ মওং অমতনিনা মাল্লয়ে অমুক হল্লা হ'ম্লক্ষ্যরোই।

মরিনিশুবা মুমিত্তদি জগোয় ইশৈ য়াংদে।

মঙানিশুবা অরোইবা মুমিংনি হায়দুনা য়াম্না চাওনা চাক চানৈ ফাগী জুগাই তৌরগা লোইশিল্লি। মসিগী মুমিং অসিদা লাইতিন পুয়নক পুজা তৌই অসুম হায়না চাকন দানভাইমৈ হবাংবা লোংশিল্লি।

**চকাকঙাই:**—অশিবাশ'গীদমক্তা তৌবা হরাওকুমৈনি লমতা থ'দা তৌই। কবুই নাগাশিংনা শক্তিবু থাদগী লমদা থা ফাওবগী মতুংদা শিবা মীবু লমদা থাগী চক'ক ভাউ কুমৈ অসিদা কুম ওনবগী শমশোর তৌগনি। মরক্তা মাগী মাগী তোঙাল্লা মুমিং থা মশিং থিরগা তৌবা য়াদে, করিগুম্বা চহিগী শমশোর কুমৈ অসিনা লোই থগা মতুংদা শিবা অমস্থুং পোকপা তারবদি মতুবু নোংমৈগী হরাওবা চকাকঙাও অসি ঙাইরগা তৌ।দবনি মরম অদুনা অদুগুম্বা শমশোর অহুদা শাবা শকপা জগোয় অদুবু থৈ কদিমৈলাম হায়না খঙনৈ।

## তরাংকাই শুমৈ বানরুমৈ—

মসি চহিগী ওইবা হরাওকুমৈ নত্তে জাতিগী ওইবা ধর্ম্মগী লায়কম ওইবা উৎসবনি। মরল লৈবা ইনাক কৈরাক থুনবা কাংবুনা তৌবা কুম্মৈনি। মসি উৎসব অসিগী মরমদ' তোঙাল্লা ইতোপ তোপ্পা চাওনা

জগোয় ইশৈ থবক কয়ামরুম লৈগ্রে ( মৈতৈ ইচিন ইনাওশিংনা কীর্ত্তন কৎপগুম্বনি ) মসিগী মরম মরমদা কুপ্পা ইবদা য়াম্না চাওথোকখিদোবা মরমনা শম্নপ্পা য়ারি ওইনা ইজরে ।

য়াৰী :—

মীওইবগী পুন্সিগী অরান খুবম ফংগে হায়রবদি ইহান হানবা লারেনলোমৈ হায়রুনা পূজা হাম্না তৌগনী। অনিশুবা মুৱেংমৈ হায়বা উৎসব অমা কৎথোকনি। হুমনিশুবদা জৈশংমৈ উৎসব কৎকনি। মরিশুবদা লগাইদাইকিমৈ কৎকনি, মঙাশুবা মুনিস্তা বানরুমৈ কংকনি। তরুকশুবদা তরাংকাইশুমৈ কংকনি মসিনা খুাইদগী ইরোই লোইবা উৎসবনি। হায়রিবা মথকী উৎসবশিং অসি মথং মনাও কাইদনা শুনা কৎপা জম্নবদি অরান খুবম ফংই স্বর্গ কাই।

মসিগা মঙাশুবা উৎসবতা লাহগী শোইবা য়াদবা জগোয় ইশৈ মাপল লৈ, জৈশুং, তুনা কাহরোন শাংমৈ, তুনা কাইবোন চুইমৈ, বানজাই, লিলু শাংমৈ, লিমু চুংমৈ, মুইলু, খোংফুং, বানলম অসিনচিংবা। মসিগী মতুংহন্না জগোয় ইশৈ মশা কয়ামকুম লেরি। লাওহুকোন, কোন্দাই, জৌদাই, কাহলোং, লোনলু, তুনাগানকতু, তকিন কাইলোং লোনলু জৌরু কাইরোংলোন লু, জৌমোম পৎপুইলু, গোইপি থেংপুইলু, চনিকন পুই লু জৌলেন থিপুং লু তুনাগান কাইলোং লোন লু, তুনাগান মরেংপুইলু, মাইলুপৌ মরেংপুইলু, জৌনৈ, লাকপুই বানজাই অসিনচিংবা জগোয়গী ইশৈ কোন্নবা ৩৪ লৈ, মসিগী ইশৈশিং অসি য়াম্না শাংবা ইশৈ ওাক্তা ওংবনা ইশৈ অসিগী মকোক মকোকী পদ অমমমদং ইজরে ॥

অহানবা জৈশুং ইশৈ :—

হাও জৈশুং থাওজৈজাইলো লোংঙাও কুম শাওলি-
জৈলি লিপিউলো কপনিদৌ দৌলেনলো।
পিউলো কপনিদৌ দৌ শিন গোংলানোই ইলাম কনাওলো।

অসিদগী হৌরগা মমৈগী খোংথাং হোংলকপগী অথুবা শকপা ইশৈ লুহুরেও :—

হনং খোমপুই হনং শোমলারে হুইহে লেমলো
হুইহে লেমলো ঙালৌ জে। হো নংলেম লো ঙালৌজে
চনি চথিং থিংদো থিংলাই ঙাংচেংথিং। (অসি শকনি)

২শুবা তুনা কাইবোন শাংমৈ ইশৈ মকোক :—

থিংবং তাতুম নংকি খোলা লম নেংশি শোং নৈজুনালো;
চীংখোং ঙৌথা জুই লুংসো চরে' গেং কুমৈ নংপুই
জাওজে থংচাক খংবমজে॥

মসিদগী হৌরগা মমৈগী অথুবা তারকপদা :--
লুহুরেও :—

অরা পুইচাং লমগোং খে রে, শোশেপ নৈলো, কুমৈ লুনৈ
লাকপুই লেগো লেম্মাগো।

৩শুবা তুনা কাইবোল হুংমৈ ইশৈ :—

অন্নি পরৈ পশিং শোপং শিংশো পুইজৈ, শোন্নি পশিং
লম পো লোবী শোলে। ভিংনৈ মিং পংগো ও
চভিংগেম-থাই মুচা কাওনৈ শিথুই লে শুই।

অহুমা হৌরগা মমৈগী অথুবা তারকপদা হুরে-ও :—হায়হুনা তাগনি।

কুমৈ নংপু অংগান থাগি পংশি জোল্লো গংচুই,
নংকি তুংতি তুংশো শিমচুই শিমকি দৌচৈ-নৈ
লেম্বং শোলে।

৪শুবা বারজাই ইশৈগী মকোক :—

শিংলে নমকা খুই, শিংবং তা তুমতা তুমতি দিথা
দিমংখা-লোং শিংখুই লেমগোং হায় শিথুই লোংপো
থুউ নৈলে নৈলুগান জে।

মাসিদা হৌরগা মমৈদা খোঙ্খোক হোংবগী মতাং : —

চফু বোয়া কুম পু, লিলু মজিল হৈথেম খংলো হৈ—

খোল্লা পুইকুম লৌ শিম, নুমলো মাঙুই চম্মা কুমপু
ছুইশিম, লমখোন জে লোংনিগান লেংঙুলো।

৫শুবা লিহলু শুইমৈ ইশৈ মকোক :—

শিংবং শিংগেন লমশো তিংথিন কুমগেন, চত্তিং
কিদি থুহৈ চথু কুম। নম লেক শি শো বুইলেং চম্মা
লুতি নুমংজে। বুইলেং চেংখা গুইরুং খোইরুং পুবোন
ঙালুম। মসিগী অথুবা তারকপগী ইশৈ হুইরে-ও,
লাকপুই তি চমদিন লংবম জে, লাকপুই তিন্ন গোঙো
চম্মা থুহৈ নংকি গুই, লাকপুই তিন্ন মৈশোম কল্লু,
লুশৈ খেম্মা গুদিনজে, নমথন কিশিম লাগুই কয়ে হেলোন
জোরু খাই।

৬শুবা লিহলু ছুইমৈ ইশৈ মকোক :—

লিথং দিম গাইথেমমৈ কগুইজে, অলম নমথল
মৈলুই তুদিন জে, গাইথেম লুনৈ গুইপু লেংদি
থিংখোল গেনকুম কজিজে।

মমৈগী অথুবা তারকপদা ইশৈ লুহুরে-ও
কোংজাথং মথুত্ত খোন অলুইতি মৈমুমং অলুই গুতি মঙমজে
অলুই গুতি মহোরিশো বমলেন নিজে হৈতু, লুম্নিজে,
কুমৈ গুই মকুক্কি গুইলুংহুং নমথমলোং তশেনলোং ঙাথেন,
লেংদি নকুমজে।

৮শুবা খোংকুং ইশৈ মকোক :—

হৈগেম গেমখাই লুহৈ গুই পোন মরিং কৈনা শিংগুজে
নংজু নপোন কগৈ কৈমং লেমশি মং। কৈমং লেমশি
আলম নমথল লোংথুঙা লে, আলম নমথল লোংথু
হৈজা খোকশৈ লিম লুহৈ হৈজালে। অথুবা তারকপা
হে হৈজা খোকশৈ হৈতমলা তিঙ্গো লেনলো।
হৈতম তনলুই মংলে হৈয়াংচুং॥

৯শুবা বানলহম ইশৈ মকোক :—

হৈচুন শুগোং লাকপুই হৈচুন হৈ-শি, হৈচুন হৈশি হৈনা শিনি লেংলো ঙাশনজে। চগুম দনখে লালুই ঙাশনজে চগুম দনখে লালুই ঙাশন-জে।

অথুবা তায়রুনি। অমুই লুদিন পোং গোংঙো লি গোং-ঙো অমুই লুদিন পোং গোং ঙল্লি গোং নমথল—শিমশো লিলু লৈজে।

১০শুবা লাঙলুকোন ইশৈ অহানবা মকোক : —

(ক) বুইলেং সিন শোকুমৈ নংপুই জো নংবম লেনলো নং বুইপোন জে নংকি শো লুং ঙান্নুবম শিংগেন কাথুই জে, নং চেম দিন শংমৈ ঙান্নুবম।

(খ) তশাং খং খুট দেং-দি-জে হো কুমৈ নংপুই জো নং-শিথু য়াচম ন'বু' পোন শু'ম্নুংবম। হৈ হে গিন খংলো জোপোন হৈলোন জৈচুং কুম্নম।

(গ) গোং শো বালু মং জে, হো কুমৈ নংপুই জো নংবম লেন লো হো খুইলেন খংলা মৈ হো গোং লারে জা হো চরেং-গোং নংলেম মা শু'-ম্নং-পি। মমৈদা হোয় হায়য়গা লোই

১১শুবা কোন্দাং ইশৈ মকে ক : —

(ক হো হংলে হো গো হৈ াং কাইমাই জাহো জে হো জে চপোং পু-শি থুউ মলেং তা-আ চতুক থাও জিগন জে জা হো-জো হো খুইলেন খংনা মতোম পি পিনো হৈগোং কনা পো মুন কোম শুই জে।

(খ) হো তিংকুম তা জে, নংকি চাংখো মৈলু মৈলু চাংদেওহো শুচচিমা কোন কোন ঙিম ঙিম্নম।

(গ) হো কা খু পো কি, তুলা জোথাও হৈচু হৈলা থাও থাও অনৈ লিকেন খংনা-লননি জে।

(ঘ) তশাংলু অনিং পুই শি মাগন গাইম্নউলে থোংলেম

নংপিং, জা হোও চীংখোং ঙুম কখুগোং মংকিবুইথুই মগু দেও
চুন লেং থেং।
(ঙ) হৈগোং লা-হৈগোংলা পলমহু অন্নুথে হৈগোংলা লে।
হৈগোং কাইমৈ জোথাও থাও চতুক থাও হো জোলিন লো।
হোয়।
১২শুবা জোদাই কাংলোং লোনলু ইশৈ :—
হে বুইজেং দিন ভং-ভো লিয়েং লম জিনগোং ভো।
মকি কৈমং লমশো শুদিন অম্ব গেম দিন ভংভো কুমৈ
পুই জো অলংজে, হে কুমৈ নংপু জো অংগু জেয়ে। হোয়।
১৩শুবা তুনাগানকতু ইশৈ মকোক :
গান :—হুন লো মকু জোশো কুমৈ পুইজো শো
তুনা :—হুনলে হুই হুনলো হুই . . .. .. হোয়।
১৪শুবা তকিনকাইলোং লোনলু ইশৈ মকোক : —
হৈ কি দি দেৎ শৈকং অখুই মৈচম লা শি মংজে।
অলম নমখল লোংশো লো কুমৈ নংপু জুলা মৈতং লুলাগে
১৫শুবা জোক কাইলোং লোনলু ইশৈ মকোক : —
মাকুলোন লাক দিন বম জে কুমৈ নংপুই জো-ও অংগাং
মৈনা নংজোক জোক্ন লুখম লকগে—এ।
১৬শুবা জোমোম পংপুইলু ইশৈ মকোক :—
জোখেং, জোখেং, জোখেং, খোংলম পুকি লাজো
পোনপা জোলিন লো।
১৭শুবা গোইপী খেংপুই লু ইশ মকোক :—
চথু চলি হায় খেংচং পিনো, হৈগোং-খে-ভাহিল' জে
অহো জে। নংনা থে চিং ভহিলং খুই খেংলো।
১৮শুবা চনিফনপুই লু ইশৈ মকোক :—
হৈলু তশং খে হৈলু তুশংখে
হৈদিম দিয়া লুংদিম দিয়া তুশং অংখে ।

১৯শুবা জৌতেন থিপুইলু ইশৈ মকোক :—

তি নখা লেম শোলে চহুল নংখা লেম শোলৈ জৌলে
পোনপা নংতম তুগুই নংজৌ শা গুই।

২০শুবা ফুনাগান কাইলোংলোনলু ইশৈ মকোক :—

হৈ গেং গেং পানা থোনবমজে হায়রম নমথল
জৈলিন রাগুই জে।

২১শুবা ফুনাগান ময়েংপুইলু ইশৈ মকোক :—

কুই জা-লে লুকই জা-লে, অমুই ও ফুমলোন লুকিজা লে-এ।
মমৈগী ছন্দ হোংলকপা মতাং—অপুই
ফুমলোন লুশিম অপুই জো, লিকুন লিপু মরৈ। কুমৈ পুই কতাই
নো-ও কুমৈ পুইলি দৌ শিম।

২২শুবা মাইরুপৌতা ময়েংপুইলু ইশৈ মকোক :—

হৈতু পুইনা হৈ শি, হৈ তু পুইনা হৈজু গুইলেন জে,
জৌপোন মথু মরোং শা জে। ছন্দ হোংবা :—
লুকা জিপুই শিথু হৈরা মরিংলো, নংপুম চগোংলা-লেএ হৈজা
লে। (মাই মাংলোমদা ওয়োকতুনা শকপা) কুমৈ নংপুই
কিজেং জে, খংপু চগল ডাচোং কুজি জে॥

২৩শুবা জৌনৈংশৈ মকোক :—

নংকি জৌপোন মতৈ লে। কুমৈ নংপুই কি জৌ,
শাগুই হৈরোং থাং শাহাং, গুই জে।

২৪শুবা লাকপুইবানজাই ইশৈ মকোক :—

কুমৈ নংপু কাইথৌ—পানজাই গুংজাই পুবোই,
জাওলো আলম পুই থু।

মতাং অসিদা খ'নরুমগী
ইশৈ জগোয় লোয়রে॥

# জগোয়গী ফিজেৎ লৈতেং মরম

## নুপাগী ফিজেৎ :—

কোক্তা যন মচিনা শাবা চৈ (চিঙোং) উপকনি মরৈ-পান্না থাওন ওইহনা ওইদগী য়াম্বগা য়েত্তা মচিন তাহনগনি শোংনাই শেং-কনি খাংদা খাংয়েৎ অনি লাকনি অমনা শেল্লম অমনা কৈলাক, শেল্লমনা হান্না লাক্লগা কৈলাক্লা কোন্ন মথক্তা লাকনি খুবোমদা কাইদোম য়োমগনী, য়োমলিবা অতুগী মথক্তা খুকউগা তাইনবা খুবোম মথক্তা কাইকম খুবোম লাকশিন্নবা ফি অতুনা লাকনি নাদা জৈশু য়ানগনি জৈশু অসি জৈপুং হাইবা উচেক মচা অতুগী মশামা শেম্বা য়াম্না ফজবা লৈ মথল অমনি। পামবোমদা গুইপোংবৈ তা, শামু ময়ানা শাবা খুজি হাপ-কনি, লৈত্রগা পিথ্রাইনা শাবা নাথং খুজি অতু শিগনি ওক্তা গংকম মোঃবুংদগী খা'য়গা শাবা লিক শিগনি। তদন তু জুবা অমা শিগনি অমসুং খুত্তা বাংচুক জগোয থাং পাইগনি।

## নুপীগী ফিজেৎ :—

কোক্তা পিখিম উপকনি. পিখিম অসি ফজেংলৈ ওম্বা কোইরপ কে'ইবা। উচেক ফজবা মতুনা লৈ শারগা শেম্বা য়াম্না ফজবা লুত্তপনি, লংমু কৈশোঃনা বনেক শেংকনি খাংদা বুংকম খাংলাক ফিনা লাক-শিনগনি। থবাক্তা ফাংজে থবাকয়েৎ ফিনা য়েংকনি ফাংজে হায়বসি ফিনাদা শা'মতুনা ফিনা ওইতুনা মথোংদা খোংগমমেল্লেগী মকুনা য়েংতুনা শেম্বা জম জম লাওবা য়াম্না ফজবা ফি মথল অমনি। মবুং মৌপা লৈতবা লৈশাবীনা শেংপা ফংদে, নাদা বৈথিংনেম য়ানগনি, বৈথিংনেম অসি অমুবা অমসুং অঙৌবা মচুনা লাং", য়িংগী মওংনি লৈ অতুগী মতোন্দা উচেক মতু ফজবা খল্লগা লৈ মচা মচা শারগা য়াম্বৈ, লেংবদা জরাই জরাই লাওনা য়েংবদা য়ামনা ফজে। ওক্তা তদন তু পরেং অহুম্না মথং মনাও নাহনা শিগনি তদন-তু অসি য়াম্না তাংবা মুং মথল অমনা শাবা লিক মথল অমনি করি লমদা ফংবা লিকনো হায়বা ওমদে

করিগুম্বা মতমদা য়োল্লকুনা কংদি কংই য়াম্না তাংনা কংই মরু অচৌবনা মমল তাংই মচানা মমল তাই মক অচৌবদি তেনগ্রবা পরেং অমদা লুপা ৩০০ নক্রগা চন্নমগী মথক্কনি। হৌজিক্কি মসিগী লিক অসি য়োনবা শুকউবু উখিদ্রে। খুজি বানতেংতা, তন্থ নাথং অহুম অসিনা পুল্লগা শি, পিথ্রাইনা শাবা ডাক্কনি, পামবোমদা অমা খুজেংদা অমা মথক্কা মখোল থোক্লবা শিবা অমা, মখোল থোক্লবা শিবা খুজি অহুবু তন্থ হায়না কৌই।

কবুই নাগাগী ফিজোল অসি মখল অনি থোকই, তমদা লৈবগী ফিজোল চীদা লৈবগী ফিজোল অস্নুম হায়না চৌংগী ফিজোল দ্রুপীগীদি থোইজোকপা খেন্নদে, মুপাগীদা খন্না খেন্নে।

## নুপাগী ফিজেৎ:—

শেৎনবা ফি, থি-নাইনা শেংকনি অমুবা ফিদা লিকোলনা পরেং অনি লেংই ময়ায়দা অমা মতাংদা অমা লেংই। খাওনম্নু লংশেম কোই লংহিং অভোবা লংথাই অমমমনা ওই, য়েৎ কারল য়ানগনী খুবোমদা য়াম ঈশিং তোংলগা তৈগনি অহুগা ময়েক থোকহনগনি খুবোম মথক্কা থুকউনা তানবা মফমদা ফাহশং লিনা রিং মশুং মাম্না শাবা চবুন অমা শিগনি, ৬৩ গা গংকন মোইবুং মশুং অনিনা শাবা লিক শিগনি, তুংলোনদা মোহবু ৩ংথায়গী লিক অমা য়াওগনি, মাংদা কংপোম তু লিক অমুবা লক্কোহগী মক অমুবা অহুনা শাবা লিক পরেং শিগনি অরৈবনা তদন-তুম্ন শি, নাদা জশিং লৈ চিনগনি কোক্কা গু পিকম পৈয়া পাক্কা শিরগা ফন্দোক্লুনা শাবা চিরোং উপকনি। পান্থোমদা গুইপোং নৈ তা, শামু ময়ানা শাবা খুজি শিগনি, মখোয়গী জগোয়দি থাং পাইদে।

হাবরিবা জগোয়গী ফিজেন অসি নত্তনা সাধারণ ওইনা চৎনবিগী ফিজোন কযামকমন্থ লৈ, অহলনা ইন্নবা ফিবু খন্নমকৈ মীযায়না ইন্নবা ফিবু মশিনকৈ, পাখংনা ইন্নবা ফিবু কৈডাও, পাখং মচানা

ইরবা কিবু মরৈশন, থেনকৈ অঙাংনা ইরবা কিবু শিনৈকৈ হায়রহনা মশক মচু ময়েক তোঙান তোঙানা লৈরি। নুপীশিংদসু লংজিন কৈ-শোই, নাই লেংলিকৈসোই অসিনচিংবা।

কবুই নাগাগী ফিজেৎ ফিরোলদা শিজিন্নবা ইথয়োইদরি মমিং ময়েকশিং :—

হুয়ান কাইগাই কৌনহু লোন শোকমৈ, হু তরিনা চোংতোন, পাবান, মরিংমৈপুই, হু বুংতিং, পেও, হু চখোই, চেপি, কৈতৌন হু, অসিনচিংবা ময়েকশিং অসিনা লোন্দুনা থোকহনবা ইথয়োইদরিনি।

## জগোয় ইশৈশিংদা শিজিন্নবা যন্ত্র :—

জগোয় ইশৈগী যন্ত্র অসি পুংজাও ( খোং ) শেনবুং ( শেনমু ) করতাল ( শেনখেং ) পেনা ( লা ) খোংনবা ষন মচিনা শাবা যন্ত্র ( গো•চৈ ) মতা অসি চংই ।

## জগোয় শাবগী মওং ( টেকনিক )

## চপলাসকী জগোয় নুপীগী :—

কনাগুম্বীনা জগোয় অসি শাবদা মখুৎ থাঙ্গৎপা হৌনৈ হায়বগী-দমক্তা হেক্তা থাঙ্গ-লগা শাই, মসিনা টেকনিকতদি য়াদবনিনা ঐহাক্কী মততা থাঙ্গৎলিবা খুৎ অসি য়ামদ্রবদা ইশাগী না ফাওবা থাংনা থাঙ্গৎক্নদবনি হায়রনা শেমদোকচৈ। খোংগী শাথেক্তা কনাগুম্বীনা য়েৎনা থাংলগা ওইগী খোংনা য়েৎকী খুমিৎ ময়াদা পুরক্নুনা চপ চপ লেপ্পরগা শায় মাহু ঐহাক্কী মততা য়েৎকী খোংনা থাংদোক্রবা মতমদা ঐহাক্কী হকচাংসু তঙ্খাই অমা য়েৎতা লৈথোক্রগা পুর-কদবনি। অহুগা ওইগী খোংসু থাংজিল্লকপা মতম খুদোল অহু মাংদা পুশিল্লগা হল্লকপা মতমদা য়েৎকী খুমিৎ ময়াদা ওইগী খুদোল অহু য়োরকপা মতমদা ওই অমসুং য়েৎকী খুদোল অনিমক চপ মায়না খুনিং ইনখৎলগা য়েৎতগী ইওরোমদা হকচাং অহু লৈরম্মীবা মকম

অচুংগী তঙখাই অমা লৈথোরকদবনি, মতৌ অসুম্না ওইনা অমুক থাংবা মতমদদু য়েংনা তৌগদবনি।

**চপালাম জগোয় মপাগী :—**

কনাগুম্বনা চোংবা হৌনৈ হায়রবগীনুমক্তা পংচোং চোংতুনা শাই খোংনা কদাই মপাদা থাজংকদগে খুৎনা কদাইফাও য়াংনা থাজংকদগে হক-চাংনা কদাইফাওবা ফমগদগে হায়বা করি অমত্তা খংদনা পংচোং চোংই। মচু ঐহাক্কী মততা অহানবদা চোংথোকখিবা খোং অচু কৈ নমচুনা চোংথোকনি খা'জিল্লকইবা খোং অচুনা য়ামদ্রবদা খুবোম মরা ফাওবা য়াংনা থাংজংলগা খুৎনা মাই মপা ফাওবা য়া'না থাজংলগা চোংগনি, মতৌ অসুম্না ওই-য়েং অনিমক অচুগা চপ মান্ননা পুগদবনি।

## মথোম লাম

**মথোম লাম মওং :—**

কনাগুম্বীনা মথোম লাম শাবদা মখোং ফাক্তোক্লগা শাই [illegible] নিকতা মচু অকায়বা অমা লৈ'না ঐহাক্না মওং থরা হোংদোকচৈ।

মথোম লামগী ফজবা শাথেক অসি শায়কপা মতমদা নিং থম্না ইনব ওই কবি ওহ তৌবত্তুদা ফজবনি মতাং অসিদা খোং ফাক-তোক্লগা ইনবুদি হকচাং অচুনা কন্দুনা চো'লকপদা খোংগী খুদোল ওইদগী য়েং য়েক্তগী ওই নৈচুনা ফাক্তোতনা খুমিং মন্নাদা পুশিল্লগা খিৎতা ইল্লমলবদি টেকনিকেলগী নিয়ম মতুংইন্না ফজবা পোজ অমা থোরকই। মতৌ অসুম্না মপাগীসু অচুম হায়না মওং চপ মান্ননা শাগ-দবনি। মপাগী খু'না যামদ্রবদা ইশাগী কে.ক ফাওবা য়াংনা থাজং-তুনা শাগদবনি।

শ্রীঅবুংবম কবুই
২৪। ৯। ৭১

## সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ

( ওক্টোবর ২৬ অয়ুক )

**সঙ্গীত শেমখিবা অমসুং হৌরকপগী মরম—**

ত্রৈলোকৈশ্বর্য্যযুক্তেন বিনোদায় বিড়ৌজসা।

সঙ্গীত প্রার্থিতো বেদাদ্বিধিঃ প্রাদুরভাবয়ৎ ॥ বায়ুঃ পুরাণ

মরোল অহুমক্তা ( স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতাল ) ইকাইখুম্নমকম ওইবা গুণ ( ঐশ্বর্য্য ) না তিল্লবা ইন্দ্রগী পেন্নবগীদমক মানা হায়জবা মতুংইন্না ব্রহ্মানা বেদদগী লৌহনা সঙ্গীত হায়বা অসি শেমখি।

পুরা চতুর্ণাং বেদানাং সারমাকৃষ্য পদ্মভূঃ।

ইদন্তু পঞ্চমং বেদং সঙ্গীতাখ্যমকল্পয়ৎ ॥ সঙ্গীত সার

মমাংগৈচদা ব্রহ্মানা বেদ ৪ ( ঋগ, সাম, যজু, অথর্ব্ব ) মকী মচি ওইবমখৈ লৌখত্তুনা 'সঙ্গীত' হায়না খঙনবা মঙাশুবা বেদ অমা শেমখি।

**করম্বদগী করি লৌখিবগে হায়ববু—**

ঋগ্‌ভ্যোঃ পাঠ্যমভূদ্‌গীতং সামভ্যঃ সমপদ্যতে।

যজুর্ভ্যোঽভিনয়া জাতা রসাশ্চাথর্ব্বণা স্মৃতাঃ ॥ সঙ্গীতসার

ঋগ্‌বেদদগী রাগাঙগী শরুক, সামবেদদগী ঈশৈগী শরুক, যজুর্বেদদগী খুৎ-শা হাইহুম্বনচিংবা পুম্বনা পুক্নীংদা লৈবা ভাবপু কোংদোক্লবগী ( অভিনয়গী ) শরুক অমসুং অথর্ব্ববেদদগীমা রসগী শরুক লৌখি।

অমুক্তম্ব সঙ্গীতপু অস্নুম্না খঙনরি—

গীত বাদিত্র নৃত্যানাং ত্রয়ং সঙ্গীত মুচ্যতে।

গীতস্যাত্র প্রধানত্বাত্তৎ সঙ্গীতমিতীরিতম্ ॥ সঙ্গীত পারিঃ

পুং-ঈশৈ-জগোই অহুম অসি পুল্লগা সঙ্গীত কৌই। ঈশৈনা মপুং—অথোইবা ওইবনা সঙ্গীত হায়না অস্নুম কৌনরে।

সঙ্গীত মথল অনিথোক্না থায়দোকলি—

মার্গ দেশীয় ভেদেন দ্বিধা সঙ্গীতমুচ্যতে।
বেধা মার্গাখ্য সঙ্গীতং ভরতাদ্য ব্রবীৎস্বয়ং॥
ব্রহ্মনোঽধীত্য ভরতঃ সঙ্গীতং মার্গ সংজ্ঞিতম্।
অপ্সরোভিশ্চ গন্ধর্বৈঃ শম্ভোরগ্রে প্রযুক্তবান্॥

মার্গ-দেশী হায়না সঙ্গীত মথল অনি থোকই। ব্রহ্মা মশামক্না ভরততা তম্বীখিবা 'মার্গ' সঙ্গীতপু মার্গী হায়না খঙনৈ। ভরতনা মদুবু অপ্সরা অমসুং গন্ধর্বশিংগা লোয়নননা মহাদেবগী মাঙদা উৎখি। দেশী হায়বা সঙ্গীত অসিদি দেশ দেশকী তোঙানৈ।

করম্না সংকীর্তনগী মূর্তি শাগৎখি—

শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী মন, বুদ্ধি, চিৎ, ইন্দ্রি অমসুং প্রাণ মথোয় মখা অসিদগী সংকীর্তন মূর্তি পোকখি।

'মন'দগী শ্রীনিবাসকী মশক ওইহনা ঈশৈ হল্লি, 'বুদ্ধি' দগী অদ্বৈত ওইহনা পু যৈ অমসুং গোবিন্দনা তুংইল্লি, 'ইন্দ্রি'দগী মুরারীনা পালা ওইরে, 'প্রাণ' দগী মুকুন্দনা হুগার ওইবে। চিৎ'ওগী নিত্যানন্দ ওইহনা ভাবক মকোক ওইরে। অদুম্না সংকীর্তনগী মূর্তি শাহনা শন্দোকখি।

সংকীর্তনগী গুণ অমসুং কান্নবা—শ্রীমদ্ভাগবতে—

কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষাকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্র পার্ষদং।
যজ্ঞৈঃ সকীর্তন প্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধসঃ॥

শ্যামসুন্দর ওইরম্বা কৃষ্ণনা সনাদগী হেন্না ফজবা কুচু লৌহনা অঙ্গ-নিত্যানন্দ, উপাঙ্গ—অদ্বৈত, অস্ত্র—হরিনাম, পার্ষদ—গোবিন্দ গদাধরনচিংবগা লোয়নননা যজ্ঞগী পোৎচঙ পুন্নমক সংকীর্তননা ওইহনা ঈশ্বরবু অরেপ্পনি হায়না মহা পণ্ডিতশিংনা পূজা তৌরি।

শ্রীমদ্ভাগবতে—

সত্যে যদ্ধ্যায়তে বিষ্ণুং ত্রেতায়াং যজতোমখৈঃ
দ্বাপরে পরিচর্য্যায়াং কলৌতদ্ধরি কীর্ত্তনাৎ॥ চৈঃভাঃ

সত্যযুগতা ধ্যানদা জীবশিংনা মুক্তি ফংই, ত্রেতদা যজ্ঞনা ওই, দ্বাপরদা পূজানা ওই, কলিযুগতদি হরি সংকীর্ত্তননা ওইরি। মরম অসিনা মথক্কী যুগশিংদা ওইখ্রিবা ধ্যান, যজ্ঞ পূজানা ফংলিবা কাম্নবা ফলশিং অসি পুন্না কলিযুগকী সংকীর্ত্তন অসিদা তিন্দুনা লৈগ্রে।

হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলং।
কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা॥

হরিনামতনা অরেপ্পনি ও। কলি যুগতা হরিনাম শোনবা মতুনা অতোপ্পা উপায় অমা লৈত্রবনি।

হরিনাম সংকীর্ত্তন হায়বা অসি ১ থোকই—সংখ্যাকীর্ত্তন অমসুং উচ্চঃ কীর্ত্তন। উচ্চঃ কীর্ত্তনগী মরমদা শ্রীশ্রীচৈতন্য ভাগবতকী আদি খণ্ড, অধ্যায় ১৪শুবা য়েংকম থোকই।

খোল্লেল রাংনা হৌনা কীর্ত্তন তৌবনা খোল্লেল থোকনা কীর্ত্তন তৌবদগী গুণ চামা হেল্লি। মী তাহন্দনা শোনবা নাম কীর্ত্তনদি মশা মথন্তু শেংলগা হায়রবদি লাল্লগা তোকই, উচ্চকীর্ত্তনদি তাবিবা জীব শা-উচেক নাকোং পান্দ্রবা, তাবগী উপায় লৈত্রবা উ রা নাপী-শীংবী-নচিংবসু স কীর্ত্তনগী ধ্বনিনা য়ৈবদা পুন্নমক শেংই অমসুং লাম্নরি। মরম অসিদগী জগৎকী গুরু শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুনা উচ্চসংকীর্ত্তন তৌবী-খিবনি। লাই পুন্নমক্লা ফংওমদ্রবা শ্রীকৃষ্ণনাম সংকীর্ত্তনদগী শ্রীকৃষ্ণগী শুদ্ধপ্রেম থোরকই, শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দ-যুগল কিশোরগী চরণদা প্রেম সেবা ফংনৈ। অসিগুম্বা সংকীর্ত্তন অসি পুং-করতাল, রাগ-রাগিণী, তাল, চোলোমনচিংবা অসিনা পুল্লগা মূর্ত্তি ওইবনি।

সঙ্গীতরাগ—

যোহয়ং ধ্বনি বিশেষস্তু স্বরবর্ণাবিভূষিতঃ।
রঞ্জকো জনচিত্তানাং স রাগঃ কথিতো বুধৈঃ॥

স্বরবর্ণনা লৈতেংবা, মীগী পূক্নীং হূমবগী মশক ওইবা থোইদোকপা খোম্হোক অমত্তবু পণ্ডিতশিংনা 'রাগঃ' হায়না কৌনৈ।

স্বর্গে মর্ত্তোচ পাতালে তত্রৈষাং প্রচারণা॥

ভারতে যেচ ভূভাগাঃ পারম্পর্য্যোপদেশতঃ॥

রাগাঃ ষড়ুথ রাগিণ্যঃ ষট্‌ত্রিংশৎ খ্যাতিমাগতাঃ

হুঙ্কার প্রসবাঃ সর্ব্বে যথা বেদেতু ওমিতি॥

স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতালদসু মসি শন্দোকখি। [সঙ্গীত সার] মুনিশিংনা তাকপিরম্বা মতুংইন্না ভারতবর্ষ হায়বা লমদমদা রাগপুরুষ ৬, রাগিণী ৩৬নি হায়না শীংথানৈ। রাগ হায়বা অসি হুঙ্কারদগী থোকখি, বেদনা মসিবু 'ওম' হায়না খঙনৈ।

অসুন্না মথক্কী রাগ ৬ অমসুং রাগিণী ৩৬কী মওঙ অসি 'পঞ্চমসার সংহিতা'গী মতকসু চুননা মণিপুরদসু নটপালাগী রাগ-রাগিণী অসি, রাগ কৈবা লৈখিদ্রবা ওজা অখাম রসানন্দনা শেম্বিরম্মী।

হা রী তেনাদি বর্ণাস্তু প্রোথাপ্যন্তে শনৈঃ শনৈঃ।

প্রথমে রঙ্গলীলায়াং গীয়তে গান কোবিদৈঃ॥

ঙৈশে শকপশিংনা মাওবনচিংবা কূপ্সে মফমদা হা, রী, তে, না হায়বা বর্ণশিং অসি অহানবদা হন্না হন্না শন্দবনি।

'হা' বর্ণনা গণেশ, 'রী' না কৃষ্ণ, 'তে'না ব্রহ্মা অমসুং 'না' বর্ণনা শিবগী মশক্তি। মণিপুরগী ওজাশিংনা মসুম হায়নদি খঙনদ্রবসু 'তা-রী-ত-না'গী আলাপতি চৎনরি।

সঙ্গীত-দামোদরনা হায়রি—রাগ পুরুষনা ৬, রাগিণীনা ৩০ নি।

রাগ-পুরুষ ৬ অসুগী মমিংদি—ভৈরব, বসন্ত, মালব, কৌশিক, শ্রীরাগ মেঘরাগ অমসুং নট-নারায়ণ।

রাগিণীশিংদি—ভৈরবী, কৌশিকী, ভাষা, বেলাবলী অমসুং বঙ্গালী ৫ অসি ভৈরবকী রাগিণীনি।

আন্দোলিতা, দেশাখ্যা, লোলা, প্রথম মঞ্জরী, মল্লারী—৫ অসিনা বসন্তগী রাগিণীনি।

গৌরী, গুণকরী বরাড়ী, ক্ষম্বাবতী, কর্ণাটী ৫ অসিনা মালব কৌশিকগী রাগিণীনি।

গান্ধারী, দেববগান্ধারী, মালবতী, শাবরী, রামকেরী—৫ অসিনা শ্রীরাগগী রাগিণীনি।

ললিতা, মানসী, গৌরী, নাটী, দেবকিরী—৫ অসিনা মেঘরাগগী রাগিণীনি।

তারামণি, আভেরী, কামোদী, গুজ্জরী, অমসুং ককুভা—৫ অসিনা নট-নারায়ণগী রাগিণীনি।

অদবু শ্রীনারদনা লেংবা 'পঞ্চম-সার' সংহিতাদদি রাগপুরুষ ৬ অমসুং রাগিনী ৩৬ নি হায়। রাগ পুরুষ ৬ কী মমিংদি—মালব, মল্লার, শ্রীরাগ, বসন্ত, হিল্লোল অমসুং কর্ণাট।

## রাগিণী—

**মালব**—ধানসী, মালসী, রামকেরী, সিন্ধুড়া, আশাবরী অমসুং ভৈরবী।

**মল্লার**—বেলাবলী, পুরবী, কানড়া, মাধবী, কোড়া, অমসুং কেদারিকা।

**শ্রীরাগ**—বেলোযারী ( বল্লারী ), গৌড়ী গান্ধারী, সুভগা, কৌমারী, বৈরাগী।

**বসন্ত**—তোডী, পঞ্চমী, ললিতা, পঠমঞ্জরী, গুর্জ্জরী, অমসুং বিভাবা।

**হিল্লোল**—মাযূরী, ( মালবী ), দীপিকা, দেশকারী, পাহিড়া, বরাড়ী, মারহট্টী।

**কর্ণাট**—নাটিকা, ভূপালী, রামকেরী, গড়া, কামোদী, কল্যানী।

শিবশক্তিময়ো রাগঃ পরপ্রেম রসার্ণবঃ।
যস্য শ্রবণমাত্রেন বিষ্ণুরাদ্রবিতোঽভবৎ॥

রাগ হায়বা অসি শিবদুর্গাগী মশক্তি। অথোইবা প্রেমরসগী সমুদ্রনি। মসি তাব খুদক্তা বিষ্ণুনা মহী ওইনা চেঙ্থোকখি।

নারদ সংহিতাদা—

হুঙ্কারাৎ প্রসবশ্চৈব যথা বেদস্য ওমিতি।
তাশব্দেনোচ্যতে গৌরী না শব্দেনোচ্যতে হরঃ॥
তানেতি শব্দ হুঙ্কারাৎ প্রোত্থাপ্যতে শনৈঃ শনৈঃ॥

হুঙ্কার শব্দদগী ওঙ্কারগী মশক ওইবা বেদ অসি হোংলোকই, অহুগুম্বা হুঙ্কারদগী তা-না-নচিংবা শব্দশিংসি তপ্না তপ্না থোরকই। তা শব্দনা গৌরী ( দুর্গা ), না শব্দনা হর ( মহাদেব ) নি।

তত্রচ—

আকারেণ হরিঃ প্রোক্তো রিকারেণ পিতামহঃ।
আ-তা-না-রীতি শব্দেন সর্ব্বেষামেব সম্ভবঃ॥

'আ' শব্দনা হরি, রি-শব্দনা ব্রহ্মা ওই। মতৌ অসুম্না আ-তা-না-রী শব্দশিং অসিনা 'হর' নচিংবা লাইশিংসি হোংলোকই।

অসিগুম্বা রাগ, রাগিণীশিংগী বেশ, বাহন, পুকচেন, রাখল পুন্নমক অসি সঙ্গীত মঞ্জরী, দামোদরনচিংবা লাইরিকতা, নাদ স্বরনচিংবগী মরম অসি সমুদ্রদগী ,কন্না চাউথবা স্বরস্বতীমক্না তুম্বাগা লোয়নবা যন্ত্র (বীণা) কোন্দুনা লৈ হায়রি। মরমদি নাদ-নচিংবা সঙ্গীতকী সমুদ্রদা লুপথিগনি হায়বগী কিন্থনা।

শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী হরিসংকীর্ত্তননা প্রধান ওইবদগী শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভুগী মত-দদি রাগ-রাগিণী হায়বা অসি সঙ্গীত-বেদগী মতকা থরা থেন্নরে। রাগ হায়বা অসি নবক্ষরনি অমসুং শ্রীঅঙ্গনি হায়রি। মহুদি—তা (১), রি (২), তা (৩), না (৪), রি (৫), তা (৬), না (৭), তা (৮), না (৯) অসিনি। মরম অসি খওনা রাগসঞ্চার তৌগনি। মযেক ৯ অসিনা মহাপ্রভুগী শ্রীঅঙ্গ নিরূপণ তৌগনি।

(১) তা-না থবাকনি, (২) রি-না খোয়দোনি, (৩) তা-না খাওনি, (৪) না-খোঙনি, (৫) রি-না পাম্বোমনি, (৬) তা-না কোকনি,

(৭) না-না মিংনি অমসুং নাকোঙনি, (৮) তা-না নাতোননি, (৯) না-না মায়নি।

সঞ্চার—হায়বা অসি প্রভুগী থরায় ৫ নি। রাগ, রাগিণী মশক খণ্ডনা শকলবদি গৌরাঙ্গ প্রভুগী পঞ্চপ্রাণ অমসুং পঞ্চরস অসি থোরকই। পঞ্চ ৫ হায়বদি ১। মন, ২। বুদ্ধি, ৩। চিৎ, ৪। ইন্দ্রি, ৫। প্রাণ—অসিবু পঞ্চাঙ্গ কৌই।

প্রভুগী মন ওইবা শ্রীবাসনা ঈশৈগনে, বুদ্ধিগী মশক ওইবা শ্রীঅদ্বৈতনা পুং-রৈ, গোবিন্দনা তুং ইল্লি, ইন্দ্রিগী মশক ওইবা মুরারিনা খোম্বাংলে, প্রাণগী মশক ওইবা মুকুন্দনা তুহার ওইরে। প্রভুগী চিত্তগী মশক ওইবা শ্রীনিত্যানন্দনা তাবককী মশক ওই। হায়রিবা নিয়ম অসি শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী মতনি।

পুংগী লক্ষণদি ইজত্রে। করতালগী লক্ষণদি মহাপ্রভুগী মত-তদি কয়ম তৌনা ওইখিবগে হায়বদা—শ্রীকৃষ্ণনা তিনব'ঙ্গাগী মতমদা হায়খি—হে রাধে, ইবেম্মা নহাক অসে কৃষ্ণ ঐগী হৃদিদা থমগেকো। শ্রীরাধিকানা নিজপ্রাণনাথ শ্রীকৃষ্ণগা হংগৎখি—হে ইবুংঙো, নঙগী হৃদিদা থম্বীহুনা লৈজবা মতমদা রাধা ঐনা ইবুংঙোগী নাম বু শোঞ্জগে—করতাল ওইনা। মরম অসিনা করতাল হায়বা অসি শ্রীরাধিকাগী মদনমন্দিরনি—হায়বদি বক্ষনি।

করতালগী মচুদি সনাগী মচুনি, মখোলনা ইবেম্মগী খোঞ্জেলনি। করতাল পায়বা মতমদা গোপীগী মশক ওইদুনা হরিনাম অহুমক শোঞ্জগা পায়গদবনি। করতালগী মরীদি শ্রীমতী রাধিকাগী বেণী-নি। অসি খণ্ডনা করতাল খীংগদবনি।

## নিতি লীলারস (অষ্টকাল)

কুঞ্জাৎ গোষ্ঠং প্রবিশতি নিশান্তে কুরুতে দোহনাশনাদ্যাঃ
প্রাতঃ সায়ঞ্চলীলাং বিহরতি সখীভিঃ সঙ্গবে চারয়ন্‌ গাঃ।

মধ্যাহ্নে চাথ নক্তং বিলসতি বিপিনে রাধায়াদ্ধাপরাহ্নে
গোষ্ঠে যাতি রময়তি সুহৃদ বঃ স কৃষ্ণ অবতারঃ ॥

লীলারস অসিগী মহুংদা রাধাকৃষ্ণগী সম্ভোগরস অসি পশুবৃত্তি শৃঙ্গার-রস নত্তে। মরমদি—শ্রীকৃষ্ণগী আহ্লাদিনী শক্তি অসি ইবেম্মতদা লৈবনি; মসিদা দর্শন, আলিঙ্গন, চুম্বন-নচিংবা কামক্রীডাগী মশক ওইনা উইদি হায়বর্ব পশুবৎ সম্মিলন লৈতে। উজ্জল নীলমণিদা 'দর্শনালিঙ্গনাদীনামানুকুল্যান্নিষেবয়া। যুনোকল্লাসমারোহন্‌ভাব সম্ভোগ ইর্য্যাতে ॥

গোপিশিংদি শ্রীমতী রাধিকাগী কাযব্যূহনি। কান্তা য়াম্বা নত্তনদি কান্তারস, বৈচিত্রী-রস অসি থোকপ' র'দে কায়বগীদমক হ্লাদিনী শক্তিগী মশীং য়ামহনবনি। শ্রীকৃষ্ণগী কান্তা গোপীশিং অসি শ্রীমতীরাধিকাগী কায়ব্যূহমক্তনি। শ্রীমতীরাধিকানা প্রেম-কল্পলতানি অদুগা ব্রজদেবী-শিংনা মশাময়েং অমস্তুং মনানি। রাধাগী স্বরূপ তি কৃষ্ণপ্রেমলতানি। রাধাকৃষ্ণ অনিমক্তপু অভেদ জ্ঞান তৌগনি।

**হরিনাম দীপিকা**—'হে রাম মাং রময়সি যস্মিন্ পুরুষাত্মিতান করোসি।' হে ইবুংঙো, নঙনা ঐগা লোযননা শান্নরিবা মতমদা ঐবুস্থ পুরুষ ওইহনবীরবনি। ( হরিনামগী ৪ শুবা 'রাম' গী অর্থনি।)

শ্রীগৌরাঙ্গনা বৈরাগ্য শঙ্করব' মতুংদা ব্রজ-রস রাসলীলাবু আশা তৌবা অমস্তুং নির্গুণ ওইবা শুকদেবনা রাসবু আস্বাদন তৌবা অসি পশুবৃত্তি শৃঙ্গার রসসি রাধা-কৃষ্ণগী মরক্তা লৈত্রবদি করমনা রাসগী আশা তৌগদগে? মরম অসিনা হে মীওইবা, সম্ভোগকী অর্থদা রাধা-কৃষ্ণগী মরীদা পাপ বুদ্ধি হাপকন্নসি।

**জটিল মঙ্গল**—'রাধায়াং মহিম্নাং বক্তুম্ কো অর্হতি। প্রথমে পরমেশ্বরেন তদীয় হ্লাদিনী শক্তি সা বিভাগা মূর্ত্তিমান ভবতি। তং মধুর লাবনী সৌন্দর্যাদিভি ভংবমনসাহ' হাংহা চমৎকারী তত্র কান্তেন সহ বিহরতি। যং কান্তেন নব নব রসেনাধিকাধিক উল্লাসং। দৃষ্টানা উল্লাসমধিকাৎ তস্মিন্ নিজাংশাচ্চন্দ্রাবল্যাদাঃ প্রকটিতঃ ॥

ইবেম্মা শ্রীমতী রাধিকাগী মহিমাবু কনানা শীংথাহনা লোইগনি। অহানবদা পরমেশ্বরনা মহাক্কী হ্লাদিনী শক্তিদগী খাংদোক্লুনা ইবেম্মা মাগী শ্রীমূর্ত্তি থোকখি। অহুদগী নীংথিনা ফজবা মুংশিকনচিংবা ভগবানগী নীংবদগী থোকপা গুণ পূম্নমক হাপখিহনা ওইখ্রিবী, অঙকপা শকলোন পূবী ওইনা মবুংঙোগা শান্নমিন্নখি। মবুংঙোগী অনৌ অনৌবা রসনা মথং মথং অসুম হেনগৎলকপনা ইবেম্মা মাগী খৌরাংনা পাম্বা অহু হেনগৎননবগীদমক মশাগী অংশদগী চন্দাবলীনচিংবী গোপী পূম্নমক মথং মথং থোকখ্রিবনি।

অসুম্না মশানা মশাদা তিনখিববু সম্ভোগ কৌই। অসুম্বা সম্ভোগ-রসগী ঈশৈ শকলকপা মতমদা কনাগুম্বনা হাযনৈ খুরুম্বা হৌনদে হায়না। হায়নব্রিবা রাখল অসি পাপকী রাখল ওইগদমাল্লে, খুরুম্বা চঙবা য়াগনি। ভজনমার্গ পাম্বেংনি হায়নীংই।

## মুরলী হরণ

সম্ভোগ রসলীলাগী অরোইবদা রাক্লরবগী ভুংদা শ্রীকৃষ্ণদা তম্ভ্রা ঙাইহাক্ত', নয়ন য়াওনা চেপনীংবা মওঙ অমা লাকখি। ইবেম্মনা মবুংঙোগী মাইথোং থম্বালবু পুংথান ওইনা অমুক্তসু য়েংজবা ঙম্লক্তিদা খুদোংচাবা কংলহনা য়েংবগী পেনবা নাইররোইদবা মবুংঙোগী চঙখোনবা শকফম 'পূম্নবু চেপ্লিঙৈদা মুম্না য়েংজহৌই। অসুম অসুম য়েংলকপদা, খুহুম চেংনা পায়রম্বা, চৎপা চাবা ভূম্বা —মতম পূম্নমক্তা থাদোকপা লৈত্রবা মুরলী কোমগোমনা লৈরম্বহু উকয়ে। মুরলীগী মরাইবক ফববু খল্লুহনা ইবেম্মনা হাযরকই— হে মুরলী। করি পুণ্য তৌরকনা রা-মক ওইনা পোক্লবসু ঐগী ইবুঙোগী চুম্বন কংলববনোকো। নহাক্কী খোম্হোক অমনা সমুদ্র ইথক হৌহল্লি, খোম্হোক অমনা যণবী যম্নাউ খে মজিল্লি, খোম্হোক অমনা ব্রজগোপী 'পূম্নবু শুদ্ধংলি। মপুগী কৃপা লৈরবা নহাক্তি তৌগে হায়রবদা ঙমলিদো। ঙসিদি খুদোং চাবা কংলি-ঙৈদা ঐগী ইবুংঙোনা নহাকপু কন্না য়াম্না প্রেম লৈবগে হায়রহু

চাং অমুক্তং য়ে লগেকো শাউগন্নকো মুরলী, নবুংঙোগা ঙাইহাক্তং কায়নরোকো।'

অসি হায়রমগা তপ্পা তপ্পা শত্তুনা ইকেম্মনা মুরলী লোংশিনপ্রে। মবুংঙোনা চেপ্‌তবা মতমন্দি ঈকাইথীবী নুপীগী মশোক ওইবনা অরাক তমমা য়েংজবা ফংজত্রিবী চান্নরবী সখীশিংবু কৌশিন্নগা মবুংঙোগী কক্‌-য়বা মায়থোংবু চেপলিঙৈদা যেংজহৌসন্ন হায়রবগী মতাগুম লোয়া লোয়া য়ারী শানরি। ঙাইহাক্তংগী মন্নুংদা শ্রীকৃষ্ণ লেঙখৎলকলে, তথক তথকপা মিংয়ে'না কোয়য়েং য়েংই, অমুক হন্দনা রাখল তৌই—'ঐবু ঙসি কদাই কদাইদা চৎপুরবগে, কদাইদা 'থনন্নবনো" খুবাংনা তাপতাপ ফুহনা, চেপ্পনবা শয্যাদা য়েংই লৈরমদে, রাখল তৌই, কোয়য়েং য়েংই। থঙশিন্নত্রিবী ইকেম্মনা—কন্নিনো চেপ্পা লেঙখৎলকপদা অঙাওবগী পান্দম-গুম তৌথোক্তবা মতৌ অমা তৌবীরিবা অসিবো। কন্নিমক্ত মঙলুহনা তৌরিবনো ?"

রস অসিবু চুপ্‌চরিবা গোবিন্দদাস কবিনা সিদ্ধদেহ ওইনা চঙজর-ভুনা মবুঙোদা জলসেবা কচ্ছরি।

শ্রীকৃষ্ণ। ( মিং-না শিংলবদা ) মুরলী কনানা লোই।

( সখী মন্নায়া ইঙক ঙন্না অমগা অমগা য়েংনরকই )

শ্রীমতীরাধিকা—ইবুংঙো ঐখোয়দি লৌজদে। ইবুংঙোগী অকংবা রা মতেক অদুবু কন্নি কান্নগনি হায়না লৌরুগদগে। সনাবুদ্ধি তৌবিয়ু—ইবুংঙোদি বন বন খুদীং কোয়না লেঙবনি, উথোঙ-রাখোঙ খুদীংদা ইবুংঙোগী পোথাফমনি মরাইবক ফবী কনাগুম্বীদস্নু লেঙবিদো। অরাবা তারবা কনাগুম্বা ননাই ভক্তনা থংকৌ কৌরকপদা ননাই কয়নবা থংলেঙ লেঙইদো। খনবিয়ু কদাইদা চীথবীরন্নবগে। ঐখোয়দদি ভাশিন-বীরকহু।

রা অসি তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা অমুক রাখল তৌখি। ঐগী বংশীদি ঐগী লৈজবা 'পূন্না মঙোন্দা হাপলিবনি বংশীগা রাধিকাগা ঐঙোন্দদি

চপমাইরে মুরলী-খাওদনা নওগী রাধা হায়রবী মরেক অনিতা অলুবু করম্না শকলিগে। অসুম্না মুকম মুকম শোম্লক'দা, সখী মরক্তগী ভাজবদা রাররবী ললিতানা ইঙ্গিত অমনা মুরলীদি রাধিকাদা লৈররবনি হায়না উৎলকই। ইঙ্গিত অতুগী মতুংইল্লা, শ্রীকৃষ্ণনা নীংতম্না ইবেম্মগী সনা হুকচাংদা মুরলী থিথি থিবদা কংথিজ্রে।

মতুংগোগী, জীবনা কংথমরবা খুংনা শোকপদা পেঙ্গরবী রাধানা থম্মোইনুংদা মুংঙাইবা লোৎলগা, মপাম্মোঙদা ইকাইবা উত্নুনা মায় লুকথনা হায়রকই,—মমাম্নবী সখী 'পুম্বাবুস্থ ইবেম্মনা ফংলিবা—শ্রীহস্তনা শোকপীবগী মুংঙাইবা অহু কংগসনু থন্দুনা, 'মুরলীদি ললিতাদা লৈরগা নীংবিরবা মতুংইল্লা মীমাঙ-পোমাঙ খ'রদনা, ইশা 'পুম্বা থিবীহুনা ইকাইবা পীবিরিবোইরে।'

রা অসি তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা ললিতারোমদা ওনশিন্দুনা খুংনা হেক শোকপদা 'ঐঙোন্দা লৈতে, বিশাখাদনি।' বিশাখারোমদা ওনশিল্লক-পদা চিত্রাদনি, চিত্রাদগী চম্পক-লতা, অতুদগী তুঙ্গবিদ্যা, ইন্দুরেখা, রঙ্গ-দেবী, সুদেবীদা মথং মথং ওনশিল্লকপদা সখী 'পুম্বা মপান্দা চেম্মোকখ্রে, মাধবী কুঞ্জদা নোক্না নোক্না রাধী শাক্লুনা লৈথোকখ্রে।

মুরলী কংদ্রহুনা ইবুংঙোতা ঙাইহৌরবদা, ঐগী হৌজীক কনা লৈরি, কৃষ্ণ ঐদি ইত্তোমতনি। শ্রীমতী রাধিকাদা চঙজদনা কনানা নীংবা থুং-গদপে খল্লকলে। জীব পুম্বদা শিক্ষা পীবিগে হায়না জগৎকী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণমক্না শ্রীমতীগী নাক্তা লেঙথোরক্তুনা, রাধে, ঐগী মুরলী পীরোগবা হায়রয়ে। মবুংঙোগী অরাবা উবদা মুরলী কৎখ্রে।

অসিগী মথংদা জলকেলী, পাশাখেলানচিংবা লোইরগা গৃহাগমন ওইখ্রে। অহিংগী লুক হারগা অহিংগী লীলা লাকলে।

**প্রেম অমসুং রাগ** থম্মোই মপু ফানা লুনা য়োশিল্লা মুংশিবা ভাবপু 'প্রেম' কৌই। য়াম্না অরাবা তাররবদা, ফাওবা পুক্নীং খক্তাক হোংদবা অদু 'প্রেম-লক্ষণ'নি। প্রেমনা পরিপাক ওইরগা 'স্নেহ', স্নেহনা পরিপাক ওইরগা মান ( সুখময় রস ), মাননা পরিপাক ও রগা

'প্রণয়', প্রণয়না পরিপাক ওইরগা 'রাগ' ওই। মাম্না রায়বা কাও-বদম্ন মুংঙাইবনি হায়না লৌবা পূরক্লীং খক্লীক কাওবা হোংদবা অদূবু 'রাগ-লক্ষণ'নি। রাগ মখল অনি শুই,—সাক্ষাৎ দর্শন অমসুং চিত্রপটে দর্শন। মুংশি মায়থোং উরগা অনৌ অনৌবা রাখল পোকপা, উরবা কাওবদা উত্রিবগুম খনবা পেনবা নাইদবা অদূবু অনুরাগ কৌই।

নায়িকা মখল ৮—১। অভিসারিকা, ২। বাসক সজ্জা, ৩। উৎকন্ঠিতা, ৪। বিপ্রলব্ধা ৫। খণ্ডিতা, ৬। কলহান্তরিতা, ৭। স্বাধীন ভর্ত্তৃকা অমসুং ৮। প্রোষিত ভর্ত্তৃকা।

১। অভিসারিকা—মসিগী মখল ৮নি:—১। তামসী ৩। বর্ষা, ৪। দিবা ৫। কুব্‌ঝটিকা, ৬। তীর্থযাত্রা, ৭। উন্মত্তা অমসুং ৮। সঞ্চারা (থাবল ফবদা ১, অমম্বদা ২, নোংচুবিভৈদা ৩, মুংথিলদা ৪, লৈচিল্লক্তা ৫, তীর্থচৎপা ওংনা ৬, উন্মত্তা—মবাইকাহ্নুনা মুরলী খোঞ্জেল তাবদা চৎপবু ৭, অমসুং সঞ্চারা—অনঙ্গ-রসদা খাওবা রাহুনা মুমদা তুমিল্লা লৈবা ওমদনা পূরক্লীংদা লাওবা, মশাগী ফিজেৎ-লৈতেংজবা ওমদবা—পাম্বোমদা নূপুর, খোঙদা খূজী লাইপক্তা অঞ্জন, চীনবানদা সিন্দুর তৈহ্নুনা অঙাওবগুম তৌবা মতৌবু।

২। বাসক সজ্জা—মসিগী মখল ৮—১। মোহিনী, ২। জাগর্ত্তিকা, ৩। রোদিতা, ৪। মধ্যোক্তিকা, ৫। সুপ্তিকা, ৬। প্রগল্‌ভা, ৭। সুরসা ৮। উদ্দেশা।

১। মোহিনী—শয্যা শেমহ্নুনা সখীগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণবু শুন্দাংকনি হায়না লৈবা।

২। জাগর্ত্তিকা—ফিজেং লৈতেংহ্নুনা অমুক ফম অমুক হৌগৎ, খোংজিন্দা অমুক রেং, তুমদনা ভাইহ্নুনা লৈবা।

৩। রোদিতা—থম্মোইদদি নায়ক উন্নগনি হায়না মুংঙাইরবম্ন মপান্দদি তে থাহ্নুনা কপ্পা।

৪। মধ্যোক্তিকা—নিকুঞ্জ-কানন শেংদোকপা, নায়ক লাক্লগা অহুম্না শায়গনি খন্দুনা, মশাম্ন অদূবু শাগৎপা।

৫। সুপ্তিকা—লৈগী শয্যাদা হীপনীংলকপগী মাখল, সখী-শিংগা মারী মাতাই শাত্তুনা মুংঙাক্লনবা।

৬। প্রগল্‌ভা—মতোমদা কুঞ্জদা কমত্তুনা নায়ক লাকপা ওাইবা, কিশলয়, বকুলগী শয্যাদা অমসুং দূতিশিংদা চৈবা, পাউ থাবা।

৭। সুরসা—ফিজেৎ-লৈতেং, ফম শেমত্তুনা মন্দিরদা লৈবগা, নায়ক লাকপা থীগ্নে খন্দুনা অরায় অথুম ত্তৌনবা।

৮। উদ্দেশা—হায়নবা মফমদা চত্তুনা, ফিজেৎ লৈতেংত্তুনা নায়ক লাক্লবগীদমক সখীবু থাবা মখল মখাগী চান থক্লবা মবুংত্তোগী সেবাগী দমক থমত্তুনা খোরাংনা ওাইজবা।

৩। উৎকণ্ঠিতা

নাযকনা থুনা লাক্ত্রবদা খোরাংনা লম্বীদা য়েংবা, কায়ন-মৈচাক ফংত্তুনা তেংথাবা। চান্নবীশিংনা হৌজিকমক লাক্লগনি চান্নবদো হায়না থেমজিনবা (ভক্তমালা)

লাংতক্লবীনা নাযকপু ফংজগদবা কয়া রাংলি খন্দুনা মবুংত্তোগী লম্বী পাংনা য়েংত্তুনা লৈবা (রসমঞ্জরী)

উৎকণ্ঠিতা নায়িকা মখল ৮ গুই—১। উনমত্তা, ২। বিকলা, ৩। স্তব্ধা, ৪। চকিতা ৫। অচেতনা, ৬। সুখোৎকণ্ঠা, ৭। প্রগলভা, ৮। নির্ব্বন্ধা।

১। উন্মত্তা—অঙাওবী পান্দম ওইবা

২। বিকলা—নায়ক উত্রত্তুনা মুংঙোনবা লম্বী পাংনা লাও-তক্লনা য়েংবা।

৩। স্তব্ধা—মুংবঙনরবী ইবেম্মনা নায়ক লাক্ত্রবদা লৈপাক্তা খুজীগ্না খোৎপা, ডাইহাক শয্যাদা হীপথবা, অমুক তমাল য়েংত্তুনা হৌগত্তুনা চেনবা।

৪। চকিতা—ওকচানবা, ওাইহাক কায়নগে খনবা, ওাংহাক তেংথা নাউয়োরবা।

৫। অচেতনা—যাম্বা।

৬। সুখোৎকন্ঠিতা—মমাংঙৈ শান্নবৈদা ওন্নাৎখিবা থন্দুনা লুংঙাইবা।

৭। প্রগলভা—শয্যা থাদোক্তুনা ঙাইহাক মপান থোকপা ঙাইহাক যাম্বা, কপ্প, ঙাংহাক খোঙথাং মতেক মতেক চৎপ, দূতিগা তত্তনা থৎনরকপা।

৮। নির্ব্বন্ধা—শয্যাথক্তা নীংবা কায়রহুনা অহিংচূপ্পা কপ্তুনা লেনবা। লঙ্কেত মতুংইন্না ঙঙাইকদনা ক্ষমহুনা অহিং চূপ্পা কপ্তুনা লেনবা।

৪। বিপ্রলব্ধা—

চান্নবী সখীশিংগী থেমজিনবা যাহৈনা পুক্নীং তপথবা। নায়কনা লাক্কদবা লম্বীদা য়েংহুনা লৈবা। ঊনা কেল্লকপা, ঊনা তন্নবা খোম্বোকপু নায়ক লাকপনি খনবা, দূতি থাক্নবদা কান্নদনা হল্লকপা, কায়নবগী রানা অহিং লেল্লবদা লাক্তবগী শাউবা অদুবু 'বিপ্রলব্ধা' কৌই।

বিপ্রলব্ধা মথল ৮—১। নির্ব্বন্ধা, ২। প্রেমমত্তা, ৩। ক্লেশা, ৪। বিনীতা, ৫। নিন্দয়া, ৬। দূতাদরী ৭। প্রখরা, অমসুং ৮। চর্চ্চিতা।

১। নির্ব্বন্ধা—মথক্কী উৎকন্ঠিতা রসকা অন্দানি।

২। প্রেমমত্তা—ইঙ্গিত মতুংইন্না ফিজেৎ-লৈতেংহুনা কপ্পা কপ্পা লেন্দুনা অহিং হৌগ্রবফাও, নোংঙাল্লমদাই ফাও মহৈ যান্দ্রবদা মশাগী মথোক কায়কপবু য়েংজরগা কপচবা।

৩। ক্লেশা—নায়ক লাকপগী অরেপ্পা খঙলবদা সখীদা অয়াবগী রায়ী শাবা।

৪। বিনীতা—কায়নরবদা অমেঙবা নোল্লুকপা যাহৈনা ঙসিদি যমুনাদা চোংথরগে হায়বা।

৫। নিন্দয়া - সখীগী মচীন্দগী ঙসিদি নায়ক লাক্তে, মীনম্বা ইঙ্গিত লৌকনদগী অরেম্বনা অহিং লেমগ্রে। লীক কোন থদত্তুনা হুন্দোকলে, লৈরাং পরেং ঈশিংদা হুজেকগ্রে।

৬। প্রথরা—মিংকপ থোক্লগা পি তানা কপ্পুনা লাউনা তেংথাবা।

৭। দূতাদরী—নায়ক লাক্ল।নি হায়বা খবদা কাওরদুনা মুং-ভাইবা অসুং গুরুজন নিংকপ থোক্নুনা থুনা য়াহৌরক্লগনি খনবা।

৮। চর্চ্চিতা—রাগগী মপুং ফাবা।

৫। খণ্ডিতা—

নায়কনা অতোপ্পী নায়িকাগা লৈমিন্নরকবগী খুদম উবদা অশাউবা রাঙাও অমসুং থোওইদবা উৎপবু 'খণ্ডিতা' কৌই। মসিগী মথক ৮ ওই মহুদি-১ নিন্দা, ২। ক্রোধা, ৩। ভায়ানকা, ৪। প্রগল্ভা, ৫। মধ্যা, ৬। মুগ্ধা, ৭। রোদিতা, ৮। প্রেমমত্তা।

১। নিন্দা—(ললিতানা নশিন্দুনা) নোংঙাল্লকপদা লেঙবিরকপা ইকাইখীনবরা। শ্রীমুখনা মোমোন নোকপিবা অহুনা ঐগীদি মঙ্গল ওইজরে। অহিং লেনবিকরগা মগুণ খঙহনগে হায়না হুজীক্কা লেঙবিরকপা অসিনা মিংকী নৈচাক পীবিবরে, পাম্বোমদা খুজিগী খুদম, লংগু য়াওদনা লেংবা লৈয়াংপরেংনা খোই ওইনা ননাইবু থুহনবীরগনু—অসিনচিংবা।

২। ক্রোধা—লেঙবিরো, ঐভোন্দা য়াই চিলহনবীরগনু, থরায় অসি চাকলে, কয়ারকমু চাকহল্লবনি, মীনগা রাঙাও হৈবা।

৩। ভয়ানকা—ইবেন্মগী তাম্বোকপা রাঙাও তাবদা কৃষ্ণনা রাখিবা চূড়া সমর্পন তৌদুনা দণ্ডবৎ কৎপা। ইবুংঙোগী শ্রীঅঙ্গদা লৈরিবা ওয়-তৈনবা খুদম 'পূর্বা লমক' দ কৃষ্ণা' নমথাও ফীজিনা শ্রীমুখ নাম্বোক্নুনা খাওবা।

৪। প্রগল্ভা—লেঙবিখরো' উনত্রগতা অরাবা কোকনি হায়না তানবা।

৫। মধ্যা—লাইপক্কা সিন্দুর পকলে, থা মানবা চন্দনগী ময়ায়দা মৃগমদ পকলে। মিং অহুম শুবগুম উবে, ঙসিদি মহাদেব ওইবীরে। অহিংচুপ্পা জাগরণ তৌবগী ফল অয়ুক্কা উজরে। বামনা লাপ্পদা সেবায়

লৈরসন্ন। চন্দনগী উফুলনা হুক্চাংদা তৈবদো, মহাদেবগী মশাদা উৎনা লৈতেংবা ওইরে। নহাকপু উবদা ঐগী মন্মথ কামদেবসি তৃমখরে। করিগী কীগে থোক্লিবা, দিগম্বর ওইগদবনি ; নত্রবদি মহাদেবগী নিয়ম কায়রে— অসিনচিংবা।

৬। মুগ্ধা—য়ূমদগীনি হায়না ঙাওথোকপিরক্লিবা মীনম্বা মাহুত উজরিবা শ্রীঅঙ্গগী খূদম, মায়দা লৈরিবা মগী খূদমনা প্রমাণ চারে। লেঙবিয়ো, মহু উবদা ইকাইজরে—অসিনচিংবা।

৭। রোদিতা—অহিংচুপ্পা প্রেমগী ঙঙাইবা শেমলুরে, নোং-ঙাল্লবদা হুন্দোকপিরমলে, মরাল করি লৈহুনা। হে মাধব, ঙসিদি নত্তবা থবক তৌরে, নীংথিজবী খিবীকী মাঙদা ইকাইবা ক্ংলে। লেঙ-বিয়ো, লোয়নবী কনানসু মা ঙাঙলরোই, মায়থোং খুমজিন্দুনা করিগী অমুক লৌনম তৌবিরিবগে।

৮। প্রেমমত্তা— শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ-কান্তিনা অমম্বদা ঙাল্লে ; খুজীন থম্বালশিং অহুনা অনৌবা থা ওইরে। য়াম্না চেকশিন্না মান তৌরিবী অদুবু কৃষ্ণনা মোমোন নোক্লুনা আলিঙ্গন তৌবীরে। মানগী নাপল মাঙথে। শ্রীকৃষ্ণগী পুক্নীং থুংলে, অহিং গুংথিন্দা প্রেমনা খুহুম চম্লব-শিংগী করি বিচার লৈবগে।

## ৬। কলহান্তরিতা—

মানগী মন্থুনা অমুক অরাবা কংলকপদবু 'কলহান্তরিতা' কৌই। মথল ৮ শুই—১। আগ্রহা, ২। ধীরা, ৩। অধীরা, ৪। কোপ-নাবতী, ৫। সখ্যুক্তিক', ৭। সমর্থা অমসুং ৮। মুগ্ধা।

১। আগ্রহা—ইবুংঙোগী মায়থোং থা উত্রে, অমৃতনগী হেন্না থুম্বা মাঙাঙলো তাখিত্রে, খোইমু খোঞ্জেলনা থম্মোই ইরাও হৌরে। হে চাম্বী, করিগী মান চাউহনবগে, প্রেম কায়গনি খল্লুবদা কিহুনা থরার অসি নীকুনা লৈরবী ঐনি। সখি! শ্রীকৃষ্ণবু অমুক্তা থেম-জিল্লু, মাগী খুৎথম্বালনা শোকপিবদো তেংকপ্রগনি ; অনৌবা অমৃতগী

রস ওইরকপা অহু ঐঙোন্দদি হু ওইরগনি। প্রাণনাথকী খুৎ থম্বালনা লেংবা লীক, লৈরাং পরেং শিবা কংলরোই, লীক-পরেং অহুমক্না ঐঙোন্দা লিল ওইনা থোক্লরগনি।

২। **বিকলা**—সখি! কৃষ্ণ হাযবা অসি পুন্নমকী চান্নবা ওই-বনি মহৌশানা। প্রেমগী ঈথক খাওবা শুমদরে। কম্বিগী ঐগী কৃষ্ণবু ইস্থোকলুরবনো। ফজ্রবা মাননা ইতোমতবু চাকহন্নরে। চান্নবী, হৈ-শিংবী! পুন্নমক নঙনা খঙবনি। ফনংবা মরম 'পুম্বা নঙনা শীল্লো, নখোঙদা ঐগী থবায় কংলবনি।

৩। **ধীরা কলহান্তরিতা**—হে সখি! ঐগী অখোংবা মান তৌকহনা প্রাণনাথবু থৌওইখিদ্রে, ইখোঙ পাযহনা হাযজবদা মাদা চিনবা থরোনহুম হৈদ্রে, নত্তবা ফত্তবা রাহৈনা তাস্থোকখ্রে। পুন্নমক-সিগী ফল ঐনা ফংলে। নীংথিবা ফিজেৎ, অহাউবা চানীংবা লৈতে, তুমনীং হীপনীংবা খঙদ্রে।

৪। **অধীরা**—নল্লুকপা রহৈ কয়ানা হায়জবা, অশাউবনা মম-খিহনা য়েক্লবনি খল্লুরে। চিন্তামণি থাদোক্লগা লীকলি পায়হোরে। নুপী ওইনা পোকপগী ইতিক চাদরে। ঐগী শিননবগী মরম অহু কন্নবা মাননা শেমখ্রে। থম্মোয় কল্লুবনা হুজীক ঐগী উপায় লৈত্রে।

৫। **কোপবতী**—সখীনা হায়—রাখল যাওদনা মান তৌরবগী ফল ফংলেদো। রত্ন থাদোকখ্রবা হু ওইবা মানবু থম্মোইদা থমহোরে। সুংশিবা রাহৈ কয়ানা হান্নজববু শাউগনবা নুপীগী মাননা লিনগী মশক ওইরবে।

৬। **সখ্যুক্তিকা**—হে রাধে! রাত্রিবদো থাদোকলো, নবুংঙো কায়নবগী চাকলিবা মৈ অদো মুথৎলো। চঞ্চল ওইবা কৃষ্ণদো শবর হোনবা খুদিংদা নঙগী নাম শোল্লিবনি। নঙগী থাজ মানবা মায়থোং উরগা থবায় হিংহনা লৈরিবনি।

৭। সমর্থা—সখিনা কৃষ্ণদা তাবিয়, পুম্নমক্কী চাম্নথোইরবা। নহাক্তি য়াম্না হৈশিংবা, পুম্নমক খঙবি ঊবীরিবনি। পাপচেনবীগী প্রেমবু কবিগী ইস্তোকপিবগে, রসিক শিরোমণিনি হায়না খঙজে। ইবুংঙা নহাক্কী মরীদা শ্রীমতি রাধিকানা প্রেম কচ্চকবা অসি ওস্তোক্লা তোন-থ্রে। মা অসি ভাবদা শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোই ঈরাঙ লাঙলকলে।

৮। মুগ্ধা—অপঙবী নুপী মপোক্কা পোক্লবী মানগী মরমসু খঙজদে, প্রেমগী বিলাসসু খঙজদে, থাঙ্গৈশেংবা নহাক্কী প্রেম রসতবু পামজবীনি। হে মাধব। নঙগী লমচংপু কনানা খঙগনি, মরান লৈজদবীবু কবিগী ইস্তোকপিবগে। ইবেম্মা অপঙবীগীদি ম'য় লুকথ-রগা কপ্পুনা লেপ্পবা, ভাঙবসু হৈজদবা—করি অমুক হায়গনি, মালতী কৌবী লৈরাংদা থোইমুনা তোংলবা ফাওবদা উত্রবী অপঙবীনি।

## ৭। স্বধীন ভর্তৃকা—

কুঞ্জদা শান্নবা লোৎরবদা ফিজেৎ লৈতেংবীনবগীদমক শ্রীমতী রাধিকানা শ্রীকৃষ্ণদা খঙহল্লিবা অদুবু 'স্বাধীনভর্তৃকা' কৌই।

১। কোপনা, ২। মানিনী, ৩। মুগ্ধা, ৪। মধ্যা, ৫। উক্তকা, ৬। উল্লাসা, ৭। অনুকুলা, ৮। অভিষেকা হায়না মখল ৮ শুই।

১। কোপনা—সখীশিংবু যেংলকপদা ইবেম্মবু উরে, হকচাং 'পুম্না হুমাংনা চেৎলে, কবরী নাম্থেকলে। শ্রীকৃষ্ণনা কবরী শুন-শিনবীরে। লাইবক্কা সিন্দুর নযনদা কাঁজল, খাওচেৎ নমখাঙ, খুজি, ভাল, থোঙতোপ্লাচংবা পুম্নমক হাপ্লিরে।

২। মানিনী—নায়িকাদা মখা পোল্লে হায়বা উবহুনা য়াম্না হৈ-শিংবা বাহৈনা হংলকপদা মান তৌরিবী নাযিকা অতুনা কিহুনা খজীক ফাওবা খুমলক্তে। মসিদা কৃষ্ণনা হায়রক"—মিৎসা থম্মাল মানবী, কবিমত্তা চিংনগৎ, নঙগী নশাদি মহৌশানা ফজহুনা লৈরিবনি, ঐনা নীংথিরবা ফিজেৎ অসি শেমলগে।

৩। মুগ্ধা—হে ইবুংঙো, নঙগী অকনবনা পাজল শোনবী ঐবু লকচবিরে। ঐগী চাঁচর-কেশ কাহল্লে মণিহার তৎলে, নখঘাটনা ঐগী থবাক খোগায়বিরে হে বনরারী, শিরীষ কুসুম পরেংস্থ তৎলে।

৪। মধ্যা - মর্য্যাদানা মাঙওইনদুনা রাধাবু হৃদিদা থমদুনা শিৎ-নাল্লি। হে অচানবী। প্রেমগী মপু ওইবী। নহাকপু উবদা অরাবা পুম্বা কোকলে। ইওলবা থম্বাল মনানা তপ্না তপ্না হুমাই হুমদুনা লম্বেলদা লাকপগী অরাবাবু হংথি। খুদোলনা খদাঙবু পায়দুনা চীন-বান্দা পানাবু থম্না ইন্দুনা নুংশিবা রাঙাঙনা পেলহল্লি।

৫। উক্তকা—হে ইবুংঙো! ঐগী অলঙ্কার 'পুম্বা শেম্বিয়, কুণ্ডল নাইন খুজি-নূপুর, খোঙজি, কিঙ্কিনী, সারী-ইয়ফি, চন্দন সিন্দুর লৈতেংবীয় অসিনচিংবা।

৬। উল্লাসা যমুনা মপান্দা নিকুঞ্জবনগী, অনৌবা মনানা পুং-লবা পামেলশিংগী মরক্তা ঐগী পুক্নীং অসিনা হরাঙনা চেল্লে। ইবুং-ঙোস্থ বন অতুদা লেঙবিরো। কুঞ্জগী নীংথিবা য়েংমিন্নদুনা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাঙমিন্নরে।

৭। অনুকুল -মপে মপেদগী নীংথিজবী ব্রজগোপী, ব্রজগোপী-দগী ফজবী কামিনী—বনগী মন্নারদা লৈরে। পুন্নমকপু হুজেক্কুনা শ্রীহরি রাধিকাগী খুজেং পান্নরে। ফজবা লৈ হেক্কুনা বেশ শেম্বিরে, শয্যাদা লৈ পরেং কয়া তৎপা উরে। বনগী মন্নারদা যুগলকিশোরগী অঙ্গ-গন্ধনা থল্লে, খোইমু মযাম ইল্লে।

৮। অভিষেকা স্বাধীন ভর্তৃকা—য়েংউ য়েংউ ইতাখোয়। লুচিংবীগী অথোইবী রাধাবু বস্ত্র সিংহাসনদা ফমহল্লে। শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মবু অভিষেক তৌরে। সখী ময়াম তিন্দুনা ইবেম্মগী আভরণ লাও না লৈরাং পরেং. স্বর্ন—মণিহার শেমদনা কৃষ্ণগী শ্রীহস্তমক্তা ইবেম্মগী অল-ঙ্কার শেমলে। নুংশিন্নবা রাহৈনা, হে বৃন্দাবনগী মবেম্মা! ওইরে ঙসিদি কৃষ্ণ ঐহাকনা নখা পোনবা প্রজা। ললিতানচিংবী অচানবী

সখীশিংনো নওগী পরিবার ওইরে। ইবুংঙোগী অমুম্বা মুংশিবা রাহৈ তাক্তবদা ইবেম্মনা নোকই, সখীশিংনা মুংঙাইজে।

## ৮। প্রোষিত-ভর্তৃকা—

নায়ক নায়িকাগী প্রেম মখোইকাবা। কীগাউদা মণিমুক্তা য়োমশিল্লগা মণিমুক্তাবু নিবা, তম্পক্তা লৈন'লনা পুক্নুংদা কায়নবগী রাখলনা ডাওবা। মসিগী মখল ৮ দি—১। ভাবী, ২। ভবন, ৩। দিব্যোন্মাদ ৪। দশম দশা, ৫। দ্যূতি-সংবাদ, ৬। বিলাপ, ৭। সখ্যুক্তিকা, ৮। ভাবো'ল্লসা।

১। ভাবী—হে কৃষ্ণ, মায়খোং লাংশিল্লিববু কনাগীদমকনো। করি ওইগদৌরিবনো। কোকথক্তা খুং থাংগৎলিবহুনা করিগীনো, মিৎস্না থম্বাল অনিদা লাইজ তরঙ হৌবনা কর্ম্নিগীনো। তাকপিযুগবা লাইবক থঁবী রাধাদা। শঙলে, নোংমদি শোযদনা বন্দাবন থমমহুনা মকম কদাইংনো লেংগদৌরিমাল্লে। রাধা ঐনা ঐগী ইবুংঙোগী কায়না মৈচাক থাঙহুনা লৈগদবগী শরুক হুজীক কাংবা হিংহুনা লৈরিবা অসিবু করি পাপ তৌরকংননো।

২। ভবন—যেংউ হঙা। পুবচেল থত্রবা অক্রুর লাক্লেনেশে, ঐখোয়গী ইবুংঙোসে মধুপুরদা পুখিগদৌরিমাল্লে। উচেক ময়াম ঈরাং হৌই, গোপ ময়ামমসু চৎনদৌরিমাল্লে। নিংথৌ মহারানী অনিগী পুক্নীং ওল্ল-ভৈনবা রাখল তৌরে, কনা অমগা থম্নবসু লৈত্রে। বক্তবা বিধাতানা শীনথ্রমাল্লে, শ্রীকৃষ্ণবু মধুপুরদা পুখিবা তারে, অরাবনি।

৩। দিব্যোন্মাদ—হে মাধব! নখোঙ থম্বান্দা প্রাণ কচ্চরি, ঐবু হুন্দোক্তুনা, কল্লবা থম্মোই পুহুনা লেঙথ্রবদা ঐনা ওইহৌগদবা কিক্তম উবীরিবনি। অইঙবা থাগী মঙানবু মৈশা ওইনা থল্লে, কায়না মৈচাক থাঙববুদি শিবনা করগনি থল্লে।

৪। দশমদশা—১। চিন্তা, ২। জাগরণ, ৩। উদ্বেগ, ৪। তানব, ৫। মলিনাঙ্গ, ৬। প্রলাপ ৭। ব্যাধি, ৮। উন্মাদ, ৯। মোহ অমসুং ১০। মৃত্যু।

হকচাংদা প্রেমগী লাযথুং ওইবা, থম্মোইদা তমথীরবা তেন্না থাবা, থরায়না কণ্ঠদা লৈবা, খুবক্কা চুবাদা শোক্নুনা রাখলদা লুপ্পা মিংতগী পি কংদবা, বক্ষদা থোনবা মণিহার- স্বর্ণহার মচু মকশিনবা—অসিগুম্বা মওঙদা ইবেম্মনা হংগৎচৈ—'ইবুংঙো, লাপ্পবা মধুপুরদা লেঙথবদা, পাঙ্গল-লৈত্রবী লাইবক থীবী ঐদ কাযনা মেচাক পুহ্নুনা অরাবা দশা তন্না অসি লোয়নহ্নুনা লৈহৌরগদবনি।

৫। **দ্যুতি সংবাদ**—মবেম্মগী অরাবা ফংবা ওমজত্রবী ললিতানা ঙাহ্ন অমবু মধুপুরদা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা থাহ্নুনা পাউ চৎহল্লুই। ঙান্নুনা হল্লকপদা মবুংঙো কায়নবগী রস্থহ্নুনা, অচানবী সখীশিংনা কপ্পা কপ্পা কোয়নিন্দুনা লৈরম্মহু উঃ। ললিতানা ঙা -পাউ অসি ঐনা মধুপুরদা থাকবা হল্লকলে কপখিগনু সখীশিং হাবরকপদা, ইবেম্মসু হিংগৎলকলে, হিংখিগে নীংসে পাউ তাবদা।

৬। **বিলাপ**—আকাশতা নোং খোংলে, রাকোংসু হন্নাউরে। কৃষ্ণনা মধুপুরদা লৈখ্রে, রাধা ঐনা হথণ্ডা লৈহৌবে। চান্নবী হতাশা, ঐবু রাহল্লিবা অসি কৃষ্ণগী প্রেমতনান। ইখুন্না পায়জরম্বা মণিদো মাঙখ্রে। কৃষ্ণ উত্তরবনিনা ঐগী অন্নাবা অহিংসে নোংস্র ঙানবীত্রে।

৭। **সখ্যুক্তিকা** - কৃষ্ণ কাযনবগী মৈদা থাম্বিবা প্রাণ অসি শোয়দনা চাকলগনি। ইত্তাসা, নখোয়গী রাহৈশিংহ্নুনা হিংবা রাররোই। ঐনা শিত্রবদা কৃষ্ণনা লেংলক্নুনা ঐবু হংলবা মতমদা ঐ শিখ্রে তম্বদা প্রাণনাথনা ওইগদবা অন্নাবা মওঙদো উবগা হতাখোয় নখোয়না কন্নম্না থাঙগনি। ঐগী ইবুংঙোস্ত নুপী হাৎপা হায়বা নিংথোল অমা জগৎতা লৈহৌরগনি।

৮। **ভাবোল্লাসা** - ওসি ঐগী মওদা অথোক্টবা ব্রাহ্মণ অমবু থুকম্নম্মী ঐনা নীংবা থুংলগনি ঙাকপিরম্মী। নোংঙাল্লমদাই—অরুণকিরণ লক্লবা মতমনি। লেমনা মাঙনা মঙ্ নত্তে। মতাং অহুদা আ—দো—নবুংঙো কৃষ্ণদো লেঙলকলে হায়না ইঙ্গিত পীরম্মী। ওয়থবো

মিং, ওয়থংবা পাম্বোম চোংলম্মী—ওন্থোক্লা নুংঙাইজরম্মী। অসিগুম্বা ইবেন্মগী অকবা মঙ্গল অসিবু শোয়ররোই হায়না ঘনশ্যামদাস কবিনা হায়জরি।

মতাং অসিগী নায়িকাগী রস ৬৩ লোইরে। মণিপুরগীসু লৈখিদ্রবা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী সনা হাক্তক্তা রস ৬৪ গী ঈশৈশিং অসি রাগ-রাগিণী অমসুং পুংগী মেল ৬৪ গা কোয়না কাংনহনা পুং-ঈশৈ অমসুং চোলোমগী ওজাশিংনা পুথোকখি। ঈশৈগী শরুক্তি মহারাজগী আদেশতগী মণিপুরদগী চাকসু নত্তনা 'শ্রীধামদগী, কাশীদগী, শ্রীগৌড়-দেশতগী - দেশ দেশ খুনী'দগী বোস-কাবাগী মনুং হুনাজিনবা লাইরিক লাইরিক খিবিকপু থিত্না থিত্না পুযরুগা চহি অহুম পুরা ফাবদা কাংনহনা শকখি হায়রুনা থেংনকবা কোর্ব্বেক অমদা ইরি। ( মৈতৈ জগোই অনিগুবা শরুক—লাঃ ৯৭ )

**মণ্ডপ**—কীর্ত্তন মন্দিরবু শ্রীবৃন্দাবন ভাব তৌগনি। সখী ৮ না যুম্ভী ৮ ওইখিবনি খনগনি। কোনা চিথেক মথিদা কৃষ্ণ লৈ মখোঙ ৮ মক কৃষ্ণ অমমমনি খনগনি। যাত্রা ওইরিবা ময়ায়গী মখোঙবু কল্প বৃক্ষ, চৈতন্য-কীর্ত্তন-মূর্ত্তি-রসরাজনি হায়না খনগনি। যোগপীঠনি হায়না খনবসু য়াহ। অমত্তা ওইব মণ্ডপ অসি মক্ম ৫ থোক্না খায়গনি—

১। **খোঙহান্নফম**, ২। **কুবের মণ্ডপ**, ৩। **রন্ধন মণ্ডপ**, ৪। **দ্রব্য মণ্ডপ**, অমসুং ৫। **নিত্যকুঞ্জ মণ্ডপ**। খোঙহামফমদা কলিদাস নত্রগা গোপেশ্বর লৈ খনগনি। কুবের অমসু দ্রব্য-মণ্ডপতা ভগবতী পূজা, রন্ধন মণ্ডপ্তা লক্ষ্মী পূজা অমসুং নিত্যকুঞ্জ মণ্ডপতা চৈতন্য পূজা কৎকনি ধ্বনি মঙা হায়রবদি পুং-ঈশৈ-করতাল মোইবু' কাংশীনা পূজা তৌগনি।

**মণ্ডলী**—মণ্ডপকী য়েৎলোমদা বলাইগী অবতার ওইবা নিত্যাই হাযবদি মখাথংবদা, নোংচুপ্তা পূর্ণমাসী ভগবতী অবতার মাধবেন্দ্রপুরী, অরাংদা নারদ অবতার শ্রীনিবাস নেংপোক্তা—হনুমানগী অবতার মুকুন্দনা লুচিবা ওইনা ফমলি হায়না খনগদবনি। মুনিন্দ্র, ফণীন্দ্র,

দেবেন্দ্র, তীন-কাণ্ড পূম্নমক্কী নাম শ্রবণ তৌরি খনগদবনি। মিং মাম্নবরবু মৈতৈগীম্ মণ্ডলীগী মায়কৈ ৪ দা কম্বা লাই রাংব্রেন খাংজীং, মার্জীং-নচিংবগী পুরাণ,পুয়াদা চপ মান্ননা লৈ। সংকীর্তনগী নিমন্ত্রণ কংলগা থৌওইব্রবদি নরক তাই। মণ্ডপ অমসুং মণ্ডলীগী মরমদা য়াম্না কূপ্পী, পূজা অমসুং পূজাগী মন্ত্রনচিংবা য়াম্না লৈরি। সংকীর্তন কৎচরিবা থৌবু অম্ শ্রীমতী রাধিকাগী মশকনি খনগদবনি। সংকীর্তনগী মরমদা অহানবা লাকপা মী অদু ভক্তমকোকনি হায়না খণ্ডগদবনি।

নিমন্ত্রণ—বার্তন তৌরিবা মুম্ অদু যাবট তা লৈবনি অমসুং শ্রীমতী রাধিকাগী ভাব খনগনি। আমন্ত্রণ নিমন্ত্রণ অমসুং বার্তন—মখল ৫ শুই। ওসিনক থোক্কদবা থবক্তীনা নিমন্ত্রণ, নিনি অমসুং অদুদগী হেনবা হুমিৎ কয়ানিমক্কমগী মাঙদা তৌরিবা অদবুনা আমন্ত্রণ কৌই। বার্তন চৎলিবা মী অদু বৃন্দা, তুলসীদেবীগী রাখল তৌগনি। বার্তন লৌরিবা মীনা শ্রীকৃষ্ণগী ভাব তৌগনি। সংকীর্তনদা লাকপদা ব্রহ্মাগী মশক ওইবা সন্যাসা উন্নহুনা ফমকমদা চঙগনি। ছাতিন, চৈশুনচিংবা লোয়নরক্লবদি কম্ফমদা থম্নগা মন্দির মযাযদা লৈরিবা ঈশ্বরবু খুক্কম্নগা কম্ফমদা ফম্নগনি। অদুদগী গন্ধ-চন্দন কংলবা তুংদা সংকীর্তন মণ্ডলীদা লৈরিবা বাদক, গায়কনচিংবা ভক্তশিংবু খুকম্নগা নাম শ্রবন তৌগনি। (শ্রীরূপগোস্বামীগী তত্ত্বপ্রকাশ)।

## মণিপুরগী ঈশৈ

ঈশ্বর হায়বা অসিদি জাতি অমত্তগী নত্তে জগৎ অপুম্বগী মবুং-ঙোনি। জগৎ-মবুংঙোবু অতিংকোক গুরু শিদবা' হায়না খঙনৈ। গুরুনা আতিয়া পোকলে, ঈশৈ অমা পুথোরকলে—'হোইরো হৈ হোইরো হোইরো না কেসে "(পুদিন পুরাণ)। নীশিংবা থোক্লবা মতমদগীনি জগৎ সৃষ্টিগী মতমদগীনি। ঈশৈ অসি ওজাশিংগী ঈশৈদা 'হাই অয়াংবা'—নিত্যাইপাৎ সনাখ্যাগী অসিগা স্বর মান্নৈ।

থায়নগী ওজাশিংনা শস্ত্রগী রাগ রাগিণী শীজিন্নবরম্ মৈতৈগী ওইবা শৈহেক শৈদাদা বাংলা কীর্তনদগী থেম্নবা অনৌবা শৈশক অমা

পুখোকপিরম্মী। মসিদা থায়নগী শৈতেক শৈদা, খোলহেক, খোল্লীক কয়া ফয়ামুক চঙখি। মখোগী প্রমাণ খরা উৎচরি—

**থায়নগী—** চেক্লা পাইপ্রবনা পোম্বী হজিল্লকপদা
চেক্লাগী কায়দোংফম খণ্ডবনা, পোম্বী ককণ্ডাওনয়েদো।

**ওজাশিংগী—** ইন্দিবর ফুলজিনি কানুড় কুসুমাবলী
শ্যাম নবজলধর নটবর-বেশ (অনিমকী সুর মায়ৈ)

**থায়নগী—** মৈতৈ পোত্তবৈ লৈমরোন
কংলৈ সনা পুংমযোন
চাংনা কোয়না পনশাবা
লাইনা কোয়না পন ভাকপা

**ওজাশিংগী—** আজু গোরা আনন্দে বিহরে সকীর্ত্তন
শ্রীবাস অঙ্গনে আরম্ভিলা মহাসঙ্কীর্ত্তন॥

**থায়নগী—** হো হোই হাঃ হা হাঃ হোই হা হাহা
হেরিলো লীলা হেরিলা হেরিলা।
অদুবু থোংনা হয়াউবা লৈবনোদা
হো হে হো হয়ানকেদা —— অসিনচিংবা
— — —
বাকে লোই রাকোয়োই রাকোম্না কাপ্পা লীকাপ্পা
রাকোন গনোং নোই।

**ওজাশিংগী** জয় নিত্যানন্দ আমার প্রাণ নিত্যানন্দ (অরিবা)

অকোন অহানগী রাগি খড়দে। মৈতৈ ঈশৈ হায়রবসি লৈশেম
মুংশেমচৈদগী লৈরকখিনি। শেম্বা হৌবা মণিপুর শেম্বা কোনগদবা
মণিপুর। পৃথিবীগী ঈরাং নত্রগা ময়াওন খুদীংদা মণিপুর য়েৌরকপদা
লোতপদবনি হায়না অহলশিংনা হায়রৈ। মসি তৌগিরা থোংদাক কয়া-
নসু প্রমাণ লৈ। ঈশ্বর নাগ মত্তুনা লৈব মণিপুর, চাংগা কোয়না পন্-
শাবনা ঈবাপুর কৌরখদগী হর (মহাদেব) না ত্রিশূলনা হুত্তুনা চাং-
মুংতুরা ঈসিং চিংখাকুনা লৈবাক শেম্বা হৌখি। মরম অদুদগী লাই-
রৈবাকনি (শিবনগর) হায়নসু খঙনৈ মণিপুর অসি।

মৈতৈ জাতি ঐখোয়দি ঐখোয়না হৌদোকপা থবকপু তমজখিবা মীশিংনা জগংতা পুথোকপুবদা তমজখিবা মীশিংনা মখোয়না হৌদোকপনি হায়রদকাও নোকুনা সুংঙাইথোকপা তমলিবনি। শগোল কাঙজৈ শান্নবা, অরাম্বাই হনবা, কাঙ্‌বং পুথোকপা জগোয়রাস শান্নবা অসিনা মসিগী খুদমনি। শ্রীবৃন্দাবনদা শান্নখিবা রাস-লীলাদো, অক্রুর বৈষ্ণবনা শ্রীকৃষ্ণবু মথুরাদা পুখিবদগীনা মৈতৈগী ভাগ্যচন্দ্র সিংহ মহারাজনা মণিপুর শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌবা ফাওবগী মনুংদা কদাইদা কনানা রাস শান্নখিবগে? শ্রী৺গোবিন্দ-বিগ্রহ সেবা চৎলবা মতমতদা রাসলীলা মণিপুরদা কত্তুনা পৃথিবী শীন্না খঙনবিবা নত্রা? ঐখোয়না কাউগদ্রসি—শ্রীভাগ্যচন্দ্রসিংহ মহারাজনা 'চট্টগ্রাম, ত্রিপুরা, কাছার, সিলেট, তথাও' নচিংবা লমদা লেপ্তনা 'গৌরধর্ম্ম' শন্দোকখ্রই। শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা লুপ্ত-বিগ্রহ 'শ্রীনবদ্বীপচন্দ্র'বু উদ্ধার তৌকই, মসিগী খুদম হৌজিক ফাওবা ৺মহাপ্রভু-নবদ্বীপচন্দ্র অনিগী মবী লৈনরি। মৈতৈগী গরীবনবাজগী সন হাপ্তুনা শান্তিদাসনা রামানন্দী ধর্ম্ম হৌদেকুনা মতেক থরদং চৎলম্মী হায়দুনা ঐখোযবু ধর্ম্ম তাংবা ওইনা খনবা লাক্লি। শান্তিদাসনা মৈথাদোকখ্রবা মৈতৈগী পুরাণ-পুয়া কয়াদা লুব-লুববা ঈশৈগী মরমনচিংবা য়াওখ্রে। মরম অসিনা মৈতৈনা মাবু কাউদবনি, ধর্ম্মদাতানি হায়দুনা মাবু কাউদবা নত্তে। বৈষ্ণব-ধর্ম্ম মাধবা চায্যগী সম্প্রদায় অসি ভারত'পুম্বা চৎলম্লবদি হৌজিকসু মতভেদ অসি লৈরম্লোই। মৈতৈনা চৎলিবা ধর্ম্ম অসি মৈতৈ লৈবা মফম কয়াদা অমসুং ভারতকী তীর্থ মফম কয়াদা সন্মান ফংনরি। ধর্ম্ম মান্নদবা কাওবুনা পওডাও ডাওলবসু বৈষ্ণব ধর্ম্মাবলম্বী ওইবা ঐখোয়নদি নিন্দা তৌজদ অমসুং তৌজরোই।

মণিপুরী সংকীর্ত্তনগী রাগ অমসুং তাল অসি সঙ্গীত-শাস্ত্রগী মুক্ষমদা লেপ্পনি। অদুবু শৈহেক শৈদা অমসুং পুথোকপদি তোপ-তোপ্পা মৈতৈগী মঙডদা পুথোরকই। সিদ্ধ ফগ্রবা ওজাশিংনা রাগ রাগিণীশিংগী থরায় অহু হাপ্লগা লৈতৈগী শৈহেক-তা শেমলম্বনি। মখোয়না হৌবা রাগগা ঐখোয়না হৌবগা মান্নদবগী প্রমাণদি,

ঐখোয়গী রাগনা 'আ'না হৌরগা 'তা-রি-না'বু হ্রস্ব দীর্ঘদা ওন্না ওন্না শকই। মখোয়গী রাগনা 'হা-রী-তে-না'না হন্না হন্না শক্তুনা হৌবনি। মসি সঙ্গীত-সাধনা হায়রি। অদুগা মখোয়গীদি রাগনা, সঙ্গীতনা হান্নি। মণিপুরনা পুংনা রাগ হৌরগা কোন্না ঈশৈ হৌই। মসিস্থ লৈবাক লৈবাক্কী চৎনবনা থোকপনি।

তালগী মতাংদস্থ মমিং মান্নবা কয়া ৱাওরি। অদুবু তালগী মশক মান্নদবা কয়াস্থ থেংনৈ। রাজমেলগী তুইতাল অচৌবগী তালগী মশক মৈতৈগী ওস্তাশিংগী তোপ-তোপ্পা খুংশেমনি। 'রাগ-অচৌবা' হৌবা তোপ তোপ্পা মৈতৈতগী ওইবা সংকীর্তনগী মশক্রি। মেল ৬৪ শেমখিবা, মেল ১২—চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমগী য়ুম্নামগী ওস্তা যদুনাথ-চিংবনা থস্বীরম্বা অঙকপা খু শেমনি অসি নত্তবা রাগ অহৌবগী তাল মণীং কয়া, সঞ্চার মখল কয়া, ঈশৈগা কোন্নবা পুংলোম কয়া, তাল কয়া অমস্থং তানচপ মেনকুপকী পরে—মণীং থীওমদনা থস্বীরম্মী। মসি মৈতৈতগী ওইবা মশক্রি। মসিদা সংকীর্তনগী ওইবা রস তত্ত্ব, বিচার কয়া চঙশ্রবস্থ মৈতৈগী লাইগুম্নবা সিদ্ধ ফংশ্রবা ওস্তাশিংনা অঙকপা মওঙদা পুথোকপিরম্মদুনা হৌজীক ফাওবদা মপা লৈতনা ফজরি।

তাং ১১।৯।৭১ ইংদা শ্রীগোবিন্দজীউগী মণ্ডবতা পুং-ঈশৈ-জগোই তৌবা মণিপুরগী ওস্তাশিংগী সভা অমা ফমখি। শ্রীযুৎ ওকেন্দ্রজিৎ সিংহ মহারাজনা সভাপতিগী আসন লৌবিখি। সভা অসিদা পাথোকপদা য়ানরদুদা শ্রী৺গোবিন্দজীউগী চরণদা কৎশ্রবা চে-নি ইতি—

পুথোকপিবা—শ্রীলাইশ্রম তোলপিশক সিংহ

শ্রীঅমাকচম লক্ষ্মণ সিংহনচিংবা

পালা লোয়শঙগী ওস্তাশিং

শ্রীঅয়াম কমল সিংহ

# নট চোলোম

( ওক্টোবর ২৭ অমুক )

**মৈতৈ লৈবাক্তা জগোই হৌরকপা**—লৈশেমতৌদা নোংথাও লৈমনা গুরুগী য়াথংনা হাপ্পাবা ( লৈথীঙ্গায় ) ববু গুম্মাংনবা ইহান হানবা জগোই শাখিবদগী হৌখিবনা নোংপোক পান্থোইবী অনিগী মতমদা অরিবা জগোইগী মপূং ফাবা ওইরকখি। মহু ঐখোয়গী 'লাই হরাউবা' জগোইদা হুজ্জীকসু শেংনা মমি তারি।

শিব-পার্ব্বতীনা তাণ্ডব লাস্য হৌদোকখি হায়বগুম ঐখোয়গী লৈবাক্তসু লাই অনি অসিনা নিপা নূপীগী জগোই হৌদোকখি। অসুম তৌনা নোংথাও লৈমগী মতমদগী হৌরক্রবসু নোংপোক পান্থোইবী অনিগী মমাঙ ফাওবদি মশাগী মুংঙাইজনবা, মীবু পেলহন্নবা ওইনা মসিবু শীজিন্নখি।

**শাস্ত্রনসু হায়**—গীত বাদিত্র নৃত্যানাং রক্তিঃ সাধারনো গুণঃ

অতোরক্তি বিহীনং যন্ন-তৎ সঙ্গীতমুচ্যতে ॥২৮

কৃষ্ণরস সংগীত সংগ্রহঃ—৫

পূং-ঈশৈ-জগোইগী মগুণ হায়ববু মীবু পান্নহনবনি। মীনবু পান্ন-ত্রবদি মদূবু সঙ্গীত কৌকবা য়াদে।

মথক্দা অসিগুম্বা জগোই ঈশৈনা লাংলিবা লাই অমগী পেলহন্নবা ওইনা লাকখি। মতম অসিদা অরিবা অনৌবা সমাজগী চৎনবী থবক নচিংথসু জগোইদা মমি তাহন্দুনা মহুনা লাইগী খোগন পোৎচঙ ওই-নখি। অসুম তৌনা লাইবু পেলহন্নবা, হরাউহন্নবা—মহুনা তাইবঙ মীদা চাককু লনগুবীনবা শাবা জগোইনি হায়রহুনা মসিবু লাই-হরাউবা' জগোই কৌনখি। মওঙ অসি ওসি ফাওবদসু অহুম্মক চৎনরি।

অসিগুম্বা মীগা মান্নদবা ঐখোয় মৈতৈ সমাজগী লোনচৎ শাজং, য়ুম্বান কৈবানমচিংবগা মরী লৈননা মীওইবা ঐখোয়গী ইশা ইশাগী

মুংঙাইজনবতা নত্তনা মহুনা তাইবঙ মপু ফাওবনা পেনখিনবা তৌবা ঈড়াং থৌনিগী মহুংদা মক ওইবা মচাক অমা ওইনা শীজিন্নরকপা—পুং-ঈশৈ-জগোইগী অপুনবা মশক থাওবা অদুবু 'মৈতৈ-জগোই' হায়না কৌই।

অসুম্না লাকপনা মৈতৈ জগোইদা মতমগী য়াওন মতুংইন্না হোং-লকপা সমাজগী লোনচং শাজংমচিংবা মথং মথং মমি তাশিল্লক্লগা অসুম অসুম মপুন মরৈ ফাবা হেল্লকপনা হৌজীক ঐখোয়না মাওদা উনরিবা 'লাই হরাউবা' জগোই অসি ওইবকথি। মতমগী মতুংইন্না মতুংদসু অনৌবা শকলোনগী মমি তাররকলোই হায়নিংঙাই লৈতে, অদুমদি ওইরগা মওঙ অদু তানবা হোৎনররকপদা মীরোন কযা কন্নাদি চঙখিবা তাই।

**অনৌবা ঈথায়**—অসিগুম্বা তোপ তোপ্পা জগোই অসিদগী লৈবাক অসিদা বৈষ্ণবধর্ম চংলকপা হৌবগা লোয় না মৈদিঙু ক্যাম্বা, চরাইরোংবা, গরীবনরাজ—নিংথৌশিং অসিগী হাক্তক্তগী ঈথায় অমা অমুক লোঙথোক্পা হৌবকথি। মতুংনা অমুক শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজসনা হাক্তক্তগীদি হায়গী যুক্ষমদা শাস্ত্রগী ঈচেলগা তোংশিন য়ান-শিন্নহনা 'রাসনৃত্য' অমসু মহুগা মরী লৈনবা শ্রীহরি-মহা সংকীর্ত্তন হায়বনচিংবা অচৌবা ঈরোঙ অমা অমুক থাইনা চল্লকখি।

মওঙ অসুম্না পুং ঈশৈ-জগোইগী থবক্কী অসুম অসুম পাকথোক চাউথোরক্লনা মমৈদদি মসিনা লৈবাক অসিগী থরায়মক ওংনরকলে। মথক্তা হায়খিবগুম ঐখোয়গী লাইগুকশিংনা শ্রীহরিগী মাওদা জগোই ঈশৈনচিংবা তৌহনা ইবুংঙা মাবু আরাধনা তৌনরকলে। মায়কৈ অম-রোমদা হায়গী লাই হরাউবসু মহৌশা চৎনররকপা মতুংইন্না লাইগী পেন্নবা তৌবা ওইনা অন্নিবা মশক কায়দনা মরীক চুন্না, মওান চাউনা অহুম্মক লৈ। লাই হরাউবগী রাসকা মশক অমত্তনি, অনিমক মওঙ চপ মান্নে। হায়রবদি থোংনৌ থোওঙ থরা খেন্নরবসু মন্নুংগী ভাব-রস—তাইবঙ মপুনা পেন্নবা তৌবা মওঙদি অমত্তনি। মওঙ অসুম্না লাই-হরাউবগী রাসকী জগোইগা অনিমক্কা সনাগী মথক্তা তক্ষা খিনবগুম নপান্নহনা গুসি ফাওবদা মৈতৈলৈমগী লাইপক্তা লৈতেং ওইনরি।

**নট-প্যালা**—মণিপুরদা সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞগী মকুওইবা শব্দক য়া-রিবদি 'নট পালা'নি। জগোই শাববু 'নট' হায়বনি।

প্রাচ্যাং প্রাক্ষেণ গুণিনো নানাগীত বিশারদাঃ।
রাগাণাং সংস্থিতা যে তু তে নটাঃ পরিকীর্ত্তিতাঃ ॥ ৬৪৩

[ কৃষ্ণরস সংগীত সংগ্রহঃ ]

নোংপোক মায়কৈগী নটশিংদি অয়াম্বনা ঈশৈ বাম্বা হৈনৈ। রাগ রাগিণীগী মরম নীংথিনা খঙই। অসিগুম্বা মীওইবু 'নট' কৌই।

যে গায়ন্তি সুগীতানি নৃত্যন্তি চ বিচক্ষণাঃ।
জিতেন্দ্রিয়াঃ সদাচারাস্তে নটাঃ পুনরুত্তমাঃ ॥ ৬৪৪ কৃষ্ণরস সংগীত

ঈশৈ নীথিনা শকপা জগোই শাবদা হৈশিংবা ইন্দ্রি খুদুম চনবা, লমচং কজবা, মথোয় মতু অথোইবা নটনি।

অসিগুম্বা 'নট' শাক্তগী পালাবু নট-পালা' কৌই। মসি নিপা-তনা লিংবা পালাবু খঙনৈ। অসিগুম্বা পালা অসি অরিবা অমস্তুং অনৌবা হায়না মখল অসি থোকই। অরিববু 'বংদেশ' অনৌবনা নট' হায়না খঙনখি। অনিমক নট মশেল ওইরবস্তু অনৌবা পালানা জগোইগী শক্তক্তা মপুং ওইখিবদগী নট-পালা হায়রগদি মাবুত্তা তোপ্পা খঙনবা ওইনা তৌরে। অরিবা অমস্তুং অনৌবা অনিমক অমমমগী অনি অনি অমুক থোক্তুনা পালা মরিনা মুমিৎ ১০।১০ নিগী লেলুপ ওইনা অষ্টকাল সেবাদা শ্রীগোবিন্দগী খোনজ তৌনৈ। অরিবনা অনৌ-বগী মমাঙদা লৈবক অসিগী সংকীর্ত্তন লোয়নবা ধর্ম্ম-কর্ম্মগী থবক পুম্নমক তৌরম্মী।

**চোলোমগী হৌরকপা।** - সংস্কৃত-শব্দ 'চলন'দগী চোলোম তাখি। ( মৈতৈ কীর্ত্তন ll, অতোম্বাপু শর্ম্মা )। অদুম ওইননক চোলোম হায়র গাদ চলন শব্দবু অথ তোঁমগা খঙনারবা ওন্তবু খঙনদে তোপ তোপ্পা নিপা জগোই মখল অমত্তবু খঙনবা ওইনা তৌই। মরম অদুনা চো-লোম হায়বা রহৈ অসিদা, থোইদোক্না তাণ্ডবকী ভাবনা খরা হেন্না লৈ।

চোলোমগী সংস্তা হায়রা তারবদি, খুত্তা করতাল পায়না মত্রপা পায়দনা নীংথিবা শাথেক্কা চারি, করণ-নচিংবা লোয়ননা, নীংথিবা গঠনলা অমুক মশক শেমগত্তুনা, হকচাং অপুম্বগী ওইবা নিপানা শাবা তাণ্ডব জগোই মথল অমবু 'চোলোম' কৌবা তাই

রাখল অমনা 'চোলোম' হাধবা মিং অসিত' সংস্কৃত চলনদগী থোকখিবা ওইরবস্ মসিগী থবক্তি কনাদগীনু তাংজবা লৈতে। মসিগী মরম থরদং মথাদা নৈনখি মতুদি—

চোলোমদা মক ওইনা শীজিনরিবা খোঙথাং অমদি ফিবম অসিদি মৈতৈ লৈবাক্তা হায়দগী অতুম্মক লৈরকই। অতুমদি ওইরগা মদূবু জগোই ওইনা পুথোক্লনা য়েংবা গুংজানবা ওইনদি থোইনা শীজিন্নমদে। চোলোমগী ফিবম অসি তানবা হোংনবদা চাউরাক্লা মথাগী মরমশিং অসি ওজাশিংনা নৈনখি মতুদি—

(ক) গুরুনা তাইবঙ শেম্বা লোইরবদা লাইবঙথৌ ৯ গা লাইনূম্বা ৭ কনা লৈথোনবা, লৈশেম্বা মতমদা অত্তোঙ অকুৎ মান্নবা খোঙনা নেংশিনখি। মতুগী খোঙথাং লৌতুনা চোলোম খোঙথাং ওইনখি। মাইবী জগোইনা মসিবু 'লৈনেৎ' জগোই কৌই।

(খ) লৈবাক অসিদা হায়দগী লৈরক্লবা মূরু' শান্নবগী থোংখোঙ শানা লেপ্পা ফিরেপ্পা ফিবম ওইনরগা অকুপ্পা ফজবা অমদি খুৎকী থবক্তি থাঙ-তা হাইবা, তা খোশাবনচিংবা অরিবা মথল থরদগী লৌতুনা শেমখি।

(গ) মণ্ডপ অমনা, খনবা হৈবা ভংবুক-কবি ওজাশিংনা জাতি অসিগী চৎনবী লোনচৎশিংগী অমদি শা-উচেক্কচিংবগী শাজৎ শাথেক নচিংবা লৌতুনা অমদি মিংনা উরিবা লেওলি-পাল্লিবা অথাম্বগী মতৌ লৌতুনা চোলোমগী অনৌবা মশক কযাকয়া অসুম শেমগৎখি। অসিগুম্বা পুম্নমক্কী মতৌ লৌতুনা জগোই পানবা মতৌ অসি শাস্ত্রনসু অতুম্মক সমর্থন তৌহ মতুদি—

ত্রৈলোকস্যানুকরণং নৃত্তে সম্যক্ প্রতিষ্ঠিতম্। বিষ্ণু ধর্মোত্তর।
(মরোন অহুমগী মতৌ পুন্নমক জগোইদা লৈ)।

চোলোম হায়বসি চপচাবা জগোই মখল অমনি অদুবু হুজীক রাসকী জগোইদা উরিবা অথোৎপা নূপীনা শারিবা মওঙ অসিদি নত্তে। মরম অহুনা মসি নিপানা শাবা জগোই—তাণ্ডবনি।

চোলোম মখল য়াম্মী—নিপাপালা চোলোম, নিপা খুবাক ঈশৈ চোলোম, জয়দেব চোলোম অসিনচিংবা। পুংগী চোলোম লৈ—অকনবা নিপা থোকপা মতৌনা তিল্লি।

গঠন—চোলোম পুন্নমক্তা 'গঠন' য়াওদবা য়াদে। মরম অহুনা লাই গুকশিংনা 'চোলোম-গঠন' হায়না অপুনবা মিং ওইনা শীজিন্নৈ। গঠননা মশক শেমদ্রবদি চোলোম অহু অশেংবা ওইদে। চুন্নগী থোঙথাং অমদি অচম্বা খুৎলাই ওইননা থোকই ফজবা ওইহদে। নীংথিবা ঈথক ইপোম হৌনন্দুনা লেংনা ওংপা তৌবিনা মচাং অমদি থোঙ খুৎন-চিংবগী ফজবা নীংথিবা মতৌ উৎহল্লিবদু গঠননি। মসি অভিনয় চোলোমদনা হেন্না য়াম্না চঙই গসিগুম্বা গঠনগী মওঙ মতৌ অসিদি মতিক চাবা গুনদগী চানেক নহুনদি খঙহনবদা য়ানা থোকই। 'গঠন' হায়বা য়াইহে অসি নিপা পালা চোলোমদা শীজিন্নৈ। মরম অহুনা মসিনা তাকলিবা মওঙ অসি থোংগে য়াবা হেৎনবদা হায়নবদি চোলোম শাথেকচিংবদা ফজনবা ঈথক ইপোমনচিংবা চঙদা মহু, নিপা জগোই-তগা মরী লৈনবা হায়বদি নূপীনা, নূপী জগোইচিংবদা লেবা অত্নমক্তি নত্তবা অহুগুম্বা মওঙ অহু তাইনগদবনি।

চোলোমদা অভিনয় 'মইতৈ চোলোমদগী শাস্ত্রগী মায়না অঙ্গ, প্রত্যঙ্গ, অমসুং উপাঙ্গ অসম্মক্তা অভিনয় লৈ। মসাদা মথোঙ্গগী মশক মখিংনচিংবগী মনমদা চাউথোকপা খরদং লৈনরি—

১। কোক—কোক্কী থবাপু লৈনৈনা কোকটৈল নত্তগা কোক-হাই হায়না কৌই। মসিগী মখল মরি থংই মতুংদা নৈকপা, লৈবা, হাইবা, থৎপা।

.নোকপা—অকুপ্পা পুংলোন য়েরকপদা ছন্দ চানবা কোক কুপ্পা নোকপা। মক ওইনা মসি পুং চোলোমদনা নম্মা শীজিন্নে।

হাইবা—ঈশেগী ছন্দগা চাননবা লম্চৎ মতুংইন্না নাকল অনিদা হাইবা।

লৈবা—মায়কৈ মরিমক্তা কোক লৈববু খঙনৈ।

খৎপা—মখগী মটীনা খৎপগুম খৎপা। মসিবু চীখৎসু কৌই। পুংদনা নম্মা লৈ।

২। ওক—ওককা কোকা মন্নী লৈনৈ, থাদোক্লবা য়াদে। অহুম ওইনমক অনিমক্তা তোঙানবা মওঙ লৈতবদি নত্তে। ওককী মখলদি—অথাকপা, অচ্ছনবা, চৎপা, অফৈবা, তামিন্নবা, হনবা, থাবা, চেপথা, অথেকপা, শেকচৎনবা।

অথাকপা—নাকল অমদগী লৈরক্লগা অতোপ্পা নাকল য়োকাত্তনা মাওদা হাইথবা। মসিবু মত্তেকসু হায়নৈ।

অচ্ছনবা - মথক্তা হুনগৎপগুম খংনা থাংগৎলগা থুনা অমুক হনবা। মসি পুংদনা নম্মা লৈ।

চৎপা- নাক অনিদা তপ্পা কেনা হাইবা।

অফৈবা- হকচাংনা করিগুম্বা নাকল অমদা ফৈনা চৎপদা ওকসু থাদোক্লমগদবা নাকন্দা খর্জাক্ত ঈল্লয়গা হকচাংনা চৎপা মাথকৈদা খরা শাংনা অমুক ইল্লকপা।

তামিন্নবা—হকচাংনা নোম্বনদা ওকসু মতম মান্ননা নোম্বক্লনা থাবা। মসিবু 'হকচাংগা তামিন্নবা' হায়নসু খঙনৈ।

হনবা—ভুংদা হনববু 'ওকহনবা' কৌই।

থাবা—মাওদা পুথোকপা। মসিবু ঈনবসু হায়নৈ।

চেপথা—নাকন্দা ওক চেপনা চৎপবু খঙনৈ।

অথেকপা- ওক চৎলুয়গা কেনা নোনা খদাঙ ঈনখৎলপ তোঁ-গনি অমসুং থুনা অমুক থেকথনা লোইগনি।

**শেকচৎনবা**—হকচাংগা ঈরোয়নবা হকচাংনা ঈনবা মায়কৈদা ওকয় শেপনা অহুম্মক পুহনা চৎপা।

৩। **লেং**—লেং মখল অহুমনি মহুদি—হিকথবা ইনথৎপা, থপ্পা। অহুম অসি অমুক অমমমগী মখল অনি অনি থোকলি মহুদি লেংনামা, লেং মপূম।

**হিকথবা**—চোলোমগী মতমদা লেং নমথববু খঙনৈ।

**ঈনথৎপা**—মথক্তা পুখৎপবু ঈনখৎপা কৌই। মসিবু শূপকৎপা হায়নসু খঙনৈ।

**থপ্পা**—য়াংকোক্তা য়াই থপ্পগুম অমুক অমুক ঈনথৎপবু খঙনৈ। মসি লেং মপূমগীনা ময়া লৈ। পূং চোলোমদদি মসি তোয়না শীজিনৈ।

৪। **থা**—মৈতৈলোন্দা থবাকপু 'থা' হায়নৈ। মসিগী মখলদি—অরোংবা, অউপ্পা, তাবা চেপ্পা, হুনবা অমসুং লৈবা।

**অরোংবা**—মাঙদা থবাক ঈনথোক্লা, য়াঙ তিংনা লৈববু থা লোংবা কৌই। চোলোমদা মসি য়াম্না ফজে।

**অউপ্পা** –থবাক্লা লৈমায়দা ওন্থরবদি থা উপ্পা কৌই।

**তাবা**—থবাক কোয়না লৈরুরগা হাইফেৎ নোস্তনা থাববু 'থা তাবা' কৌই।

**চেপ্পা**—চোলোম তৌকরগা নাকল অমদা হকচাং পৈথনা থাববু খঙনৈ।

**হুনবা**—থবাক্লা মপূম ওইনা উপথনা লৈরগা চোলোমদা লয়চৎ মতুংইন্না হুনবগুম ঈল্লবদি 'থা-হুনবা' কৌই।

**লৈবা**—হকচাং লুকথরপ তৌরগা চোলোম মরক্তা য়েৎ-ওয়দা থবাক লৈহনা পুরবদি 'থা লৈবা' কৌই।

৫। **পূক**—চোলোমদা পূক্তা থবক্তি থোইনা লৈক্তে অদুবু চনৌংদি মতম পুন্নমক্তা পোঙথোকহনগদবনি হায়। মসুম তৌথবু 'চনৌং ঈন্থবা' হায়না কৌই। চনৌংগী ক্ৎবম চুম্নবদি নীংসু অহুম্মক মশাগী

ফিবম তাজরকই। অসিগুম্বা ফিবমদা ওইবা পূবী মওঙ অতুনা চোলোমগী অশেংবা মওঙনি।

৬। **খ্বাঙ**—খ্বাঙ মখল অহুমনি মহুদি, থেকপা, নম্বা, তিংবা।

**থেকপা**—নাকল অমদগী নাকল অমা ফাওবা হকচাং লৈরকপদা ওইরিবা খ্বাঙগী মওঙবু 'থেকপা' কৌই।

**নম্বা**—খ্বাঙনা মখাবোমদা নেমথববু 'নম্বা' কৌই। মসি মখল অহুম শুই—খিত্তা নম্বা ময়ায় ওইনা নম্বা, হেন্না নম্বা।

**তিংবা**—খোঙদগী তোন ফাওবা হকচাং চপতিংনা লেপ্পদা ওইরিবা খ্বাঙগী মওঙবু তিংবা কৌই।

৭। **ফৈ**—ফৈ মখল ৬ নি মহুদি—নম্বা থাংগৎপা, হুন্না থাংগৎপা, থাংগৎনা লৈবা, নমলৈ অমসুং ফৈমায় মান্নবা।

**নম্বা**—খ্বাঙ নম্বগা অমত্তুনি

**থাংগৎপা**—খুকউদগী খোঙ ফাওবা চুন্না লৈরগা খোঙ নামগী থাংগৎলকপা ফৈনা ওইবা মওং অদুবু হায়বনি। মসিসু মখল অহুমনি হায়বদি অনেম অরা নাইবা থাংগৎপগী চাং অহুমবু হায়বনি।

**হুন্না থাংগৎপা**—থাংগৎপগা অমত্তুনি অহুমদি ওইরগা মসিদা থংনা থুনা চো হুনা মথক্তা খংথাং থাংগৎকনি।

**থাংগৎনা লৈবা**—থাংগৎপগী মওঙ তৌবগা লেপলিবা খোঙনা লৈহুনা হকচাংবু কে'য়না পুবদা ওইবা ফৈ অদুবু খঙগনি।

**নমলৈ** - ফৈ নমথবগা হকচাং লৈববু খঙনৈ।

**ফৈমায় মান্নবা**—খুকউগা ফৈকগা রাংবা মান্নহনববু 'ফৈমায় মান্নবা' কৌই। ফৈবু মথক্তা পুখৎপদা মসিদগী হেন্না রাংলবদি হায়বদি খুকউনা হেন্না রাংখৎহন্নবদি চোলোমদা কজদবদগী মসিনা অরেপ্পা ওইনা লৌনৈ। পুং চোলোমদদি করিগুম্বদা খুকউনা রাংবসু তৌনবা য়াওই।

৮। **নীং**—নীং ফাবা, নীংনম্বা অমসুং নী. ঈনথবা।

**ফাবা**—য়াওলেনগা মপা মায়হন্না থমহুনা নীংবু নাক য়েৎতা মনীং তৌহন্দনা থম্নবদি মদুবু নীংফাবা কৌই। মসি চনীংগা য়াম্না মরী লৈনৈ। নিপা পালা চোলোমদা যাম্না মকনি।

**নম্বা**—মখাবোমদা নীং পুথবা। মসিসু মখল কয়ামুক থোকলি।

**ঈনথবা**—মসিবু 'ভুমথোকপ'সু হায়নৈ। স্বয় হোন্দোক্তুনা চনীং পোওহনবদা ওহবা নীংগী মতৌ অদুবু হায়বনি। মসি তাহন্নবা হোং-নবদা কৈ চে'ক্রুক মরী থুপ্পা নমহুনা কন্বগী অভ্যাস তৌরবদি মওঙ অসি তাই।

৯। **খূকউ**—মখল অনিনি বাগ লৈবা, খুদক কূনবা।

**বাগ লৈবা**—লৈবাক্তা খূকউ অনিমক লৈতারগা চক্রগুম্না উরুরু লৈবা। মসি পূ'দনা নম্না শীক্তিন্নৈ।

**খুদক কূনবা**—লৈবাক্তা খূকউ অনিমক্তা লৈতারগা ভুংদা খোঙ হাইদোক্তুনা যগশানা কূনবা। মাসি পঙ্কা'ন্দনা খুকম্বদা, দণ্ডবৎ তৌর-মন্নাইদা শীক্তিন্নৈ।

১০। **খূবোম**—খবোমগী মখল থোইনা লৈতে অদুবু চোলোমগী খোঙ থাংগৎপদা খুবোম চাউনা, মপুম ফানা উনবা থাংগৎলিবা খোঙ অহু মাওদা খুমিং উহন্দুনা হায়বদি খোঙদোলনা মপাল্লোমদা হা'দোক-তুনা মতোন থেক্কৎলপ তৌনা লৈগনি। মসুম তৌরবদি খুবোম মথী-বোও অহু চাউনা অমদি নোয পেন্না উহুনা য়েংবদা ফজৈ।

১১। **খোঙ**--খোওগী মখল মরিনি মহুনি--খোঙপাক, খোঙচেপ, খোওদোন (খুদোন) অমসুং খুনীং।

**খোঙপাক**—খূনীং খোওদো'ন মাম্নন লৈতামিন্নববু খোঙপাক্তা নেংপা কৌই।

**খোঙচেপ**—খোঙগী খোঙনাউবী লৈবা নাকম্না চেপ্পা লৈতাববু 'খোঙচেপনা নেংপা' কৌহ। মসি পূংদনা নম্না লৈ।

**খোঙদোন কাওবা**—খূনীংনা লৈতারগা খুদোম হাইগংপবু 'খোঙদোন কাওবা' কৌই।

মথকী থরা অসিদং পৌনা উৎপনি, অকুপ্পা অতৈস্তু য়াম্না লৈরি। চাউমনখিগদবদগী মখাদি নৈনজরুদ্রে। অতুমদি ওইরগা লাইওকশিংনো লৌনবা, চংনবা মিংনচিংবা থরদংগী চাউরাকপা থরা অমুক য়েংসি। সংগীত দর্পণনা হায়—

যতো হস্তস্ততো দৃষ্টির্যতো দৃষ্টিস্ততো মনঃ।
যতোমনস্ততো ভাবঃ যতোভাবস্ততো রসঃ॥১১০
অঙ্গেনালম্বয়েৎগীতং হস্তেনার্থং প্রদর্শয়েৎ।
চক্ষুর্ভ্যাং ভাবমিত্যাহুঃ পাদাভ্যাং তালনির্ণয়ঃ॥ ১১১

অরোইবা পরেং অনি অসি অভিনয় দর্পণ-নদি মখাগী অসুম্না হায় মতুদি—

আস্যেনালম্বয়েৎগীতং হস্তেনার্থং প্রদর্শয়েৎ।
চক্ষুর্ভ্যাং দর্শয়েং ভাবং পাদাভ্যাং তালমাদিশেৎ॥৩৬

চীন্দা ঈশৈ শকনি, খুৎনা অর্থ তাকনি, মিং অনিমক্তা ভাব কোং-দোকনি, খোঙ অনিনা তাল থমগনি। খুৎনা লৈবা মায়কৈদা মিংয়েং থমগনি। মিংনা লৈবা মফমদা ভাব লৈগনি অতুগা ভাব লৈবা মফমদা রস লৈগনি।

নিয়ম অসি ঐখোয়গী ওজাশিংনা হায়দগী অতুম্মক তৌরকই। ওজাশিংনদি মসিবু নিপা মরিনা জগোই শারগা অনিনা য়েংগদবনি অসুম্না হায়নৈ। নিপা মরি—খুৎ অনি, খোঙ অনি অয়েংবা অনিনা মিং অনি। শাস্ত্রগা খেন্নরকপদি মিংনা খুৎতদা য়েংগদবা ওইনা লৈবদা ঐখোয়গী লৈবাক্কী চোলোমদদি মিংনা লৈখা তমনা খোঙগী মায়কৈদা য়েংথবা মতাংসু য়াওরকই। পুং চোলোমদনা মসি থরা তোয়না লৈ। মরম অতুনা ওজাশিংনা খোঙ অমসুং খুৎ মরিমকপু জগোই শাবা মরি হায়না লৌরম্মী।

অতুনা মিংনা খুত্তা য়েংগদবনি হায়রবসি পুন্নমক্তা য়ানবা য়াকম ওইরবসু খোইদোক্তা য়াজমেলগী মতাংদদি খুৎ হাইথরকপদা মখা তাক্রবা

খুৎ অদুবু কোক নোম্বনা য়েংশুগদবা নত্তে। অহানবা ফিরেপতা ওইখিবা নাতোন মাকচিদা য়েংবা ধ্যানগী মিৎয়েং অতুতনা অতুম্মক লৈগনি। মসিগী মতুং তানবা হোংনবদা চোলোম তম্বা হৌগৎলকপগী ভুংদা য়াওলেন শরু মপাদা তোংজৈ থেত্তুনা থম্লগা (অশাংবা চৈ ওইরবস্থ) খ্বাংদগীনা লেংপাক ফাওবা য়াওলেন মরীগা তোংজৈগা কাথোক্লবা য়াদে, নপ্পহনবগদবনি হায়রনা কন্না হোংনহল্লি। মসি হায়রগী য়াওতিংবা সমভঙ্গগী মতৌ অমনি। অসুম্না য়াও তিংনা লৈরগা খুৎনা লৈবা মায়কৈগী ওন্নতৈনবদা ওক হাইফেৎ ঈল্লগা মথক্তা হায়রিবা মিৎয়েং অসিদা মিৎচিনা য়েংগনি। মসিবু 'ভঙ্গীগী মিৎয়েং' হায়না ওজাশিংনা তাকপি।

য়াও—য়াজমেল চোলোমদা অয়াম্বা মতমদা য়াও তিংনা লৈবগী নিয়ম লৈরবস্থ কোল্লপ তাবা য়াও অমস্থ লৈ। করতাল হাইথনা খীংবদা হকচাং নমথরকপগা লোয়ননা য়াওস্থ কোল্লপ তাহনগনি অদুগা হাংগৎলকপদনা অহানবা ফিরেপকী মওঙদা ওংবা মতৌ অদু তৌগনি। খ্বাও নোত্তক তাহনগনি অদুগা করতালনা লাইপক মপা য়ৌবদদি য়াও তিংনা থমগনি।

**হকচাং ইপোম**—চোলোমদা হকচাংগী ইপোমদি—শামুনা মখোঙ হান্না থাংলগা অচৌবা মশানা মাঙদা কোন্না ঈল্লকপগুম হকচাংগী ইপোম কজহনগনি। থাঙজবগী নৈফু উতোংদা মৈহুম অনিনা ছম্বদা শরক শিহন্দনা লেপ্পা লৈতনা মৈখোন অতুম্মক থোকহনবা অদুগুম্বা মৈহুমগী ইপোম অদু চোলোমদস্থ ওইহনগনি।

**চোলোমদা খোঙথম**—চোলোমদা খোঙ অসি থক-খাদা থাংকং থাংথ তৌবা নত্তনা ভাবকতা নত্রগা মগুপী ময়ায়দা থুয়া উৎপা য়াদে। অসিগুম্বা খোঙথম অসিগী মরমদা স্যার চূড়াচাঁদ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা য়াথোক ওইনখিবা লৈ। অসুন তৌনা চোলোমদস্থ অচেংপা থৌগল্লোন, ব্যবহারনা চূপলী ওইনা ফাহনা থমদবা য়াদে।

**কন্ফম**—নট পালাগী কন্ফম অহুম গুই। মসিবু তিনতান কন্ফম, তান কন্ফম অমস্থং অকনবা তালকন্ফম হায়রনা মমিং থোনবা য়াই।

তিনতাল ফক্ষম—মসিবু অহন্নমরা তর্পণ ফক্ষম হায়নসু খঙনৈ। ফক্ষম অসিদি ওয়গী থুকউ থেকচন্দুনা খোঙ লোংথোক্লা খোঙনামনা লৈতাবগা লোংথোকলিবা খোঙগী খুনীং মথক্তা নীংজোন্না কমথগনি। লৈতারিবা ওয়গী খোঙপাক মতোনগা হায়বদি খোঙ ওয়গী থোংবী অহুগা রেংকী খুনীংগা শন্ননা য়ে কী থুকউনা রাংখত্তুনা থমগনি। রেংকী থুকউগা, লৈতারিবা ওয়গী থুকউ অমাদ ফৈগা অহানবা ফিরেপকী খোঙথম অহুগুন্না মতোন হাইদোক্নগনি। নট পালাদা মসিবু, তিনতাল য়ৈবা মতমদা শীজিন্নৈ হায়দুনা মমিংসু অহুম্মমক 'তিনতাল-ফক্ষম' হান্ননা খঙনিখি।

তাল ফক্ষম—তিনতাল ফক্ষমগী ওয়গী খোঙনা তৌরিবা অহুগুম রেংকী খোঙনসু তৌরবা হায়বদি লোংথোক্না লৈতাবিবা খুনীং অনিগী কারক্তা নীংজোন্না কমথরবদি ফক্ষম অদবু 'তাল ফক্ষম' হায়না কৌই। তাল য়ৈবা মতমদা শীজিন্নৈ হায়দুনা মসিবুসু অহুম্মক 'তাল-ফক্ষম' হায়নখি।

অকনবা তাল ফক্ষম- ১থর্কা তাল ফক্ষম অসিদা অহুম্মক লৈরগা নীং কাঙখংলর্কন অমসুং মহুগা লোয়ননা খোঙবীনা লৈপাক্তা শৌরগা খুনীং অনিমসু মথক্তো র খংলর্কনি অহুগা রাংখৎলবা খুনীং অনিমক্তা নীংজোন্না অরথবা পাক্নগা ফমথগনি। কিবম অসিদা থুকউ অনিগী অরাঙবদি হান্নগী অহানবা ফিরেপ্তা ওইখিবা খোঙ অনিগী অরাঙবা অহুগী চংদা অহুম্মক লৈগনি। হায়রিবা অরাঙবগী নিয়ম অসিদি ফক্ষম অংম্মক্কীন। অহুগা য়াঙ অমসুং মিংকী ফিবমসু অহানবা ফিরেপ্তা তৌবগুম তৌগনি। অহুমাদ ওইগা ঈশৈগী সুব ছন্দ অমদি য়ৈরিবা তালগী মহুওম্ন করংন মখোঙ খীংলকপা মতমদদি মিৎনা মতম পূম্নমক্তা থ কী মহুং হনংনি।

ফক্ষম অহুমগী করতাল থুংপার—অহানবা তিনতাল ফক্ষমগী করতালদি লোংথোকপা যেংকী থুংনা রাংখ লিবা থুকউ মথক্তা রেংকী

খুংনম্বনা নন্দুনা থম্নগা করতাল অনিমক উপশিল্লা পায়ছনা তাল থাগনি। হায়রিবসিনা করতাল মযোল য়াওদবা চুম্নগী তালতমক থম্নগী মওওনি। অহুগা করতাল মযোল য়ৈবকপা তারবদি খুং অনিমক্কা করতাল পায়-ছনা খোয়দো মপাদা খীংগনি। য়েংগদবা অমদি অসিগুম্বা কম্ফমদা খীংবা করতালদি কৈদৌঙৈদম্ব খুকউ অনিগী য়াংমা লাম্হোকপা য়াদে। অসিগুম্বা করতাল মযোল অসি যৈবা তারবদি লেপ্তুনা তৌবা চোলোম-দম্ব মওও অসি মঙ্গয়, খুংনা খুকউ অনিগী য়াংমা খক লানবা য়াদে। পুন্সাগী মতমদম্ব খুকউ অনিগী মপান্দা খুকী থবক তৌবা য়াদে হায়বা নিযম লৈ। অহুমদি ওইবা অভিনয় তৌরকপদদি নিয়ম অসি কায়-রকপা ওইনা উবম্ব যাওরকই, মহুম্ব থানা লৈরকপদা খুংনা মহুগী মতুংইন্না শাকপা তবদগী কবিগুম্বদা যাওবনি, ওস্তাশিংনা মহুগুম্বা অহুদি দোষকী মন্নং চপনল্লগদে।

**করতাল খীংবা**—মক কৈনা করতালমখীং অনিতনি মহুদি—করতাল মপুম অমসুং করতাল মশেক।

**করতাল মপুম**—লৈরকপা খুদিংগী করতাল অনিমক্কী মমায় উপশিন্নরনা অমগা অমগা পুন্না থেংনহন্না খীংলবদি মদুবু 'করতাল মপুম' কৌই।

**করতাল মশেক**—করতাল অনিমক মতাইগী শরুক্কা থেংননা খীংলবদি মদুবু 'করতাল মশেক' হায়না কৌই। মসিগী মখল অনি অমুক থোকলি মহুদি- অখেংপী অমসুং অখংপী।

(ক) **অখেংপী**—লেওদনা লৈবা ওয়গী করতাল নাকচেত্তা য়েংকী করতাল মশেক্কা (মতাইনা) শরুক হেদনা খেত্তুনতা অসুম মখোল থোকহনববু করতাল অখেংপী কৌই।

(খ) **অখংপী**—য়েংকী করতালনা ওয়গী মখক্কা খেত্তুনা লাক্লগা মতোন য়ৌরক্লবদা অনিনক খত্তুনা খীংমিন্নববু খঙনৈ। অসি-গুম্বা অখংপী অসিগী মহুংদম্ব 'অনীকপী' হায়বা অমা অমুক লৈরি।

**অনীকপী**—অথংগী করতালগী মণ্ডও অসিগা মতুগী মতমগা মান্ননা করতাল অনিমক খ'নীক নীকনিন্নববু 'অনীকপী' হায়না কৌই। পালা পূন্নমক্লা মতম মান্ননা, চাং মান্ননা তৌরবদি মসিগী খোন্থোক মান্না নুংশিবা হেল্লি। 'চালি অনীকপী' হায়বা করতাল মরোল অমসু লৈ, মতুদি মমিংতদা মান্নবগুম উবনি, মথাং মান্নদে, রাজমেল মনুং চনবসু নত্তে, কমত্থনা তৌবা করতাল মরোলতগী রানি।

**রাজমেল করতাল থী'বা**—মখাদগী মথক্তা পুখৎলকপদা করতালনা খক মিংকী মথক লানথংপা য়াদে। চীনবান মপাদা খুৎ থাজংত্থনা করতালনা মিং মপা য়োনা লৈথৎলকপদা ঙকসু করতাল মনুংইন্না কে'না লৈগনি। অ'সিগুম্বা মতমদা খুৎকী খুদাং অনিমক রাংবা মান্নহনগনি. অনেম অরাং নাইহনবা য়াদে। অসুন্না খুৎনা মথক্তা পুখৎলকপদা নীংনা চিংথত্থনা হকচাংদি খাদা নমখগনি অমসুং খুৎনা খদাও মপা যোবদা হকচাংসু নমথবা লোইহত্থনা অমুক তিংখৎপা হৌবকনি। হকচাংনা তিংখৎপা লোইবগা করতাল খত্তনা 'কৃষ্ণ' হান্নবা হেক লোইবগা ম'ন্নহনগনি অমসুং খুদক্তা মখাদা খুৎ হায়থখিগনি। মসি তৌনদা অঙম্বা অরেম্বা মতৌ কাযহ'বা য়াদে। অশেংবা চোলোম শাথেক্তা, করতাল মখোলনা চান্নহনগনি হায়বদি চোলোমদসু সুর ছন্দ চঙহনগনি। ঈশ্বরগী অর্থ অমদি ছন্দ মতুংইন্না হস্তক তৌগনি, হস্তকপু চুন্নবাদ নিংনা খুত্ত' যেংদবা লৈবনা ঙকসু, কোকসু অংম্মক চুন্নকই

**তম্বগী মণ্ডও**—শহানবা চোলোম তাণ্ডিবৈদা ডমখংলকপা অঙাংশিংবু চোলোমগী অশানবা ক্রিয়পত্তা লেপহন্নগা চুন্নশগী করতাল পায়বা অমদি নীবা থো,বত্রা চেম্বীবনা চপুং ওই। অহানবা করতাল মরোলদা 'চৌকায কূপ, চৌকায় কুপ' হায়বা খোন্থোক অসি তানবা খীংবা হোংনহল্লি। মসিনা রাগমচাগী করতাল মখীংনি, মসিবু 'নিত্যাই-গৌর' হায়বনি হায়না শরাণ তৌনৈ। মথংদা 'রাধে-কৃষ্ণ' নত্রগা 'হরে কৃষ্ণ'

হায়বা তম্বী। খুং হাইথহনা খীংবনা 'হরে' নত্রগা 'রাধে', খুং থাং-গতহনা খীংবনা 'কৃষ্ণ' হায়বনি অমুম থাজনৈ। রাধে কৃষ্ণ হায়বন-চিংবা মরোল অসি মেলগী করতাল মরোলনি।

**চোলোম ফিরেপ**—খোঙগী খুনীং অনি মপা মায়না মরক্তা খুদোল অনি লাপ্পনা, খোঙদোন অনিনা মরক্তা হুই অমা লাপ্পহন্না কাক্কোক্লহনা লৈগনি। হকচাংনা তেনজৈগুম চুন্না সমভঙ্গদা লেপকনি। মিংনা ইশাগী মাঙদা লম অমা মথায়রোম লাপ্পা হায়বদি নাতোন নাকচি অনিদা য়েংগনি অমসুং মিংয়োং অসিদা মাধুর্য্যগী ভাব ফোংদোকনি। মওঙ অসি তাহনবদা থম্মোই হাইকেং পেথহনগনি। মতাং অসিদা মৃদঙ্গ-ব্যবস্থা-সঙ্গীত'না হায়বদি—"বাগ-দচোবা হৌবনচিংবা অহৌবা পুমমক মিং পাণ্ডবসু রাদে, উইবসু রাদে। মরমদি—ভজন তৌগদবা লাই অহুগী মূত্তিবু গুরুঘাং ফাওবা অহুগী মমুংদা নিরুপণ তৌগদবা ওই। ... .. ... থরো অশংবনা স্থমিং হেক তাবদা চন্দ্রদেববু ঙাইহনা হেক শাংপসু শাংতনা চক্ষু শানা লৈবা অহুগী পান্দম ওইনা প্রথমা-বস্থাদ তৌগদবা ওই। মসিনা অহুম লোইবা ফাওবা তৌ›দবা নত্তে। থা অহুনা থরা থরা রাংখৎলক্লগা শাংলিবা থরো অহুসু মাগী মপা মৌরকপদা পুমশাং শাংতোকপগী প্রমাণগুম্না থরা থরা পাঙথোরকপা মিং অহুনা বড়সঞ্চার হেক লোইষদা ঐগী চান্নগী ফিবম তাগনি।" অসিনচিংবা—

**খুংথম**—মথক্তা হায়রিবা ফিরেপ অসি›া ওইগদবা খুংকী মওঙদি—ইশাগী খোয়দৌগী হেক মথক্তা লোংথোক্লিবা ওয়গী খুং মথক্তা য়েংকী খুংনা উপশিন্না থমগনি। করতাল পায়রবদি ওয়না পায়রিবা করতালনা খুংকী মমাঙদা মমায উপথনা হাইথহনা লৈখিগনি অহুগা য়েংকী করতালনা ওযগী খুং মথক্তা উপশিন্না তাহনগনি, ওয়গী খুংচানা উপশিল্লিবা করতাল অহুগী মচেং থন্না পায়গশিনগনি।

অসিগুম্বা ফিরেপ অসিনা শ্রীগৌরাঙ্গবু থম্মোইদা খ্যান তৌবগী মওঙ তাহনগনি। ফিরেপ অসিনা পালাগী অমত্তা ওায়বা ফিরেপনি। নট-পালাদা মরক্তা, মমৈদা মমদি অহৌবদা চুম্বা লেপ্পা তাববদি হায়রিবা ফিরেপ অসিতবু শীজিন্নগনি।

থোংখোঙ—মথক্তী অসিনা পালাগী অহানবা ফিরেপনি। রাজমেল চোলোমগী মতমদদি খোঙ, থোংখোঙ শাগনি। মসিগী মওঙদি—চোলোম হৌরবদা ওয়াংগী খোঙ ফুকপগা, মেৎকী খুং থাংগৎপগা মান্নগনি অমসুং থাংগাৎলুবা খোঙনা লৈতাবদা খুৎসু হাইথজ্বনা মতম মান্ননা করতাল খীংগনি। অসুম্না ওযগী খোঙ ফুকপদসু খুৎকী মওঙ অসিদি হান্নগী ফিবম অসিদগী তোংবা তৌরোই। খোঙ থাংগৎপনা অতোপ্পা খোঙগী খুবোম মপা ফাওবা রাংনা থাংগৎকনি। চোলোম তৌরকপা তাববদি খোঙ-থোংখোঙ শাগনি হাযবদি খোঙসি হান্নগী ফিবমদা লৈরগা থুকউ অনি ফাক্লোরগনি, চপতিংনা হাইথরকপা খুৎকী খুজেংনা থুকউ মথক্তা ইন্নুং মুংওাইনা থম্বা য়াবা মওঙ অদুবু হায়রবনি, থুকউগী অয়াওবদি মশাগী খুবোম অমা কন্তক লাম্নগনি। অতুম ওইনমক নীংজোন্ন খাদা নমথদন হওাউ তাউগল্লবদি হায়রিবা ফিবম অসিগী অচুম্বা হাররবত্থ খক ওহগদবা নত্তে। মসি তাহন্নবা হোৎনবদা ফৈমান্ন মান্নহন্দ্রবদি (খুকউগী ফৈরুগী রাংবা মান্নহন্দ্রবদি) মসি তাবা য়াদে। মরম অতুনা নীগী থবক্তি য়াম্নমক মরু ওই।

রাজমেল চোলোমগী মওঙ—মথক্তা হায়রিবা চোলোমগী মওঙশিং অসি অয়ম্বনা মেলগী মতমতদা তৌগদবা ওাকনি। থোংখোঙ শাহুনা হকচাং নমথবা অমদি অমুক তিংখৎপা অসিগুম্বা মওঙ অসি হন্না হন্না তৌগনি। মথাংদা থাদকবা খুং অনিনা মথক্তা হেক পুখৎপা হৌরকপদা লৈতাবম্বা ওযগী খোঙ থাংগৎপা তৌগনি অমসুং মতু ... হনন ... কচা ... মথংদা ... গবা চৌরক্কনি হাযবদি খুংকা খোঙগনা থাংগৎলকপদা কেংকুগী খাঙ ফাওবা হকচাংদি মথাদা নমথরক্কনি। মসিবু ওজাশিংনা 'নীং-নম্বা' কৌই। খুংনা মথক্তা হাইগৎলকপদা

নীংনা মথক্কী হক্চাংবু মখাদা চিংথরক্কনি। মওঙ অসুম্না খুৎ-খোঙগা অমদি হকচাংগা অনিমক থক-খাদা কাব্রন চৎনহনগনি। হায়া হায়খিবা মৈক্ষু উতোংদা মৈ হুম্বদা মৈহুম অনিগী কাব্রন চৎনবা মতৌ অহুগুম্বনি।

অসুম্না, থাংগৎলিবা খুৎনা চীনবায় মপা য়ৌরকপদা করতাল্লনা মিং মপা য়েনবা লেৎথলক্কনি। মতম অসিমক্তদা থাংগৎলুবা খোঙ অহু মখাদা অমুক হাইথবা হৌরক্কনি, মতুগা মতম চপ মান্নরা অতোপ্পা খোঙসু কোনশিনলম্বদগী তি থোকপা হৌরক্কনি অমসুং ওয়গী খোঙনা লৈপাক হেক তাবদা য়েংকী খোঙ তি থোকপা লাইতুনা কুকপা হৌরক্কনি। মথক্তা হায়খিবা ওয়গী খোঙনা মখাদা হেক পুথবা হৌরকপদা হান্নগুম য়াঙতিংনা হকচাংসু অতুম্মক তপ্পা তপ্পা মথক্তা ইনথৎলক্কুনা হান্নগী ফিবম তাহল্লক্কনি।

য়েংগদবা অমদি, অসিগুম্বা চোলোম অসি তৌবদা মতম পূম্নমক্তা থা (থবাক) না মপূং ওইগনি হায়বদি থা-না চৎপা চৎপা মায়কৈদা হান্নগী ফিবমদি কায়দনা অতুম্মক চংকনি অতুগা ঙকথেক ঙকহাইদি খুৎকী মতুং ইনগনি। মেল থাবনদাইদদি তাল থুজিল্লকপা মতুংগী অচাকপা মৈতান নেৎপগুম খোঙ কুপ্পা-ফিংনা থাংগনি। মতম অসিদদি হকচাংগা খুৎকা থক-খাদা কাবন চৎনরম্বা মওঙ অহু ঙম্নজবনা থাদোক্লগনি, চুম্নগী খোংখোঙ শাবা ফিরেপতা ওইবা মওঙ অহুতদা নীং কাহুনা থল্লগা হুম্না হুম্না থাংগৎ থাংথ তৌবা য়েৎ-ওয় অনিগী খোঙমা তাল থাহুনতা লৈগনি। মতম অসিদা খুংকী খুনীং অনিনা উচেক মশাগুম থপুনা করতাল থীংগনি। করতাল অসিমকসু থুজিল্লকপা মতাং অসিদদি হান্নগী মওঙ অহুদা অতুম্মক কুংশিল্লকফম খোক্লবসু ঙমদবদগী চুম্নগী তাল থ'বতমক ও'না মখো'ল থোকহন্দুনা লৈগনি। অসুম্না শকলিবা ঈশৈগী মতা'দসু অসি মঙ'য়—শকলিবা ঈশৈগী মযেক মশোল অহু মতম অসিদদি হান্নগুম রাহৈ খুদীংগী সুর-ছন্দ থমহুনা শকপা মতৌ অহু কায়দনা অসুম চথরকপা ঙমদে, অসুকী মতীক খুঞে মহুদি—

স্বর ছন্দ করিস্ত য়াওদনা করিগুম্বা য়াহৈ মপূম অমত্তম্ব হায়দোকপা ওম্বগী পাক্কল লৈয়কতে। মরম অতুদগী মতাং অসিন্দি চুম্নগী অনেম-অয়াং খোঙ্থোক অক্রমতদা 'এ—আ' হায়না স্বর আলাপ তৌবগুম্বা চুম্নগী অয়াংপা মেয়নবতা ওইনা অতুম্মক লৈগনি। অসিগুম্বা মওঙ অসিবু শাস্ত্রনা 'স্তোভ' লাউবা হায়ন' কৌই (গৌড়ীয় বৈষ্ণবঅভিধান —৮৮৯)।

য়াজমেল-চোলোমগী মক ওইবা মশক্তি মসিনি। উংলিবা অসিনা 'চোলোম অচুম্বা'গী মওঙনি। অসি নত্তবা 'চোলোম অরৈবী' হায়বা অমস্ত লৈরি। মসিগা চোলোম অরৈবীগা খেন্নবা হায়ববু—মখাদা থাদখিবা খুৎ অসিনা শয় নত্রগা য়েংঙা থা (খবাক) না কে না লৈয়ক-পদা খুংস্ত মতুগী মকুংইন্না মথক্তা কায়ন পুখৎলকপা অতুগা খুৎ পুখৎলুবা হকচাং নাকনগী ফৈ মপাদা অমুক থাদয়কপা, কাবন লাক্কুনা ওয়-তৈনবা মাযকৈদা অমুক পুখৎলকপা—মসিনা হন্না হন্না তৌগনি।

মসি ষ্টাইল খেন্নবনি, মপূমদা করিস্ত খেন্নবা নত্তে।

লয়চ—য়াজমেল চোলোমদা লয়চৎ অহুম শুই মখদি, মেলহৌ (বিলম্বিত, অওনবা, মধ্য) অমস্তুং মেন-থা (দ্রুত)। অওনবী অসিবু মথংশিংনা মেলওন নত্রগা মলয়ায়স্ত হায়নৈ। মখোয় খুদীংমক্তা লয়চৎ তাঙ অমুক লৈ। চোলোমগী মতমদা মসি কায়দনা শীজিন্নবস্ত অকৃপ্পা মমিং মথানচিংবদি ওজাশিংনা থোইনা উৎপিরমদ্রে। মরম অতুনা মতিক চাবা গুরুদগী তমতুনা খঙত্রবদি মতু খঙবদা য়ানা থোকপা মওঙ লৈ। অসিগুম্বা লযচংশিং অসিগী মতেংনা য়াজমেল চোলোমদা অতপ্পা, অঙৈবা অমদি অকম্বা অয়েম্বা ফজত্রবা মতৌ অমা লৈ অতুগা মথং মথং অহুম হাইগৎলক্কুনা নোং ঙংবগুম্বা অকম্বা খোঞ্জেলনা তিন্দুনা মমৈদা অথুবা অফিংবা ইনিন্না অওকপা মতৌ ওইহল্লকই।

অসিগুম্বা য়াজমেল চোলোম অসিবু ওজাশিংনা অওকপা, ফজবা, ঈশ্বরগা মরী লৈনবা ভাব ওইনা চেকশিন্না লুনা শরুণি তৌনৈ।

গতি—অচুম্বী অমম্বুং অরৈবী চোলোম অসি নত্তনা শা, উচেক-নচিংবগী মতৌ লৌতুনা 'শাজং' হায়না খঙনবা, অভিনয়গী শরুক য়াম্না য়াওবা য়াজমেল চোলোমগুম্না কনবদি নত্তবা তম্নমদি ওইরগা লাম্নগুম্বগী মতৌমকস্তু তাদবা অতুগুম্বা মখলগী চোলোম অমসু ওজাশিংনা শেম-তুনা হুজীকসু য়াম্না পাম্না চংনরি। য়েংবদা মুংঙাইগদবা, ফজগদবা, মখল কয়াগী শাজং শাথেরুচিবা ভমতুনা মসিদা উৎপা য়াই। মুহারগী মশাগী হৈবা শিংবা, ফজবা মতৌ উৎননবা তাঙ্গাদি শাজংচোলোম অসিদনা খ্বায়দগী হেল্লি। শামু শাজং, কাংঙ-শাজং অসিনচিংবা মখল কয়া লৈ।

চোলোম মখল—নট-চোলোম মখল অহুমনি মতুদি—মেল চোলোম, তানচপ চোলোম অমসুং মেনকুপ চোলোম। মেল চোলোমগী মখলদা অমুক 'য়াজমেল, মেনগোই, মেলভূষণা অমদি মেল ভাঙ্গা' —মখোয় অসিনা চোলোম কোন্নবনি অতুগা মেল তানচপ, তিনতাল মেল, মেল মতেক অমসুং বৈঠামেল—মখোয় অসিদি চোলোম লৈতে, ফম্নগা তৌবা করতাল মরোলতনি। থায়নদি 'চারিতাল মেল' হায়বা অমসু ওজাশিংনা শীজিন্নবিরম্মী, হুজীকসু খরা খরা উনরি। তানচপ অমসুং মেনকুপ চোলোমদা হুজীক্তি অনৌ অনৌবা অলঙ্কার কয়াসু হাপকৎনরকলে।

## মথং মথং চোলোম চাওখৎলকপগী মওঙ

করিগুম্বা ঈশৈ অমা তাল থাতুনা শরুবদি, ঈশৈগী সুর ছন্দ অতুগী ঈথক-ইপোম মতুংইন্না হকচাংসু মশানা অতুম্মক লেওলকই। মতৌ অসি ফমতুনা শকপা শৈশক ফাওবদা ওইরকই। অতাবা মী ফাওবনা নাক-স্রেংতা মশা হাইনা হুম্না, মখুংনা তাল থাতুনা মশাগী অপেনবা মতৌ ফোংদোকই। মওঙ অসিদা, হৌগত্তুনা শকপা পালানা ঈশৈগী তাল অমদি শুর-ছন্দগী মতুংইন্না মশা লেওবা ওৎপগা ঈরোয়ননা খোঙনা তাল থন্নগা পায়রিবা করতালনসু তাল চানা মখোল

খোকহন্দুনা অচম্বা মওঙদা ঈশৈ শক্তুনা লাইগী থৌগলনঙিংবা অমুম তৌরম্মী। অমুম্না অহানবমক্তদি হুজীক উবিবা পালা চোলোম অদি- মক ওইনা অতুম্মক লৈরকখিবা নত্তে। লাংলিবা লাইগী সেবা-পূজা মতমদা চুম্না শোনবা নাম সংকীর্ত্তনগী মওঙদা লৈরম্বদগী গরীবনরাজ মহারাজগী মতমদা পালা লিংবা অমদি কোয়েৎ শলাই য়েৎপা হৌরকখি (মণিপুর ইতিবৃত্ত by কাওমচা)। বংদেশ-পালানা গরীবনরাজ মহা- রাজগী মতমদা অহানবদা মথক্তা হাম্নখিবগুম অচম্বা মওঙগী চোলোম তৌরম্মী। মসিমকস্তু হান্নদগীদি য়াম্না চাওখৎলকপা, মতম অতুগী মীনা য়েৌনা পাম্নবা কৃম্মে মখল অনদি ওইবমলিবনি।

অমুম্না মথং মথং হোংলকপা মতমগী য়াওন মতুংইন্না ঈশৈগী সুর-ছন্দ, তাল-মন অমদি মতুগা লোযনবা হৌনবা হকচাংগী শাথেক খোঙ-খুংকী থবক অমদি শীজিন্নবা যন্ত্রনচিংবগী মওং মতৌ পুম্নমক্তা অহোংবা থম্বা শবা পুরক্তুনা শ্রীযুৎ ভগ্যচন্দ্র মহাবাজ সনা হাক্তক্তা শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌবগা লোযননা অনৌবা সংকীর্ত্তনগী শক্তম অমা নৌনা মশক উরকখি। অতুনকপু মসিমকস্তু, অরিবস্তু নত্তবা, হুজীক ঐখোয়না উনবিবা অনৌবা হাযনা খঙনরিবা অসিগী শকলোনমকস্তু তান্ত্রিবা অরি অনৌ য়ান্নবা মশক অমদা সনা হাক্তক অতুদগীনা মজা- ইবুংঙো গম্ভীর সিংহ মহারাজগী মতম ফাওবদা লৈরম্মী। মথংদা শ্রীযুৎ নরসিংহ মহাবাজগী সনা হাক্তক্তদি হান্নগী অনৌবা মওঙ অসিদা ফিজেৎ লৈতেং অমদি চোলোম চালোমগী মাগকৈদা পুমনৌ নৌবা ঈনোং অমগা অমুক হাপচিন্দুনা হুজীক 'নট পালা' হাযনা খঙনরিবা ফঙ্গরবা মশক অসি খোকহনবীখি। (বিজয় পঞ্চালী, ঝুলন—১২৬)। মতম অসি- দগীদি মসি হান্নগী অরিবা মশক অতুদগী পুমতোপ তোপথে অমসুং মথংদা পাম্নকপা স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজ সনা হাক্তক্তা মরু ওইনা রসকী শৈশক্তা মপুং ফানা মরীক-চুম্না, অরাৎপা মশক খঙদমখৈ অমুক থোমজিনবীতুনা মতম পুম্নমক্তা, মণিপুরগী মফম খুদীংদা শ্রীহরি-সংকীর্ত্তনগী অচোবা ঈহৌ মমনা অহিং সুংথিল অনিমক্তা ইনিলতা

নিলহল্লদুনা অমস্তুং মতুগী মপাল্লা মতুংদা পাল্লরকপা নিংথৌশিংনস্তু অভঙ অভঙবা চাগাচিল্লদুনা অত্তকপা নীংথিবনা তিল্লবা মসিগী মশক অসি ওই-হল্লকখি। হুভীক ঐখোয়না মমিং তাবদগী হেন্দুনা উবদি কংনখিত্রবা 'চৌষষ্টি-রস' হায়বস্তু স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজনা পীনবীরুবা চাউ-রবা অবদান অমনি। রস ৬৪ গী ঈশৈ শেমদুনা মদুবু মুমিং খূদীংগী রস ২ | ২ শক্তুনা মুমিং ৩২ নি চূপ্পা চূপ্পা কাংনদুনা, অহেনবদা মনা শীদুনা অস্তুম্না অরৌবী থাক্তা পুখৎপিরস্বা মপাল্লা ঐখোয়না ওসি ফাওবা কায়দুনা চাবা ওমদবা লনগৈগুম পুং-ঈশৈগী অরাংপা মশক খঙত্রিবসি ইনিংথৌ অসিগী বৈষ্ণব-ধর্ম্মদা পুক্লীং চেৎপা, অদুগী মথক্তা নিংথৌ মশামকস্তু অচৌবা কলাকার অমা ওইবা মরমদগী থোকখিবনি।

চোলোম মথল অনি—অশেংবা ঈশৈ অশেংবা জগোই অমদি অশেংবা চোলোম অসিনচিংবগী অশেংবা হায়বস্তু লেপ্পা তারবদি মদু খ্বায়দগী হেন্না ফজবা, খ্বায়দগী হেন্না কুংঙাইনবা ওইবা—ভাব-রস-নচিংবদা খ্বায়দগী হেন্না মপুং ফাবা অদুগুম্বা খ্বায়দগী হেনবা মশক অদুতনা ওই। অদুবু মথক্তা হায়খিবগুম্না অসিগুম্বা অশেংবা হায়বসি ফংনবা থিবা হোৎনবদা চহি কয়াগী সাধনাদি চঙই। হন্না হন্না হোৎনৈ, অনৌবা শকলোন উৎনৈ, মতম মতমগী সমাজনা মদবু অনৌবা মথেল ওইনা অদুম্মক পাল্লখি। অদুবু লেওফত্রবা হায়বা মশক অদুমদি থক ওইরকখিদে। মথংদি করি অংহেনবা থক লৈত্রববা, মদুদি কমদৌরগা থোকনি, অকনবা চাংয়েংনি, সাধনাগী ওমখৈ কদাইদনো! মদুস্তু চন্দ্র-কীর্ত্তি সনা হাক্তকী রানি। থৌমু-নাউমু ওইনা কলাপ্রেমী অনীখক্লা মাগী মাগী সাধনাগী অরৌবী অমদি অরোইবী মশক উৎনরকখি। লৈবাক-নিংথৌনা কলাকার অনিমক্কী সাধনাগী পোৎথোকশিং অদুবু লৌখৎপিদুনা শ্রীগোবিন্দগী চরণদা কৎপিখি। মদু ওসি ফাওবদা মৈতৈ লৈবাক্তা অমর ওইনা লৈত্রোবে। মতুং যুগ কয়াস্তু অদুম্মক লৈহৌরগনি।

শরোৎ খাইবম ওজা শোঙ্গুম্বনা 'চোলোম অচুম্বী' অমসুং হাউরোকঙম ওজা শামুনা চোলোম অরৈবী হৌদোকখি। ( ওজা শেঙ্গুম্বনা হান্না চোলোম অচুম্বী পুথোক্লগা কোন্না ওজা শামুনা অরৈবী চোলোম পুথোকখিবনি হায়না অহল্লম্মন্না তাকপি )। অসুম্না ওজা অনিমক্না পুথোক্লবীরম্বা রাজমেল-মেনবুংগী চোলোম মখল অনিমক ওসি কাওবদা অচুম্বা অশেংবা ওইনা, মণ্ডাম মশা চাউনা লৈবাক অসিদা অহুম্মক পামনা চৎনরি। রাজমেল চোলোম অনিমক অসি কুপ্পা য়েংলবদি মদুবু তোণ্ডান্নবা মশক্কি হায়রুবা য়াদে, অমত্তুনি।

য়েংগদবা অমদি—অসিগুম্বা নট পালা চোলোম অসি তাণ্ডব জগোই ওইনা লৈরবসু মসিবু জগোইদি হায়নদে, চোলোম কৌনৈ। মরম অহুনা চোলোমদা জগোইমক্কি হাযবনি য়াদবা খেন্নবা খরদি লৈ।

## গৌর ন্দ্রকা

মণিপুরী বৈষ্ণবশিংদি শ্রীনরোত্তম ঠাকুর মহাশয়গী পরিবারনি। মরম অসিনা লৈবাক অসিদা চৎনরিবা কীর্তনগী মওং অসিসু নরোত্তমনা হৌদোকপিরম্বা সংকীর্তনগী মওং অহান।

শ্রীমন্মহাপ্রভুনা থুপখিবা চহি ৫০ রোমগী মতুংদা শ্রীনরোত্তমদাস ঠাকুরগী পোকফম খেতুরীদা ( রাজসাহী জিলাগী গড়েরহাট কৌবা পরগণাগী মনুং চনবা খুঙ্গং অমা ) অচৌবা সংকীর্তন মহোৎসব অমা কৎখি। নরোত্তমদাস, গোবিন্দদাস, জ্ঞানদাস, নয়নানন্দ, শ্রীনিবাস-আচার্য্য, রামচন্দ্র কবিরাজনাচ বা অকাওবা পদকর্তাশিং রাওখি। শ্রীরূপ গোস্বামী অমদি রামানন্দরায়গী নাটক-নচিংবদা গৌরচন্দ্রিকানা মাঙ থাহুনা শ্রীগৌরাঙ্গদা হায়না চঙ্ডবা মতৌ তৌনরকপা কৈবাগী খেতুরীগী কীর্তন মহোৎসব আসনসু গৌরচন্দ্রিকানা মঙ্গলাচরণ ওইনখি। শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুনা কীর্তন হৌহনা অতকপা মওংদা শ্রীকৃষ্ণ-লীলাগী রস আস্বাদন তৌখিবা মওং অহু মাগী মনাওদা অচৈ কনানসু হান্না তৌনখিবা

লৈতে। মরম অচুনা ইবুংঙো মাগী অনুগত ওইনা মতুংগী গায়কশিংনা রস আস্বাদন তৌনখি (গৌড়ীয়বৈষ্ণব-দর্শন)।

শ্রীকৃষ্ণগী লীলা মাধুরীবু ঈশৈ ওইনা লেংশিন্দুনা শরুগা মহুগী মপান্না ভক্তি-মুক্তি ফংগে তানবশিংগীদি ইস্থান হানবদা মশাগী থম্মোইবু শেংদোক্লবনি। মরম অচুনা নামগী মূর্ত্তি ওইবা, সংকীর্ত্তন হৌদোকপা অমদি রাধা-কৃষ্ণগী উজ্জ্বল রস পুন্নমক্কী প্রমাণ তৌনকম ওইবা অমদি, প্রেম ভক্তিগী ঈহৌফম ওইবা অতগুম্বা শ্রীচৈতন্য প্রভুগী শ্রীমূর্ত্তিবু মশাগী থম্মোইদা স্থাপন তৌদুনা, মশানা লিংখৎলম্বা কীর্ত্তনবু মশামক্কা শরুপী শোনবীরনবা কৌজরগা সংকীর্ত্তন মন্নায়দা ঙাক্লহন্দুনা ইবুংঙো মাগী খৌগল ওইনা লৈজরগা ভক্ত গায়কশিংনা রসকী শৈশক মথং মথং শরুমৈ। মরম অচুনা কীর্ত্তনগী অধিদেবতা ওইবা শ্রীগৌ-রাঙ্গগী নাম রাওদনা কীর্ত্তন তৌরবদি মদুবু কীর্ত্তন কৌদবগুম অচেৎপা থাজনবা লৈনখি। সনাম্বা শাবা মূর্ত্তিদসু প্রাণপ্রতিষ্ঠা তৌদনদি পূজা কৎপা য়াদবগুম, গৌরচন্দ্রিকানা মথন্নায় হাপত্রবদি সংকীর্ত্তন ওইবা য়াদে। মরম অচুনা সংকীর্ত্তনগী থরাযদি গৌরচন্দ্রিকানা ওইবনা ঐখোয়গী ওজাশিংনা করিগুম্বদা গৌরচন্দ্র শরুনবা য়াওদে।

## শৈশক-ক্রম

চোলোমগা মবী লৈনবনা শৈশক ক্রমগী মবমদসু থরনং নৈনখি— মাণ্ডব মন্নায়দা পালা লেংহুনা ফম্নগা পঞ্চাঙ্গনা মণ্ডলী পূজাদা ওন-শিন্দুনা চপ মান্ননা খুরুম্নগা হৌগৎলনা অহানবা ফিরেপ্পা ধ্যান তৌবগী মওঙ লৌহুনা লৈগনি। মাণ্ডব মপুনা জয়ধ্বনি লাউবা লোইফাম্রি-ডৌনা পুংনা রাগ অচৌবা য়ৈরকপগা লোয়ননা পালানা করতাল খীং-গনি। জয়ধ্বনি হেক লাউবগা মোইবুংসু খোংগনি। মরক্তা ঈশৈ-হনবরা 'শ্রীকৃষ্ণ প্রীতি আনন্দে হরিবোল হরিবল' হায়না লাউরকপদা মন্নায়া 'হরে হরে' হায়না খুমগনি। অহুম্বা রাগ হৌবা লোইরগা

ঈশৈ হনবনা 'সভা বন্দনা, গুরুবন্দনা' তৌরগা হৌখিবা রাগ অহুমশা চামনা 'গৌরচন্দ্র' অমা শকনি। মসিদা তিনতাল অচৌবা, মচা তাহনা শকনি। চারিতাল নত্রগা ছাড়াদসু শকবা য়াওই, অদুবু মৃদঙ্গগুরুশিংবু ওজাশিংনদি অচুম্বা ওইনা লৌখৎনদে।

মথংদা ভুমিৎ অহুমগী শৈশক তাহনা শকলগনি। পালা অনি অহুমনা মথং মথং শকপা তারবদি অকোমবগীশিংদি রাগ অচৌবা হৌররোই, অহৌবীশিংনা নত্রগা রাগ মচানা হৌগনি। অসুম্না রাগ লোইরবদা তিনতাল, মেল, তানচপ অমসুং মেনকুপ তাহনা শকনি। মচা হায়বা অচৌবা হায়বা লৈতে, হায়রিবা মণ্ডপ অসিদি সংকীর্ত্তন পুন্নমক্কী চপ মান্নগনি।

গৌরচন্দ্র শকপা লোইরগা কমতৌনা উপন্যাস অতৌ শকলগা হৌগৎনা পালা পুন্নমক য়েং ওইননা মণ্ডলীবু কোয়গনি, মসিবু বেড়িঘাট হায়না কৌই। নবদ্বীপ পরিক্রমানি হায়না শরণি তৌনৈ। মতাং অমগা অমগা তাইনফম তাকপবু 'ঘাট' হায়বনি। অসুম্না য়েং ওইননা কোয়রকপদা মখোয় মখোয়গী খুংকোয় লোইশিন্নরবা পুংয়ৈবা ঈশৈহনবা অমসুং ঢুহায়না মহৈ মহৈ খুকয়ম্নহনা যন্ত্রগা যন্ত্রগসু শোরুহল্লমগনি। মসিবু 'যন্ত্র মিলন' কৌই। পালা পুন্নমকসু মাগী মাগী খুংকোয় লোইহনা হায়গী মখম রৌরকলবদা কমতৌনা ভাবনা শ্রীগৌরচন্দ্রবু পঞ্চাঙ্গনা খুকমগনি। হৌগৎলগা 'লক্ষীঘাট' হেক্কমক তারগনি। মসি রাজমেল হৌররুবী পোৎচঙ অমনি। অমরোমদা বাজমেলগী রাগ গুরনি। মথংদা রাজমেল তারগনি। রাজমেল হৌগৎলকপদা হারবদি করতাল মপুম অহুমক খীংলমলগা হায়বদি য়েং-ওয়দা খীংলুরগা য়েংতা অমুক হন্না খীংলগা পালা পুন্নমক য়েং ওয়ইননা অমুক কোয়গনি। ওজাশিংনা খুংকোয় অসিবু 'বৃন্দাবন' পরিক্রমানি অসুম্না শরণি তৌনৈ। মথংদা রাজমেল ওল্লগে হায়রবদা 'সেতুঘাট' অমুক তাখিগনি। মথংদা কাটা হায়বা ঘাট অমসু অমুক রৈজগা থুজিন্নহনা মেল থাগনি॥

মরম অদুনা রাজমেলদা ঘাট অদুম ওই। কনাগুম্বনা কাটাঘাট য়াও-দবস্থ লেপ থাদবা য়াওই।

মথংদা 'তানচপ' তাগনি, মতুংদনা 'মেনকুপ' য়ৈগনি। মেন-কুপ য়ৈবা মতমদা পালা পুন্নমক ওয় ওইননা অমুক কোয়গনি। মতম অসিদা ছুহারনা চিংহুনা পালা পুন্নমক কজনা কে-না চোলোম তৌগনি। ছুহারগী তৌবা ওম্বা মতিক পুথোকদবা মতাং চাবা মতমদি মতাং অসিদনি। মসিদদি অভিনয়গী শরুক চঙবনা নীংথিবা জগোই ওইনা উৎনবা তাঙ্গা ফংই। শকলিবা ঈশৈ অহুগী স্বর-ছন্দ অমদি রসকা চান্নবা য়েংহুনা মতম অসিদা চোলোম তৌগনি। অসিগুম্বা চোলোম অসিদদি শাজং চোলোমনা মপুং ওইগনি।

মেনকুপ চোলোম লোইয়গা থাহুনা পালা পুন্নমক কমথন্নগা পোথাবা ওইনা 'বৈঠা' শকনি। মসিদা য়ৈনীংবা তাল য়ৈহুনা করতাল মরোলগী কজবা উৎপা মওঙ অমস্থ লৈ। খাওদগী কোক ফাওবনা তৌবা য়াবা মওঙগী ভঙ্গীদা খুৎনা অঙকপা করতাল মরৈ য়ৈগনি। বৈঠাগী মতাং অসিদা পালা পুন্নমক লেপখত্তুনা চোলোম তৌবা তার-বদি মহুগীদমক্তা অককনা লৌখত্তুনা থম্নবা 'রূপ-লাবণি' অমদি 'মেল ভূষণা' হায়না খণ্ডনবা তাল অনি অসিতনা তৌগনি। অনি অসি নত্তবা তাল অতৈদা হোগৎকে হায়রবদি ঈশৈহনবা, ছুহার, খোম্বাংবা অমস্থং পুংয়ৈবা অনি—মঙা অসিডনা হোগত্তুনা তৌগনি। মসিনা থায়নগী নিয়মনি। ছক্তীকুদি য়ুম্বুনা পান্নরকপদগী নিয়ম অসি ফারনা চৎনবস্থ য়াওরকলে। অদুম ওইনমক অসিগুম্বা অসিদি অকক্কবা চোলোমগী মশক লৈতে, মথক্কী অনি অসিগীদি লেঙকদবা চো-লোম লৈ।

অমুম্বা বৈঠাগী শরুক লোইরবদা হায়রবদি বৈঠাগী মতম অসিদা শকলিবা রস অদু পুমলোই লোইশিন্নগা পালা পুন্নমক হোগত্তুনা 'ছুয়গোসাক্রি' তান্নগা মাওব মপুনস্থ বিজয়ধ্বনি লাউদগা সংকীর্তন লোইশিনগনি।

## ফিজেৎ-লৈতেং

পালা পূন্নমক দ্বাদশ-তিলক তৌগনি, উষ্ণীক নগুণ শিগনি। মসি তৌদবা মীনা হরি সংকীর্ত্তন য়াওবগী অধিকার লৈতে। শূদ্র অমনা য়াওবা তারবা ফাওবদা হায়রিবশিং অসিদি তৌদবা য়াদে।

ফিজেৎ—নাক-য়েত্তা ফাঁনৈ অনি লাকশিন্দুনা ফৈজোম শেৎকনি, নাযৈ লৈরগা ওয়দা ফীজিন তাহনগনি। মসিনা অকনবা চোলোম মতমদা হকচাংগী অচেৎ অকোম ন'হন্দে। মাঙদা গুঞ্জা থাদগনি—মসি পিরামিড মওংদা ময়াৎনা রাংখংলকপা মওঙনা থুপ্পা ফিহুপনি। খোয়দৌ মথাদা মচীন য়েপশিল্লগা থাদখিবদা মাঙদা মসিবু শামু মনাতোন ওইনা উবদগী 'শামু নাতান' মানবা হায়না চৎনখি। ফৈজোম মথক্তা ইরফিনা খ্বাঙযেৎ চেৎনা লাকশিনগনি, য়েৎতা ফীজিন তাহনগনি, থারনদি নাক-য়েং অমিমক্তা ফীজিন তাহল্লম্মী। মসিগী মপাল্লা পালা অদূবু মশা য়াংহল্লি, অমরোমদা শেৎলিবা ফৈজোম অদূবুস্থ নাম্ভগদবদগী ফাহুনা থম্নবা খ্বাঙলাক্কী থবক তৌই। কোক্তা কদম-মপান মানবা মওঙগী অচৌবা কোয়েৎ অমা য়ে কনি মতোন্দা অমুবা মচুগী পেত্রক হায়না খঙনবা ফি মচা অমা থেংকনি। কৰিগুম্বা পূজা অমা তৌবদা কোক্কী শম উহনফাদ, মরম অহুনা কোয়েৎ থাকদে। দেশ দেশকী মাগী মাগী চৎনজবী কোযেৎ মথল কয়া কয়া লৈনৈ, মসিবু শাস্ত্রনা কোক্কী লৈতে হাযনা মমিং থোল্লি। কদম মপান মওঙ অসি অহুম ওইনমক অকরুবা থৌরম খবতগী ওইনা ঐখোযনা শীজিন্নে। মৈতৈ জাতিগী কোয়েংত্তি শলাইমি। মসিস্থ মপুম, মতেক, ওয়না নম্বী, য়েংনা নম্বী হায়বনচিংবা মীগী মগুণ খেন্নবা মতূংইন্না খেন্নফম খোকপা মওঙনচিংবা লৈ। শলাই অসিস্থ ওজাশিংনা সংকীর্ত্তনদা অঙ্কস্মক য়েংনৈ, মহুগী অখন্নবা নিয়মস্থ লৈ। পালাগী কোয়েংত্তি য়েংলিবা মীগী মগুণ যে'হুনা খেন্নবা য়াদে, নাম শোনবদা অচৌবা মচা থাযদে, পূন্নমক্কী মান্নবা অধিকার লৈ। মরম অহুনা নিংথৌমক্কীস্থ মা মনা য়েৎতবা য়াদে।

অসিগুম্বা পালা ফিজেৎ অসি শ্রীযুৎ নরসিংহ মহারাজনা হান্নগী মণ্ডলগী অমুক নৌনা শেমদোকপিরকখি। হুজীক উরিবা কোয়েৎ অসিমক্তি স্যার চূড়াচাঁদ সনা হাক্তক্তা ওজা সাপম চাউবা সিংহ হুহারনা শেমদোকপিরম্বনি। অহানবগীদি মণ্ড অসিদগী তোপলম্মী। হান্নগী মণ্ড অহুম্মু স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ সমা হাক্তক্তা অমুক শেমদোকখিবনি, মহুগী মমাঙদনা অমা অমুক ওইরম্মী।

ওজাশিংনা তাকপিরম্মী—নটকী ফিজেৎ লৈতেংশিং অসি পুম্বা মখল ৮ শুগদবনি, অদুবু 'অষ্টবেশ' কৌই হায়না। মসিদা কৈজোমগী মখাদা হকচাং নপনা শেৎপা ফি মচা অমগী রাম্মু য়াওরি, হুজীক্তি মহু অন্দর উম্বারনা শিনখরে। থায়নদি খুদৈ মচা অমা শেৎলম্মী।

হায়রিবা ফীজোন পুম্নমক অসি অঙৌবা মচুগী লশিংকি ওাক্তা ওইগদবনি, মচু শীজিন্নবা য়াদে। ভগবানগী সেবা পূজাদা মৈতৈ লৈবাক্তা খক মচু শীজিন্নদে, অথোইবা সাত্ত্বিক ওইবা মতৌনা তিনবদি অঙৌবা মচুতনি।

শীজিন্নবা যন্ত্র -নট চোলোমদা মৈতৈ পুং অমদি করতাল মন্না অশাংবা শীশিন্নবনা লোইরে। মথংদা করতালগী মরমদা খরদং নৈনরি মহুদি—

করতাল—

ত্রয়োদশ যব ব্যাসং বক্ত্র পিণ্ডং যবোন্মিতং
যবপঞ্চক গম্ভীরং মধ্যেচ যব সপ্তকং ॥ ৭৩৩
বিস্তৃতং বর্ত্তুলং নিম্নং যবত্রয়মিতং ততঃ।
পৃষ্ঠতো মধ্যেদেশে চ শিবলিঙ্গ সমাকৃতিঃ ॥ ৭৩৪
মধ্যে গুঞ্জা সমচ্ছিদ্রং পট্টসূত্রাদি গুম্ফিতং।
অতাম্র-পৈষ্টিনির্দগ্ধ শুদ্ধ কাংস্য বিনির্ম্মিতং ॥ ৭৩৫
কাশ্মীরাদি সমুদ্ভূতং তালমাহুর্মনীষিণঃ।
সুনাদং দক্ষিণং তালং ততো হীনং চ বামকং ॥৭৩৬ কৃঃ রঃসং

ময়ায়দা যম ১৩ পাকপা, অথাবনা যম অমগী পাক্কম ওইবা, ময়ায়দা যম ৫ লুথখিবা, মতুগী পাকপনা যম ৭ ওইবা, কোইরপ কোয়বা, মমুং লুথবা, মনমগী ময়ায়দা শিবলিঙ্গ মওঙ মানবা, মথাঙনা যম ৩ পাকপা ময়ায়দা মরী লেংকম তোবা, মুগা লংনা মরী পানবা, চেয়া শীনবা মহীদা ল'ঙ্কুনা মথো শঙবা, অশোংবা শেঙ্গেংনা শাবা কাশ্মীরনচিংবা লৈবাক্তগী থোকপা—মসিবু পণ্ডিতশিংনা 'জাল' হায়না কৌবৈ। মেৎ থংবনা মখোল মুংশিবা হেল্লি, ওয়দা পায়বনা হন্থ-গনি ॥ ১৩৩—১৩৬

ঐখোয়গী লৈবাক্তা পায়নরিবা নটকী করতাল অসি অহানবদদি পীরম্মী। করতাল নামনা পৌরা অমরোমতমক লূম্নম্মী। শেঙ্গেংনা হৈতুনা শাই, মমুংস্থ লুথবা হেলম্মী। মতুগী খোম্থোক মুংশিবা য়াংপদগী অপেনবা অপাম্বা খোম্থোক থিবদা মথং মথং অমুম মওঙ থৈথরকখি। অমুম্না পাক-চাউবা অমুম অমুম তেল্লকপদগী স্যার চূড়াচাঁদ মহারাজ সনা হাকুকদি মসিগী লূমা চাউবা মওঙ অসি অমুক হেল্লকখি ; স্বর্গীয় বোধচন্দ্র সিংহ মহারাজগী মতমদদি করতাল অনিমক্তা সের ২॥০, ১' অমুম্না লূম্নরকখি। সংকীর্ত্তন মখল থরদদি নট পলানা ঝালস্থ পায়-তুনা শীজিরৈ।

**করতাল শাবা**—মরু ওইনা ভুজীকি মীরোম্না থঙনহৌবা করতাল হৈবা মীদি লৈখিদ্রবা কাংলবম কোড়াতোম্বী সিংহনি। মাগী মথংদনা শাইখোম চাউবা, শেঙ্গম বিধুসিংহ অসিনচিংবনি। ভুজীকি বিধুগী ধারানালা মতুনা অতৈদি কনাস্থ করতাল হৈনাখদ্রে। মথক্তা উৎলিবা শাস্ত্রগী লক্ষণ অসিগা ঐখোয়গী অসিগা থেন্নবা থজীক লৈরবস্থ মতু ঐখোয়গী চৎনবীনা ওইখিবনি।

## চোলোমদা ৩।৩ চৎপী শাজৎ

তাল লয়চৎ ৩।৩ শুবগুম চোলোমদস্থ অতুম অতুম চৎপী মশক অমা ওজাশিংনা তাকপিরম্মী মতুদি—মিৎয়েং অতুম, ফিদুপ অতুম, তাব অতুম অমস্থং হস্তক অতুম অসিনচিংবা—

**মিৎয়েং অহুম**—মহৌশাগী ওইবা অচম্বা মিৎয়েং, হয়াউবা ইকাইবনা তিনবা শৃঙ্গারগী লুংশিবা মিৎয়েং, অমসুং বিরহ-বিচ্ছেদ-নচিংবা রসকী মতাংদা শীজিন্নবা অথোৎপা, তুখবা—করুণ ওইবা মিৎয়েং। অসি নত্তবা রসদৃষ্টিগী অকুপ্পা মখল অতৈদি নট-পালা চোলোমদা য়াৎনা শীজিন্নৈ।

**ফিজুপ অহুম**—চোলোমদা মতম পুন্নমক্তা হকচাং ফিজুপ তাও শুহনগনি। কমদুনা তৌবা করতাল মরোল ফাওবদা হাযব্রিবা নিয়ম অসি ডাকনি। মরম অহুনা মসিস্থ চোলোমদা য়ান্নমক মক ওই।

**ভাব অহুম**—মথক্কী মিৎয়েং অহুমগী ভাব অহুনি।

**হস্তক অহুম**—ছন্দনা হস্তক পোকই, হস্তকনা রস পোকই। মরম অহুনা মথক্কী ভাব অহুমগী মাগী মাগী অচাবা য়েংহুনা ঈশৈগী অর্থ ইন্না হস্তক তৌগনি।

**নট-চোলোমদা তালগী মচাং—একতাল**—মচা অচৌবা হায়না অনি লৈ। অচৌববু 'একতাল অবাওবা' হাযনৈ। মচানা মাত্রা ৪, অচৌবনা ৮ নি।

**দুইতাল**—মসিস্থ মচা অচৌবা অনিনি। রাজমেল চোলোমদা শীজিন্নব্রিবা দুইতালগী মিহুল নত্রগা মাত্রাদি ৮নি। অসিগুম্বা রাজমেল মাত্রা ৮ গী মশক অসিগী লেভদবা মশক খণ্ডনবা হায়দুনা ওজাশিংনা মসিবু অষ্টনাম, ষোলনাম হায়দুনা হরিনাম হায়না খণ্ডনবা ষোলনাম ইরগা শব্দ অমমমবু মাত্রা অমমম ওইনা য়েকুনা উৎপিরম্মী। **তিন-তাল**—মসিস্থ মচা অচৌবা অনিনি। মচানা মাত্রা ৭, অচৌবনা ৮নি।

**তত্ত্বগী মায়কৈ হঁ**—মযেক অসি মৈতৈগী 'অঙ্গি' হায়বা, পুন্নমক্কী হৌকম ওইবা অমত্তা ডায়বা ব্রহ্মাণ্ড পুন্নমক মত্তোন্দগী থোকখিবা—'অতিংকোক গুরু' মক্কী মশক্কি খাজনবা, অচগুম্বা মযেক অত্তুগী মশক্কি। মসিবু বেদনা ব্রহ্ম, বৈষ্ণবশিংনা 'কৃষ্ণ' হায়না মমিং থোংনৈ। অসি-গুম্বা অমত্তা ডায়বা মশক অসি অমরোমদা ব্রহ্মমক্কি নীংনবা প্রণবকী

অশূপ্পা ময়েকনি। শ্রুতিনা হায়—ন তৎসমশ্চাভ্যধিকশ্চ দৃশ্যতে—ব্রহ্মগা মান্নবদ্থ লৈতে, মঙোন্দগী থোইগৎখিবস্থ লৈতে। মরম অদুনা ব্রহ্মগা, মহাকপু খণ্ডনম্লিবা প্রণব হায়বা মমিংগা অমত্তনি, তোঙান্নবা নত্তে হায়বসি শ্রুতিগী য়াহৈ অসিনা উৎলি। (গৌড়িয় বৈষ্ণব দর্শনদা লৌথৎপা শ্বেতাশ্বতর শ্রুতিগী বচন)।

নট-সংকীর্ত্তনগী অহানবা রাগ হৌবা মতমদস্থ পালা পূম্নমক্কা ওঁকার প্রণব উচ্চারণ তৌদুনা মশাবু শেংদোকই।

অসিগুম্না অমত্তা ভায়বা 'অঞ্জি' ময়েক অসিদগী ঐথোয়গী সংকীর্ত্তনগী পোৎচঙ পূম্নমক লোইনা থোকখি অমস্থং লোইশিল্লকপদস্থ শূপচিল্লকুনা অযুক মসিদা তিনশিল্লি। ওজাশিংনা ময়েক অসিবু সংকীর্ত্তনগী মূর্ত্তি নত্রগা খুদম ওইনা ধ্যান তৌনৈ। ময়েক অসিগী কিত্থপ অহুমনি—মসিবু গুরু অহুম, মরোল অহুম—শ্রীকৃষ্ণগী ত্রিভঙ্গমূর্ত্তি অমদি শ্রীধাম নবদ্বীপকী তিনপ্রভূনচিংবা মখৌ লৈনবশিংগী খাও গুবা মশক অদুগী প্রতীক (Sym'ol) নি হায়না শবণি তৌনৈ।

তালগী মায়কৈদা মদিনা একতাল'গী মশক্কি হায়বদি একতালস্থ অনি শুম্নবা ব্রহ্মগক্কি মশকনি। দুইতাল, তিনতালনচিংবা তাল পূম্নমক্কী হৌকম অমস্থং লেংকমস্থ 'একতাল' অসিনি।

পবব্রহ্ম ভগবাননা লীলা শরুগে খন্দুনা মশা মথন্তবু অনি থোকহনখি, মশ থংবনা নূপীনি শক্তম লৌখ রস অসি লৌদুনা একতাল-গা একতালদগী থোকখিবা দুইতালগা অনি অসিবু শ্রীকৃষ্ণ অমস্থং ইবুংঙো নাগী ওইথংবা হবচাংদগী থোকখিবী, শক্তি অথোইবী শ্রীমতীরাধা অনিনক্কী যুগলরূপনি হায়না লৌনৈ। 'তিনতাল'না শ্রীরাধাকৃষ্ণগী উজ্জ্বলরসকী লৌনম ওইবা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী 'তিনবাঙ্গা'গী মশকনি হায়না ওরোশন চৎনা থাজনৈ। অসিগুম্না ওজাশিংগী ভক্তিমার্গদা অচেৎপা পুক্নীং খল্লগী মশক অমা 'মৃদঙ্গ-ব্যবস্থা-সংগীত' কৌবা লাইরিক্কী শূপচিন্না কৌথৎলি। লাইরিক অসি থোকচোম ওজা মনাউ-

গীনি হাররা থারি (লাং ৫-৭)—সংকীর্ত্তন হৌগৎলকপদা পূংনা অহানবা অনরাবু ভ্রমর ছন্দনা য়ৈরকপদা পালা পূন্নমকী হকচাংদগী সিদ্ধদেহ নিরূপণ তৌগনি, মরমদি পঞ্চভূতকী হকচাংনা সংকীর্ত্তন সেবা চঙবা য়াদে। অদুনা পূরুীংতনা মশা মশাগী সিদ্ধদেহ পুথোক্লগনি। মথংদা য়ৈরকপদা অনরা ২, ৩, ৪ দগীনা গুরুঘাট ফাওবনা লৈন্নুংদা খোংবা নোং মখোনগুম য়ৈহুনা ( মেঘছন্দ ) সিদ্ধদেহবু রাধা-কৃষ্ণগী সেবা চঙনবা আত্মনিবেদন তৌগনি। অসুম্না গুরুঘাট হেক য়ৌবকপদদি নুপীগী মশক ওইনা বৃন্দাবনগী রাধাকৃষ্ণগী সেবা চঙলমবদগী অমুক নিপা ওইনা নীংহুনা শ্রীগৌরচন্দ্রগী সেবা চঙগনি। মথংদা খুরুম্নগা হৌগৎপদা ঝরবৃষ্টি ( নোংমুশিৎ ) ছন্দদা য়ৈগনি, মসিনা মন্দির মার্জ্জনগী ভাবনি। মথংদি পূং-ঈশৈ কোম্নরা চংনিন্নরগনি। মসিদা ভ্রমর ছন্দনা য়ৈগনি—শ্রীগৌরাঙ্গশ্রী মূর্ত্তি শাগংপনি। মথং তারকপা সঞ্চার মবিদগীনা বড়-সঞ্চার ফাওবনা মূর্ত্তিগী কায়াৎ অমদি বর্ণন-চিংবা শাগৎলকপনি। মসিদনা ইন্দ্রবজ্রছন্দনা য়ৈগনি। মসিদি শ্রীগৌরচন্দ্রগী প্রার্থনানি! মথংদা শ্রীগৌরাঙ্গদা বেশভূষণ কংপা ওইনা 'কার্ত্তিক-সঞ্চার' য়ৈগনি। অসুম্না মূর্ত্তি শাগংপা লোইরবদা শ্রীগৌরচন্দ্রবু য়েং ওইননা কোয়হুনা পালা পূন্নমক খুরুমগনি, মসিবু বেড়িঘাট কৌই।

শক্লিবা শৈকমনা চুম্নগী রস শকপা নত্রবদি হাযবদি শ্রাদ্ধ সম্বৎসর-নচিংবা শরুবদি লোইশিল্লকপা মতাংদা শিগ্রবা জীবগী সিদ্ধমঞ্জরীবু বৈষ্ণবশিংগী চঙজকম ওইবা অথোইবা সখিশিংদা শিন্নবা ওইনা ছয়-গোসাঞি শরুনি অদুগা মথংদনা পূনলোম্ব লোইবদা 'জয়-ভাই চৈতন্য-নিত্যাই' শকুনা জীব অদুবু গুরুরূপা সখিগী মশক ওইবা নিত্যাই-গৌর অনিগী কংঙমত্রবা প্রেমালিঙ্গন ফংজহুনা মুক্তি ফংথ্রবা ওইনা নীংহুনা লোইশিনগনি অমসুং সংকীর্ত্তনস্থলগী পবিত্র ওইরবা উফুন অদু লৌহুনা কোক্তা হাপ্লগা খুরুমগনি। অসুম্না 'জয় ভাই' শকপা মতম অসিদা য়ৈরিবা 'একতাল' অসিবু ওজাশিংনা অহানবা হৌখিবা ব্রহ্মাগী মশক অদুমক্লি, ব্রহ্মাদা অমুক তিল্লবনি অসুম্না শরণি তৌনৈ।

মথক্তা চাউরাকপা মওঙ থরদং উচ্চারবা অশুম্বা সংকীর্ত্তনগী মশাদা য়াওরিবা যন্ত্রশিং, মখোয় মখোয়গী থোঙ্থোক অমসুং মরোল পুন্নমক—পালাগী ফিজেৎ লৈতেং. চোলোম, হস্তক, মিৎয়েং, সংকীর্ত্তনদা শরুক য়ান্নিবা পুংয়েবা—ঈশৈহনবা, দুহারনচিংবা পালা অমদি ভাবক লুচিংবা মাগুৰ মপুনচিংবা পুন্নমক্কীম্ব আধ্যাত্মিক-কী ওইবা কুপথ্রবা তত্ত্বগী মায়-কৈদা শরুনি ত্তৌনৈ। অশুম্বা সংকীর্ত্তনগী মনুংচল্লিবা থৌওঙ পুন্নমক অমত্তম্ব অর্থ য়াওদনা লেম্না পাওথোকপা লৈতে। খুদীংমক্কী অরু অরুবা ভাব-রস অমা নত্রগা অনি অহুম ফাওবা শুনা লৈনবা ওাক্তগী মশক্কি। মতু পুন্নমক ঐখোয়গী থেল্লবা বুদ্ধিনদি লামলুবা ফংলোই-দৌবা মওঙ লৈবদগী কিজহুনা খুং থারুদ্রে।

অসিগুম্বা সংকীর্ত্তন অসিবু 'নাম-মহাযজ্ঞনি' হায়রহনা মণিপুরী বৈষ্ণবশিংনা পোকপদগী হৌনা দশবিধ-সংস্কারদা, শিবা মাবদা অমদি উৎসব মেলানচিংবা পুন্নমক্তা সংকীর্ত্তন অসিবু থক থাদোকনবা লৈতে। অসিগুম্বা সংকীর্ত্তন অসিগী মপান্না অথোইবা ভক্তি মুক্তি ফংনবা সাধন পুন্নমক্কগী খ্বায়দগী হেন্না লায়বা অহুগুম্বা অথোইবা পাম্বৈনি হায়না লাঃগুরুশিংনা চেংনা থাজনৈ। ইতি—

[ পুথোকপা :—শ্রীথাংজম চাউবা সিংহ অমসুং
শ্রীমাইবম ইবোহন সিংহনচিংবা
শ্রী৺গোবিন্দজীউ পালালোয়শঙগী ওজা
হুহারশিং ]

— শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মা

# সংকীর্ত্তনগী-পূং

( ওক্টোবর ২৭ অয়ুক )

**পূংগী হৌরকফম**—লৈশেমঙৈদগী হৌনা পূং হায়বসি লৈরক-লে। চহি কয়া শুয়বগে হায়বদি কনানস্তু হায়বা ঙমলোই। ত্রিপুর কৌবা হিংচাববু মহাদেবনা হাৎলবদা লাইয়ামনা হয়াউত্নুনা জগোই পঙশাদ শানখি। শারিবা জগোইদা তাল য়াওদবা উত্নুনা ব্রহ্মানা লৈ-পাকনা পূং অমা শাত্নুনা গণেশতা পীত্নুনা য়ৈহল্লি। অত্নুদগী তাল চানা জগোই শানখি। অত্নুনদি ব্রহ্মাগী হাক্তক্তগী পূং লৈরকলে। সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর, কলি—যুগ মরোল কয়াদগী লৈরকপনা মন্নু ২৮ শুবগী কলিযুগতা পাপী-পাষণ্ডী দমন তৌনবগীদমক ভগবাননা য়াথং পীত্নুনা সঙ্কর্ষণনা অদ্বৈত ওইনা শায়োন্দুনা শান্তিপুরদা লৈখি। অহল ওইরকলবা ফাওবদা ভগবাননা অবতার তৌরক্নবদা তুলসী মঞ্জরী অমদি গঙ্গাজলতনা পোৎচঙ ওইনহুনা হুঙ্কারনা আবাহন তৌখি। মতম অত্নুদা মাথুরগী রস চিংশিন্দুনা মবুংঙো কায়নবগী য়াত্নুনা লৈহৌ-রবী শ্রীমতী রাধিকাগী দশমী-দশাগী ভাবপু নীংশিংলুবদা প্রেম ঈহৌ-রকই। মত্নুদগী তারকপা পিনা গঙ্গা মপানগী লৈবাক পূমচোৎ চোৎ-লকলে। অচোৎপা লৈপাক অত্নুনা পূং ( মৃাঙ্গ ) শাত্নুনা পূং-য়ৈরগা ভগব'নগী শ্রীমূর্ত্তি শাগংখি। মত্নুদগী রাধা কৃষ্ণ অনিনা অমত্তা ওইনা পুন্দুনা তিনবাঙ্গা থুংননবগীদমক শ্রীগৌরাঙ্গ ওইনা অবতার তৌবীখি। লৈপাকনা শারম্বগী মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না মৃদঙ্গ হায়বা অসি উনা শানরকলিবনি। অমস্তুং মৈতৈ লৈবাক্তা ওসিদি পুং হায়না খঙনরিবা অসিনি। রাকম অসিনা মণিপুরগী সংকীর্ত্তনগী পূং তৌবা ওজাশিংগী লোয়া থুপ্না থমজবা পূ গী তত্ত্বনি।

মৈতৈ লৈবাক্তস্তু পূং অসি নীংশিংবা থোক্তৃরবা মতমদগী লৈরক্লে। লৈথক-লৈখারোন অমস্তুং পুদিন-পুরাণদা পূংগী য়া ইদ্রি। লৈথারোন

কুম্বাবদা খোইয়োই তোম্পোক নিংথৌনা ওসি ওইরিবা পুংগী মওঙ অসি পুথোক্লম্মী। চকপা-তিংশাংলোনগী মতুংইন্না ইহান হানবা জগোই ঈশৈনচিংবদা শীজিন্নবা পুং অসি চকপা তিংশাংনা তিংখি। মসি ১৫৯ অহুরাইদনি। মতৌ অমুন্না মমায় অনি শুনা তিংবা পুং অসি হৌখি। লৈথোক পুরাণগী মত মতুংইন্না রাংলেন নহা-পুং-তিংবনা পুং তিংবা হৌদোকখি।

পুংগী মথল মওঙ—রাইবুং, তানরৈপুং, খোং, লাংদেবুং, খুনবুং হৈরাউ জগোই ঈশৈদা য়েনবা পুং, পাউজেন-পুং হায়না মথল রাম্মী, মওঙম মায়দে। হৌজীক কাওবদা মতম কুইনদগী লৈরকলবা অন্দ্রোগী খুনবুং অসিনচিংনা প্রমাণনি। ক্যাম্বা নিংথৌগী মতমদা বিষ্ণু লাংপা হৌদুনা কীর্তন আরতি কৎপা হৌখি। মতম অসিদগী অওনবা মওঙ অমা হৌখি। হৌজীকী ওইরিবা মওঙ অসিদি নত্তে। গরীবনরাজ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা র'মজী প্রভু লাংপা হৌখি। সেবাগীদমক পুং ঈশৈ চোলোমগী খরা হেন্না কজবা মপুং ফাবা মওঙদা হৌদোকখি।

খৃঃ ১৭৫৯—১৭৯৮ গী মংংদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী সনা হাক্তক্তা শ্রীগোবিন্দজীগী কৃপানা মূর্ত্তিদর্শন পীবিদুনা শ্রীমূর্ত্তি নিরূপণ তৌখি, মহুদগী ৫ নি চুপ্পা রাস কৎখি।

সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞগী মপুংফাবা, ইবুংঙো ইবেম্মগী ভাব-ভক্তি-রসনা থল্লবা শ্রীমূর্ত্তি লিংখৎপিরমদুনা মণিপুরগী ভক্ত-বৈষ্ণবশিংনা থরায়দগী হেন্না লুনা লৌদুনা অরানবা খুবম তাম্নরি; রাস অসিদা শ্রীগোবিন্দজীগী কৃপানা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী থম্মোইদা ভানবীদুনা সংকী-র্ত্তনগী অয়োবী থাক্-কী 'রাগ অচৌবন'চিংবা মখল কয়া, পুংলোন কয়া জগোই কয়া কয়াগা লোয়ননা, রস কয়া কয়াগী হৌফম ওইবা কল্প-বৃক্ষ অসি থাবিরম্মী। অমুন্না মথং মথং গম্ভীরসিংহ মহারাজ, নর-সিংহ মহারাজ, চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ, চূড়াচাঁদ সিংহ মহারাজ, বোধচন্দ্র মহারাজ সনা হাক্তক কাওবদ সংকীর্ত্তনগী মণ্ডপ রাংতনা, শ্রীগো-

থিন্দগী কাল ৮গী পূজা, নিতি সেবা কংলকলি। হন্দকনু শ্রীযুৎ ওকেন্দ্রজিৎ মহারাজনা সভাপতিগী আসনদা লেঙশিন্দুনা তাং ১১।৮।৭১ ইং অমসুং ১৫।৯।৭১ ইংদা শ্রীগোবিন্দজীগী অগ্রদা শ্রীগোবিন্দজী পালা লোয়রণগী অমসুং মণিপুবগী পুং ঈশৈ-চোলোমগী ওস্তা-গুরুশিংগী অপুনবা অচৌবা সভা অমা শ্রীযুৎকী সনা যাথং মতুংইন্না কমহুনা সংকীর্ত্তনগী মরমদা পরম্পরাদগী লৈরক্লবা রস-তত্ত্ব কৰাবু স্মরণ তৌজহুনা তাল মাত্রা কয়াবু নৈনহুনা, গুরুজনশিংগী অনুগা ওইজহুনা, শ্রীগোবিন্দজীগী চরণদা প্রেমগা লোযননা ভক্তি কংখি।

শ্রীমৎ কীর্ত্তন মঙ্গলালয় মহামাধুর্য্যাবারাংনিধে
শশ্বদ্ভক্তিরসপ্রদ প্রবিলসৎ শ্রীপ্রেম হেমাচল।
সর্ব্বানর্থ নিবর্ত্তক প্রিয়তনো লীলাবিলাসাস্পদ
শ্রীমৎ গৌরহরে প্রসীদ জগতাং ভক্তৈকনাথ প্রভো ॥১।১।
বন্দে শ্রীমদ গুরুন্ কৃষ্ণ শ্রীযুক্তাধ্যাপক প্রভূন্।
ভূযঃ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যং সাঙ্গোপাঙ্গং সপার্ষদং।
নত্বা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যং সর্ব্ব মঙ্গল মঙ্গলং—।
গায়কানাং প্রমোদায় ব্রুবে সংগীতামৃতকং ১।২।

শ্রীমৎ সংকীর্ত্তনগী মঙ্গল ওইবা অমসুং সংকীর্ত্তনগী মশক ওইবা, মঙ্গলগী তুংনফম ওংবা, পুক্নীং হুবগী সমুদ্র ওইবা, অতৎপা নৈতনা ভক্তিরস পীবিরিবা মঙান্না তিল্লবা প্রেমনা সনাগী চীংগী মশক ওইবা, অয়াম্বা কান্নদবনু ককথংপিবা জীব পূন্নমকপু চানবীবা, লীলা বিলাসকী বিষয় ওইবা, ভক্তগী অরেপ্পা মকম ওইবা, জগৎ খিবীক্কী মপু ওইবা হে গৌরহরে—কৃপা পীনবীয়ু।

শ্রী-ন তিল্লবা শ্রীকৃষ্ণবু, গুরুবর্গবু, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু, শ্রীনিত্যানন্দবু শ্রীঅদ্বৈতবু, শ্রীগদাধরবু শ্রীবাসনচিংবা পূন্নমকপু খুরুমজে। অসিনা মরম ওইহুনা গায়কখিবীক্কী মুংঙাংনদগীদমক সঙ্গীত হায়বা রস অমৃত অসিবু হায়জরক্লে।

কলিদা সংকীর্ত্তননা অখোটবনি হায়বসি অরেপ্পা ওইনা বেদ শাস্ত্রনা হায়রি। শ্রীভগবানদি নাদ ব্রহ্মনি। সংকীর্ত্তনগী পুংশু শ্রীকৃষ্ণস্বরূপনি, স্বয়ং ভগবাননি।

রাগ হৌবগী মরম—মণিপুরী সংকীর্ত্তনগী মনুংদা 'রাগ অচৌবা' হায়বা অসি খ্বায়দগী হেন্না লুবা অমনি। রাগ অসি হৌবদা অকায় অতোই হায়বদি 'ভঙ্গ' হেক ওইবদা তারিবা ভাবক, য়েঁরিবা বাদক, কলাকার অমদি কর্ম্মকর্ত্তা অহুমদা অমাঙবা কত্তুবা দোষ নত্তনা অকবা ওইদে। রাগ অসিগী মমিং 'নটরাগ' কৌই। রাগ অসি শ্রীগৌরাঙ্গগী মূর্ত্তি সম্পূর্ণ ওইবা অমদি নিত্তি লীলাগী শক্তম অসিবু মপুং-ফাবা ওইবদগী অমসুং রাগ পুম্নমক্কী মরুনি হায়দুনা 'মূলরাগ' হায়নসু কৌই। মনুংগী রসদা কলিদা সংকীর্ত্তনগী মনুংদা তালগী রস, অভি-নয়গী রস, পুংলোনগী রস, অমসুং ঈশৈগী রস অসুম্না মাগী মাগী রস তোঙান তোঙান্না অমুক খায়দোকলি।

তালতত্ত্ব—ষোলনাম—নাম ১৬ না স্বর ১৬, স্বর ১৬ মা মিহুন ১৬ হায়বদি মিহুন ( মাত্রা ) ১৬ কী একতালনা অথোইবা তাল ওই। একতালনা 'একমেব অদ্বিতীয়ম্ ব্রহ্ম' অমত্তা ওইবা অনিশুদবা ঈশ্বর ( ব্রহ্ম ) নি। ঈশ্বরনা জগৎ-লীলা সৃষ্টি তৌরকপদা অমত্তা ওইবা ব্রহ্মদগী, পুরুষ অমসুং প্রকৃতি অনি থোকপগুম সংকীর্ত্তন বর্ণন তৌ-রকপদা লীলা শায়নবগীদমক্তা অনিশুবা তাল—'দুইতাল' থোরকই। প্রকৃতিদগী মশা ওইবা সত্ত্ব রজ তম—গুণ অহুম চোংথোরক্লুনা সং-সার শেম্বগুম তাল পুম্নমক পোকপা য়াননবগীদমক্তা 'তিনতাল' পো-রকলে। রাগ অচৌবা হায়বা অসি শ্রীগোবিন্দনা মনাই ভাগ্যচন্দ্র মহারাজদা স্বপ্নাবস্থদা তাকপীরম্মী। মতম অদুগী পুংগী ওস্তাশিংনা—১। প্রেমানন্দ, ২। স্বরূপানন্দ, ৩। লাংলেনহনবা, ৪। কীত্নারূপা ৫। কীত্নারাধা, হায়রিবা ওস্তাশিং অসিগা তান্নদুনা ফোঙদোকখি হায়না ওজা, গুরুশিংনা তাকপিরম্মী।

পূংগী মরম (তত্বগী স্বরূপ)—পূং মনাক্ত মচা ৬ না ছয়-গোসাঞী ৬ নি। মকুগী মচা ৮ না অষ্টসখীগী মশক ওইনা থোগনি। মনাউগী বেড়ী মথুংদা খুমলিবা অথাবা শউন অসিনা নরোত্তম অথোইবনি। পূংগী পূংলী অসিনা সখি ৬৪ গা মশক্নি। গাব হায়বা অসিনা ইবুংঙোগী মিংনহাগী মশক্নি। কাটাবেড়ী হায়বসি ইবুংঙোগী মিংপাম্নি। থাংনরিবা পূংলী অসিনা অনন্তদেবগী মশকনি। মকুগী খুদোপনা মহাদেবনি। মনাউগী খুদোপনা ব্রহ্মানি। পূং রোমলিবা অসিনা ফিজেৎ লৈতে ওইরিবনি। মথুংগী অমুবা মচুদি, অমুবা কুচুবু লোৎলিবনি। মপান্দা অঙাঙবা ওইবনা রাধাগী কুচু ওইবনি। মথুংদা হোরিবা অসিনা জগৎ শেন্বগী মওঙনি। থোক্লিবা খোন্থোক অসিনা থরার মঙাগী মশক্নি। মকুনা বৃন্দাবন, মনাউনা নবদ্বীপা মকুনা (ক্লীঁ), মনাউনা (শ্রাঁ) মথুংদা লৈবা হুঙ্কার—(গং, অ, রঁ, গোঁ, সঁ, লঁ, নীঁ) অসিনি।

পূং পূজা তৌবদা শোনগদবা মন্ত্র—গোঁ নঁ হুঁ অসিনি। পুন্নমক অসিনা তিল্লগা শ্রীগৌরাঙ্গগী মূর্ত্তিনি। সংকীর্ত্তনগী মশাক্নি। কলিদা সংকীর্ত্তনগী জীবন্যাস হায়বদি পূংগী জীবন্যাস মন্ত্র তৌরবদি হরিনাম প্রেমনা সংকীর্ত্তন তৌবা য়ারে। পৃথিবীগী লৈমায় কয়াদা তারবা নোংগী ঈশিংনা তুরেল ওইনা চেন্থখিদুনা পাক চাউরবা সমুদ্রদা অমুক তিনাখিবগুম, পৃথিবী পুন্নমক্কগী সাগী মশক ওইবা মণিনা থল্লবা, ভক্তিগী হোৎকম ওইবা প্রেমগী তুংনকম ওইবা রসতনা থল্লবা মণিপুর সনা লৈবাক্তা শ্রীশ্রীগোবিন্দনা ঙান্তোক্তাব। মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌরেন—হরিভক্তিতনা থল্লবা, হরিনাম প্রেমতনা সংকীর্ত্তনবু মপুং ফাহনবীখিবা নিংথৌরেন রাইঙ্করেন-রাইকববু হন্না হন্না থকমজ্জবি।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদা ইদুনা থম্লীরম্বা খুংই—লাইরিক মৃদঙ্গ নির্ণয়দা য়াওরিবা রাগাগী মতাংদগী খরদং লৌখৎচে—লাইরিক অসিদা 'নরোত্তম লিখিতং' হায়না থারি। শ্রীনরোত্তম ঠাকুরগী শারোল্নি হায়না থাজনববা বৈষ্ণব ওঝাশিংনা 'নরোত্তম' হায়না রাজর্ষিগী

মিংদা কংশিনবরা থাজনৈ। লাইরিক অসিগী শিন্দোকপা কপি কয়া কয়া পুংগী ওজাশিংনা চেংনা কোয়রি।

মৃদঙ্গধ্বনি নির্ণয়ঃ—

তাং শব্দোইপি ভবেৎ কৃষ্ণ গিন শব্দে রাধিকাবরা ॥

তেক্ শব্দেন জয়াদ্বৈতং ধ্যায়তি বৈষ্ণবা সদা ॥

'তাং' হায়বা খোন্থোক অসিনা লেপ্পমক কৃষ্ণ ওই। গিন হায়বা খোন্থোক অসিনা অথোইবী রাধিকানি।

'বিরল-বৈষ্ণবা' মতে—

তকতা তাং – ত্রিশব্দে'চব ত্রিবাঙ্গামপি বোধয়েৎ ॥

তক তা তাং—খোন্থোক অহুম অসি ত্রিবাঙ্গানি হায়না খঙগনি। মসিনা 'বিরল-বৈষ্ণব'কী মতনি।

বেদজ্ঞ তে—

তক শব্দো ভবেৎ বিষ্ণুঃ। তা শব্দো ব্রহ্মরূপিনং ॥

তাং শব্দো শঙ্করশ্চৈব ত্রিবিধা কথ্যতে ময়া ॥

'তক' হায়বা খোন্থোক অসিনা বিষ্ণুনি হায়রি, 'তা' হায়বা খোন্থোক অসিনা ব্রহ্মানি হায়রি, 'তাং' হায়বা খোন্থোক অসিনা মহেশ্বরনি হায়রি। শম্না হায়রবদা 'তক তা তাং' হায়বা শব্দ অহুম অসিগী তত্ত্ব —ব্রহ্মা বিষ্ণু, মহেশ্বরনি হায়বতনি। মসিনা বেদ খঙবশিংগী মতনি।

কাব্য প্রকাশিকা মতে 'তক' মথুরা, তা' দ্বারিকা চৈব 'তাং' বৃন্দাবন ত্রিধামত। তং শব্দ সত্ত্ব গুণং বা প্রোক্তং। তা চৈব রজগুণ স্মৃতা। তাং তমগুণ জাতা। শ্রুতা ত্রিভুবন ধ্বনি।

তক, তা, তাং—অহুম অসিমক মথুরা, দ্বারিকা, বৃন্দাবন হায়বা মত অমদি সত্ত্ব, রজ, তমগুণ অহুমবু খঙনগনি। ধ্বনি অসি মরোল অহুমদা তাপ্রবনি হায়রবদি চংনপ্রবনি। মসিনা 'কাব্যপ্রকাশিকা' হায়বা লাইরিকী মতনি।

মৈ-ঈশিং নংশিং, লৈপাক অমসুং অতিংঙা পঞ্চভূত মঙামক্না তিন্নবা, অঙাঙববু অচৌবনা য়োন্নবা ফজবা পুন্নমক্না তিন্দুনা লৈতেং

ওইরবা শ্রীগৌরাঙ্গগী মূর্ত্তিবু ভাবতনা শাগৎলিবনি খঙনগনি। অসিগুম্বা রাগ অসিগী মমিংবু 'নটরাগ' কৌই।

## রাগ অচৌবা ( পূংলোন অমস্থং ভাব )

( অথ নটরাগ নির্ণয় )—'তেন তৈন তা তঃ তাং'

ইতি শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ দুই ভাই, ইতি ত্রিবারঃ।

অহানবদা অসুম্না অহুমলক য়েগনি। মথংদা রাধাকৃষ্ণগী মরোল (প্রথম বাজনং গ্রে গ্রে দে খেদ)। মতুংদা—

গিন্ন গ্র ধে ধে তা তৈন তা তঃ তাং—ইতি গোবিন্দং। ইতি নাম ষোলনাম। শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ রাধাকৃষ্ণ শ্রীগোবিন্দ ইহ সংকীর্ত্তন স্থানে ত্বং আগচ্ছ ত্বং আগচ্ছ॥ আবাহনমিতি। অসুম্না আবাহন তৌগনি।

ষোল নাম—হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।

গিন্ন গ্র গিন তঃ গিন—

তৈন তৈন তৈন তৈন তৈন তৈন—ইতি অসিনচিংবা

মথকী অসি নাম প্রচারনি। মতাং অসিদা ঈশৈ শকপনা 'শ্রীকৃষ্ণ প্রীতি আনন্দে বল হরিবোল হরিবোল' হায়না লাউগনি। দোহার পালানা চিংবনা 'হরে' হায়না খুমগনি।

মথংদা অষ্টনাম—হরে রাম হরে রাম।

তৈন তৈন তৈন তৈন তৈন তৈন

তঃ তেন তাং তঃ খিৎ খন্ন খন্ন—

মতাং অসি য়োরবদা ডাকিনী, যোগিনী ভূত, প্রেতনচিংবা পাপী পাষণ্ড পুম্নমকপু নোইহৎলি হায়বা ভাব ফোংদোকপনি। বর্ণন তৌরক-পদা (আশা) ভক্তি প্রেমতম্বু কচ্চহনা ঈশ্বরগী মূর্ত্তিবু বর্ণন তৌজবনি। শ্রীচরণ শ্রীমূর্ত্তিবু লিংখৎচবদা শ্রীচরণদগী কটি ( খ্বাঙ ) য়োরে।

যথা- ছয়নাম'—রাম রাম হরে হরে।
খিং তা তঃ খিং তা তঃ॥

হরিনামতনা মূর্ত্তি লিংখৎচবদা কটিদগী শ্রীকণ্ঠ য়োরকলে।

একনাম—'হরে'—

থ্র থ্র তেন তঃ তেন তঃ তেন তঃ তেন তঃ

পুং করতালগী ধ্বনিনা শ্রীমূর্ত্তিবু লিংখৎচরি। অতৎপা নৈতনা নিরুক্তি, হরিনামগী মালানা প্রেমগী ঈরীক শীকচবা, ভক্তিগী মথা পোনবীবা শ্রীমূর্ত্তি মপুং ফারকলে। মতাং অসিদা শ্রীকণ্ঠদগী শির য়োরকলে। পুংয়েবা, ঈশৈ শকপা অমসুং পালা পুন্নমন্না কোক নোনপনি।

শিব অমসুং নারদ মুনিনা বীণা যন্ত্র পায়দুনা শ্রীবিষ্ণুগী মূর্ত্তি শাগৎপগুম, সংকীর্ত্তন বর্ণন তৌরকপদা হরিনামতনা মূর্ত্তি শাগৎচরি। নামতনা অথোইবনি হায়রবা শাস্ত্রনা প্রমাণনি।

গুরুঘাট—গিরগ্র ধে তা থেন গিন তা তেন তাতেন তা তাং। [ক্লীঁ শ্রীঁ ভ্রীঁ সাক্ষাৎ মধুর রসরাজ আবিভূতং॥ মধুর মৃদঙ্গ ধারণ কালে।

গৌ নিঁ ওঁ গাঁ শ্রী—ইতি মন্ত্র যথা শক্তি জপেৎ।

অঙ্গে স্থাপয়েৎ—ভ্রূমধ্যে ক্লীঁ, ব্রহ্মরন্ধ্রে ওঁ, দক্ষিণ নয়নে শ্রীঁ, বাম নয়নে ভ্রাঁ, দক্ষিণ কর্ণে হ, বাম কর্ণে রে, দক্ষিণ নাসায়াং কৃ, বাম নাসায়াং ষ্ণ, মুখে রা, নাসাগ্রে ম, চিবুকে কৃ, উদরে ষ্ণ, কণ্ঠকূপে হ, বক্ষস্থলে রে, শিরসি রা, উদরে, ম, হৃদয়ে হরে, নাভৌ হরে॥ ইতি]

হরিনামতনা আবাহন তৌদুনা পুরুষীংগী অপাম্ববু কৌজখিবা গুরুঘাটকী মতাং অসিদদি রসরাজ মূর্ত্তি আবির্ভূতং) ওইবীররে, মন্ত্র তন্ত্র পুন্নমকনা হবুংভোগী থররায হক্চাংনচিংবা ওইরিবনি।

মতাং অসি য়োরক্লবদা শ্রীগৌরাঙ্গগী অঙ্গদগী পঞ্চতত্ত্ব চিংথোক্লগনি। লীলা শাম্নবদি য়দরি, জীবন্যাস মথল অঙ্গম রাংলি। গুরুঘাট হেক য়োরকপদা ভুংলোনদা খোঙফম অমসুং হন্দোক্লিবা অসি, মূর্ত্তিদি মপুং

কারবা আতরণ লৈতেংদি থাওক্রিবা মঙালতনা তিরবা উদয়াগিরিগী মতোন্দা সুমিংকী মঙাম্না ফাওদোক্লকপগুম সংকীর্তন বর্ণন তৌরকপদা রসরাজমূর্তিনা ভারুকবদা প্রেম, ভক্তিনা লমজিংচুনা থাওওইনবা শ্রীগৌ-রাঙ দর্শন তৌজবনি হায়রবা ভাবনি।

গুরুঘাটকী অরোইবগদি মপুং ফারবা পূর্ণিমাগুম গুারবনি মকম অসিদা পুংয়েবা, ঈশৈশকপা, দোহারনচিংবা পুম্নমকনা পঞ্চাঙ্গ—খুৎকই লৈতাদুনা মফম মঙা শোরা খুরুমগনি।

রাগগী শরুক্তি মতাং অসিদা লোইরে।

পঞ্চতত্ত্ব—হায়গী মতৌগুমনা অমুক হৌগত্তুনা পঞ্চতত্ত্বগী অধ্যায় লৌথরগনি। মথাদা শরুদৌরিবা অধ্যায় অসিদি শ্রীঅঙ্গদগী পঞ্চতত্ত্ব হায়বা অসি পুংনা চিংথোকুনা সংকীর্তন মপুং ফাননবগীদমক মথাদা ইজরি—

"গিম্র গ্র গিত্তঃ গিত্তঃ গিত্তঃ গিত্তঃ গিন তেম তেন"

অসুম্না পঞ্চতত্ত্ব পুথোকলে জীব সঞ্চারিনী তৌগ্রি, মতাং অসিদ পুংয়েবনা ঈশৈ শকপদা ইঙ্গিত পীদুনা ঈশৈগী রাগ হৌরগনি—তা রি তা না রি তা না তা না

[ তা—ইতি বক্ষ রি—ইতি নাভি, তা—ইতি কটি, না-ইতি পদ, রি—ইতি বাহু, তা—ইতি মুণ্ড, না—ইতি চক্ষু, কর্ন, তা-ইতি নাসা, না—ইতি মুখ ]।

ঈশৈগী রাগ হৌরিভৈদা পুংস্থ লেপ্তুনা রৈগনি। পুংগী হৌনবী অমত্তা কারদনা রৈগনি। ঈশৈ রাগনা পঞ্চম অমসুং দীর্ঘ অনিমক্তা পুংনা মকম, মতম অমত্তা কারদনা রৈগনি।

পুংনা মাগী হৌনবী মথং মথং রৈয়ক্লগা অবোইবগী তুকা (৫) মক অসি শ্রীগৌরাঙ্গগী পঞ্চপ্রাণ ওইবা ইবুংঙো মঙামকী মশক্তি, মথক্তা ওইগ্রিবা মূর্ত্তিশিং অসি জীব সঞ্চারিনী তৌখিগনি।

জীব সঞ্চারিনী- -তাগ্র গ্রতাং তঃ গিত্তা থেন গিত্তা॥

মতাং অসিদা ইবুংঙো ৫ মকী জীব মপূং ফারে হায়রবা ভাব অমা ফোংদোকলে। আভরণ লৈতেং শুররনি। পূংগী জীব সঞ্চারিনীগী অরোই অরোইবদা ঈশৈগী রাগসু হৌগনি। ঈশৈগী রাগ লোইরক লোই-রকপদা পূংনা সঞ্চারিনী রৈগনি। পূং করতালগী মতুংইন্না ভাবক বৈষ্ণবশিংনা ভাবতনা ঈশ্বরগী মূর্ত্তিবু হৃদিদা অরেপ্পা ওইনা শাগচ্চরিবা অচুগী জীব সঞ্চারিনী তৌথিগনি। মসিগী জীব সঞ্চারিনীদি—

ধিন ধেন্তা তেন্তা খিন্তা তঃ ধেন্তা তেন্তা খিন্তা তঃ ॥

মতাং অসিদা অনিশুবা ভাব ফোংদোকলে। পূংলোন অসিনা লোইরকপদা ঈশৈগী রাগ হৌগনি, রাগ অসি লোইরকপদা কর্ম্ম কর্ত্তা ( য়ুম্বু ) না ঈশ্বরগী মূর্ত্তিবু পূং করতালগী মতুংইন্না হৃদিদা ভাবতনা ঈশ্বরগী মূর্ত্তিবু শাগচ্চরিবা অচুগী জীবন সঞ্চারিনী তৌথিগনি। মচুদি—

গিন তেন্তা তেন তঃ—তেন্তা তেন তঃ ॥

মতাং অসিদা অহুমশুবা ভাব ফোংদোকলে। জীব সঞ্চারিনী মতাং অসিদা লোইরে। জীব সঞ্চারিনী অহুম অসিদা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী ভাব অহুম্মক ( তিনবাঙ্গা ) মপূং ফারে হায়নম লৌনৈ।

মথাদা লাকদৌরিবা অসিনা মথক্তা ওইখ্রিবা পঞ্চতত্ত্ব অমসুং জীব মপূংফারবা ইবুংঙো মগা অমদি ভক্তগা লোয়ননা নিতি-লীলা অমসুং হরিনাম প্রেম সংকীর্ত্তনবু মশীং কায়দনা তৌবীগদৌরিবা অমদি তৌবিরকলি হায়রবগী রস অসিবু শন্দোকই হায়চুনা খ্বায়দগী অথোইবা 'বড়-সঞ্চার' হায়না মমিং থোল্লি। 'বড় সঞ্চার' দা ভাব অহুম পুনবদু মপূং ফারে হায়না লৌনৈ।

বড়-সঞ্চার—তাং—তা খিং তেন তা খিং তাং··· ··

অাসনাচ'বা বড় সঞ্চার কোইরগা মথাদা বেড়ি ঘাট' তারগনি। বেড়িঘাট হায়বা অসিদা মথক্তা ওইখ্রিবা ইবুংঙো মগামরা খোজেল থোক্না ঈশৈ শকুনা কৌজরকই। মথাদা লাকদৌরিবা মতাং অসিদা

বেড়ি-ঘাটতগী ভৌরগা 'লম্বি-ঘাট', 'সেতুঘাট', 'গৌরবত' ( গৌরপদ ) মেল থাগনি, তানচপ তাগনি, মেনকুপ মথং মথং রাগ্গ ঘর হুজিনবা অসি মতোন লোমখিগনি।

গৌরপদ মেল-বেড়িঘাট—

তা তেন তা খিং তা তং তা তেন—তা খিং তা তং॥

লম্বিঘাট—ধিন ধেন ধিন গিন্নগ্র ধেন তা তেন তা খিত্তা তং

সেতুঘাট—ধিন ততা খিত্তা ধিন ততা খিত্তা ধিন।

গৌরপহ মেল অথাবা —ধেন তা তং তেন তা তং।

গোরবত্ (গৌরপদ) মেল অথাবা—ধেন তা তং তেন তা তং॥

গৌরবত্ তানচপ —তা গিন ধেন ধিন ধেন তা গিন ধেন ধিন থেন।

মেনকুপ —ধিন — খিন তা তাং — | — গ্র গ্র তা থেন —।

নিত্যাইবত্ ( নিত্যাইপদ ) —গিন তা তাং — তেন তা | খিং তা ধেন — ধন তা

কার্ত্তিক সঞ্চার —ধিন গ্রগ্র তেন তা | তেন্না তখিং তাং —

কার্ত্তিক সঞ্চার অসিগী মফুংদা লৈবিবা রসদি মথক্তা ওইথ্রিবা সংকীর্ত্তন অসিগুম্না অমুক হন্না পাক চাউনা শন্দোকখিগনি হায়বা সঞ্চার অসিনা খঙহল্লি। মতুংগী মরমদগী সঞ্চার কৌনবনি । মসি অহানবা লেংবন্দি গৌর-সঞ্চার কৌবশ্মী। করি মরমদগী কার্ত্তিক সঞ্চার থোনখিবেগে হায়বগী অকুপ্পা মরোল মখাদা শুগায়না উচ্চরি। মরমদি—হায়রিবা সঞ্চার অসি শ্রীশ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌরবা তুংদা, গোবিন্দগী অগ্রদা রাজর্ষি মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রসিংহনা মশানা পুংলোন লেংজরগা মেরা থাগী হায়বদি কার্ত্তিক-পূর্ণিমা ঈরাই থুমিংতা রাস কৎপগী উপলক্ষদা অহানবা সংকীর্ত্তন তৌবদা হবুংতো মশামক্তা পুং থোন্দুনা য়েবিখি।

মতম অহুন্দা অহানবা ওশ্না কার্ত্তিক সঞ্চার অসি মৈথি। কর্ত্তা মহারাজনা লেংজবা অমদি কার্ত্তিক মাসতা সঞ্চার অসি কোংদোকখিবা পূংলোন ওইখিবা মরম্না মসিগী মমিংবু ওজা গুকশিংনা কার্ত্তিক সঞ্চার হায়না মিংথোনবীখি, মসি হৌজীকস্থ কার্ত্তিক-সঞ্চার' হায়না কাওরি।

**রাগ-ঘর হঞ্জিনবা**—ধেন — তা তাং .. ... ... পূংলোন অসিনা মথক্তা তৌগ্রিবা রাগনচিংবা পূম্নমক অসিগী অকায় অতোইবু তাকপিয়ু হায়না খুরুমজবা। মতাং অসিদা রাগ অচৌবা লোইরে।

ঈশৈগী ছন্দ মতুংইন্না মৈরকপা 'রাগ অচৌবা' হৌবগী ছন্দ অমসুং লক্ষণস্থ লৈখিব্রবা যুম্নাম ওজা যতুনাথ (শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী হাক্তকী) রাথংনি হায়না লৈখিব্রবা ওজা থোকচোম মনাউ সিংহনা থম্বীরম্বা পূগী কোর্বেক -'মৃদঙ্গ-ব্যবস্থা সংগীত' হায়বা লাইরিক্তা অসুম্না ইরি—

রাগ অচৌবগী চৈতন্য নিতাইগী মথা অহানবা অনম্না অসিদি — **থোইমুনা শুংবগী ছন্দ** (ভ্রাব ছন্দ) না হৌদনি। মরমদি পালা সম্প্রদায় পূম্নমক্কী হকচাংদগী সিদ্ধদেহবু নিরূপণ তৌবনে। মাবু নিরূপণ তৌকরিবদি ঐখোয়গী পঞ্চভূতকী হকচাং অসিনা সংকীর্ত্তনগী সেবা চঙবা য়াদবা মরম্না সিদ্ধদেহ পুথোক্নুনা ভাবনা নিরূপণ তৌগদবনি। অতুগী মথাদা অনবা ২, ৩, ৪ শুবদগী গুরু ঘাট ফাওবা অতুনা লৈরুংদা থোংবা নোংগী ছন্দ (মেঘছন্দ) না হৌগদবা ওই। মরমদি শ্রীরাধা গোবিন্দগী সেবা চঙউ হায়না অত্মনিবেদন তৌবনি। মবম অতুনা গুরুঘাট হেক মৌবদা মপান্দদি নূপীগী মশক ওইরম্লগা সংকীর্ত্তন মসুং চংথ্রগা নিপা ওইনা শ্রীগৌরচন্দ্রগী সেবাগী থৌরাং তৌখি। মরম অতুনা মেঘছন্দনা হৌগদবা ওই। অতুগী মথাদা খুকম্লগা হৌগংপদা হাযরিবা পূংলোন অতুদি **অকনবা ফুইনা তাবা নোংগী ছন্দ (ঝড বৃষ্টি)** না হৌগনি। মরমদি মন্দির মার্জ্জননি। মথাগী ঈশৈ রাগগা কোম্নবা পূংলোন অতুগা সঞ্চাব তারমদাই কাওবা অতু

'ভ্রমর-ছন্দ'না হৌগনি, মরমদি—উচি খোইনা মি অশিববু মচেৎ মচেৎ চীকখাররগা মচুম মমুংদা হাপচিল্লগা, মখুল অদু মেনশিল্লগা মচুম মথক্ত তোংহনা ই·····হাননা ঙংলগা মমুংদগী মি অশিবা অদু লেংঙকৃনা মচা ওল্লি। অদুগী পান্দমগুম্না সিদ্ধদেহনা সখীগুম রূপ লৌদুনা হৌরিবা রাগনি। মরম অদুনা ভ্রমর ছন্দনা রৈত্রবদি শ্রীগৌরচন্দ্রগী শ্রীঅঙ্গ নিরূপণ তৌবদা অঙ্গ-ভঙ্গ ওই। মথাগী সঞ্চার মরিদু অমসুং বড়সঞ্চার কাওবা অদু 'নোংথোংবগী ছন্দ' (ইন্দ্রবজ্র) না রৈগনি। মরমদি—শ্রীগৌরচন্দ্রগী শ্রীঅঙ্গগী কারাৎলচিংবা অমসুং বর্ণ হাররবা অসি নিরূপণ তৌবা মতমদা অশোনবা অনৌবা হাপ্পা হৌনদে। মচা মগুদা চুকংই। মরম অদুনা ইন্দ্রবজ্র ছন্দনা রৈগ-দবা ওই। মথাগী মপুং অদুনা রি রি শিৎপা নুংশিৎ (মৃদুবায়ু ছন্দ) না রৈগনি। মরমদি শ্রীগৌরচন্দ্রগী চরণারবিন্দদা প্রার্থনা তৌ-বনি। অমসুং উ অচৌবা মনা পুংবা অদুদা রি-রি শিৎপা নুংশিৎনা হুদগী পন্দমগুম্না শ্রীগৌরচন্দ্রদা সিদ্ধদেহনা প্রার্থনা তৌবনি। কাৰ্ত্তিক-সঞ্চারনা মথোৎ কারকপা নূপীগী ছন্দ (কন্যা ছন্দ) না রৈগনি। মরমদি শ্রীগৌরচন্দ্রগী বেশ ভূষণনি। মরম অদুনা অনৌবা ফজবা ফি-জেৎনা লৈতেংগদবা ওই।

মথক্কী অসি নত্তবা শজিনা থোংবগী ছন্দ' (মৃগী ছন্দ), 'কৈনা থো বগী ছন্দ (ব্যাঘ্র ছন্দ) 'অকনবা নোং নুংশিৎকী ছন্দ' (ঝরবায়ু ছন্দ), 'থিৎলি থিৎলি তাবা নোংগী ছন্দ' (বৃষ্টি ছন্দ), ক'যদুনা ছন্দ অমত্ত যুম্নাগী ওজানা থম্মীরম্মী। তালগী ইনিল্লগা, পুগী ইনিলগা, ঈশ্বগী ইনিল্লগা—অসিনা পুল্লগা শব্দ অমা থোকপদুবু ওজাসিনা মৈতৈরোনগী মমিংদা ছন্দ মখল তরা অসি থম্মীরম্মী।

**তিনতাল মচা** (শ্রীগৌরচন্দ্রগা কোম্নবা)— শ্রীকৃষ্ণনা কদম মথোওদা খোংলকপা বাঁশী মথোল তাবদগী শ্রীমতি রাধিকানা মন-

ইচ্ছা বরিথিবা। নান্দীমুখীগী দূতিগী মফমদগী শ্রীকৃষ্ণগী রা তাবদগী শ্রীমতীনা মন-ইচ্ছা বরিখিবা। বিশাখানা য়েকপা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তি উবদগী শ্রীমতি রাধিকানা মন ইচ্ছা বরিখিবা।

মথক্তা হায়রিবা মখল অহুম অসি শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুদা কাওথিবা তিন-বাঙ্গাগা অমত্তনি। পুং-লোন—

\+ ২ ৩

তঃ— | তঃ গিন্নগ্র | ধেত্তা ধিন গিন্নগ্র | ধেত্তা গিত্তা | তেন তা | তঃ — —

রাজমেল—চুইতাল অচৌবা মাত্রা ৮ দ্রুত অমা ( ঋতুজাতি চুইতাল )

শ্রীমতী রাধিকানা পুরু। অতমগী মফমদা রাখল খল্লুরে হায়দুনা অরাবগী রাখলদা তাউদুনা লৈরিভৈদা, পূন্নমকপু শঙবিবিবা অচৎচত জীব পুম্নমক্কী মপু ওইরবা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মগী অরাবহু উবীরদুনা লেঙলকলে অমসুং তাকপিবকই—'রাধে, বঁশী খোংদুনা রাধে রাধে কৌরিবা, নান্দীমুখী দূতিনা হায়রিবা কৃষ্ণ, বিশাখা সখিনা য়েক্নুনা পুররিবা মূর্ত্তি অহু ঐহাক্তনিনে।" শ্রীকৃষ্ণগী যাথং তারবদা চিংনজরবা পুম্নমক কোক্নুনা সুংঙাইজবগী ঈপাক্তা তাউজখি। শ্রীমতীগী রাখল অমসুং পুক্নীং শ্রীচরণদা কচ্চ খ। অসিগুম্বা যুগল মিলন অসি লৈবনা চুইতাল রাজমেল তাগদবনি।

তিনতালদগী চুইতাল তারগা খোঙ য়েৎনা হান্না থাদুনা কোয়গনি, কোয়কবগা হান্নগী মফম যৌবকপদা ঈশৈঙনবনা পঞ্চাঙ্গনা খুকমগা পুংয়েবদা, চুহারদা চঙদুনা পুং বাং তাল শোক্কবগা হান্নগী মফম যৌরকপদা পুং যৈবনচিংবা পালা পুম্নমক চপ মান্ননা খুকমগা হৌগৎনুনা মেলহৌ যৈরগনি। খোঙ-য়েৎনা থাদুনা য়েং ওৎনবা কোয়বনা নবদ্বীপ পরিক্রমাবু খঙনৈ। যন্ত্র-মিলন ওৎরিবা 'বেড়িঘাট' কৌই।

মেলহৌ—শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা রাধাভাব চঙলকুনা মথাদা ওইরকলৌরিবা রাজমেলগী অহানবা হৌফম চৌবা অসিবু মেলহৌ কৌই:—

পুংলোন—( আঘাত অনি শূন্য অমা )

থায়নগী খুদম— । । । । । । । । ॊ

| | O

১ ২ •

ধিন ধে | ধিন গ্রগ্র তাং ধিন তঃ তা ধে

তা ———— তাঃ — — — — ( অতপ্পা লয় )

য়েংগদবা—রাজমেল হায়বসি তালগী মথল অমা নত্তে, মথক্কী অসি রাজমেলগী অহৌবা ওইবা দুইতাল অচৌবা হায়বনি। রাজ-মেল শব্দগী হৌরকফমদি শ্রীরঘুনাথভট্টনা লেংবা 'কীর্ত্তন চিন্তামণি'গী শ্লোক ৪০ শুবগী প্রমাণ—

তালমৃদঙ্গমালিঙ্গং কৃত্বং তালাদি ভেদক (১)
সঞ্চারিং বিরামং ঘাটিং চাপবং রাজমিলনং ॥

তালপা পুংলোনগা কোয়—কোয়না খাইদোকুনা য়ৈগনি। রাগ-সঞ্চার য়ৈগনি। বিরাম নাইগনি। ঘাট থাগনি। অসুম্না তৌববু 'রাজমিলনং কৌই। মৈতৈ ওজাশিংনা রাজমিলনং অসিবু রাজমেল হায়না শমজিনখিবনি। শাস্ত্রগী চপ চাবা প্রমাণনি।

ওজাশিংনা পায়নরম্বা কোর্ব্বেক অমদম্ব 'সঞ্চারেতি প্রেম ধর্ম্মাদি যত্র যত্র প্রসঞ্চরেৎ। রাজমিলনে শব্দার্থে রসরাজ ভাবমিলয়ে।' সন্ধায়না প্রেম ধর্ম্ম শব্দোক্লগা রাজমিলনগী অর্থনা রসরাজ ভাবমিলনবু খঙনগনি হায়না ইরি।

লম্বীঘাট—রাম্না পুক্লীং হুবগী মশক ওইবা, শাজং শাওঙদম্ব কজবা মিহুনসু তপ্পা তপ্পা হুনবা, তাম্বাসু তপ্পা তপ্পা থাবা, কিহুপ ও, মিংয়েং ও, অসিনচিংবা ভক্তি প্রেম অমত্তা কাবদনা, হুহারনা লমজিং ওইহুনা ঈশৈ শকপা পালা পুন্নমক অমত্তা ওইবা মওঙদা তালনা য়ুক্ষম ওইরগা হকচাংগী ইপোমগা লোয়নমা খোঙ—য়েং-ওয় থাংহুনা মিহুনগী অকরবা মশীংবু করতালনা মশীং লেপ্তুনা, পুংগী পুংখোলনা নোংখোংবগী

মতৌগুম্না নৈগনি ; পুম্নমক্না লমজিংবু রাধাভাবনি হায়না খঙনরিবা মকম অসিবু 'লম্বি' কৌই।

ঘাট—মেলহৌগীনা অরোইবা, মেলবুংগীদি অহৌবা অনিগী মরক অমগা অমগা তাইনরিবা মফম অসিবু 'ঘাট' কৌই। অনিমক্না পুল-লগা 'লম্বিঘাট' কৌই।

১ য়েৎ২ ০

পুংলোনঃ— — গিন্নগ্র | ধেন তঃ তাং তাৎ তাং — —

পুংলোন অসিগী অরোইবদা খুৎ নামা থাংগৎলিবা অসি ইঙ্গিত তৌবনি, ঘাট অসিনা লোইহনা মেলবুং তাবা অসিদা সংক্ষিপ্তরস বিলাস-নি। মতাং অসিদা পুং নৈনা নৈনা করতাল খীংনা খীংনা পুম্নমক্না ওয়রোমদা কোয়হনা বৃন্দাবন পরিক্রমা তৌগনি। পুংলোন—

১ য়েৎ২ ০
— গিন্নগ্র | ধিন ধিন ধেন খিত্তা ধিন তাং
— তা | তঃ তা ধেন তা তঃ তাং ॥

সেতুঘাট—তাল অমম্বুং মিহুনগী মশীংদি হোংদবা অতপ্পা খোঙ-চত্নগী অমুম মথং মথং পুখৎলক্নুনা ময়ায় ওইবা খোঙচন্না হোংলক্নি, মেলবুংগীনা অরোইবা—মেনবুং অওনবগীনা অহৌবা, অনিগী মরক অমগা অমগা তাইনরিবা অদুবু 'সেতুঘাট' কৌই। মতাং অসি সং-কীর্তন রস বিলাসনি। পুংলোন—

১ য়েৎ২
— রগ্র | তেত্তা খিত্তা তাং—তা তা তাং —

মেলবুং অওনবদগী মথং মথং পুখৎলক্নুনা খুৎনা তম্বা চাংদা পুং-লোন শুনা মেল থারগনি। মতাং অসি ফাওবা সম্পন্ন-রস বিলাসনি। অওনবা পুংলোন—

১ য়েৎ ২
গিন্ন গ্র | ধে ধে ধেন—তঃ—

+ ০
থাননবা—পুংলোন—ধেন তা ধেন — গিন্নগ্র ধেন —
তেন তা খিৎ তা তা ধিন নগ্র

\+ ০
অথাবা—ধিন ধেন —তেনতা খিত্তা ধেন —থ্রগ্র
তেত্তা তাং —তেত্তা ঘিন ধেন —ঘিন ধেন

তানচপ তাম্বগনি, বিশ্রাম রস বিলাসনি। তানচপতগী সেতু খায়রগা মেলকুপ তারগা থাবা কাওবা অসিদা 'সমৃদ্ধিমান-রস বিলাসনি।

গিরগ্র ঘিন তত খিত্তা তং তত খিৎতা
তংখিৎ তাংখিৎ তত খিত্তা গিন তত খিত্তা
ধিন ধিন — তেন তেন তেন তেন
তেন তেন — তং — তাং —
মথক্কী পুংলোন পুংগী স্বাধীন সখি সেবানি।

সংকীত্তনগীদি মেনকুপ তারগা থাবা কাওবা অসিদা নিত্যাইপদ লৌহনা লোইশিনবা য়ারে।

পুংগী স্বাধীন সখি সেবা উৎলুম্বিবা অসিগী ভাবতি—মথল মথা অরাম্বা শকথিগে শোনখিগে হায়রবদি মওঙ অসুম্না চত্থিগনি। করামুক শকলু-শোল্লুরগা লোইশিল্লগে হায়রবদি নিত্যাইপদ তাহনা লোইশিনগনি।

বল প্রেমসে কহ শ্রীরাধে কৃষ্ণ, বলহ প্রভুনিতাই চৈতন্য
কহত সাধু মধুর রস বাণী হরে হরে॥ বল শ্রীরাধে কৃষ্ণ॥

মমাঙতৈগী ওঝাশিংনা শ্রীগোবিন্দজীউদা কৎলম্বা রাজমেল ৬৪গী পুংলোনসু শ্রীসোগাইজম থানিন সিংহনা ছাপা তৌহনা তাং ১৫।৯।৭১ ইংদা শ্রীগোবিন্দজীউগী মাণ্ডবতা তৌবা পুং-ঈশৈগী মিটিংদা লাইরিক অহু পুথোক্লনা শ্রীগোবিন্দদা কংখ্রে।

[ পুংগী ওজাশিং—ওজা লৈচোনবম শ্রীকোয়রেং সিংহ হৱবা, ওজা নাওরেম শ্রীধ্বজ সিংহ হৱবা, ওজা য়ায়খোম শ্রীপার্থ সিংহ হৱবা অসিনচিংবা শ্রীশ্রী৺গোবিন্দজী পালা লোয়শঙগী ওজাশিংনা পুথোকপিবা]

শ্রীক্ষেত্রিময়ুম অমুয়াইমা সিংহ

# মৈতৈ-নট-পালাগী তালদা শাস্ত্রগা শম্নপ্না চাংদম্নবা

( ওক্টোবর ২৭ মুংথিল )

ঈশ্বরগী সৃজন সৃষ্টিগী মহুৎদা লৈরিবা ( মবোল অহুম্মক্তা লৈরিবা ) লেঙলি-পাল্লিবা পোৎশক খুদীংমক্কী ওইনা মাগী মাগী মখল মখলগী ছন্দ-নিয়ম লৈ, তায়বদি গ্রহ-উপগ্রহনচিংবশিংসু মাগী মাগী ছন্দ নত্রগা তালগী মখাপোম্না চৎনবা ঙাক্কনি। অসিগুম্বা খোঙচৎকী তাল হেক কাযরকপদা প্রলয় হায়বসু ওইরকই।

অসিগুম্বা তালগী মরুওইবা অসি পুং-ঈশৈ-জগোই ( সঙ্গীত ) মসু অমু মতাম। সঙ্গীত হায়বা অসি ময়াই কারবা শামুগুম্বনি। তালনা মদুবু লাল্লবা কাতিনি। মসুম অসিনা তাল কায়রবা জগোই ঈশৈ-পুংদি —কাতি থাদবা শামু, হিনাউ শাদবা হিগুম্বনি হায়বসি সঙ্গীত শাস্ত্রশিংদা প্রমাণ কয়ামুক্তা লোয়ননা বর্ণন তৌরি।

মণিপুর ইমা লৈবাক্তা অরিবা মতমদগী হৌনা, শক্তি লৈরবা, লাইগুম্নবা ওঝাশিং কয়া তৌরকই অমসুং ওজাশিং অসিনসু মথং মথং রামানন্দী ধর্ম্ম অমসুং গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্ম চঙলকপদগী অরিবা অনৌবা—বংদেশ অমসু নট হায়দুনা তোঙান তোঙানবা কজরবা পরম্পরা অনি পুথরকই। হায়রিবা পরম্পরা অসিদা শাস্ত্রদগী মচাকমথেল কয়ামুক থৎচিন্দুনা মপুং ফাহল্লকপদগী ঙসি মৈতৈ লৈবাক্কী ওইবা তোপ তোপ্পা জগোই-ঈশৈ পুংগী ইচেল অমা পুথরক্লুনা সংসারগী মকম খুদীংমক্তা মশক থঙনরে।

মৈতৈ হায়বা জাতি অসি ঈংবা পাম্বা, কলাদা থরায় লুপ্পা ওইবদগী পুং-ঈশৈ-জগোইগী হিরম অসিদা অমুক্তা হেন্না কন্নামুক পাক

থোক চাউথোকহন্দুনা ওসি মপান নাইত্রবা সমক্রগুম্না তম্বা, থিজিনবগী লোইবা নাইদনা লৈখ্রি।

মণিপুরদা গৌড়ীয়-বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী সঙ্গীত-শাস্ত্র অমদি সাহিত্যগী লাইরিক কয়ামকম ফংই। হায়রিবা লাইরিকশিং অসিদা তালগী মরমদা শাস্ত্রীয় ওইনা কুপ্পা নৈনখ্রি। বৈষ্ণব-শাস্ত্রশিংদা লৌখৎলম্বা তালগী নিয়মশিং অমদি মশক মমিং অয়াম্বা ভারতীয় প্রাচীন শাস্ত্রশিংগী মপুংচনবা ওাকনি।

অসিগুম্বা তাল শাস্ত্রগী নিয়মশিং অসি মৈতৈ ওঝাশিংনা ঐখোয়গী চৎনবীগী মতু'ইন্না খরা হেন্দোক হেক্তিন, শেমদোক শেমজিন তৌরবসু শাস্ত্রগী চাউবাকপা নিযম অমদি অতুম্মক কায়দনা চৎলম্মী। অসিগুম্বা নিয়ম অসিগা মৈতৈ তালগা মরী লৈনবা খরদং মখাদা উৎলি—

কালপ্রাণ—কাল হায়বনি মতমনু হাযবনি। মতমবু অশাংবা অতেনবা চাং ওয়নবগীদমক প্রাচীন সঙ্গীত-শাস্ত্রশিংদা ক্ষণ, নিমেষ, লব, হায়বনচিংবা কুপ্পবা অবয়ব (কায়াৎ) কয়া থায়দোকই।

ক্ষণ—থম্বাল মনা চাম্মনু মথং মথং লোনখৎনয়গা য়েৎতুন্না কাওনবদা থিনবদা চঙবা মতম অদুবু 'ক্ষণ' কৌই। মসিনা খায়দগী কুপ্পা মতমগী মচানি। ক্ষণ, লব, নিমেষনচিংবা অসি অমুক অভিধান খয়গী মত মতুংইন্নদি নিমেষ অমগী অর্থ—পল অমা হাযবদি সেকেণ্ড ২৭ নি। নিমেষ নত্রগা পল ৩২ না লঘু অমনি। অদুনদি লঘু অমদা মিনিট ১২ গা সেকেণ্ড ৭৮ ওইবা তাই। হায়রিবা মতম অসিদি যায়মক বিলম্বিত লয়দা শব্দ-বসু লঘু অমগী মতম অদুক শাবদি ওইথোক্তে। মসি নত্তবা অতোপ অতোপ্পা মত কয়াসু পীনৈ। মসিনা তাকপদি, সঙ্গীত-শাস্ত্রদা, ককুলনলিবা মতমগী মচাং—ক্ষণ, লবশিং অসি মমিংতা পন্নয়নি। শন্দোকনা উৎলম্বদি নত্রর্বানমা চৌদীক্ষী যুগতা তৌনরিবা মতুগী অর্থশিং অদুগদি খেন্নবম্বা তাই। থম্বাল মনাগী প্রমাণ অসিমকসু মতু কাওনবা তপ্পা থিনসু য়াই, থুনা থিনবসু য়াই।

ঐখোয়গী মৈতৈ ওঝাশিংগীদি মশা কয়া নিপা অমগী মিৎচন অৎনা কাল ( মতম ) গী মচাং ওয়নবা অয়েপ্পা পাঙ্গনি হায়না খঙজ-নরমী। অমরোমদা মশিবু মাত্রা হায়নস্থ খঙৈ। মার্গী তালদা, লঘুদা মাত্রা অমগী মচাং—ক, চ, ত, ট, প,—ময়েক মঙা অসি হায়-বদা চঙবা মতমত্থনি হায়না উৎলম্মী। দেশী-তালদদি ময়েকস্থ ৪, মাত্রাস্থ ৪ ওইরম্মী। মণিপুরদদি অয়েপ্পা লৈতে। দেশী তালগী লঘুগী মাত্রা অমদা ময়েক অমদগীনা ৫ কাওবা অৎম্মক শীজিন্নরম্মী।

**অঙ্গপ্রাণ**—তাল অমগী মন্নুংদা লৈবিবা শরূক অমমমগী কা-য়াংপু 'অঙ্গ' কৌই। মার্গী তালদা 'অণুদ্রুত' নচিংবা লৌখৎলমদে। লঘুগী মাত্রা ১, গুরুগী মাত্রা ২, প্লুতগী মাত্রা ৩ দমক উৎলম্মী। দেশী তালদদি অণুদ্রুত, দ্রুত, দ্রুত বিরাম, কাক-পদ, লঘুবিরাম হায়বা অঙ্গ ৫ অসিগীস্থ থূদমগা লোয়নন্না উৎলম্মী মথৎদি—অণুদ্রুত U = মাত্রা ১, দ্রুত—O = মাত্রা ২, দ্রুতবিরাম $\overset{\neg}{O}$ = মাত্রা ৩ লঘু I = মাত্রা ৪, লঘুবিরাম—$\overset{\neg}{I}$ = মাত্রা ৫, গুরু—S = মাত্রা ৮, প্লুত—$\overset{\neg}{S}$ = মাত্রা ১২, কাকপদ—X = মাত্রা ১৬।

করি করিগুম্বা লাইরিক্তা 'বিরাম' হায়বা রাহৈ অসিগী মরমদা মত অনিথোক্ক কংই। মত অমদনা 'বিরাম' হায়বা রাহৈ পল্লিবা অঙ্গ অদুগী মচাংগী তংখায় লৌগনি হায়বদি লঘুগী মাত্রা ৪ নিনা ৪ গী তংখায়দি ২ নি। হায়বিবা তংখায় ২ অসি লৌরবদি লঘুবিরামগী মাত্রা ৬ ওইগনি হায়রম্মী। মথক্তা পনখ্রিব লঘুবিরামগী মাত্রা ৫ লৌবা অসিনা বিরামগী মাত্রা ১ তা লৌবগী অতোপ্পা মত অমনি। মসি মণিপুরদস্থ লৌখৎলম্মী, হায়বদি লঘুবিরামগী মাত্রা ৬ কী মত অসি লৌরবদি ওঝাশিংনা শেমলমজিবা তালগী অঙ্গশিং অসি কায়গদ্রা হায়না খল্লি। অদুগা মথক্তা পীরিবা অঙ্গগী থূদমশিং অসিদি ওঝা-শিংগী কোর্বেক্তা থেংনদে। অদুমকপু মমাঙতৈদা, খঙবদদি শোয়দনা খঙলমগদ্রা নীই। ওঝাশিংনা অঙ্গপ্রাণ মশক খুঙলমদ্রবদি কমদৌনা

অমুক মাম্বা তালগী তাণ্ডায় অসি শেমলমগনি। মণিপুরদদি অঙ্গ-প্রাণগী মওঙ অসি মখাগী অসুম্না থেল্লম্বা থেংনৈ—

চৌতাল মাত্রা ১২, তাম্বা ৪, ফাঁক ২

| | | | | | | | | | | | |

| • | ০ | |

| | | |

লৈই অতেনবা মচ শিং অসিনা মাত্রানি (মথক্কা), শাংমা চিংলিবা মখাগী লৈইশিং অসিনা তাম্বানি, শূন্য অসিনা হাইদোকউ অহুগা অয়োইবা লৈই মথক্কা ওযরোমদা চিংখৎখ্রিবা অসিনা অমুক হজিল্লু হায়বনি হায়-দুনা অবিবা কের্বেক্কা শন্দোক্কা তাক্লম্মী। হজঁক্কি কনাগুম্বনা হাই-দোকপদসু তালগী কযাৎ পীনৈ। মহুদি তাল শাস্ত্রগী মতুং ইন্নদি কায়ব্রা হায়না খল্লি।

ক্রিয়া প্রাণ খুৎ অনিনা পূম্না মখোল থোক্হন্দুনা হায়বদি তাম্বা ফাক ( হাইদোকপা ) নচিংবা ওইদুনা তাল অঙ্গগী মচাং উৎপা অদুবু 'ক্রিয়প্রাণ' কৌই। শাস্ত্রদা তাম্বা উৎপবুনা 'সশব্দক্রিয়' অমসুং ফাঁক উৎপবুনা 'নিঃশব্দক্রিযা কৌই। মখোয় অসিগীসু অমুক ধ্রুব, শম্প-নচিংবা মমিংগা লোয়ননা মথল ৪ | ৪ থোক্লা খাযদোকলি।

মার্গী-তালদদি যথাক্ষর ( মশাগী অশেংবা অঙ্গ ) পন্নিংদা অঙ্গ খুদোংগী অগানবা মাত্রাদা তাম্বা থাবগী নিয়ম লৈরম্মী। অদুবু 'দ্বিকল' ( ২ক ) চতুষ্কল ( ৮ক ) হন্না শাংদোক্কা লাক্রবদি মশাগী অঙ্গ অমসুং তাম্বা হোংলকত। মসিদি মৈতৈদদি লৌনদে। যথাক্ষর' পন্নিং-দুদা 'দ্বিকল' শাইরক্লবসু অঙ্গ হোংদে অমসুং তাম্বাসু হোংদে। মার্গী তালদা তম্বা থাবগী মথল ৪ | ৪ পীবিবা অসিসু হজৌক্কি মশাগী অশেংবা নিয়ম মতুং ইন্নদি কযা তেনদ্রে

মণিপুরদদি সশব্দ অমসুং নিঃশব্দ ক্রিযাগী মওঙ অসি ওঝা ওঝাতুগী খুদোংচাবা মতুংশুম্না থর থর শেল্লয়বসু চাউখ্রাক্কা মখাগী অসুম্না তাকপিরম্মী -

অণুদ্রুত— তাম্থা ১, দ্রুত—অহানবা মাত্রাদা তাম্থা।

দ্রুতবিরাম—অহানবা মাত্রাদা তাম্থা, অনিশুবা মাত্রাদা খুংচা কোনশিনবা অমসুং অহুমশুবা মাত্রাদা থাদোকপা।

লঘু— অহানবা মাত্রাদা তাম্থা, অহুমশুবা মাত্রাদা য়েংলোমদা হাইদোকপা।

লঘুবিরাম—অহানবা মাত্রাদা তাম্থা, অনিশুবা মাত্রাদা খুংচা কোনশিনবা অমসুং মরিশুবা মাত্রাদা মাঙদা থাদোকপা।

গুরু— অহানবা মাত্রাদা তাম্থা, অনিশুবা মাত্রাদা য়েংলোমদা হাইদোকপা, মঙাশুবা মাত্রাদা ইশাগী মায়কৈদা খুংচা কোনশিনবা অমসুং তরেৎশুবা মাত্রাদা হাইদোকপা।

প্লুত— অহানবা মাত্রাদা তাম্থা, মঙাশুবা মাত্রাদা য়েংলোমদা খুং-হাইদোকপা, মাপল শুবা মাত্রাদা ইশাগী মায়কৈদা কোনশিনবা অমসুং তরামাথোইশুবা মাত্রাদা মাঙদা থাদোকপা।

কাকপদ— মসিদি শীজিন্নবা থেংনদে।

গ্রহপ্রাণঃ—পুং-ঈশৈ-জগোইগী তানকোকপু 'গ্রহপ্রাণ' কৌই। মসি মখল অহুমথোক্না খাযদোকই— সমগ্রহ, অতীতগ্রহ অমসুং অনাগতগ্রহ।

১। সমগ্রহ ( থামিন্নবা )—মতম অমত্তদা পুং-ঈশৈ-তাল পুন্না হৌমিন্নরবদি মদুবু 'সমগ্রহ' কৌই। খুদমদি—

| + | | • | ২ | ৩ | |
|---|---|---|---|---|---|
| ন্ন | ত্য | স্থি | বি পি নে বন | মা লী | ব্রহ্মতাল— |
| ত্রং | ধিন ধেই | ধিন্না ধেই | ধিন্না তাতেন-তা | | |

২। অতীতগ্রহ ( হাইগংপদা লৌবা )— অহানবদা ঈশৈনা হৌরগা কোন্না পুং অমসুং তাল হৌরবদি মদুবু 'অতীত-গ্রহ' কৌই, খুদমদি—

\+

রাই গ ম ন নি কুঞ্জ কানন ( রাধা অভিসার )

৩। অনাগত (থারগা হায়বা)—অহানবদা তাহানা হায়গা কোয়া পুং-ঈশৈ লাকপবু 'অনাগত' কৌই, খুদমদি—

+ ২ ৩

S নী S র | নী S | র দ ··· (ব্রহ্মতাল)

অহুম অসি মতৌবা, 'বিষমগ্রহ' হায়বা অমসু শাস্ত্র খরদা পীরম্মী। মতু ঐগী মত ওইনদি য়ানীংদে। অতীত, অনাগত অসি 'বিষম-গ্রহ'গী মখল ওইগদ্রা খল্লি।

**জাতিপ্রাণঃ**—প্রাচীন তালদা চঞ্চৎপুট, চাচপুট—মার্গী তাল-শিংবু চতুরস্র অমসুং ত্র্যস্র হায়না বর্ণন তৌরম্বা অহু হুজীক্কি মতুগী পরম্পরা মাঙখিবা মরমনা থোইনা চৎনদ্রে অমসুং ঐনসু থোইদোক্না নৈনজদ্রে। দেশীতালদা জাতি য়াহৈগী অর্থ অতোপ্পা মত অমদা পীরম্মী। তাল অমগী লঘু অদদা তোঙান তোঙানবা মাত্রাশিংনা ওন্থোক ওনশিন, শাংদোকপা তেনশিনবা তৌরবদি মদুবু জাতি-প্রাণ কৌই। মসি শাস্ত্র অয়াম্বদা জাতি মখল ৫ তা লৌখৎলম্মী। অদুবু নোংপোকলোমগী শাস্ত্র খরদদি মখল ৮ লৌখৎলম্মী। মসিগী ময়ুংদা মণিপুরদসু খরা উবা ফংই। খুদম ওইনা—

একাকী জাতি লঘুগী মাত্রা ১ = থেত্তা খিংথেম (+ +)

পক্ষিণী জাতি লঘুগী মাত্রা ২ = ঘিত্তা তাগ্র (+)

ত্র্যস্র জাতি লঘুগী মাত্রা ৩ = ধিন ধেন তা ধিন ধেন তা (+ +)

ধিন ধেন তা ধেই ঘিন গ্র। (+ +)

চতুরস্র জাতি লঘুগী মাত্রা ৪ = ধিন তেন —তৎ তা ধেই খিন ধেই (+ +)

খণ্ডজাতি লঘুগী মাত্রা =

খণ্ডজাতি লঘুগী মাত্রা ৬= + ধিন S তেন তা ধিন ধেই

মিশ্রজাতি লঘুগী মাত্রা ৭=

সংকীর্ণজাতি লঘুগী মাত্রা ৯=

মসি শাস্ত্রদা ত্র্যস্রজাতি একতাল, চতুরস্রজাতি একতাল-নচিংবা খণ্ডনৈ। মণিপুরদসু ওথাশিংনা জাতি মমিংদি পন্দে অদুবু তাল্লা অমত্তবু হায়রবদি একতাল হায়না অচুম্মক খণ্ডনরম্মী।

লয়প্রাণঃ—ঈশৈ নত্রগা পুংলোনগী অত্থগা তালগীসু অথুবা অতপ্পগী মচাং তাকপবু 'লয় প্রাণ' কৌই। মসি মখল ৩ নি—দ্রুত, মধ্য, বিলম্বিত।'

মখল অনিমক্কী অমুক—চির, মধ্য, ক্ষিপ্র হায়রুনা মখল ৩ | ৩ অমুক থোক্লা খায়দোকলি। তপ্পা তপ্পা লয় হোংলকপগী রানি—পূম্না মখল ৯ নি। মণিপুরদা অয়াম্বা ওইনা বিলম্বিত (অতপ্পদগী) হৌরগা তপ্পা ২ থুজিল্লকপা হাযবদি চির, মধ্য, ক্ষিপ্র ওইনা (মধ্য-মরায় ওইবা—) লয়দা চঙলকপা অমসুং দ্রুতলয়দা (অথুবা) থায়। মসি থাঙ্গৈ শেংনা রাজমেলদা উবা ফংই।

কলাপ্রাণঃ—তালগী পরিং অঙ্গ কায়হন্দনা অনিরক, মরিরক-নচিংবা শাংদোকহল্লবদি কলাপ্রাণ কৌই। মসি শাস্ত্রদা দ্বিকল, চতুষ্কল, অষ্টকল হায়না খণ্ডনৈ।

অত্থগা মথক্তসু হায়খ্রে—প্রাচীন শাস্ত্রদা মশাগী অঙ্গদগী দ্বিকল, চতুষ্কল ওল্লকপদা অঙ্গ হোংই অমসুং তাল্লাসু হোংই। মৈতৈগী চংন-বাঁদাদ শাংদোকপগী রাতনি অঙ্গসু হোংদে, তাল্লাসু হোংদে। খুদম—

চতুরস্রজাতি একতাল (তানচপ)= মাত্রা ৪, তাল্লা ১

+
ধিন তেন — তাং তধেই ধিন ধেই।

একতাল অরাওবা 'দ্বিকল'= মাত্রা ৮ তাল্লা ১

+
—গ্রগ্র ধেইগিন —গ্রগ্র ধেন গিন —তাং তাতা —তাং তাতা

নচিংবা—

**মার্গপ্রাণঃ**—মসিদি প্রাচীন শাস্ত্রদা বর্ণনা তৌরম্বশিং অমসুং অয়াম্বদা মার্গীতাল—চঞ্চৎপুট, চাচপুট—তগী ওইনা তৌই। মসু হুজীক্তি চৎনদ্রে। মরম অমুনা মতাং অসিদা নৈনজদ্রে।

**যতিপ্রাণঃ**- মথক্তা হায়খিবা লয়প্রাণগী দ্রুত, মধ্য, বিলম্বিত লয় অমুম অসিনা ওন্থোক ওনশিন তৌদুনা শেম্বা তোঙান তোঙানবা মওঙবু 'যতিপ্রাণ' কৌই। শাস্ত্রদা মসিগী মখল ৫ তাকলি মদুদি—সমা, স্রোতোগতা, মৃদঙ্গা, পিপীলিকা, গো পুচ্ছা। মৈতৈ ওঝাশিংগী পুংলোন্দা যতিপ্রাণ অসি যাম্নমক শীজিন্নবা উই। মখদা পিপীলিকা যতিগী খুদম অমা উৎলি (অহানবদা মধ্যলয়, মথংদা দ্রুতলয় অমসুং মথংদা অমুক মধ্যলয়দা হনজিনবা)

মধ্য { গ্র গ্রতাং খিতা তা খিখি তাংখিৎ তাতা খিতা
খিতেন তাতা দিমা ধে গ্র গ্রধেন —তা ধেন
—গ্র গ্রধেন —তা ধেন

দ্রুত { খিখিতে খিং তাতাখিংতা খিতেনতাতা খিন্তু ধেন
—গ্রগ্র—ধেই তাধেই — গ্রগ্রধেই তাধেই

মধ্য—গ্র গ্রতাং খিতা তা — গ্র গ্রতাং খিতা তা

**প্রস্তার প্রাণঃ**—তাল অমা হায়বা মসি অঙ্ক ১, ২ নত্রগা ৩ নচিংবা কযামুক তিল্লগা শেম্বনি। অঙ্ক অমু যেংলগা তানশক অমুগী মাত্রা মচাং অমদি তাম্বা মশক খণ্ডনরিবনি। অসিগুম্বা তালশিংদা মশাগী মাত্রা মচাং অমু কায়হন্দনা মাগী অঙ্গশিং অমুমখৈতা তোঙান তোঙানবা মওঙদা মাও তুং কোংদোক হোংজিন তৌদুনা পুংলোনগী কাবাৎ থোরহনবা মওঙবু 'প্রাস্তার প্রাণ' কৌই। মসি-শাস্ত্রদদি মায়া কুপা নিয়মগী মখা পোন্না গণিত তৌদুনা নৈনখি। মাগী গণিত (অঙ্ক) অমু হেক শোয়-

বদা তাল অমগী অৱেপ্পা প্রস্তার মখল ৬ থোককম অহুদগী হেন্না থোকপা য়াই নত্রগা য়াংনা থোকপা য়াই।

তাল শাস্ত্রদা প্রস্তার মখল ২ থোন্না খাৱদোকই—'চতুরঙ্গ প্রস্তার' অমসুং 'ষড়ঙ্গ-প্রস্তার'।

চতুরঙ্গ প্রস্তারদনা O I S Ṡ অঙ্গ মরি অসিতা য়াওবা তালগী প্রস্তার। ষড়ঙ্গ প্রস্তার হায়বনা O Ȯ I İ S Ṡ অঙ্গ তরুক অসি য়াওবা তালগী প্রস্তার। অণুদ্রুতদদি প্রস্তার-প্রাণদা লৌথৎলমদে।

চাউরাকপা প্রস্তার শেম্বগী মওঙ অমা মথাদা তাকলি—

একতাল অরাওবা—গুরু ১ (তাম্বা ১) মাত্রা ৮

S

1 1

O O 1

O 1 O

1 O O

O O O O O

স্বরফাঁক মাত্রা ১০ তাম্বা ০ (মশাগী তাল অঙ্গনা ০।। নি। অদুবু হান্না অচৌবদা শাগৎকনি)—

OS, O।।, ।O।, OOO।, SO, ।।O, OO।O, O।OO, ।OOO, OOOO

মথক্কী অসিদা গুরু ১ মাত্রা নিপালতনা কোয়চা মখল ৬, মাত্রা ১০ স্বরফাঁকনা কোয়চা মখল ১০ থোকলি। কোয়চা খুদীংগী অঙ্গ মওঙসু মান্নদে। মাগী অঙ্গ-কারাং অমমমসিদা পুংলোন অমুক থেন্নহন্দুনা প্রস্তার কয়ামুক শেম্বা য়াই।

মসি শেম্বগী চাউরাকপা নিয়ম অমদি—

তাল অমগী মমুংদা অঙ্গ অমা নত্রগা অমদগী হেল্লবদি মথু ইহান হান্না অচৌবা মশীংগী অঙ্গ লৌরগনি। অমসুং ওয়রোমদা লৈরিবা অঙ্গ

অহুনা ক্রুত (O) ওইরমহুনা মঙোন্দগী অপীকপা অঙ্গ লৈত্রবদি মাগা থংনরিবা অঙ্গ অচৌবহুগী হেক মখাদা, মহুগা হেক থংনবা অঙ্গ মচা থম্লগা, মথক্কী শেমখ্রিবা প্রস্তার অহুদা ইহান হান্না থমগদবা অঙ্গ অহু মখাদা লৈই টিংলিবা অহুনি।

য়েংলোমগীদি মথক্কী লৈরিবশিং অহু অহুম হন্জিন্না থমগনি। হন্জীক থমখ্রিবা অঙ্গশিং অহুগী মাত্রা মচাংহু পুনশিন্দুনা য়েংলগা তাল অহুগী মাত্রা মচাংহু পুনশিন্দুনা য়েংলগা, তাল অহুগী মাত্রা মচাংহু কাত্র-বদি ওসাথ হান্না থম্না হৌখিবা অঙ্গ অহুগী ওয়রোমদা য়াম্লিবমখৈ অচৌবা অঙ্গ ( মাত্রা মগাং অহুগী মমুং চন্না ) লৌখত্তুনা মেনশিন্দুনা মপুং কাহনগদবনি। অসুম্না মখা চথবদমু অহুম তৌরগা, ইলোই লোইবদা ( অণুক্রুতদি লৌখৎলমদবনিনা ) অঙ্গ খুদোংমক কায়খিহ্না ক্রুতদা লাক্লগা লোইগনি।

মসিগী খুৎশেম অসি চুমই চুমদে অমদি তাল অমগী মাত্রা অমুক ওইরবদি প্রস্তার মথল অমুক থোকনি হায়বনচিংবা অঙ্গ নিয়মনচিংবা কুপ্পদগী কুপলেন কুপ্পা পাক চাউনা লৈরি। মৈতৈ পুংলোন্দা তানচপ, মেনকুপ, পরেং অলঙ্কার, আথরনচিংবা হায়নরিবশিং অসি প্রস্তারগী মমুং চনবা যাই।

**মাণঃ**—( মাণগী অর্থ তালগী মচাং ওনবা অমমুং অথাবা )

তাল অমগী মমুং চল্লিবা ঈশৈ নম্রগা পুংলোনগী লোইশিনফম অদুবু 'অথাবা' কৌই। মসি মথল ১ থোক্লা খাযদোকই —ধ্রুবপদ হায়-বদি ঈশৈগী হন্জিনফম অহুদা ২শুবা তান্দানা থাদোক্লবদি 'বর্দ্ধমান' অমমুং তালহুগী অযোইবা তান্থাদ থাবগনা 'ক্ষীযমাণ' কৌই হায়রি। খুদম ওইনা—

**বর্দ্ধমাণ** ( তানযাযদা থাবা —

চারতাল মচাগী অথাবা, ঈশৈনা 'স্তথা তাথৈ ...'

| + | ২ | ৩ | ৪ |
|---|---|---|---|
| ধেন তা | ধেন তা খি তা | তা গ্র গ্র ধেই | S |

# গোষ্ঠ লীলা

( অক্টোবর ২৮ তুংথিল )

বিজয়স্তু রামকৃষ্ণৌ
সর্ব্ব সন্তাপহরৌ।
পরম সুখদ বর্ণৌ
শ্বেত-নীল প্রকাশৌ।
অভিনব-নব কান্তি
নীল-পীত সুচেলৌ ॥

শ্রীমদ্ভাগবতকী গোষ্ঠ-লীলা মওঙ—

শ্রীকৃষ্ণনা ভাদ্রকৃষ্ণ অষ্টমীদা পৃথিবীদা অবতার তৌবীখি। পোকপা মতুং থুমিং ১৫ নি শুধদা 'পূতনা' হাৎলি, থা অহুম শুবদনা 'শকট ভঞ্জন' লীলা শান্নি। চহি অমা কাবদা 'তৃণাবর্ত্ত' হাৎলি। চহি ২ থা অহুম শুবদা মেন্না থাদা উদুখল-লীলা শান্নি। মসিগী হেক মথংদা ব্রজবাসী পূম্নমক্না লোয়ননা গোকুল থাদোক্লুনা বৃন্দাবনদা লৈফম হোংখি। মফম অসিদা থা ৬ অমা লৈথরগা ভাগবাননা যম্নাউমদচা শেনবা হৌখি। শ্রীকৃষ্ণগী চহি ৪ শুবা ফাওবদা মথং মথং 'বৎসাসুর, বকাসুর' অনিমক হাৎখি।

মথং চহি ৫ চঙলকপদা শরদ থাদা 'অঘাসুর' হাৎলি। 'বকাসুর, অঘাসুর অনিমক পূত্রনাগা পোকমিন্নবনি। মতাং অসিদা ব্রহ্মানা যন্নাউ মথৈগা সখা-মথৈগা হুন্থনা লোংখি। অসুম তৌনা চহি অমা মপূং ফাখি। চহি ৫ মপূং ফাহনা ৬ লানশিল্লক্লবদা হায়বদি কৌমার লাম্থোক্লুনা পোগণ্ডগী মতাং থৌরক্লবদা মেন্না থাগী শুক্লা অষ্টমীদা শ্রীকৃষ্ণনা ইহান হানবা ওইনা যংবী শেনবা হৌখি—

শুক্লাষ্টমী কার্ত্তিকেতু স্মৃতা গোপাষ্টমী বুধৈঃ।
তদ্দিনাদ্বাসুদেবো ভূদ্‌গোপঃ পূর্ব্বন্তু বৎসপঃ॥ ১ ( পাদ্মে )

মথংদা ধেনুকাসুর হাত্তুনা তালবন উদ্ধার তৌই। মতুগী মথংদা কালেন থাদা কালীদমন অমসুং দাবাগ্নি মোক্ষণ তৌই। মথংদা নোংজুথা লাক্লবদা হোরী-খান্দোং হাইদুনা ভাণ্ডীর বনদা শারে। মথংদা প্রলম্বাসুর-বধ, দাবানল ভক্ষণ অমসুং বস্ত্রহরণ-লীলা শারে। যজ্ঞ-পত্নীশিংদগী 'অন্নভিক্ষা' তৌদুনা সথাশিংবু পীজে। মতাং অসিদা ভগবানগী চহি ৭ মপুং ফাবা ওই।

**লীলাগী মওঙ**—মথক্তা লৌগৎলিবা থবা অসি শ্রীমদ্ভাগবতনা উৎপা ভগবানগী গোচারণ লীলাগী মরুংচনবা থোদোকশিংনি। গো-চারণ-লীলাগী মওঙদি—

অহানবা কৌমার বয়সতা গোকুলদগী লাকপগা হকুই কুইদনা বন্নাউ শেনবা হৌই। অমকপা মফমদা সথাশিংগা লোয়ননা শেল্লি, চয়োম পুদুনা চৎলগা ময়াম চামিন্নে। লমহাওদা উইনা থুং শাদুনা উংদুনা শান্নে, মণ শানা কৃষ্ণগা মণ পোদুনা মহৈ মহৈ রাইনৈ, কেকু লোংপী, নুং খুন্দুনা পন থোনবী, থোং শাবী, য়োংগী মতৌ তমদুনা চোংবী অসিনচিংবা কয়া শান্নে। মমা মমামথৈনা মণিমুক্তা, সনা-লুপা-নচিংবগী লৈতেং তৌরক্লুনসু লমলক্কী লৈ, উনা অমদি রাহোং মতুনা লৈতেংনদুনা শান্নে। অমনা অমগী শিক্কা হুরান্দুনা লংথোক্লে ( শিক্কা-চয়োম হাপ্পুনা পুনবা নাকন্দা থাগেন ওদুনা য়ানবা ঝুলিগুম্বা মথল অমা ) মপুনা তাল্লগা অমনা অমুক অমদা লংহনে পী। কৃষ্ণনা থাপ্পা লৈথ্রবদা সথা মথৈনা মাবু হন্না শোকপা তান্নে। মখোয়না বেণু, শিঙ্গা খোংনৈ ( শিঙ্গা—কৃষ্ণসারচি )। কনানা খোইমুগী মতৌ তমনা ঈশৈ শকই, কনানা কোকিলগা খেন্নাও ফজবা তান্নে, কনানা উচেক্কী নত্রগা মশাগী মনিংগা লমজেন তান্নে কনানা কাংভগী শাজৎ তম্মী, কনানা উরোক্লম মনাক্তা তুমিন্না ফমলুই, কনানা রাহোংগা জগোই শামিন্নে, কনানা উশাদা য়োংগী মনৈ চিংলুই, নত্রগা মচা ফাগদবগী ভৌরুই। কনানা উশাদা য়োংগুম্না তোংদুনা লৈ, য়োংগা ওনশিন্নদুনা ময়া

খিগৎলৈ, উশা অমদগী অমদা লামতুনা চোংই, অমনা হুণ্ডোইগুম চোংখিছনা কোংকুৎ লাম্লবা হোৎনৈ, কনানা ঈশিংদা ত'বা মশাগী মমিবু মশিং ময়া কাকুনা ল'নৈ, কনানা মশাগী খোঙ্গাঙ মখোল তাবদা শাউনা শাপ তৌই। সখামখৈ পুন্না জগোই অমুক শামিন্নৈ, চোংই ফল্লি, ঈশৈ শকই। লাক্লবী ফানখী শান্নৈ। ল'ক্লবদা রাম্লবা কৃষ্ণবু মখোয় মরাম চঙছনা সেবা তৌই। কবিগুপ্তদা কৃষ্ণ। জগোই শাম্লগা সখা মথৈনা পুং-শেল য়ৈ, বেণু খোংই, ঈশৈ শকই। সখাশিংনা শারগা বামকৃষ্ণনা ঈশৈ শকই। কবিগুপ্তদা হোরীবান্দোং হাইবী শান্নৈ। কবিগুপ্তদনা কৃষ্ণনা নিংথৌ শাহুনা লৈবাক ঙাকপগী লীলা শান্নৈ—নিংথৌগী কাঞ্জহাই চামর, শেকপিন্নচিংবা পুম্নমক মনা পুংবা উশানি। কবিগুপ্তদা অমাংগায় (অস্প শ্যত) ভান্নৈ, মায়থুম্বী, খোঙ্গাওবী কীবুনহাবী, অন্না শগোল-তো'বীনচি'বা কয়া কযা শান্নৈ। অসিগুম্বা মশান্নশিং অসিগী মনুংদা ঋতু ঋতুগী অমুক খায়দোকল। মতু পুম্নমক পুক্কীং হুনবা মশক ঙাক্তনি।

ক্রমদা থক-খা ওন্নবা— মথক্তা লৌথৎলিবা শ্রীমদ্ভাগবতকী লীলা ক্রম অমদি শাম্নবগী মওঙশিং অসিবু ঐখোয়গী গুরুজনশিংনা ফুংথিল অমত্তংগী কুম্মৈ ওইনা শূপচিন্দুনা ভুজীক ঐখোয়না উনরিবা গোষ্ঠলীলাগী মওঙ অসি তানবা শেম্মীরম্মী। ঐখোয়না উৎলিবা ক্রমদা ধেনুকাসুরনা হান্না হাংলি, বকাসুরনা কোল্লি। ভাগবত-নদি বকাসুর-বধ তৌবনা হাল্লি। অসুম্না থক-খা ওন্নবা অসিবু ঐখোয়না বিচার তৌকবা ইত্তিক নত্তে। তৌবদি পুরাণ অমগা অমগা মত খেন্নবহু য়াওদবা নত্তে। ভগবান ব্যাস দেবনা পুরাণ পুম্নমক ইখিবা ও'হুনসু অদুগা ভগবানগী লীলাগী মায়বা মশক্তি উত্তনসু মতুগী মথং মনাউ লেংশিল্লকপা মতমদদি পুরাণ অমগা অমগা নৈদোক থৈজিন তৌনবা মওঙ শেংনা উবা ফংই। অদুবু মতু পুম্নমক ঙসি কাওবদা কনানসু দোষ ওইনা লৌনদে। লীলা রসতা মতুনা ময়েং তাহনবদি থক ওইদবনা। অতুগী মথক্তা অখণ্ড 'অহৈ পণ্ডিতশিংনদি—খেন্নবিবশিং অসি

কয় খেন্নবননি, ব্যাসনা তৌনীংবা তৌবা নত্তে—ভগবানগী লীলাদি নিত্যনি, তৌহুনত্তা লৈব্রিবনি। অস্মুম্না ভগবানগী মিংকূপ মিংকূপকী লীলানা তাইরও মীওইবা ঐখোয়দদি মশীং খঙনরবা চহিনা শাবা অহুগুম্বা কয় কয়া কয়া কান্নবা থোকই। মরম অসিদগী লীলাগী ক্রমদা থক-খা ওন্নবা কয়া থেংনবনি। সনাতন গোস্বামীনা শ্রীমদ্ভা-ভগবতকী টীকা তৌবদা অস্মুম্না হায়রম্মী মহুদি—

"বিরোধাস্তরবৎ কল্পভেদবিবক্ষয়েতি কেশ্চিৎ—
১০ম্ ১১অঃ ১৯ শ্লোকঃ

শ্রীকৃষ্ণগী লীলাদা বিরোধ—য়েংনবা লৈবা কয়াবু কল্প ভেদগী থোকপনি হায়না সমাধান তৌনবগুম মতাং অসিসু তেমশিনগনি।

ঐখোয়গী গুরুজনশিংনা বকাসুর, ধেনুকাসুর অনিগী মথক মখা ওল্লম্বসিসু অহুগুম্বা ঐখোয়না খঙবা ঙমদবা লংজীন অমা লৈখিবনরা নত্রগা মরক্তা শেরান্নবা অমদগী অতুম্মক ওইখিববা নত্রগী রামকৃষ্ণ অনিগী লীলাদা মরাম্বা থনম্লপা মনাইগী কূম্মৈনা হানখিবরু রস চুপ্পগী মতাংদা মীওইবা রাখল। লকক্ তৌবা কবিগুম্বা অমা থম্মোইদা কাও-বদগী থৌ-ওইনমক তৌবীরম্বা হাবরু ঐখোয়গী পীক্লবা বুদ্ধিনদি লাম্নবা ক ত্রে। অস্মুম্না অকোন অহানদা ওন্নবা অসিনা রস মরোং তাহনখিবদি কবিসু থোকপা লৈতে। অহুনা মসি ঐখোয়গী চংনজবী ওইনা লৈত্রবনি।

কুংথিল মতেক অমগী লীলাদা শঙ্গোম গুম্বদগী হৌহুনা গোচারণ লীলাগী মশক উংনবা হোৎনবকপদা কূম্মৈ ওইনা উৎপদা শুংভাইগদবা থরাং লোৎখভুবা নৃত্য-নাট্য অসি শেম্লম্মী। (শারদাতনয়গী 'ভাব প্রকাশ'নদি মসিবু উপরূপক কী মখলদা 'গোষ্ঠী' হায়না মমিং থোল্লম্মী)। মমৈদা থোকপা বস্ত্রহরণ-লীলাগীসু মথংদা লাকপা 'অন্নভিক্ষা' অসিসু কৃষ্ণবু যগশেনবা চংমিন্নবা হৌবা লাকপদা, মমাইবেম্মা যশোদানা পীত্রবদা সখাশিংনা হায়জবদা পল্লি মহুদি—

লাম্নবদা চাকস্ন নোংমা পীজখিনে······অসিনচিংবা

মসিনা অমুক তাকপদি—কৌমার, পৌগণ্ড অমদি কৈশোরগী মতম ফাওবদা ভগবাননা শান্নখিবা ব্রজলীলা পুন্নমক গোচারণ লীলাগী মনুংদা তাক্লা ওইখিবনি। দাবানল ভক্ষণ অমদি অন্নভিক্ষাগী লীলা অসিগী মতুংদস্ন মথা রাস্না চখনা গোষ্ঠ-লীলা শান্নখিবা ওইবনা, ওজা-শিংনো রস অসিবু যথবী শেনবা হৌবা হুম্বিংমক্তদা পুখত্তুনা হাপ্পা ওইনা উবদগী শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংহ মহারাজনা শঙ্কা তৌরবদা মতম অচুগী ওজা মৈরাবা হায়বত্নুনা নিংথৌবু বাৎসল্য-প্রেমদগী থোকপা রাহৈনা 'করি নিংথেম। নঙনবু করি খঙহুননো, ভগবানগী লীলাদি ওইহ্নুনা ঙাক্লা নৈবা নত্তবরা, হাপ্তবা য়াদে হাপকদবনি' হায়বদগী সনা হাক্তক অচুদগী অচুম্মক হাপলকখিবগী রারী তাবা নৈ। ঈশৈ অসিমক ঐথোরনস্ন পদকল্পতরুনচিংবা বৈষ্ণব-পদাবলীশিংদগী গোষ্ঠগী ক্রমদা অচুম্মক রাওরম্বা থেংনৈ। অসিগুম্বা মওঙদা ওজাশিংনা, উৎপদা খুৎ-লোয়বা খুৎলোয়দবা য়েংনো থন্দোক খঞ্জিন কল্লা তৌরগা শাংলবা মতমগী লীলাবু পুং খয়ত্তগী কুম্মে ওইনা শূপচিল্লা শেম্বিরম্বনি।

## গোষ্ঠ-লীলা-ক্রম (গোবিন্দগী)

হৌনবী মতুংহন্না প্রাতঃদা ব্রাহ্মণনা রাসোৎসর্গগী পূজা কৎলগা লীলাগী ক্রম মথং মথং তারকনি। রাস অতৈগুম্না গোষ্ঠদদি নিপা-পালানা গৌরচন্দ্রিকা শক্কে। লীলা হৌদ্রিন্দা সূত্রনা শক্লগা লোইরে।

মাঙব মরোনগী কৌক্রুগী চিথেক্তা মায় নোংপোক ওন্না পুংরৈবা অনি কমগনি। মকোক চৎপনা অরাং থংগনি। মথোয়গী য়েৎলোমদা মোইবুং খোংবা কমগনি। অরাংথংবা নাকন্দা মায় মথা ওন্না সূত্রধারশিং কমগনি। চন্দনা পুংরৈবগী ভুংদা নৈগনি।

হৌনবী নৈ-চন্দন তৌহ্নুনা অমদি মাঙব মপু বরণ তৌরগা পুংরৈবা অমদি সূত্র শকপশিংনা শ্রীগোবিন্দবু হান্না খুরুম্নগা মাঙব মপু অমসুং

নিংথৌদগী হৌহুনা মকোক মথং নাইনা ভাবক পূন্নমকপু দগুবহ তৌনা থুরম্বগনি। অস্নুমা থুরুগা লোইরবদা মাগী মাগী ফিজেৎ-লৈতেং তৌনবগা মফম মফমদা ফম্নগনি। মখোয়বু ফিন-চিংবনা বরণ তৌবা লোইরগা পূংনা 'বৃন্দাবন-অগোবা' য়েংহুনা রাগ হোৌগনি। মহু লোইরগা সূত্রনা গৌরপদ শরুনি, গুরু অমদি বৈষ্ণব বন্দনা তৌরোই। মসি লোইরগা সূত্রমা নারদ লাকপগী উক্তি অমা ছাড়াদা থীরগা নারদ বালবাস্ন অনিমক ঈশৈ শক্না শক্না চঙলক্কনি। নন্দালয় য়োৌরগা কৃষ্ণ-বলরাম অনিবু শঙ্গেম গুম্না তম্বীগনি। মথংদা সূত্রনা উক্তি অমা পীরদা চিথেক মরিমক্তা সখাশিংনা মচান্দা অবাবা' লাউনরক্কনি। মথংদা বন্দনা অমা পূম্না শরুনি।

কৌত্রুগী কাঙবুনা হান্না ঈশৈ শক্কুনা. একতালদা মখোও থীন্দুনা ঈশৈ শক্কনি, মখোয়না লোইরগা মৈবমগী কাঙবুনা মথং ঈশৈ অমা অমুক শক্কনি। মথংদা মোইরাং লায়জি, চৌংখৈগী কাঙবুসু ঈশৈ অমনম শরুগনি। ঈশৈ শকপা লোইবা মতমদা পূম্না মচান্দা অরাবা অমুক লাউনগনি। ঈশৈ লোইরগা ময়াম পূন্নমক মাগী মাগী মফমদা অমুক ফম্নগনি। দল খূীদগী মকোক ওইবা সখা ২ | ১ থোরক্লগা ময়ায় খা-রাং পরেং শানা লেপ্লা।। মমায় নোংচূপ ওনগনি।*॥ মতম অসিদা রামকৃষ্ণসু নায় নে' পোক ওংদুনা লেপ্তুনা লৈগনি। সখা ৮ না তোঙান তোঙানবা শ্লোক অনমম থীনহুনা রামকৃষ্ণগী নাক্তা চঙহুনা মোত তৌনরুগনি। মখোয়গী মোত তৌবা লোইরবদা সূত্রনা উক্তি অমা পীরগা চিথেক মরিগী দল মন্নিমক কৌত্রুগী দলনা মকোক চিংহুনা মায় মথা ওম্না খোঙ থীন্দুনা, ঈশৈ শক্না শক্না মী অমমম লেংহুনা চংলগা সখা ৮ অদূবুনা ময়াযদা থম্লগা ওয়ওইননা কোয়গনি। অতৈ দলসু ঈশৈ শক্কুনা, মখোঙনা তাল থাহুনা হাম্নদগী অহুম লৈগনি

---

*॥ ঋসি থাংনাহ ভৌরমদে, ম.গী মাগী দলগী ঠৈকমরা অহুমক লেৈম্নমী।

অহুগা শরেং লাক্লিবা দগনা মাগী মাগী মপা মৌরকপদা তাল কায়-দনা হাল্লগুন মথে ও অহুম থাম্না থাম্না চঙশিন্দুনা পরেং মরক্তা য়েপ-শিনগনি। অহুম্না সখা পুম্নমক শীন্দোকপা লোইহুনা পরেং অমত্তা ওইনা কোয়না লেপ্লবদা নো চুপকী মাযকৈদা থাদোক্লুনা থম্নগা 'অয়ারা' লাউহুনা কমথনগনি। (মীয়ম্মনবদগী হুঙ্গীক্কি পরেং মরি থোক্না ক্লোয়থ্রে, মসিদি কুইহুত্রি, লান মতুংদদা তৌরকপনি। থাইনদি মহৈ-হৈত য়েংহুনা মী খন্দোক থক্কিন তৌনম্মী। হান্না মথক্তা অমুক য়াওথ্রবশিংদ অহুম্মক যাওহন্নি, মরমদি—জগোইদা মপুং ফানা কজনা শাবা য়ানবা থৌরাঙনি। হুঙ্গীক্কি মসি থাদোকথ্রে)। মরমগী ৮ অহুম্ ওসায়রমখৈ ময়ামগা চপমান্ননা অহুম্মক তৌমিন্নহুনা লৈরমগনি।

সখা ৮ অহুনা মমায লোংচপ ওল্লগা রামকৃষ্ণবু থোরক্লবা ঈশৈ শক্লুনা কৌখেকনি, মোত তৌগনি। মপান্দা ঈশৈ মথাও অমা চাত্নাদা অমুক শক্লগা সখা অনি অনি ওহুনা রামকৃষ্ণগী মনাক্তা অমমম লেপ্ল-রগা মশা শোক্লা মোত তৌগনি। অহুম্না মখোয ৮ মক্তী মোত তৌনবা লোইদুবদা রামকৃষ্ণবু স্তুতি তৌগনি, জগোই শাগনি, মালা হুনগনি। মসি পূম্নমক মখোয়না শ্রীরামকৃষ্ণবু উকপদা অমদি মখোয়গী লোয়নন যাওগেমবা চংশিন্নগনি পনবদা হকাউজবা মত্তো কোংদোকপনি। রামকৃষ্ণগী স্তুতি মসি নত্তনা অহৈ মালা হুনবনাচিংবা অসি থায়নদি মধুমঙ্গল থোক্লবা মতুংদা, শাযদংনক মখোবনা কৃষ্ণবু লোয়নজবা কংলগনি হায়বা খঙলবদা হরাউজবা যোংদোকপা ওইনা লৈরম্মী। অদবু মধুমঙ্গলবু থেংনথ্রবদি হায়ক কপহুনা ঈযাও লাওবদগী মতাং অসি মাঙবা তারহুনা স্যাম চূড টদ সনা চাক্তক্তা মথক্তা পুথংখি।

সথাশিংনা হায়জবদী কৃষ্ণনা মখোয়দা টাক অমা পীরবদা সথাশিং মতু থাকপিহুনা পমেংদা যাওশিগনি। মথ দা কৃষ্ণনা যশোদাদা চংকে হায়জগনি, যশোদানা যংহুনা নমহুনা থমথ্রবনা কৃষ্ণনা নাক্তোক্লুনা চেনখিগনি। যশোদা য়াকিপ আনাক্না তান্নহুনা ফারগা ঈশৈ শক্লা শক্লা মোত তৌনা তৌনা পুশিল্লকনি।

মতম অসিদা পরেংগী ময়ায় থওবা অহুম্বাইদগী সখা অমা লেপথংলকুনা শ্রীদামদা কৃষ্ণবু লৌরুনবা পৌদারকনি। শ্রীদামনা উক্তি অমা পীরম্লগা সুত্রনা শকপা ঈশৈগী মতুংইন্না তাল চানা, কেনা মখোঙ থাংহুনা কৃষ্ণগী নাক তান্না লাকনি। য়ৌরগা যশোদাবু খুরুম-হুনা খুকউ খুদক কুম্না খুৎ লোন্নহুনা কৃষ্ণবু থাদোকপিনবা হায়জগনি। যশোদানা পীদ্রবদা মকোক্তা মখূং হাপ্তুনা থোরকনি। ঈশৈ শক্লা শক্লা, মোত তৌনা তৌনা লাক্কুনা ময়াম মনাক য়ৌরক্লগা শ্রীদামনা সুবলবু অমুক চৎলুনবা হায়গনি। সুবলনা উক্তি অমা পীরম্লগা লাকপা হৌগনি।

মচীন্দা শকপা ঈশৈগী মতুংইন্না মোত তৌনা তৌনা সুবল সখানা যশোদাগী মনাক য়ৌরক্লবদা খুরুম্লগা খুৎ লোন্নহুনা কৃষ্ণবু থাদোক-পিনবা হায়জগনি। মমা ইবেম্মনা পীদ্রবদা যুন্দুনা কৃষ্ণবু পুথোকনি, চীন্দা ঈশৈ শকনি, কৃষ্ণগী মশা পায়না পায়না মোত তৌগনি। যশোদা রোহিণীনা ঈশৈ শক্লা ২ তান্নবকুনা অমুক মচাবু কাবগনি। অত্তুমক্তদা নাম্থোক্কুনা অমুক চেনথ্রবদা মমা মথৈনা অমুক ভান্দহুনা ফাগনি। মতাং অসিদা 'স্তোককৃষ্ণ' সখানা ঈশৈ শক্লা শক্লা চঙলক্লগা কৃষ্ণবু মমাদগী অমুক মুন্দুনা পুথোরকনি। মমা অনিনা কৃষ্ণবু অমুক মুনগনি। স্তোক সখানা যশোদা রোহিণীদা দণ্ডবৎ তৌহুনা হায়জগনি। অসিমক্তদসু যশোদানা ময়াদ্রবদা কোয়না পরেং লেংহুনা লৈরিবা সখা পুম্নমক হৌগত্তুনা অমগা অমগা মখূং শম্নহুনা ঈশৈ শক্লা শক্লা, অহোবা থমদনা কোয়না থৎকনি। মনৈদা খুৎ শম্নবা থাদোক্লবগা খুকউ লৈত্তানা নীংগাঙননা ফমহুনা পুম্নমক চপমান্নবা ঈশৈ শক্লা শক্লা মখুৎতনা মোত তৌনগনি। ঈশৈ লোইশিল্লকপগা মান্নবা মখোয় পুম্নমক দণ্ডবৎ তৌ-হুনা যশোদাদা খুরুমগনি। মতম অসিমক্তদা বলরামনা মখূৎ হাইহুনা সখাশিংদা কোয়না চৎলগা উক্তি তৌগনি সখাশিংসু হৌগত্তুনা ফম্নগা বলদেবদা খুৎ লোন্নহুনা উক্তি তৌরকনি। মথংদা বলরামনা খুকউ খুদক কুন্দুনা খুৎ লোন্নবা যশোদাদা হায়জরকনি ছাড়াদসু ঈশৈ শকনি

অমসুং ছন্দ ওন্থুনা অতোপ্পা ঈশৈ অমা শক্লা শক্লা কৃষ্ণবু কোন্থুনা পুথোরকনি। কৃষ্ণবু থনম্লগা হুঞ্জিল্লকুনা ঈশৈ শক্লা শক্লা যশোদাদা দণ্ডবৎ তৌহুনা অমুক হাল্লজগনি।

মতাং অসিদা সূত্রনা ছাড়াদা ঈশৈ অমা শকুনা যশোদানা য়াবীবা উৎকনি। মথংদা সূত্রনা বেশ-সাজনগী ঈশৈ অমা একতালদা শক্কনি। কৃষ্ণ বলরামবু থাব্রাও লেপহল্লগা যশোদা রোহিণীনা মচা অনিগী মশা পায়না পায়না বেশ-ভূষণ তৌবগী মোত্ত তৌগনি। মথংদা যশোদা রোহিণীনা হুমিৎপু খুরুমহুনা কৃষ্ণবু ভাকপি কনবীনবা ঈশৈ শক্কনি। মথংদা যশোদা রোহিণীনা ঈশৈ শক্লা শক্লা রামকৃষ্ণবু জগোই শাবা তম্বীগনি। মচীম্নাউসু মমাশিংনা শাবা মতৌ য়েংহুনা জগোই শা-গনি। ঈশৈ শক্লা ২ মমা অনিনা মচা মচাদা লৈ পরেং অমমম শিবীগনি। মথংদা রামকৃষ্ণ মচীম্নাউ অনিতনা পুন্না জগোই শামিল্ল-গনি, মালা হুন্নগনি, মমা অনিনা ঈশৈ শক্লা শক্লা মোত্ত তৌনা তৌনা মচাগী জগোই য়েংগনি।

রামকৃষ্ণগী জগোই হেক লোইবদা সূত্রনা ঈশৈ অমা শক্লিঔদা সখা ৪ | ৪ থক থোক্কুনা থা-রাংদা, নোংপোক নোংচুপ ইল্লা মমায় ওনশিল্লহুনা পরেং লেপকনি, মশোক্কনা তাল থাহুনা কে-না অসুম লৈগনি। বলরামনা অরাং অমসুং কৃষ্ণনা মথাথংবা পরেংগী মমাওদা জগোই শানা শানা লৈগনি। সূত্রনা ঈশৈ শকপা লোইরগা সখা-শিংনা মদু ওক্কুনা অমুক শক্কনি অমসুং শক্লা শক্লা জগোই শাগনি। ঈশৈগী অরোইবা পদদা সখাশিংনা লোংলৈ লৈরিঔদা কৃষ্ণ-বলরামনা মালা ২ | ২ থক হুন্নহুনা বলরামনা কৃষ্ণগী, কৃষ্ণনা বলরামগী লৈকমদা য়োনরগা সখাশিংগা মতম মান্নবা উপলৈ জগোই শামিল্লগনি। অসুম্না উপলৈ লৈবা হেক লোইবদা সখাশিং অহুনা কৃষ্ণ বলরামদা লৈ চাই-শিল্লগনি অমসুং জয়কার লাউগনি। অসুম তৌনা মালা হুনবগী জগোই মপুম অসি হান্নগা চপ মান্নবা মওডদা অমুক হুন্না শাহুনা কৃষ্ণ বলরামনা

মাগী মাগী হায়গী লৈকমদা অমুক ওনশিন্নগনি অমম্নুং অমুক হন্না লৈ চাইদুনা জয়কার লাউগনি।

মথংদা রামকৃষ্ণ অনিনা মমা মমাদগী অচাপোৎ লৌগনি, মমাশিংনা উক্তি অমা পীরগা অথুম অহাউ পীগনি। মথংদা যশোদানা ছাডাদা ঈশৈ শক্তুনা কৃষ্ণবু বলরামদা শিন্নগনি, সূত্রগী উক্তি অমম্নু পীগনি অমম্নুং মতুগা লোয়মনা কৃষ্ণ-বলরামবু নন্দদা পুদুনা শিন্নরকগনি। মতম অসিদা নন্দনা উক্তি অমা তৌবগা কৃষ্ণ-বলরামবু লৌহৌগনি। নন্দনা কৃষ্ণবু পমদুনা পুরগা মচি অমদা মচীন্মনাউ অনিবু লেংগোন্নদুনা লেপহল্লগা মচাশিংগী রূপবর্ণন তৌগনি। মথংদা উপনন্দ সুনন্দসু আশীষ তৌনগনি, ব্রহ্মণ-পুরোহিতসু আশীষ তৌগনি।

মথংদা নন্দনা কৃষ্ণ বলরামবু শ্রীদাম সুদামনচিংবদা শিন্নগনি। সখাশিংনা উক্তি অমা পাদুনা লৌহৌগনি। মথংদা মধুমঙ্গল-খেল অহুম্মক তারগনি। যশোদাদগী অচাপোৎ নিদুনা পুথোরক্লগা সখা ময়াম মমাওদা লেম্ন-লেম্ননা চাবা, ময়ামনা লাওনরক্পা, তাশিন্নদনা মফৈ নীকুনা চাবা, হায়জমম্নবদগী মযামদা য়েন্দুনা পীজবা। মরক্তা 'লেদে' শাবা অনিবুদি চিথবীরস্বা, লডনবা মখোযনা শাউবা অসিন-চিংবা নোক্লবা কৃষ্ণে কন্না তৌগনি।

মতাং অসি ফাওবনা নন্দালয়দা তৌবা লীলাগী মওওনি। মসিগী মতুংদদি লম অহুম্মক থোক্লগনি। সখা পুম্নমক পম্নেং অনি থোক্লা লেংলগা কৃষ্ণ-বলরাম-না ময়াম্নদা চংকনি। সখা পুম্নমক চৈগু বাঁশী পায়নগনি। বলদেবনা লাঙ্গল পাযগনি। মন্দির মন্নংগী শ্রীরাম-কৃষ্ণগী মূর্তিন্ন রথ মথক্তা লেডথক্তুনা লমথোকপা য়াওগনি। ব্রাহ্মণ মচানা শাবা সখা ৪ না রথকী চীথেক ৪ দা লেপ্তুনা চামর থোগন তৌগনি, পে-অঙৌবা অমনা রামকৃষ্ণগী কোক্কথক্তা থানগনি। অহান-বদা সূত্র শকপানা ঈশৈ শক্তুনা মাও থানা চংকনি, মথংদা সখাশিংনা জগোই শানা শানা চংকনি, রামকৃষ্ণগী রথনা থাম্নগী তুং থংগনি,

ভাবকশিংবা কাং চিংগনি। ৱথকী ভুংদা লাইগী থৌগন-পূজারী-হুহোন-নচিংবা অমদি ঙাকপা শেনবা মী ময়াম চংকনি। অমুম্না সভাযাত্রা চংলগা লমহাঙ য়ৌরবদা নোংচুপকী মতাইদা মক্রগা মথাগী মতাইদা রামকৃষ্ণগী রথ অমুম থাহনা নোংপোক নক্রগা অরাং ওন্না লৈরগা মহুগী মমাঙদা সখাশিংনা কোন্না লেপ্তুনা জগোই শাগনি, রাম-কৃষ্ণ শাবা অনিনা ময়ায়দা লৈগনি। সূত্রনা কৌক্করোমদা হান্নগুম্না অহুম্বক লৈগনি।

অমুম্না পরেং শিন্দোক্রবা লোইরবদা 'গোষ্ঠ-ভঙ্গী-অচৌবা' শাগনি। মথংদা 'গোষ্ঠ-বৃন্দাবন-ভঙ্গী' অমুক শাগনি। জগোই শারিভৈদা সূত্রনা ঈশৈ শকনি। জগোই লোইরমদাইদদি সূত্রনা হল্লগা সখাশিংনা খুমহনা জগোই শানা শানা ঈশৈ শকনি।

মতম লৈতহনা নক্রগা অঙাংশিংনা ফাবা ওমদহনা পুন্না ভঙ্গী অনিমক শাবা ওমলোইদবা লৈয়বদি ভঙ্গী-অচৌবা শাবা লোইরগা বৃন্দাবন-পরেংগী অরোইবা জগোই ৪ দংদি হায়বদি নং ২২, ২৩, ২৪, ২৫ লৌথতুনা শারমদবা য়াদে, মসি ওজাশিংনা থম্বীরম্বা নিয়মনি।

অমুম্না জগোই শাবা লোইরগা 'কীবুন-হাবী শান্নগনি। মসিগী ক্রমদি—পুংনা থায়কপা মতুংইন্না সখা পুন্নমক মকোকচিংবা অমমমগী মতুংইন্দুনা মশীং মান্নবা কাঙবু অনি থোক্না খাইদোক্লয়গা কাঙবু অমনা মাঙদা অমুম পুমচং চংখংখিল্লনা লৈহৌরিবা পরেং অহুগা খা-রাং হেক তানদ্রিবা কাওবা জগোই শানা শানা চংকনি। মতম অসিদমু সূত্রনা হল্লগা সখাশিংনা খুমহনা ঈশৈ শকনি। মকোকচিংবী অমনা নোংপোক, অমনা নোংচুপ থংনা খা-রাং লেপ্পগনি, রামকৃষ্ণনা অমমমগী মাঙদা লৈগনি। অমুম্না মীচঙ থায়দোকপা লোইরবদা পুং-লোন অমতুদা কাঙবু অনিনা তোপ্না তোপ্না জগোই শানগনি। মসিনা অনিরক হল্লবা ভুংদা শক্লিবা ঈশৈগী মতাং চানা কৃষ্ণগী মায়কৈদা সখা অমনা মাগী কাঙবু মমাঙদা থোক্নুনা ময়ামনা তৌবগুম মথোঙ শিল্লুনা চেন্নগা, ময়ামগা মান্নবা ওন্নগী থুকউ লৈতাহনা নীংগাঙনা কমহনা

লৈগনি, মমায় মপান্দা য়েংকী খুপাক লোংখোকুনা থমগনি। মতম অসিমক্তদা শরুক শিংনদনা বলরামনা, মাঙদা কমলিবা সখা অতুদা ফীবুননা থাগনি অমস্তুং লেপ্তুনা লৈবিবা বলরামগী মীচঙগী সখা অনিনা জয়কার লাউহুনা চেম্পোয়রুগা ফীবুননা পাল্লিবা সখা অদুবু চিংহুনা মখোয়গী মীচঙদা পুশিনখিগনি। মথংদা হায়গা চপমান্নবা মওঙদা অমুক হুন্না জগোই ঈশৈ হৌরগা বলদেবগী মায়কৈগী সখা অমদা কৃষ্ণনা ফীবুন লংগনি অমস্তুং কৃষ্ণগী মীচঙগী সখা অনিনা জয়কার লাউহুনা সখা অদুবু পুশিনখিগনি।

অসুম্না ফীবুন-হাবী শান্নবা লোইরবদা কাঙবু অনিমক হান্নগুম পরেং পরং অতুম্মক খাত্রাঙ নকশিন্নহুনা লৈগনি। শ্রীদামনা বিশাল-অর্জ্জুন সখা অনিদা যণ হোইগৎলুনবা থৌদাগনি। বিশালার্জ্জুননা যণগী মমিং কৌনা কৌনা থুং শন্নহুনা অসুম খিরকপদা 'ধেনুকাসুর' থেংনবদগী লাউহুনা কিনা চেল্লকনি। বলদেবনা সখাশিংবু কিদনবা হায়রগা ধেনুকাসুরগা লাক্নহুনা লাঙ্গলনা কোৎথুরগা হাৎকনি, গোপ-মখৈস্ম চৈনা ফুরুগনি।

মথংদা কোয়না অমুক লেপ্তুনা হান্নগা চপ মান্নবা ফীবুন-হাবী অমুক শান্নগনি, বিশালার্জ্জুননা যণ থিবা অমুক চৎকনি, হুন্দরক্লা 'বকাসুর' থেংনগনি। কিহুনা মখোয়না লাউনা খোংনা চেল্লরুবদা কৃষ্ণনা চোংথো-ক্তুনা বকাসুরবু মথয়াৎ শেগায়হুনা হাৎকনি, গোপ মখৈনা চৈনা ফুরুগনি।

অরোইবদা হান্নগুম্না ঈশৈ শক্তুনা কোয়না অমুক জগোই শাগনি। মতম অসিদা গোপ পুন্নমক্তা কি য়েনবীগনি। চালি জগোই শান্নুনা থারগা পূজারী ব্রাহ্মণনা শ্রীরামকৃষ্ণগী মূর্ত্তিদা আরতি কৎকনি, সূত্র-শিংনা ঈশৈ শকনি। অসুম্না আরতি কৎপা লোইরগা লমথোকপদা চৌখিবগুম সভা যাত্রা চত্তুনা শ্রীমন্দির তান্না অমুক লেঙশিল্লকনি। সূত্রনা ফেরা গোষ্ঠগী ঈশৈ শকনি। মন্দির-প্রাঙ্গণদা শ্রীমূর্ত্তি অমুক

লেঙশিল্লগা অথুম অহাঙ্ক কত্তুনা অমুক হন্না আরত্তি কংকনি। অস্নুম্না গোচারণ লীলা লোইশিনগনি।

য়েংগদবা—মথক্কী ক্রম অসি খুল্লকনু অমাম্বা অত্নুম্নক মান্নে। শ্রীগোবিন্দজগীগা মান্নহনবা য়াদবনা ঈশৈনচিংবদি য়াম্না তোপনৈ, রস মপুং অমত্তা ওইরবত্থ পন্নেং লেংশিনবগী মওঙ থৈনবদি য়াম্না য়াওই। শ্রীগোবিন্দদা কংপা ঈশৈ নোংমাই পূন্নমক কম্না থিংলম্মী, খুল্লক্তা তৌহন্দে। পুংগী রাগসু খুল্লক্কীদি 'ঢপ' রাগনা হৌই।

শ্রীগোবিন্দগীনা কার্ত্তিক শুক্লা অষ্টমীদা কংলি, মসিগী মত্তুংদনা খুল্লকী কংলি। গোবিন্দগী কংপা মুমিংত্তা কংপা য়াবদি নিংথৌ-লাইশিংতনি। অদুবু ওন্নদবদগী শ্রীবিজয়গোবিন্দগী অমদি নিংথৌখোং গোপীনাথকী নত্তনা অতৈদি গোষ্ঠ-লীলা অসি চাং থমবা কংপা ওন্নখি-দবগুম তৌগ্রে। অদুম ওইনমক মুমিং মান্ননা কংপা য়ারবসু খুল্লকুম্না ঈশৈনচিংবদি গোবিন্দগা মান্নহনবা য়াদে। অসিগুম্বা কম্না চেকশিন্না থিংলম্বগী নিয়ম অসি হুজীক্তি থম্না থম্না কোমথোরকুনা মান্নবা শরুক য়াম্না য়াওরকলে। মরু ওইনা মমা শাবীগী মশীং য়াম্না লৈবক্তবদগী অমদি হেক্তিন্না তমশিনবা ওন্নদবদগী থেন্নবত্থ মপুং ফানা অসুম ওাকপা ওন্নরকখিদে। অত্নুমকপু হুজীকমকসু থেন্নবা মশক্তি মবাং কায়না লৈবা উরি। খুল্লক মশেনগীদি অপাম অপাম্বা তৌনবা য়াবা থরসু লৈবদগী মপুং ওইবা থম্না নত্তনা অতৈ থেন্নবা কয়াসু উবা ফংই। মরম অসিনা শ্রীগোবিন্দগী ক্রমনা অরেপ্পা ওইগনি।

## গোষ্ঠ-লীলাদা রস

পৃথিবীদগী পাপকী অরুম্বা লোথোকুনা সাধুজনশিংবু কনবীত্নুনা তাইবঙ পানবগী মঙ্গল পুবীয়রুবা হোৎমবদা উজ্জ্বল ভক্তি-প্রেম-রস-তনা অথোইবা পাঙ্গেনি হায়বসি জীবদা খঙহনবীনবা হোৎনবদা পোং-চঙ ওইনবিখিবা শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুর হায়রবা অথোইবা ভাবশিংগী মত্নুংচনবা, বাল্য-পৌগণ্ড বয়সত্তা শান্নবিখিবা সখ্য অমদি

বাৎসল্য রসনা থন্নবা শ্রীমদ্ভাগবতনা লমজিংবা অদুগুম্না শ্রীভগবানগী গোচারণ-লীলাগী অনুকরণ তৌদুনা শ্রীগোবিন্দদা চহি চহিগী কংন-রকপা—নৃত্য-নাট্যগী মশক ওইবা গোষ্ঠ-লীলানি। লীলা অসিগী ক্রমনচিংবদি মথক্তা উৎখ্রে। লীলা অসিনা শ্রীমদ্ভাগবতনা বর্ণন তৌ-রিবা মশক অদুগা করম্না মরী থম্নবগে, ভগবানগী ব্রজলীলা পুম্নমক মাগী মমুংচন্না পাওখোকখিবা অদুগুম্না শাংলবা গোচারণ লীলাবু এরেখোয়গী ওজাশিংনা শৃপচিন্দুনা ভগবানগী ইহান হানবা ঘণবী শেনবা হৌবগী লীলা হুমিংমক্তদা কমদৌনা মপুংফানা উৎনবা হোৎনরম্বগে হায়বগী মরমদা অমুক য়েংসি—

গোষ্ঠ-লীলা—ভগবানগী বাল্য-পৌগণ্ডগী লীলানি। মসিদা দাস্য-সখ্য-অমদি বাৎসল্যনচিংবা অন্নাম্বা বসনা থন্না লৈ। ভক্ত-বৈষ্ণবশিংনা অসিগুম্বা শেংলবা মধুর্য ভাবনা প্রধান ওইনা লৈবা, মতম্বা ব্রজ-লীলাগী মমুংদা খ্বাযদগী হেন্না থুম্নবা শ্রীভগবানগী লীলা অসিবু থন্নায় পেন্না চুপ্পে। অসিগুম্নবা ব্রজদা ওইখিবা বাল্য লীলা অসিদা ব্রজ-সখাশিং অমদি নন্দ-যশোদানচিংবা নিপা-নুপী পুম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বর-ভগবাননি, মখোয়দগী হেনখিবা চাউরেন চাউবা মপুনি হায়বসি খক থম্নবা লৈখিদে।

সখাশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়গী মমান্নবা, অকি হংগোই কন্নিস্ত লৈ-তবা, অচম্বা অঙাং অমগুম অন্নক লোয়নখি। শ্রীকৃষ্ণনস্থ ইবুংঙো মাগা অঙাংশিং অদুগা খেন্নবা মতৌ খক উৎখিদে। সখা অমনা কন্নি-গুম্বা পোৎ অমা চাকবগা হাউরম্বা খোল্লবদি—'এঃ হাউই হায়, কাহ্নাই নঙস্থ চাও' অস্নম হায়না কৃষ্ণদা মাগী লুখাক অদু হেক্তমক ইনশিল্লকই। অস্নম তৌবা মওঙদা শ্রীকৃষ্ণনস্থ সখাশিংদা খুংনা হেক হেক ইনবীদুনা পীজৈ। মীনাই ওইবীনচিংবা শান্নবদা পোবগা অখোইবদুবু শ্রীকৃষ্ণগী লেংবান্দা তোংহল্লগা তোংলিবা অদুনা খোয়রকপদা বানা চেনবা, কৃষ্ণনা খোইরগনা মানা কৃষ্ণবু পুদুনা চেনবা অসিনচিংবা লীলা কন্না শান্নৈ।

ভক্তপা ভগবানগা অমত্তা ওইনা শান্নবা থুন্নবা অসিগুম্বা রসনা থনবা গোষ্ঠ লীলানি। ঐখোয়গী গোবিন্দগী ক্রমদা য়াওবা, কৃষ্ণবু মনশেন্নবা চৎসি হায়না হৌবা লাকপা সখাশিংনা শাকপা ঈশৈদা মতাং খুদীংদা কৃষ্ণবু মখোয়না ইচম চমনা থনবত্তু কোংদোকই, মৈতৈ লোন্দা হন্দোকপা মচুগী মশক্তি—

কমদেংঙুনা লৈপোকলিবোই
ক্ষীর-ননি চারঙুনা
ঐখোয়বু নঙগী নানাইবনে ভাই
নঙগী নশল শেঙ্গরো = অসিনচিংবা—

মথক্তা উৎলিবসিনা শ্রীকৃষ্ণগা সখাশিংগা লোয়নবগী চাউরাকপা মশক্তি। অতুমদি ওইরগা সখাশিংগী মরক্তসু মখল মথেল নাইনা খেন্নবা লৈতবদি নত্তে। বৈষ্ণব সাহিত্যনা উৎপা মতুংইন্না মখাদা চাউরাকপা মশক অমা উংনবা ফোংনরি—

কৃষ্ণ সখা মখল মরিনি মদুদি—সুহৃৎ, সখা, প্রিয়সখা অমসুং প্রিয়নর্ম্ম সখা। অসিগী মথক্তা বিদূষক হায়বা অমসু লৈ মদুদি—

১। সুহৃৎ—কৃষ্ণদগী চহি হনবা, মখোযনা কৃষ্ণবু অঙাংগুম্না লুনা ভৌবা, খুংলাই পায়দুনা কৃষ্ণবু ঙাকপি শেনবীবগী থবক ভৌবা অত্তুগুম্বা মীওইনি। সুভদ্র, মণ্ডলীভদ্র, বীরভদ্র, বলরাম অসিনচিংবসি সুহৃৎ-কাওবুনি।

২। সখা—কৃষ্ণদগী চহি খর্রা নৌথখিবা, মনাইনি চায়বগী রাখল লোয়নননা মতম পুন্নমক্তা কৃষ্ণগী সেবা যংজনীবা, মখোয় অদুবু সখা হায়না খঙনৈ। বিশাল বৃষভ ওজস্বীনচিংবনা সখাগী কাওবুনি।

৩। প্রিয়সখা- চহি লেংমান্নবদগী মরূপ ওইনা লুনা চিন্নবা, অচেং অকে মদি তাখোক ভশিন ভৌবা লৈতবা, মখোয় অদুবু 'প্রিয়-সখা' কৌই। শ্রীদাম, সুদাম বসুদাম, স্তোক কৃষ্ণনচিংবসি প্রিয় সখানি। শান্নবা মখল মখলদা মখোয়না কৃষ্ণবু পেলহল্লি।

৪। প্রিয়নর্ম্ম সখা—মথক্কী মখল অহুম অসিদগী প্রিয়নর্ম্ম সখানা হেনগৎপদি—মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী মঙ্গুং হুজিনবা, অক্সবা থবক মখৈ তৌই। মখোয়না খঙদবা অরোমবা অমত্তা লৈতে। সুবল, অর্জ্জুন, গন্ধর্ব্বনচিংবা—কাওবু অসিগী সখানি।

৫। কাগী তৌহুনা মতম পুম্নমক্তা কৃষ্ণবু নুংঙাইহনবা কাওবু অমসু লৈ। মখোয় অদুবুনা 'বিদূষক' হায়না খঙনৈ, মধুমঙ্গল, পুষ্পাঙ্গ, হাসঙ্ক—অসিনচিংবনি।

সখ্যরতি—অসুম্না ময়োন ময়োন নাইনা সখাগী মখল মথেন য়াম্না থায়দোকপা ওইহুমসু মখল খুদীংগী সখা অমত্তনসু শ্রীকৃষ্ণবু স্বয়ং ভগবাননি, হায়বসিদি থক খল্লদে। শ্রীকৃষ্ণদি হেক পোকপদগী হৌনা অহুম্নক ষড়ৈশ্বর্য্যনা তিল্দুনা মীনা তৌতমদবা থবক কয়া কয়া তৌথিবা লৈহুনসু অহুগা মদুবু ব্রজসবাশিংনা মমিংমক্লা ফনমক উহৌ খঙহৌবা লৈহুনসু ইবুংঙো মাবু স্বয়ং ঈশ্বরনি হায়বা রাখল অসিদি থক খল্লখিদে। মখোয়না ঙম্মদবা থবক লায়না তৌখোবকপগীদমক মখোযনা কৃষ্ণবু থাগৎলি, ময়াম চঙহুনা পাম্বোম পাম্বোম পায়নহুনা দোলাই শায়গা য়েক্লবা ওস্না মীনি হায়না হয়াউহুনা কৃষ্ণবু কোয়না পুহুনা চৎলি, জয়-কার কয়া লাউনৈ, অহুম ফনা ওইহুনসু ইবুঙো মাবু ভগবান মকনি হায়নদি থক খল্লুবা লৈতে। মখোয়না অকিবা কবিগুম্বা অমত্তং থেং নয়কপদা কৃষ্ণদা ভাকপি কনবীনবা হেক্তমক ৱেনশিন্নে। কৃষ্ণনা মখোয়-গীদি অশূপ্পনি, মক্বপনি, মনাউনি, ময়াম্বনি, কনবীবা ওস্বা অকনবনি—মথরায়দগীসু হেন্না নুংশিজবনি, মখোযগী অপূনবা মথরায়মক্কী মশকনি। অহুনা মাগা থক কায়নজবা ঙমদে। অসিগুম্বা মখোয়গী তিংলবা মপূক-চেন অসি উবীবদগী শ্রীভগবান মরুসু ভগবানমক্কি হায়বা কাউথোক-খিহুনা অচম্বা মরূপকুম লোয়নবীখি। ইবুংঙো মহাত্মা ভাকপিখিবা লৈ—'ঐবু মখোয়দগী হুম্ববনি, করিসু লৈতবনি খনবা মহুমক নত্রবসু ঐগা মাগা থোং মান্নবনি খনবা—কৈদৌঙৈদসু ঐবু থোইগৎনা খন্দবা, অহুগুম্বা মীওইশিং অহুনা মতম পুম্নমক্তা ঐবু মখা পোলহন্দুনা থম্মী।

অসিগুম্বা সখ্যরতি অসিদি থাজবনা মপুংনি। মথক্তস্থ হায়রে, বলরামনচিংবা চহি হুনবশিংনা কৃষ্ণবু মখোয়দগী হস্থবা মচা মনাই ওইনা নীংঙ্গনা বনদা ষণ শেনবা চৎপদা, মখুত্তা দণ্ড অমমম পায়রগা মখোয়না কৃষ্ণগী ঙাকপি শেনবীবা ওঙনা লৈ। ৺গোবিন্দগী গোষ্ঠ-লীলাক্রমদা মমাইবেম্মা যশোদানা কৃষ্ণ থাদোকউ য়াজ্রবদা বলরামনা খুরুমহুনা হায়জখিবা মতাংদা মসিগী ভাব ফোংদোকলি—

পীরো ইমা বংশীধারীবু ঙাক্কনি ঐহাক্না
খুকুমজেনে ঐনা নখোঙ শোক্না" অসিনচিংবা

যশোদানা বলরামদা কৃষ্ণবু শিন্নবা মরোল অসিদস্থ মসি ফোং-দোকই মত্তদি—

তাও রাম ইমানা হাযবা
খ্বাযদগী কনবা নহাক্তি—
চীংদা মান্দা ঈশিংদা
শেন্নোকো ননাইবু নহাক্না ॥ অসিনচিংবা—

বাৎসল্যরতি—সখাশিংগী মরক্তা চহি হনবা বলরামনচিংবা খরানা শ্রীকৃষ্ণদা লৈবা প্রেম অসিদা 'বাৎসল্য-রতি' হাইবেৎ চঙই। বাৎসল্য-রতিগী মপুং ফাবা মশক্তি অতুম ওইনমক নন্দ-যশোদাতদা লৈ। সখ্য-রতিদা মথং মথং প্রেম, স্নেহ, মান, প্রণয়, রাগ অমস্থং অনু-রাগগী অহানবা মতাং ফাওবা হেনগৎলকই।

বাৎসল্য রতিগী ভক্তশিংনা মখোয় মশাবু শ্রীকৃষ্ণদগী হেনবনি, থোইবনি হায়না খল্লি। মখে য়না ভগবানবু, সুনা চান্না তৌহুনা য়োকপি থাকপিগদবা মীশক্তি খনজে। মুংশিবনা থুক্কাৎখিহুনা মহাকপু য়ৈংহুনা চৈহুনা কাওবা রাবক রাতেস্বগী থবক তৌই। থাজবনা যূক্ষম ওইবা সখ্য-রতিগা মসিগা খেন্নবদি—সখা-রতিদা কৃষ্ণবু মখোয়গা মান্ননা উবা, লুখাক পীজবা, মমেংবান্দা তোংবনচিংবা তৌরিবা পুন্নমক অহুনা কৃষ্ণবু পেলহঞ্জে হান্নবা মখোযনা য়োনা থাজে। অসিগী থাজবা মাতৌ অসি হেক য়াওদবদা মখোবগী সখ্য-বতি অতু মযেং তাশিন্নকই।

অদুগা বাৎসল্য-রতিদদি মসি ইয়াও য়াওদে, কৃষ্ণনা পেনগনি পোম্লোই, শাউগনি শাউরোই অসিনচিংবা রাখল থক থম্বুরুবা লৈতে। মানা শাউগে শাউসনু, শাউরোই তোকসনু—ঐখোয়না তৌরিবসি মাগী অকবা ওইনবগী দমক্তনি. মাদি অপওবা কয়ি খণ্ডবা অণাংনি, অক কন্তুগী রাখল মানবু করি খণ্ডলমগনি—ঐখোয়নদি মঙ্গু খঙই, অদুনা মাগী কননবা ঐখোয়না মাবু য়েংবা চৈবগী থবক তৌদবা যাদবনি। অসিগুম্বা ভগবানবু মচামক ওইনা ন্নংশিবনা থুম্মৎপা বাৎসল্য-রতি অসিদমু মথক্কী 'সখ্য'দা লৈখিবগুম্বা প্রেম, স্নেহ, মান, প্রণয়, রাগ অমসুং অনুরাগগী থমখেংধা অয়োইবা মতাং ফাওবা যৌখৎলকপা ঙম্মী। মসিনি সখ্য-রতিগা বাৎসল্য-রতিগা অনিগী মশক।

ঐখোয়গী গোষ্ঠ-লীলা কৃষ্ণদা নন্দ যশোদাগী উক্তি নত্রগা অভিনয়গা কোয়বা ঈশৈশিংদা মতাং মগাংদা অসিগুম্বা বাৎসল্য-রতিগী মপূং ফাবা মতৌ ফোংদোকই -

(ক) শ্রীদামনা কৃষ্ণবু থাদোকশিনবা হায়জরুরবদা যশোদানা লাক্লিবা সখাশিং অদুবু মমা মমানা, মানা মচা গোপালবু লুনা তৌবগুম তৌবীদবা, মমল য়াওদ্রবা মচা ভাকুনি হায়বা ফোংদোকুনা থীনা চৈবীরকখি—

তানীংদোনে শ্রীদাম তানীংদেনে
নঙবু ঐগী ক ক করি থোকপনো ॥
নঙগী নমা নপাগুমদে ঐদি
মখোযগুম পম্মোই কনবী নত্তে ॥ অসিনচিংবা

(খ) মথংদা বলরামনা চায়জবদগী গোষ্ঠ-বিদায় তৌবা তারক্রবদা বনদা চৎখিতুনা নুংশিরব' মচাদ্ উজবা ফংলরোই হায়বা রাখল্লা মুংদা চাক্লবী যশোদানা মচাগী ফীজেং লৈতেং তৌনা তৌনা মিংত্তা পি মতুম মতুম শিন্থরকখি—

খিজেং লৈতেংলকলে যশোমতী রাণীনা ॥
মচা লায়থোং য়েংনা য়েংনা
মিংম্না ঈরা হৌনা হৌনা ॥
... ... ... ...
বনদা চংকনি থল্লুবদা
থিংঙমখিদে পিন্নাং ঈফুৎ ॥ অসিনচিংবা—

(গ) মথংদা ফত্তবা লাইতীন্নচিংবা কয়াগী অকিবদগী মচাবু কল্লনবা রক্ষা মন্ত্রনা মচাগী মশা পুন্নমক্তা কবচ ওইনা য়োমবিথি—

ঙাকপিয়ু ইচাবু হে নারায়ণ
চঙজরি ননাইনা শ্রীচরণদা ॥ অসিনচিংবা

মথক্তা থন্নদং উংলিবা চাউরাকপা মশকশিং অসি নত্তনা গোষ্ঠ-লীলাক্রম অসিদা 'হাস্য, অদ্ভুত, বীর, করুণ, রৌদ্র, বীভৎস অমসুং ভয়' হায়বা গৌণ-ভক্তি রস মথল ৭ অমসু য়াওই হায়না ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনচিংবা বৈষ্ণব-গ্রন্থশিংনা প্রমাণ তৌরি। অসিগুম্বা ভক্তিরস মথল ৭ অসিসু শান্ত, দাস্য, বাৎসল্য-নচিংবা অথোইবা ভাব মখল মঙাদগী পোকপা ঙাকনি। গৌণরস ৭ অসিদি করিগুম্বা থৌদোক অমা থোক্লকপা মতাংঙদা ঙাইহাক্কী ওইনা লৈবনি, মতম পুন্নমক্তা লেঙদনা লৈবদি নত্তে। মসি ঐথোয়গী গোষ্ঠ লীলা ক্রমদসু মতাং মতাংদা থন্না থন্না অতুম্বক য়াওরি। মসি পুন্নমক ভক্তগা ভগবান-গতদা ওইবা রসমক্তনি।

## ঈশৈগী শরুক

লোল—শ্রীগোবিন্দজীগী গোষ্ঠ-লীলাক্রমদা শীজিন্নরিবা ঈশৈ পুন্নমক সংস্কৃত, বাঙ্গলা ঙাক্তনি। মসিগী মনুংদা বাঙ্গলা পদাবলীগী লোন্দানা অমুক অয়াম্বনি। শীজিন্নবা লোন্দা হিন্দী অমদি ব্রজভাষাসু য়াওই, মখোয় অসিদি ছন্দ পান্দুনা ঈশৈ ওইনদি শরুনে।

ঈশৈগী মনুংদা ঐখোয়গী ওজাশিংগী লমাই ওইবা খুৎশেমস্থ খরা য়াও-দবদি নত্তে।

ঈশৈগী ছন্দ অমাম্বা মনোহর সাহী ছন্দনা নম্মী। ছজীক উরিবা গোষ্ঠ লীলাগী অমাম্বা ঈশৈনচিংবদি স্বার চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ সনা হাক্তক্তা মপুং ফাবা ওইখি। জগোইগী শকক্তা বৃন্দাবন-পরেংস্থ নিংথৌ অসিগী মতমদা শেমখনি। মচাইবুংত্তো শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংহ সনা হাক্তক্তা 'এক-দিনে দাবানলে অম্রা মৈলে প্রাণদান পাই, ক্ষুধাকালে অন্ন কুথা হৈতে আনে। যাওগো ভবনে এনি দিব বেলি অবসানে।" হায়রবসি ওজা মৈরাবনা হাপখিবগী রারী লৈ। মচাইবুংত্তো চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্তা মতম অমগী ব্যবস্থাকারী কামপালনা পোকপা পৌলহা ঠাকুর ( ব্রহ্ম-সভাগী রত্ন ) না গোষ্ঠ বিদায়গী মতমদা বলরামদা শিন্নবা মরোল 'শৃণু মম বল বাক্যং বালকানাং বলিঙং গিরি জল বনমধ্যে রক্ষ কৃষ্ণং মদীয়ং' হায়রবসি হাপখি। মথক্তা উৎলিবা ঈশৈ অমি অসিমক পদাবলীদগীনি, পদকল্পতরুমচিংবদা তম্বনা থেংনৈ।

অমুম তৌনা অহানবা হৌখিবা মতাংমক্তদদি হেক্তমক মপুংমরৈ ফাবা হায়রবহ ওইরক্তবদগী মথং মথং কোন্না অমুম অরাৎপা হাপচিন্দুনা মপুম ফাবা মওঙ ওইহল্লকপা অসি পোৎ পুন্নমকী হৌনবনি। জগোই রাসকী মতাংদস্থ অসি মওায়, মতুংদা পাম্নবকপা নিংথৌশিংনা অমুম অমসু অরাৎপা মেনশিন্নরক্তুনা ছজীক উরিবা কজরবা মশক অসি ওইখ্রিবনি। অমুম তৌনা স্বার চূড়াচাঁদ মহারাজ সনা হাক্তক ফাও-বদা রাস অমসুং গোষ্ঠ-লীলাগী মশক শেমগৎ শাগৎপগী মওঙ অসি চথরম্মী। কুলচন্দ্র মহারাজগী মতমদা ওজা মাইবম কৈফা, স্বার চুড়াচাঁদগী মতমদনা নিত্যাইপাদ সনা, খোংলেন শেলুংবা—গুরুশিং অসিনা ঈশৈ য়াম্না হাপকংখি। মন্থ ঐখোয়না ছজীক উরিবা অসিদা অচৌবা শরুক রারি।

অমুম তৌনা নারদনা রামকৃষ্ণবু শঙ্গোম শুম্বা তম্বীবদগী হৌনা মধুমঙ্গল খেল লোইবা কাওমদা লৈরিবা নন্দালয়গী কুম্মৈ মখৈদদি

ঈশৈনচিংবগী মরীকচুম্না ফজবা থোকই অমসুং বাৎসল্য-রসকী অণ্ডকপা হুংশিবনচিংবসু মপুং ফাহনগ্রে অদুগা লম থোক্লগা শাবা গোষ্ঠ-ভঙ্গী অমদি গোষ্ঠ বৃন্দাবনগী মতা দদি ঈশৈ অসি ইয়াও য়াওদবগুম থোক্লনা ওসি ফাওবদসু অদুম্মক মরাইবক থীনা লৈরে। লমহাওগী কুম্মৈ ওইখিবনা অয়েংবা ভাবকসু, ওজাসু, অণ্ডাংসু পুমলাও অদুম্মক লাওমিন্নখয়ে— মদু গোষ্ঠলীলা অসিনা হেক পোকখিবা নুমিত্তগী হৌনা-ওসি ফাওবা অদুম্মক তোকপা লৈতনা লৈরকলি। মরম অদুদগী ওইরমাম্লে—ঈশৈগী মতাংদদি ওজাশিং কনানসু মশোমদা য়েংশন্নবীখিদরে। পোকওৈদগী লোয়নজরক্লবা পদাবলীগী ঈশৈপদ অমখক্তং ছন্দ ওন্না ওন্না হন্না হন্না অসুম শকপনা লোইরে। মসি শাকলিবা সূত্রমখৈসু তল্লে, তাৱিবা মীনসু নুংঙাইত্রে—অসিমক্তদা নুংঙাইতবা মওঙ অসি কোক্লবা পাম্বৈদি কম্বিনো— কনানসু খন্তনবিদে। অরাৱনি। অণ্ডাংশিংনা তন্নদা রাজৱিবসু মসিনি, মতু দা চাউরক্লগা মশাগী মরল ওইনা অমদি মতুনা মাগী মিংচৎ ফংবা য়াবা পোৎশক অমা ওইনা লোয়নজরগদবদি ভঙ্গী জগোই অনি অসিতনি। গোষ্ঠ লীলা তম্বীবা ওজাশিংনা হুমাং তানৱিবসু জগোই তম্বীবা মতাং অসিতদনি। অসুম্না রানা থা ১। ২ চওনা, ফীবুন চাবমখৈ তমতুনা হৈয়রগা ঈশৈদি য়াওবা কৌবনা শাৱিবা জগোই অদুগী মথৱায় হাপ্লিনবা রাৎপদগী শান্নবা ৬ মিত্তুদি নহৈ য়ান্নবা, হামচৎনবা, অর্থ লৈতবা, চুম্না চোং-ফনবা অণ্ডাংগী কুম্মৈ ওরতুনা তোক্লে। রাসকী ভঙ্গীশিংদা লুমলিবা, লেমলিবা, চীক্লা ঈংলিবা মতৌশিং অদুগা য়েংনরুরবদি গোষ্ঠ ভঙ্গীদি তেবা মফোনদগীসু হেন্না রাংগ্রে। রস অমমম ওইবনা খেন্নফম থোকপা লৈরবসু মাগী মাগী রস অদুদা অদুম্মক অৱেম্বা ফজবা মশক্তি লৈফম থোকপনি। হান্নগী ঈশৈ অসিসু পদাবলীদগীনি, গোষ্ঠগী ক্রমদা য়াওবনি। মরী লৈনবা ঈশৈশিং থিরগা অচাবা রসদা, পরুবা ছন্দদা অপাম্বা ঈশৈ অদুম্মক শীজিন্নবিদুনা মত্তিক চায়বা ওজাশিংনা শ্রীগোবিন্দদা কৎপিরবদি মদু অচৌবা পুণ্যগী থবক অমা ওইগনি। তৌবতদি মদু, চৎনবী মতুংইন্না লৈবাক নিংথৌ থওনা তৌগদবনি।

## জগোই

**গোষ্ঠ-লীলা**—নৃত্য-নাট্যনি। য়ামকৃষ্ণবু শজোম শুম্বা তন্বী-মলগীনা মধুমঙ্গল খেল ফাওবনা নন্দগী শঙ্গাইদা তৌবা লীলাক্রমবু শৃপচিন্না উৎপা নাট্যগী মওওনি। মসিদা অভিনয়গী শরুক য়াম্না য়াওই। অদুগা লমথোকপা মতাংদনা জগোইগী শরুক্না অয়াম্বনি। মথক্তসু হায়গ্রে, মতাং অসিদদি ঈশৈগী শরুক য়াম্না রাংলি। খরদং য়াওরিবা মতুসু জগোইনা মতুগী অর্থ তাকপগী থবক তৌদবনা মতু অযাম্বনা অর্থ য়াংদবা জগোই—নৃত্ত ওইনা লৈ। লমহাওদা সখাশিংনা শান্নবা শ্রীমদ্ভা-গবতনচিংবনা বর্ণন তৌরিবা মওওশিং অদুগী শৃপচিনবা মওওদা জগোই ওইনা পুথোক্তুনা উৎপা ভঙ্গী অওকপা সৃজনশীল শক্তি অদু অয়েংবা মীনা কনমক খওনবা ওইদুনসু, অরুবা তাল লয়নচিংবগী মায়কৈদা য়েংবদসু অরাংদা থোক্না উদদুনসু মতিক চাবা ঈশৈশিংনা মখোয়গী মথয়ায়দি হাপ্পিত্রবগী হৌনবা অরাংপা অমদি ইরৈত মরৈবা ওইনা অউবনা পেন্নদে।

অসুম্না অহানবদা গোষ্ঠ ভঙ্গী শাবগা অকোনবদা গোষ্ঠ বৃন্দাবন পরেং শাগনি। ভঙ্গী অনি অসিমক য়াসকী অচৌবা ভঙ্গীপরেংগা বৃন্দাবনপরেংগা হাইফেৎমান্নবা পূংলোন য়াওরবসু জগোইগী মতাংদদি করিসু মান্নদে। মমিং মান্নবা উববসু মশক্তি তোঙন্নবা মওওদা লৈ। য়াসতা শাবা জগোইনা 'লাস্য'নি গোষ্ঠগীনা 'তাণ্ডব' নি। অদুমদি ওইরগা তাণ্ডব ওইরবসু অওাং ওাক্তনা শাবা ওইবনা মসিদদি অশেংবা 'শুদ্ধতাণ্ডব' শাদে, 'দেশী তাণ্ডব' হায়বা অদুনি। পার্ব্বতীনা শেম্লম্বা 'দেশীতাণ্ডব' হায়রবসি অশেংবা তাণ্ডবতগীদি থোংপা নৌথবা অদুগা লাস্যদগীসু খরা কনখৎপা নূপীনা শাররবসু য়াবা অদুগুম্বা মশক্তি। গোষ্ঠগী জগোই অসি হায়রিবা অসিমক্তি।

মক্তুবা শবদ থাগী অশংবা লমহাওদা, কুমিদাং রাইরমগী মেওলবা মুৎশা মণ্ডান্না য়ৈবদা ইরং ইরং লংলবা-নিঙখিবা নটবর বেশনা লৈতেংবা, হুংশিবনা চোন্নবা তনৌ তনৌব অভাংগী ফুগায়না শাংপা

মায়থোং লৈয়াংনা লীক লেংবগুম কোয়না লেপ্তুনা সনাগী মণি পরেংগুম লিক নিক লাউনা, বুথ মথক্তা ওাল্লিবা শ্রীরামকৃষ্ণ অনিগী মাঙজা, নীংথিবা তাল-লয়দা চোংনা ফন্না জগোইশাবা মতৌ অত্তুদি অউবা মীগী পুক্নীংদা অঙকপা হুংশিগ্রবা রস অমা ফাওরকই। অসুম্না শারিবা ভঙ্গী মথল অনিগী জগোই অসিবু কুপ্না য়েংশিল্লবদি উবা ফংই—জগোইশিং অসিদা যণশেন্নহাশিংনা লমচাঙদা কোয়না শান্নবগী মওঙ নীংথিনা মমি তাই। কাক মাঙজোংগুম ফন্নগা খূবাক খুহনা কৈনা কৈনা চোংবা, কৈগন নামদা খোঙ-নামা থাংগৎলগা খুংনা বংশীমুদ্রা শাহনা কোয়না লৈবা অসিগুম্নসি অমাংগোম্ন (ভাগবতকী অস্পৃশ্যত্ব) তান্নবীগুম্বা শান্নবদা তাল্লিবা মীবু অচেনবনা থৌইওইখীদবা—'নঙগুম্বদি সে, হায়না লঙনবীবা অহুগুম্বা মওঙনি। মথক্তা হায়খিবগুম্না শাম্নিবা জগোইনা ঈশৈ লোয়নদবনা অর্থ তাকপা জগোইমক ওইদত্নুনস্তু শ্রীমদ্ভাগবতনা উৎলিবা গোষ্ঠ-লীলাদা ব্রজসথাশিংগা ভগবানগা শান্নখিবা অমাম্নগী মতৌদি মসিদা মমি তাই। মসি নৈতৈ ওজাশিংগী অঙকপা খুৎশেম্নি।

গোষ্ঠ-ভঙ্গী অচৌবা—মসিগী জগোই মপূম অসি জগোই মথল ৫৭ না শাই। ৩৭ অসিগী মনুংদা ঘাট (অথান্নবী) গী মশীংনা ৯ থকনি। অথান্নবী ৯ অসি পুংলোনতদা মান্নবনি, মথং মথং চপ্থরকপদা তোঙান তোঙানবা লয়চৎতা তোঙানবা জগোই ওইনা লৈ। ভঙ্গী অসি অহানবদা বিলম্বিতনা হৌরগা মধ্যলয়দা হৌহনা দ্রুতদা লোইগনি। অতুমদি ওইরগা মসিগী দ্রুত মথল অসিদি মথাদা খরা থুজিনবা অংগী মখৈতনি, অশেংবা দ্রুতমক্কী মশক্তি নত্তে।

ঈশৈগী শরুক্তা

ফরনা হৌবা নোংগী লক্তা
কীজোন নোংথাঙ কুপলিয়ে
মথেক অহমগী শাথেক্তা
চুড়ানা শেপলপ ওাল্লিয়ে॥ (শাম নবজলধরগী অর্থ)

পদ অসিনা ছন্দ ওন্না ওন্না লয়চংকী মতুংইন্না ভঙ্গী লোয়রবা কাওবা শরুনি। নং ৩২ শুবা জগোই—'গিন্ন গন্ন ধিন ধেনতা তেনতা ধিন' অসিনচিংবা য়ৈরকপদা শাবা জগোইগা কোয়না সথাশিংনা শ্রীদাম সুদাম বলরাম, দ্বাদশ গোপাল দ্বাদশ নাম' হায়রবসি হেক হেক লাউগনি। (*)

গোষ্ঠ-বৃন্দাবনপরেং—জগোই মপূম ২২ নি, অমুগা চালিনা অহুমনি। ঘাটকী মশিংনা ৮-থকনি। মসিদসু লমচং অহুমনি। অহা-নবগী বিলম্বিত অসি ভঙ্গীদগী অমুকা হেন্না তপথে। লোইশিল্লকপা চালিগী শরুক অহুদি মধ্যাদা খন্না থুজিনবা অহুগুম্বা দ্রুতগী চাংচত্তা লৈ।

য়েংগদবা—বৃন্দাবন পরেংগী নং ১৫ শুবা পুংলোন "গিন্নগন্ন ধিন থেনতা তাথেন তাধিন থেনতা তা" হায়রবা অসিদা লোংলৈ জাগোই শারগা মাঙদা চোংশিন্দুনা ফম্বদগীনা হৌগত্তুনা উপলৈ লৈবা লোইবা কাওবদা—'রামকৃষ্ণ গোবিন্দ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ গোবিন্দ' হায়রবসি হায়গনি। মসি অহুমকনি। খণ্ডগদবা অমদি—গোষ্ঠ-ভঙ্গীদসু, বৃন্দাবন পরেংদসু শারিবা জাগোই পুন্নমকী পুংলোন পুন্নমক ৭৩ লক হল্লিন্না য়ৈগনি, জগোইসু অহুমকনি।

ঈশৈগী শরুক্তা— গোষ্ঠবৃন্দাবনপরেংগী তোঙানবা ঈশৈ অমা লৈতে। গোষ্ঠভঙ্গীগী ঈশৈ অতুনা চানবা ছন্দদা অহুম্মক শকনৈ। ভঙ্গী লোইরগা চালি তারকপদা মথাগী অসি শকনৈ মতুদি—

শারে জগোই নীংথিজরে
শ্রীদাম সুদাম সুবল মধুমঙ্গল ॥
মুংঙাইরে মুংঙাইরে
হরাউ মথোই কানরে ॥

বৃন্দাবন পরেংগী জগোই অসি লোয়নবা ঈশৈ রাওরমদ্রবমু থোল্লিবা মিং অসিনা তাকপদি বৃন্দাবতগী বর্ণন তৌবগী ভাবনি হায়না

(*) দ্বাদশগোপাল— শ্রীদাম, সুদাম, সুবল, মহাবল, সুবাহু, ভদ্রসেন, স্তোককৃষ্ণ, অংশুমান, লবঙ্গ, মহাবাহু, গন্ধর্ব্ব অমসুং বীরবাহু।

লৌবা য়াই। য়াসকী বৃন্দাবন পরেংস্থ হায়রিবা মণ্ডও অসিমক্তি। মরম অদুনা বৃন্দাবন বর্ণনগী মতিক চাবা ঈশৈ শেমদুনা কংলবদি মসিস্থ থোইনা দোষগী মশক ওইগনি নীংদে।

## গোষ্ঠ-লীলা কনানা হৌদোকখি—

শ্রীগোবিন্দগী গোষ্ঠ-লীলা কনানা হৌদোক্লগে হায়বগী মরীদা শ্রী৺রামকৃষ্ণগী যুগল আরতি খুদীংমক্কী ঈশৈদা শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংহ মহারাজগী মিংনা ভণতা তৌরম্বা উনবদগী নিংথৌ অসিনা গোষ্ঠ-লীলা হৌদোকখিবা ওইনা অয়াম্বনা লৌনৈ। শ্রীরামকৃষ্ণগী যুগল মূর্ত্তি অসিদি মঙ্গাইবুংগো চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহ মহারাজনা খৃ ১৮৬৮ দা নিরূপণ তৌখি। লাই শাখিবা চুংখা লুংলা অমসুং বাচস্পতি মাণিক শর্ম্মা কারিকর শঙলাকপা অনিনি। চূড়চাঁদ মহারাজনা পানবা তৌবা মতম কাওবদা হিংলম্মী। অদুনা মূর্ত্তি স্থাপন তৌদুনা অষ্টকাল সেবা কংলবদা আরতি অক্তমগী ঈশৈ শেমদুনা কংখি, মসিদা মবাইবুংওগী মিংনা ভণতা তৌখি। নিংথৌ মশামক হিংলিদ্রেদা মশাগী মিং হাপ্তুনা রচনা কংপা অসি চংনদে। অদুনা চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহনা কংপা শোংলে। অদুগী মথক্তা লাংকদবা লাই লৈত্রিদ্রেদা হান্না আরতিগী ঈশৈ লৈরম্বা য়াবা মরনস্থ লৈতে। মসিনা আরতিগী ঈশৈনা প্রমাণ তৌনবা য়াদে হায়বগী মরমনি।

অনিশুবা অমনা অরানা ঠৈঠৈ লৈবাক চাইথাযদুনা চহি ৭ খুম্বাকলুবদগী গম্ভীর নবসিংহ মচৌম্নন'উ অনিনা অরা লাম্মী পূম্নমক তকথায়দুনা মণিপুরবু অমুক উদ্ধার তৌরবদা গম্ভীরসিংহনা ধর্ম্ম-কর্ম্ম অমদি লৈবাক য়াথেন লৌদাগী মচম পূম্নমক হান্নগী মওঙ্ত তানবা হোৎনখি। গোষ্ঠ-লীলাস্থ অমুম্না পুমনো নৌনা অমুক শেমগৎপা তাখি। হায়স্থ মদি কংপদি কংলগা অদুক হান্না মপুম মরৈদি কানা লৈরমদবদগী, অদুগী মথক্তা চহি ৭ চুপ্পা লৈপাক কায়দুনা লেপ্লুরবদগী

লুয়ারগী মওঙ অহুমকন্থ য়ানা হোৎনহুনা নীংশিংনরগা অনৌবা কুয়ারম অমুক হাপকরকনা মওঙ তানবা শেমগা হুনৌ নৌনা সনা হাক্কক অগিরা কৎখিবদা মীরৈবাক মচা শিংনদি মহুনা অহানবা ওইনা উবদগী, লৈরাকে অসিগী মীনম্থ লানগায়গ্রি-ঈওদা মপোয়না উনখিবা মশক অহুদগী অনৌবা শকলোন ওইনা মপূং মরৈ ক্লানা উনবদগী মসিবু গম্ভীরসিংহমক্তা হৌ-দোক্লুপা ওইনা অহুম্মক লৌনবা যাবা মরম চাউনা খোকখি। মথাগী মঙ্গলাচরণ মরোল অসিনম্থ মসিবু অমুক্তা হেন্না চেৎশিলহল্লি—মহাদি—

'শ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্র-নৃপেন্দ্র চূড়ামণি (:) তস্য নন্দন (:) শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংহ-মহারাজ-মানস তৎ কর্ত্তৃক গো'চারণ-লীলা বাল্য-পৌগণ্ড-কৈশোরভূত বিশেষ বিগাব বর্ণনং শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহ মহারাজ-রুরং-বুলং অত্র প্রসঙ্গ (• করোমি।"

মসি মহারাইবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহ সনা হাক্কক্তা কনাগুম্বা পণ্ডিত অমনা শেমহুনা গোষ্ঠ লীলা-ক্রা ত'রমদাইদা সূত্রনা মঙ্গলাচরণ ওইনা হাড়াদা থীনবা ওইনা অরিবা কোর্ব্বক্তা লৈরম্বা থেংনবনি।

অদুবু সাহিত্য পরিষদনা কোঙবা চৈথাবোল কুম্বাবা লামায় ১৭৪ দা মধুচন্দ্রনা পানবা মতমদা খৃঃ ১৮০৩ সেরাগী ১৭ নি পানবা ইরাইদা অঙোমগী যণশেনবদা মিপুথোং তেক্কুনা পালা অয়াম্বা তাহুনা মী ২ শিরগী রা য়াওরি। হায়রিবসি গোবিন্দ নিক্কণ তৌবা মতুং চহি ২৪ অদুগা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা সিংহাসন থাদোকখিবগীদি চহি ৭ তা ওয়ারিবা মতমগী রানি। মসিনা শেংবা তারবদি গোষ্ঠ লীলা অসি গম্ভীরসিংহগী মথক্তাদি ওইগম থোকপে। থোং তেকপা হায়বসি লম থোকপগী মীবাম পূরা লানবদা অকাম্বা পুবা ওমদহুনা তেকপনি। মায়বা থোদোক অমম্থ স্বরচূড়াচাঁদ সনা হাক্কক্তা চাঁংঙা লম্পাক্তা লম থোকপা লাকপদা পীশুম-থোং তেক্কুনা মী শোক্লখি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগা মধুচন্দ্রগা অনিগী মরক্তা পানখিবদি লাবণ্য মহারাজনি। লাবণ্য অমম্থ মধুচন্দ্র অনিগী মতমদা অসিগুম্বা অচৌবা কুম্ব-কিয়োং

অমা নৌনা পুথোক্লরগী রাদি লৈতে। মরম অসিদগী গোষ্ঠ লীলা অসি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা হৌদোক্লম্বা ভাই হায়রসি লায়না অক্ষমক খঙনবা ঙম্মী। অহুম ওইনমক মথক্তা পনজখিবগুম্বা অহানবা পুথোক-খিবা সনা হাক্তক অসিদদি হুজীক উরিবা অসুম্না হেক্তমক মপুম মরৈ কাখিবদি নত্তে। মদুগী শাংলবা চহি ৭ লৈবাক কায়রবগী তুংদা মজা-ইবুংঙো গম্ভীরসিংহনা পুমনৌমক নৌই হায়বা য়ানা অমুক শেমদোক্লুনা কংখি। মতুংদু অমুক মজাইবুঙো চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহ মহারাজনা অনৌবা ঈশৈ নোংমাইনচিংবা কয়া কয়া অমা হাপচিন্দুনা নন্দালয়গী কৃষ্ণদা মপুম কারবা নৃত্য-নাট্যগী শকফম পুরক্লবা হোংনখি। অসুম তৌনা মথংদা পাল্লক পাল্লকপা নিংথৌশিংনা মাগী মাগী মতমদা অপাম্বা রসতা হাপনীংবা ঈশৈনচিংবা হাপকংনবকখি, মতু স্যার চূড়াচাঁদ মহারাজগী সনা হাক্তক কাওবদা অসুম চথরকখি। শ্রীভগবানগী লীলাদি বৈষ্ণব ভক্তশিংগী ভাবরাজ্যদা শান্নবা ঙাক্তা ওইবনা বৈষ্ণবশিংনা মানা মানা পামজবা রসকী অনৌবা মশক কয়া কয়া পুথোক্লহুনা, মহুনা শ্রীভগ-বানগী সেবা পোৎলম শক্তুনা কংনবসি মতম পুম্নমক্তা লীলা অপুম্বদা ওইবা য়াবা, ওইহুনসু লৈরিবা অহুগুম্বা মশক্লি।

মথক্তা নৈনরিবা খরা অসিনা গোষ্ঠ-লীলা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র সনা হাক্তকীনি হায়রসি খঙনবা ঙম্মী।

## গুরু প্রণালীকা

ঐখোয়না খিবা রাংপদগী জগোই অসিগী অহানবা ওজা কনানো উৎপা ঙমদে। তৌবদি মফম অহু রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা অধিকার তৌ-কম থোকই। থেংনবা কোর্বেক অমত্তদসু মসিদি উৎপিরম্বা মরৈত্রে। মরম অহুনা অখঙবা অহল্লম্নদা হংহুনা লেপচবা নত্তনা উপায় লৈতে। মওঙ অসুম্না খিজবদা পদ্মশ্রী গুরু অমুবীসিংহনা তাকপিবা প্রণালী অমা উৎচরি মহুদি—

**শ্রীযুং ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ**

সনা সমীরাং

অয়েকপম লৈবাকমচা সিংহ

সনা চন্দ্রহাস — মাইবম কৈকাসিংহ — অয়েকপম চগেমতোন — মেরী শেল্লুংবা

ঝুলনমচাসিংহ — তোলেনমচা শেল্লুংবা — চকপ্রম তমাল — থাংজম উদ্ধব — শলাম চাউবা — য়াইমজাউ

রেবতী ঠাকুর — খোংলেন শেল্লুংবা

হাওবম ইবোয়াইমা — লাইশ্রম কুলবিধুসিংহ — নিংথৌজম থম্বৌসিংহ ( শীম্নবা )

হুইরেম লালাসিংহ — লোংজম তোম্পোকসিংহ — মাইস্নাম অঙাহল সিংহ

লাইথক থিবনা শুক অমুবীসু সনা সমীয়াংগী মথক কাওবা মৈ-থংপদি ওমথিদ্রে, অরাংপা অমা নক্রগা অনিদি মরৈরে হায়বা খঙলে মরমদি—সনা সমীয়াং অমসুং অযেকপম লৈবাকমচা অনিমক স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ সনা হাক্তক্তা পুথোকখিবা চৌষট্টি-রস শকখিবদা য়াওবা ওজা ওাক্তনি। মতম অহুদা ফনমক অহল ওইহুনসু মথক্তা পঙশাং শাংনা লৈথংসুবা য়ানা থোকই। খনবা য়াবা অমদি গম্ভীর সিংহ সনা হাক্তক্তা ওজা মৈয়াবা হায়বা অহল অমা লৈরম্বগী য়া তাবা কংই। মহাক্না ঈশৈ হাপখিবগী য়া মথক্তা পনথ্রে। মহাক অসিনা গোষ্ঠগী ওজামক ওইরম্লবদি অচাঙবা অসি লৈয়রোই। অদুবু ওজা অসিগী অশেংবা পরিচয মক্তি ফংদ্রিবনা থৌনা য়াংনা লৈ।

## পাত্র-পাত্রি অমসুং ফিজেৎ লৈতেং

মথংদা শ্রীগোবিন্দ, গোষ্ঠ লীলাক্রমগী পাত্র-পাত্রি অমদি ফিজেৎ লৈতেংনচিংবগী মরমদা শম্পৎপা য়াবম খরদং উৎলগা লোইশিন্নরি—

পাত্র-পাত্রি—গোষ্ঠ লীলাক্রম অসিদা নন্দ উপানন্দ, সুনন্দ, নারদ, বালবাসু, দ্বারী, ব্রাহ্মণ কৃষ্ণ বলরাম, শ্রীদাম, সুবল, স্তোক-কৃষ্ণ, মধুমঙ্গল, বিশাল, অর্জ্জুন অমসুং সখা ময়াম, ধেনুকাসুর, বকা-সুর, যশোদা, রোহিণী।

য়েংগদবা অমদি—অচোবা মাগুব ময়ামদা মশীং লাকওমদবা তাবক মীয়ামগী মীনিল নমতংনবা অমদি য়েংবদা মিং খরবা মওজা, মী অমত্তগী মহুত্তা অনি অনিনা শাই। ঈশৈ শকপা অমদি অভিনয়-নচিংবা তৌবদা অনিনা তমা শাহুনা তৌই। শ্রীদাম, সুবল অমসুং স্তোককৃষ্ণ, অনিনা অমা শাবা ওংকনি। নুপীগী শকক্তসু যশোদা রোহিণী অনিথোক্তুনা পুন্না যশোদা মথক্তগী শরুক্তা অনি চঙহুনা তৌই। অতৈদি অমমমতনা অংম্মক তৌই।

### ফিজেৎ—

নারদ—গেরুয়া শঙবা ফৈজোম শেৎলি, নামাবলীনা খাওন ওয়া ইন্নগা ফীজীন অনিমক মাঙদা কিশি কিহুনা ইনগনি। শম অমসুং

অশাংবা কোই অঙৌবা হাপকনি। নামাবলীগী মচুঙ্গী কাঁজাঙ্গবনা গেরুআ ইন্নফি শীজিন্নবসু নামাবলী অমনা অমুক মথক্তা কুপ্পৈ। তুলসী মালানা খুদাংদা য়েংশিনগনি, চক্কসু শিগনি, য়েংকী খুত্তসু তাম্লপুন্না খংনা খংনা জপ-মালা অমা খুৎ কায়রক্তা য়াম্বহনবসু য়াওই।

বালবাসু—মমায় মমিংনচিংবা মশা পুন্নমক উং তৈগনি, কোকথাবী শম হাপকনি, কোই য়াওরোই। চেক মচুগী ফি মচা অমনা কৌপীন শেংকনি, ওইগী নাকন্দা কিশি কিগনি। লেংবান্দা ঝুলি অমদি কমণ্ডলু য়ানগনি। য়েংকী খুত্তা জপ-মালা অমা পায়গনি।

দ্বাঁরপাল—চুড়িদার পায়জামা উপকনি, হকচাং নপ্পী বগল-বন্ধিগী ফুরিৎ লীৎকনি; কোয়েৎমচা মমা য়েংকনি, লুভুং থাদগনি, নাকন্দা থাঙ য়ানপনি খুত্তা লেপমুক য়াংবা দণ্ড য়াকক অমা পায়গনি।

ব্রাহ্মণ-পুরোহিত— অঙৌবা ফৈজোমনা তুংদা গুজ্জা য়েপ-খত্রবা শেংকনি, বগলবন্ধী হকচাং নপ্পী, অমা লিংকনি নাপু মচুগী পাগড়ী অমা যেংকনি, নামাবলী চক্তো য়াম্ভগনি, লাইরিক পায়গনি।

নন্দ—চামায় অঙৌবা শেংকনি। অপাবা ফিগী বগলবন্ধী ফুরিৎ অচোনবী ( সকলিয়া হায়না খঙনবা ) লিংকনি। নাপু নত্রগা অঙাওবা মচুগী মৃগাফি-মচা অমনা খাঙদা লাকশিল্লগা য়েংতা ফীজীন তাহনগনি। রুলেং হায়বা কোয়েৎ অত্ন য়েংকনি, লুভুংদা ফীজীন থাদগনি। কোয়েৎ মথক্তগী য়েংকী লেংজুম থরা হেম্বরপ তৌনা লাতীন মরী অকয় য়াম্বহনকনি। ( লাতীন--লা নত্রগা শংম্রে মনা নত্রগা য়ামতুলসী মমানা শেম্বা অপীকপা মরি জাৎ অমা )। অপাম্বা মচুগী মৃগা ইন্নফি অমনা ফুরিৎ মথক্তা থাওন ওন্না ইনগনি। নিংথৌগী মনা মথুম ফংবা মীনা শারবদি থামেন চৎপা শেংপা, খুজেংদা সনাখুজি পোপচাউবী, পাম্বোমদা সনাগী তাল পুনবসু চংনৈ।

উপানন্দ, সুনন্দ—অনি অসিগী ফিজেৎসু নন্দগুম্মী। খেন্নবদি মথোয়না কোয়েৎ আজমেরী য়েংলি, নন্দগুম্না ফুরিৎ য়াম্না ফেন্না

ফেন্দে লাতীমসু কোয়েংতা হাপ্পে। খাঙলাকসু পুন্নোই। নিংথৌগী মনা মথুম কুংবা মীওইমক ওইরবসু সনা খুজিদগী হেন্নে ফারজি পুন্নবা যাদে নন্দগা খেন্নহনগদবনি।

যশোদা—রোহিণী—রাসকী পোৎলোই কুমিন শেংলনি, রেশম অশংবগী ফুরিৎ—থবাক খায়বী পান্থোম তংখায় ককপী লিং-কুনি। ফুরিৎ অসিদা মশা পুন্নমক চমকি থিনগনি, পাজিনগা, পান্থোম সমনুং খাঙদোনগদা মি শেল মথুমনা ফীজিন ওইনা হাপকনি। কোক্তা কোক্তুম্বী হাপকনি, সনাগী কুণ্ডল নাইন য়াননি, সনাখুজি লোপ-চাউপী শিগনি, পান্থোমদা সনাগী-অনন্ত হাপকনি, থবাক্তা সন্নাগী লীকথাঙ পবেং শিগনি। খামেন-চৎপা ফৈজোমনা কুমিন মথক্তা কোযনা শেৎলগা অরম্বা মচি অমনা মাখ উহন্দনা কোক খুমগনি। খোঙদা যাবোং থাগনি, অতৈ খোঙগী লৈতেংসু তৌগনি।

স্যার চূড়াচাঁদ সনা হাক্তক্তদি ব্রজনাইগী ফিজেৎ চপচানা শেং-হনখি। মনাউ ইবেম্মা ধনপ্রিয়া মহারাণীনা যশোদা শাবদদি অচম্বা মওঙদা লুপাতনা লৈতেং শেমহনা থোনখি, সনা য়াওখিদে। থৌরাণী কুমারী চৌবীনা রোহিণী শাখি।

গোপ-ফিজেৎ—কৃষ্ণ-বলরামনচিংবা গোপ পুম্নমক শ্রীশ্রীগো-বিন্দগী নটবর-বেশ অদুগা চপ মান্না শেংকনি। মুকুট, চূড়া, কাজেংলৈনা কোক্কী লৈতেংনি, লতুংদা চে অতোবনা শেম্বা শমজিং-মাল্লগনি। বলদেবনা মৃগা-ফৈজোম অশংবা, মধুমঙ্গলনা যুগী মৈরি মচু অদুগা কৃষ্ণনচিংবা সখা অতৈ পুম্নমক্তা সনা ফীগে শেংকনি, মপাল অশংবা চনগনি। সখা পুম্নমক্কী ফৈজোম গুঞ্জা মাঙদা চোন্না থাদগনি। খাঙদা ধড়া পুনগনি কৈগন মক অনিমক্তা তাহনগনি। হক্চাং নাকন অনিমক্তা খাওন অমি ওক্তা কারণ হক্কুনা পান্থোম মথা মখাদা য়েংলনা নমন্নুনা য়াম্ভগনি। (*)

(*) মসি শ্রীমদ্ভাগবততা বর্ণনা তৌরবা চয়ো নাচবা হায়বা 'শিকা' হায়বা য়ুলিস্তবা থাউ অদুগী মশাক্ত হায়না পাণ্ডতশিংনা মত্ত পীবি। খাঙলুম অসিগী মমংদা থাউ অমদি অদুমক য়াওবনা চুবদ্ব য়াই।

মসিগী মথক্তা খ্বাঙনপ অশাংবা হায়রবা অমা লাকশিন্দুনা গুপ্তা মথক্তা য়াম্থহনগনি, মথক্তা খ্বাঙগোয় অমা অমুক লাকশিনগনি। লেবোন্দগী কারণ য়াম্থরকপা থবাক মরায়দা মিংশেল হাপ্লা পিশিন্দ্রাঙ্গী মরী অনিনা থবাকী নাকল অনিমক্তা মরী মরী য়াম্থহনগনি। নাদা কুণ্ডল নাইন য়াম্থহনগনি। খুজেংদা সনাগী খুজি, পাম্বোম অনিমক্ত। ভাল পুনগনি। খুজেং অনিমক্তা কাব্রংগা কিনায়গা য়ায়নুনা শেম্বা 'রক্ষা'স্থ পুনগনি, মরী চোম্থহনগনি, অসিগী মথক্তা খোঙ অমসুং খৃৎকী লৈতেংস্থ য়াংঙনা শিগনি, নূপুরস্থ শিগ্নি। বলরামনা লাঙ্গল অমগা কৃষ্ণনচিংবা গোপ অতে পূন্নমক্লা যনশেঙ্গে অমসুং বাঁশী পায়গনি। কৃষ্ণগী বাঁশীদি মতোন ওইরপনা শিঙ্গাস্থ নপশিনগনি।

সূত্র-ফিজেৎ—কৈজোম অঙৌবা শেৎকনি, ওয়গী নাকন্দা গুপ্তা মতোন য়েপখৎকনি, অঙৌবা মচুগী ফুরিং খ্যাং লাওবী লিংকনি, হুকচাং নাকল অনিদা কীজীন অনি তাহন্দুনা নমগন্দনা অঙৌবা লা-ওবা ইম্নফিনা কুপথগনি। কোয়েৎ শলাই য়েৎকনি। ফি পুন্নমক অঙৌবা মক্তনি।

মোইবুং খোংবা—সূত্রগা অমত্তনি।

ধেনুকাসুর - যণ-লাবগী মকোক মান্না শাবা কোমায় অমা মায়দা উপকনি। কৈজোম অঙাঙবা নত্রগা মংগ্রামচু শেত্তুনা কৌনা ভাথৎকনি। অতোপ্পা মচু অমনস্থ মথক্তা কিশি শেত্তুনা তুংদা কীজীন লোংকনি। পাম্বোমদা থবাক্তা অমুবা মচুগী য়েখা ৩।৩ য়েক্কনি।

চূড়াচাঁদ মাহারাজগী সনা হাক্তক্তদি হিংচাবগী পোষাক তোপ্পা লৈরম্মী। অঙাঙবা মচুগী হোপ হোপ লাওবা খোঙগ্রাউ অমদি ফুরিংনচিংবা শীজিন্নবস্থ তৌখি।

বকাসুর—মচীন, মকোক অমসুং মশা পুন্নমক য়াচেৎনা শাহুনা মণ্ডহ শেম্নগা মথক্তা অঙৌবা ফি যোমশিনগনি। মচীন্দা নাপু মালহনগনি মনুংদনা ভাঙহনগনি। মবুক্তা মী চঙনবা হায়দগী হৌনা

অহোবা অমা থমগনি। মহূদা মী চঙহূনা লেপখৎকনি, মখাঙদগীনা মখোঙ হাওবদং উইনগনি। উরোক মখোঙ মচু মানবা হকচাং নম্না খোঙগ্রাউ অমা শেৎকনি। উরোক মান্না চৎকনি। মমুংদা, রাচেৎকী মতেংনা মচীন মঙকী ওইহন্নীংবা মওঙদা হেক হেক শান্নগনি।

যন্ত্র—গোষ্ঠ-লীলাদা মৈতৈ পুং অমদি ঝাল শীজিন্নবনা লোইয়ে

## মান্নবা অমদি চুমথোকচনীংবা থরা—

১। উপলৈ—উপলৈ অসি নিপাসু নুপীসু মরদা অমত্তা ওইনা লৈ। নিপানা চোংথংলগা লৈবদা নুপীনা চোংখত্তে—অসিতনি। মসিদা নুপীনা খোঙকম মরিনি, চোংখৎপা অমা য়াওবনা নিপানা খোঙকম অহুমতনি মসি থাযনদগী অহুম্মক চৎনরক্লবনি।

অকনবা নিপা থোকপা জগোইবু 'তাণ্ডব', অতপ্পা অমেঙবনা 'লাস্য' অমুন্না নিপা নুপীগী জগোই মখল অনিবুদি খায়দোকপা লৈরবসু নিপাগীনা যেৎনা শাগনি, নুপীগীনা ওয়না শাগনি হায়রবগী নিংমদি থোইনা লৈতে। নিপাগীনা কনবা, নুপীগীনা থোৎপা, নিপানা চোংবা, নুপীনা চোংদবা—অমুন্না লাইগুকনা য়াৎপিরমহূনা ঙসি কাওবসু মহূ ঙাকলি।

অতুবু, নিপা নুপী খেন্নদবা য়াদে, নিপাদি যেংকি খোঙ লৈতারগা মহূগী মতেংনা হকচাং পুন্নমক ওন্নরোমদা লৈগদনি হায়বা মত অমসু মপুং ওইবা লৈব'কী ওজাশিং খবদগী থোকুনা মহূনা অনৌবা চৎনবী অমা ওই-রকপসু য়াওবে। মওঙ মসি থাযনদগী মশাগী ওইনা অহুম্মক শেংনা লৈরকপনি, তাণ্ডবকী অশেংবা মশক্তি, অঙা'না ঙমদবদগী থাদোকখিবনি হায়রবসিনা অকনবা মসিগী মতনি।

ঘাটকী জগোই—'খিং গিন্নগর থিন ধেনতা ধিন ধেনতা ........., হান্নবা অসিনাচিংবা ঘাটকী পুংলোনগী জগোইদা খোঙ লৌ-কম অমদি লোইকম মান্নবা। মত অমনা অহানবা লৌবদা যেৎকী খোঙ খুনীংনা ওরগী মমাঙদা নেৎলগা হৌবা অহূগা খোঙদোলনা ওয়গী

খোঙ শাকন্দা নেত্না লোইরুবা। অহুম্বা মত অমনা মথক্কী মচ অসিগী ওয়া রৈনবা চৎপা হায়রবদি ওয়াগী খোঙনাকন্দগী হৌরকপা গুন্দী খোঙ মমাঙদা লোইশিন্দুনা লোংলৈ ভায়কপা।

অহানবা মত অসিনা গোবিন্দক্রমগী চৎনয়কপনি। অকোনবগী অসি কদাইদা কয়দৌনা চোইথোক্লখিবনো কনাসু খঙনহৌদবা মওঙ ওইনা তৌই। খোইনসু খয়রুদে ময়মদি, তাল-লয়দা, জগোইদা কৱি অমত্তা কায়দবগুম উনখিকদগী।

মথক্তা উৎচরিবসিনা জগোইগী মতাংগী রানি। অসি নত্তবা পেন্দবা খরসু খয়বীনবা মখাদা উৎচরি—

৩। গোষ্ঠ-লীলাক্রমদ' হাননদি রাওরমদবা মওঙ খরা খরা খেৎ চিন্নবা উনরে। খুদম ওইনা—রামকৃষ্ণবু তুম্বদগী হৌদোকপা, চাক ইনবীবনচিংবা। মহৌশাদি মসি উদূখল লীলাতদা লৈবনি। গোষ্ঠদা লাইগুরুশিংনা মতাং অসি থেংনহমদে। অমরোমদা মসি রস মপুং ফাহনবা ওইনা হাপ্পনি, দোষ লৈতে। অদুবু রাখল অমদি, শ্রীকৃষ্ণগী চহি ২ খা ৩ শুবদা উদূখল-লীলা শান্নখিবনি। কৌমারগী অনিগুবা মতাং হৌগৎপদনি। মতাং অসিদদি মসি যান্নমক চুনবা হেল্লি অঙনা উদূখলদা ওজাশিংনা অহানবমক্তদা মতাং অসিনা হৌবন্মী। ঐখোয়না কৎলিবা গোষ্ঠ অসিদি যন্নাউ শেল্লম্বা তোক্কনা যনবী শেংবা হৌয়-রুবগী কুইম্নি হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী চহি ৬ শুরবা মতমগী লীলানি। মরম অঙনা চহি মতাংনসু যাত্রম্নুনা—অমরোমদা মমানা তুম্বা হৌ-দোকপা ফাওববুদি চহি মতাং পূম্নমক্তা যাবা ওইনা লৈরবসু ওজা-শিংনা খোঙইনমক গোষ্ঠদা মসি শাপলমদে।

মরম অমনা অমুক গোচারণ লীলাগী অশেংবা মশক্তি লময়থোকপা মতাংতদা লৈ। মাগুব মনুংগী অসিনা নন্দ-যশোদাদগী বিদায় লৌনবা হোৎনবগী শব্দক্তনি। অমরোমদা গোয়াল-আরতি নংনবা লীলা লোইশিন্দবসু য়াদবনি। মসি থায়নগী অকনবা নিয়মনি। ভগবাননা

যণশেনবা কাররুবদা মমা ইবেম্মা যশোদানা আরতি কৎপবু গোয়াল আরতি হায়রবনি। মরম অদুনা গোষ্ঠ-লীলা মতম চানা লোইদবা য়াদে। হুজীত্তদি মসিগী অখিংবা থোইনা থমথিদচুনস্থ ভক্ত-বৈষ্ণব-শিংগী শরণদা অমদি নিত্য-অষ্টকাল সেবাদা কায়বা মওং লৈ। হায়দগীস্থ মাওবগী কৃষ্ণেদি মপূক চোয়া লৈরিবনি। মসিনা মতম লৌমনথিবনা লমথোকপা থেংদুনা অমুক্তস্থ মতম চানা লোইবা ওয়-ত্রিবনি। মসিদা তৃস্বা হৌদোকপনচিংবা মতাংগা অমুক থোমজিন্নবদি গোষ্ঠদি তোকলে। থেংদা থেংজিন্নরুগা মাওক্তা অদুম্মক লমথোক-লগা তোকলে। য়ানা তমজয়কপা জগোইস্থ শাস্ত্রে, মসিনা গোপশাব-শিংগী অমদি মথোয়গী অহল-লমনগীস্থ নীংবা কায়হন্নবা ওইরে।

৪। **গোয়াল-আরতি**—মথক্তস্থ হায়জগ্রে, শ্রীকৃষ্ণনা যণশেনবা কাররুবদা নন্দালয়দা মমা ইবেম্মা যশোদানা আরতি তৌদুনা লয়লক চৎলুবদগী লোয়নয়কপা তী-ল্লাই কস্তবনচিংবদগী মচাবু ওাকথোরুবা তৌই। শ্রীগোবিন্দগীনা য়ামকৃষ্ণগী মূর্ত্তিদা পূজারীনা আরতি কৎলি, খুল্লকীনা মমাশাবীনা কৎলি, মসি চংনবীনি। নিয়ম অসি থুগায়দুনা মকোক-চিংবীবু (শ্রীদাম) আরতি কৎহনবস্থ য়াওনয়কলে। মসিস্থ অকায়বা অমনি, তৌবীদবা ফৈ।

৫। **শঙ্গোম শুম্বদা মমাশাবী য়াওবা**—মসি থায়নদি তৌন-রমকে। ভগবানগী লীলাদা রস-পুষ্ট তৌননবা হোৎনবদা অপনবা, অয়ানবা কয়িস্থ লৈতে, মরম চায়বদি মদুনা তৌদবা য়াদবদুম ওই-রিবনি। অদুবু নন্দালয়গী কৃষ্মে অসিনদি চাউমনথিবনা লমথোকপ-মতাংদা অকায়বা লাকই। মসি মথক্তস্থ পঙ্গ্রে। তৌরিবা থবক অদুগী মপুংদি যণশেনবনি, অতৈদি রস-মচা ওাক্তনি। লীলা লীলা অদুগী মুখ্যরসপু ইস্থোকুনা থয়গা গৌণ-রসভদা মপুং ফাহনথিবা থোক্ত-নবা ফাওবদি য়েংশিনবা চুম্মী।

৬। **ফি নত্রগা শেল থাবা**—গোষ্ঠ-লীলা শায়রিবৈদা কৃষ্ণ বলয়াম অমদি মমাশাবীনাচিংবদা চত্তুনা শেল নত্রগা ফি থারুবা—

মসি চৎনবী য়াংমা লানবা থবক্নি। রস থুগাইবা মশকনি। মসিনা চৎনবী ওইথিবসি পৃথিবীগী অনিগুবা লাঙ্গাউ মতুংতদগী হৌরকখি, মহুস্থ সনা কোঙুংদদি নত্তে, অরাপ্পা খুল্লক্তগী কৌথি। চৎনবী অসি সনা কোঙুংমক্তদস্থ মণ্ডক লিংশিল্লকুনা হুজীক্তি মাবু থিংবীনবা কনাস্থ লৈত্রবগুম মনীং তৌবা নোংমা নোংমগী হেল্লকলে।

কনাগুম্বা ভাবক-বৈষ্ণবশিংনা মানা পেনবা মতাংদা প্রেম-বিকার ফাওরক্লবদা থাপ্পা লৈত্নুনা দগুবং কত্তুনা মিংতগী প্রেম শিন্নজবা অমদি তম্বীবা ওজা সূত্রধারদা চত্তুনা প্রেম তৌরবা অসিতমা থায়নগী চৎনবীনি। স্বর্গীয় বোধচন্দ্রসিংহ মহারাজনা লৈবাকী শাসন হেক থাদোকখিবদগীদি অনৌবা চৎনবী অসি মপাঙ্গল অস্থম কনখৎলকখি। অসিগুম্বা চৎনবী অসিস্থ মসিনা লীলারসতা অপনবা পীবা থোক্তনবা ফাওবদি চেকশিনবা চুম্মী।

৭। **ফিজেৎ লৈতেংদা থোশানদবা**—(ক) শ্রীভগবানগী লীলা শায়বদা য়াওরিবা, উংলিবা আহাহ্যগী শকক পুন্নমক, উংলিবা লীলা লীলা অহুগা মরী চপ চপ চানা লৈনবা ওইগদবনি। যশোদা রোহিণী শাবীনা খুদাংদা ঘড়ি শিবা, ঘাঘরী শেৎলগা মায়খুম হাইদোকপা, কুমিন শেত্তুনা কোক্তুম্বী হাপ্লগা থবাক য়েং হাপ্তবা, নন্দগী থোঙশণ্ডবনা স্যুট-টাই তৌবা, আজমেরী য়েংপা—অসিনচিংবসি শাথীগ্রবা মওঙনি। মীনা য়েংবদা পেন্নগনি খন্দুনদি তৌবীরিবনি অদুবু ভাবক্লা য়েংজনীংলিবদি অশেংবা থায়নগী যশোদা রোহিণী, নন্দগী দ্বারপালনা মতম মতম অহুগী ওইথি ওইখিবা মওঙ-মতৌ ফিজেৎ-লৈতেং—এখোয়গী লাইগুরুশিংনা য়াৎপিরম্বা অহুগুম্বা মশক মওঙ অহুতবুনি, হুজীকী মতমগী থমথেংবী ফিজেৎ-লৈতেং অহু নত্তে। ব্রজ-লীলাগী অশেংবা অহুমক খঙহৌত্রবস্থ রাখল মুন্না তৌহুনা লৈবাক নিংথৌনা য়াৎপিরম্বা অহু ফাওবতদি ঙাকপিকম থোকই।

(খ) **ধেনুকাসুর অমসুং মাগী চরশিং**— মতিক চাবা মখোয়গী ফিজেৎনচিংবা থঙ্গীরবদি মসিমক্তি থোকলোইদবনি। ওখোয়িটিনা

থম্বাল্রবদগী মানা মানা থোকপা অমুম তৌনবা মওঙদা চংগ্রে। কাগি মানবস্থ মাওরকলে। স্যার চূড়াচাঁদ মহারাজগী সনা হাকুক্তদি হিং-চাবনচিংবগী কিজেং থম্বাৈরম্মী অমস্থং মহুনা সনা কোম্বুংদস্থ খুল্লকস্থ অহুম্মক হজংহন্দা শীজিন্নরম্মী, হজীকি লৈখিদরে। খেম্বুকাম্বুর শা-বগী কোমায় অহুতং নত্তনা মশাদা কবিস্থ পকখিদরে। মশা-মত্ত লোয়বা পেনবা মীনা ভৌবমক নত্রবদি মসি ঙেংবা ঙংঙাইতে।

(গ) পোৎলোই শুবনা কায়রকপা—অথঙবা, মরম কৃপ্না থিবীবা অহল্লম্মন থব্রা নত্তনা নহারোল পোৎলোই শুবশিনো কজবা, অনৌবা মশক হাপকৎনবা হোৎনবগী চাউরবা ঈহৌ অমস্থ হুজীক শেৎনরিবা পোৎলোইশিং অসিদা উবা ফংই। পোৎ খুদিংমক্কী de-velop তৌববুদি তৌদকদবনি, অহুম ওইনমক পোৎ অহুগী অশোবা মশক মচুদি থাদোকলুবা য়াদে। অমগী ফজবা মতৌবু অমদা হাপ-চিন্দুনা পোৎ অহুগী মশক মাঙকনহদি য়াদে। অস্তুম্না চথগ্রবদি ঐখোয়গী তোঙানবা মশক অমা তোপ্না লৈজবহু মমৈদদি মাঙখিবা য়ানা লৈ।

৮। ঈশৈ খুগায়বা—শ্রী৺গোবিন্দগী গোষ্ঠ লীলাক্রমগী মশাগী ঈশৈনচিংবা চপচানা লৈরিভৈদা কনাগুম্বা মমা শাবীনা মহু কাহৌজে, তমহৌজে, থৌগনদি ভোকপা য়াদে হায়হুনা খুল্লক্কা কায়কপা ঈশৈনা, হেক্তমক মতাং চায় হায়হুনা শকচিনবা, মদূবু খঙনা খঙনা উনা উনমক ওথোরিটিনস্থ উবীদবা তাবিদবা—চেৎনা থমগ্রবা অকনবা নিয়মনা পুনগ্রবা অহুগুম্বা সেবাগী পোৎচঙশিং অদূবু থৌশাদহুনা সনা কোম্বুংমকনা মাঙহনখিনবা হোৎনবিবা ওইনা থোক্লগদবা অহু-গুম্বা মতৌ অহু হুজীক কয়া কয়া থোক্লরে। সনা কোম্বুংদি আদর্শগী মকমনি, কিদম লৌনকমনি, খুল্লক্কী মতৌ তমহুনা তৌশিল্লকবদি লৈবাক অসিদা জগোই ঈশৈগী মরাইবক লোইরে হায়বমক য়াবা মওঙ অহু থমগী মতুংদা থোক্লবা য়ানা লৈরে॥ • ॥

থৌদা পাওখোকচবদং শকচনবা, কবি খওজদবা শ্রীথোরনা লাই-গুরশিংগী খোঙুল লীজবদা কংজবা খররগনা মচাক ওইনজনা থোরবা বুদ্ধিনা লাম্বা কংজবা তৌহন্নীংদবা খরস্ত উৎচনা সভাগী থৌগল তৌরে। অশোয় অত্তাম য়াওবা থিবীক ভাকপিহৈবা পূকচেন্না ভাক-শিন্না তুমশিনবীরগা অরংবা মণি মতুমগুম মভান চেনহনবীনবা সভাগী চপদা হন্না হন্না চঙজরি। ইতি—

## য়েংনখিবা লাইরিকশিং—

শ্রীমদ্ভাগবত, চৈতন্য চরিতামৃত, কৃষ্ণ ভাবনামৃত, ভক্তি-রসামৃত সিন্ধু, ওজাশিংগী কোর্বেক (গোষ্ঠ), পদকল্পতরু—অসিনচিংবা—

## পুখোকপিবা ওজাশিং—

১। শ্রীহুইরেম লালা সিংহ শ্রীগোবিন্দগী গোষ্ঠ লীলা ওজাহন
২। শ্রীলোংজম তোম্পোক সিংহ " " ওজা য়াইমা
৩। শ্রীমাইস্নাম অঙাহল সিংহ " " ওজা তোন
৪। শ্রীঅকেসনা সিংহ রাজকুমার শ্রীবিজয় গোবিন্দগী গোষ্ঠ ওজা পুরেন

শ্রীসুরচান্দ শর্মা

# রাস লীলা

( ওক্টোবর ২৯ অমুক )

## জগোইগী হৌরকফম

তাল, লয়, ছন্দগী মথক্তা হকচাংগী ওইবা মওঙ মতৌবু 'জগোই' হায়না খঙৈ।

জগোইদি তাইবঙ অসি শেমগে হায়না ভগবান ঈশ্বর মহাক্না নীংবা অহৌদগী জগোই হায়বসি হৌরে হায়নৈ অহৌগা তাইবঙ মরোল অহুম, জীব, ঊ রা—ঈশিংগী ঈপোমনচিংবা অসিদং নত্তনা লুমিং থা থবানমিচাকনচিংবা উরি তারিবা পুম্নমক অসি ভগবান মহাক্কী জগোই অভিনয়নি হায়না লৌনৈ।

সংসারগী মশক অসিমক জগোইনি হায় মহুদি—বিষ্ণুধর্ম্মোত্তরগী "ত্রৈলোক্যস্যানুকরণং নৃত্তং সম্যক্ প্রতিষ্ঠিতম্"। অমুম্না তাইবঙ মীওইবনা ঈশৈ-জগোই হৈনহুনা লাকই, অসিগুম্না জগোই ঈশৈদা শাদোং ওই-হুনা ভারতবর্ষদা ভরত মুনিনা নাট্য-শাস্ত্র, লেংহুনা ধর্ম্মগী কাম্নবা থিবীকপু কংবা ওম্না 'জগোই ঈশৈ' হায়বসি শন্দোকখি।

মণিপুরদা মৈতৈনা তাইবঙ পানবগী মপুবু ঈপা অমসুং শক্তিবু ইমা হায়হুনা 'লাইনিংথৌ লাইরেম্মা' অনিগী লীলাবু লাই হরাওহুনা জগোই ঈশৈনা ধর্ম্মগী চৎনবী অহু তৌহুনা লাকই। মতমগী মতুংইন্না শকলোন মথং মথং ওইরকই।

## ধর্ম্ম তিন্নরকপা

৺অতোম্বাপু শর্ম্মনা গবেষণা শিরোমণিগী 'মণিপুর রাস' হায়বা লাইরিক্তগী খঙবদি ক্যাম্বা নিংথৌ ( খৃঃ ১৪৭০-১৫০৮ ) হাক্তা মৈতৈগী ধর্ম্মগা বৈষ্ণব ধর্ম্মগা মানথায়নবা হৌখি। মৈদিংগু চরাই-

য়োংবগী সনা হাক্তক্তা 'হরিনাম দীক্ষা' লৌখি, মৈদিংঙু গরীবনিরাজ সনা হাক্তক্তা 'রামানন্দী' ধর্ম্ম লৌখি। (চরাইরোংবা খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯) কাওবা নিংথৌ ওইখি, (গরীবনরাজ খৃঃ ১৭০৯-১৭৪৯) কাওবা নিংথৌ ওইখি।

**মণিপুরগী জগোই রাস হৌখিবা**—শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী স্বপ্নদা শ্রীগোবিন্দবু দর্শন ফংহৌবা অতুগা শ্রীযুৎগকী থম্মোইদা শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দগী ভাব প্রেমবু ভাম্থোইদুনা লৈখিবদগী শকাব্দ ১৭০১ (১৭৭৯ ইং) গী হিয়াঙ্গৈ থাগী (কার্ত্তিক) তরামাথোইনি পানবা (একাদশী) ঈরাই নুমিত্তা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌরগা ল্যাংথবান কোনুংগী রাস মণ্ডলদা নুমিৎ মঙানি শারদুনা কংখিবা রাস অসিবু শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা ইহান হান্না কংখিবা মণিপুরগী জগোই রাস হায়না খঙনরকই।

**জগোইরাস কংপগী মরম**—কলিযুগকী ধর্ম্মদি সংকীর্ত্তননি' হায়বা ভাগবতকী য়াথং মতুংইন্না মশাগী কান্নবা রাখল থাদোকুনা শ্রীগোবিন্দগী পেন্নবতা হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণগী রাস ক্রীড়াবু সংকীর্ত্তননা যজ্ঞগী মশক ওইদুনা মীওইনা পোক্লগা ফংগে হায়না নীংবা খ্বায়দগী ফবা অতু ইরায় লায়না পীবা ওন্বা 'জগোইরাস'—পর্ব্বযাত্রা মহোৎসবতা কংলি।

সঙ্কীর্ত্তনবু যজ্ঞনি হায়—'যজ্ঞৈ সংকীর্ত্তন প্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধসঃ।' (শ্রীভাগবত ১১। ৫। ২৮—২৯)

যজ্ঞদা ঘি হৈদুনা মৈ থায়। মতুদা অশ্বমেধ, গোমেধ, অসিনচিংবা যজ্ঞ পুন্নমক্কী মনুংদা কলিদা সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞনা অথোইবনি। কৃষ্ণগী নাম অমুক শোনবগা অশ্বমেধ যজ্ঞ কোটি অমগা মান্নৈ। (চৈতন্য চরিতামৃত)

ব্রজগোপীশিংনা অমকপা লৈত্রবা মশাগী ওইজবা রাওদ্রবা. কৃষ্ণগীতমক থন্দুনা পুন্নমক কথোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণবু পেলহল্লি। মসিগী

মতুংইন্না মণিপুরগী জগোই রাস—যজ্ঞগী মশক ওইবা সংকীর্ত্তননা অশ্বমেধ-যজ্ঞ-কোটি অমদগী হেনবা যজ্ঞ অসি ত্তোই।

রাস—'সর্ব্বরসঃ কদম্বময় রাসঃ'—মুংঙাইবা রস পুন্নমক্না তিনবব্ রাস কৌই। অসিদা নত্তনা অর্থ কন্না থোকনা ত্তোঙ্নস্থ হায়রৈ। মীওইদনা য়ান্না থাজনা শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজবধূশিং (গোপী) গা লোয়ননা শায়থিবা 'রাস ক্রীড়া' অসি তাগদবনি, চৌমস্থ হায়গদবনি। মন্নমনা ত্তোরবা থীর ওইরবা মী অত্তনা শ্রীভগবানদা অথোইবা ভক্তি ফংদুনা থম্মোইগী লাঈনা ওইবা 'কাম' থুনা থাদোকই। (শ্রীমদ্ভাগবত)

'অথোইবা ভক্তি'—ইশাগী মুংঙাইজনবা থনবা থাদোকুনা শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবতা থন্নবা অদুবু খঙনৈ। অদুগা 'কাম' হায়ববনা মশাগী মুংঙাই-জনবা থনবব্ খঙনৈ।

৺অতোম্বাপু শর্ম্মা গবেষণা শিরোমণিনা হায়—"শ্রুতিনা হায়, সর্ব্ব খলু ইদং ব্রহ্ম"—শ্রীকৃষ্ণনা কব্রম্বা ফগ্রবা মতমদা শ্রীবৃন্দাবনদা রাস-লীলা শায়দুনা জগৎবাসী মমাঙদা অসিগুম্বা ফিদম (আদর্শ) অসি থম্লীরম্বা। অসিগুম্বা মীওইবগী জড়দেহ অসিদা দিব্যপ্রেম থোকহনবনি। লাইবক ফবা মণিপুরাধিপতি জয়সিংহ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা অসিগুম্বা সুপ্রাচীন মণিপুর অসিদা পোকপিদুনা অদুগুম্বা দিব্য-প্রেম পুথোক হায়দুনা মহাকনা মণিপুর শেমগৎলি অদুগা শ্রীযুৎনা শ্রীরূপ পরমা-নন্দদা মধুর-প্রেম ভক্তিদা দীক্ষা লৌদুনা ভক্তিব্যাস অমসুং খুম্বোং চন্দ্র সিদ্ধান্তগা লোয়ননা 'মৈতৈ ধর্ম্ম অমসুং ভাগবতধর্ম্ম' অনি অসি অমত্তা ওইনা তিনশিন্দুনা মবুংঙো শ্রীগোবিন্দদা অদুগুম্বা সর্ব্বরস-কদম্বময়-রাস' লীলাবু সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞগী মশক ওইনা কংলি।

মনিপুরদা রাস ক৲পগী নিয়ম—মরূ ওইনা ঋতু ঋতুগী মতুংইন্না পর্ব্বযাত্রা মহোৎসবতা রাস-লীলা কংকনি। মরমদি শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবনদা গোপীশিংগা লোয়নন্না শায়থিবা ভুম্বিংকা চায়না শায়রে (বৈষ্ণবশিংগী লৎনরূপা মওঙনি)।

১। শ্রীমদ্ভাগবত-তা শরদ-কী পূর্ণিমাদা মহারাস শারৈ। মসি মনিপুরদা মেরা রাসপূর্ণিমাদা শারৈ।

২। কুঞ্জরাস—মেরা রাখিনবদা কৎপগী মরম—ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিগী সারার্থ সন্দর্শীনী টিকাদা আশ্বিন পূর্ণিমাদা রাস শারৈ হায়রবা মত অদুগী সম্মান তৌদুনা মেরা রাখিনবা আশ্বিন পূর্ণিমাদসু গোবিন্দজীদা 'কুঞ্জরাস, অসি কৎখি।

৩। শজিবুগী পূর্ণিমাদা 'বসন্তরাস' কৎলি। খুল্লক্তা রাস অসি কালেন পূর্ণিমা কাওবা থা অমা চুপ্পা কৎনৈ। করিগুম্বদা ইঙেন কাওবদা চোম্ভনৈ।

৪। নিত্যরাস—শরদকী থা অমা, বসন্তগী থা অমা অসি নত্তবা থা খুদিংদা শারৈ।

৫। কুঞ্জরাস, দিবারাস—অয়ুক মুংথিলগী মতমদা শান্নবা রাস মথলনি—নিত্য-রাসকুম্না মতম পুন্নমক্তা শারৈ। শ্রীকৃষ্ণরস সংগীত সংগ্রহ কৌবা লাইরিক্তা বসন্তগী দিবারাস হায়বা মতাং অমা রাওরি। বসন্ত পল্লবা অসিনা মসি বসন্তগী মতমদা অকল্পনা তৌগ-দবরা হায়বা রাখল অমা পোকহল্লি।

অসুল্লা রাস মখল মডা অসি হৌজিক হৌজীক মনিপুরদা নিয়মশিং অসি করাদনা কৎনরি।

রাসশিংগী মত—

১। মহারাস—শ্রীমদ্ভাগবত—রাস পঞ্চাধ্যায়গী মত কায়দনা ঈশৈ শ্লোক পুন্নমক অদুগী মতুংইন্না শারৈ।

২। বসন্তরাস—ব্রহ্মবৈবর্ত্ত-পুরাণনা মপুং ওইরগা জয়দেব কবিগী 'গীত-গোবিন্দগী শরুক থরগা রাল্লহনা শেম্বনি। পদকল্পতরু, সঙ্গীত মাধব, রাস-উল্লাসতন্ত্রনচিংবদগীসু ঈশৈ লৌথৎলম্মী।

৩। নিত্যরাস—নিতি লীলানি। গোবিন্দ-লীলামৃতগী মতনি। নিত্যরাসকী থোইদোকপা অমদি শ্রীকৃষ্ণনা অভিসার তৌরগা বৃন্দাগা

লোয়ননা লৈগী শয্যা শেমদুনা ইবেম্মবু ঙাইবা অসি নিত্যরাসতা তৌই। মতাং অসি গোবিন্দ লীলামৃতগী মত নত্তে। মতাং অসিদা অমুমনা লৈরকই মদুদি—শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী সনা পুন্নিংদা নিত্তি-লীলা হায়বা অসিদা ইবেম্মনা হান্না লেঙলকুনা শয্যা শেমলগা ইবুংঙোনা লেঙলকদুনা রাবা অসিদা থরায় রান্না রায়দুনা মসিগা ওয়বা ইবুংঙোনা হান্না লেঙলক্লগা ঙাইবা অমা লৈররোইদ্রা হায়না মরামদা তাকপিরবদা শ্রীযুৎকী রাথংদি ঈশ্বরগী রাথংনি হায়না নিত্য-রাসতা কৃষ্ণনা হান্না অভিসার তৌরগা শয্যা শেমদুনা ইবেম্মবু ঙাইবা মতাং অসি ওইখিবনি, অমুমনা গোবিন্দ-লীলামৃতগী মত পুম্নমক্কী মতাং অসিনা তোপই।

৪। কুঞ্জরাস অমসুং দিবারাস অনি অসি নিত্যরাসকী গোবিন্দ-লীলামৃতগী মতনি, খেন্নবা খরদি লৈ।

## জগোই রাস পুথোকপিরম্বা নিংথৌরোল

১। শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র সনা হাক্তক্তা 'মহারাস', 'কুঞ্জরাস', অমসুং 'বসন্তরাস'—মখল অহুম অসি কৎপিরম্মী। রাকম অসি 'নিংথৌ চহি' কৌবা লাইরিকসু রারি।

২। শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্তা নিত্যরাস অহুগা গোপী বৃন্দা-বন পারেং অমসুং থুকম্বা পরেং ভঙ্গি মখল অনি অসিগা কৎপিরম্মী।

৩। শ্রীযুৎ স্যার চূড়াচাঁদ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা দিবারাস হায়বা মখল অসি হৌদোকপিরকই। মথক্তা হায়থ্রে, 'বসন্ত-দিবারাস' হায়বা অমদি গম্ভীরসিংহ মহারাজ সনা হাক্তক্তা সংগ্রহ তৌবিরম্বা লাইরিক শ্রীকৃষ্ণরস সংগীত-সংগ্রহদা লৈরম্মী।

হৌজীক জগোই রাস মখল মঙা অসি মণিপুরদা ইতৎতত্তনা মতম মতমদা উবা ফংলি।

## জগোই রাসদা করি করি ভঙ্গী শাবা

১। কুঞ্জরাসতা ভঙ্গী অচৌবতমক শাই।

২। মহারাসতা ভঙ্গী অচৌবা অমসুং বৃন্দাবন-পরেং শাই।

৩। বসন্তরাসতা ভঙ্গীঅচৌবা অমসুং খুরুম্বা-পরেং শাই।
( চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ সনা হাক্তকা 'বৃন্দাবন-পরেং, খুরুম্বা-পরেং' হায়বা ভঙ্গীপরেং অনি অসি হাপকত্তুনা কৎনরকখি )

চৎনবী অমনা রাস খুদীংদা ভঙ্গী পরেং অচৌবদি শাদবা য়াদে। অত্তেদি অকনবা নিয়ম থমদে। ভঙ্গী অচৌবদি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা ইহান হায়না কৎপা রাসকা লোয়নমন্নবা ভঙ্গীনি। 'ভঙ্গী পরেং অচৌববু' সম্ভোগ, 'বৃন্দাবন-পরেংবু বৃন্দাবন-বর্ণন' অমসুং 'খুরুম্বা-পরেংবু'না যুগল-প্রার্থনা অমুমনা চৎনৈ।

## জগোই রাসকী মথল

মণিপুরগী জগোইরাস কৎপদা অহানবা মথল অনি থোক্না থারবা য়াই মদুদি—গোবিন্দগী কোন্নুংদা কৎপা অমদি বিজয়গোবিন্দ. খুল্লকা কৎপা। অনি অসিগী খেন্নবাদ—

(ক) কোন্নুংদা কৎপা জগোইরাসদি মণ্ডপকী রাসমণ্ডল মরাংদা ৺রাধাগোবিন্দ মূর্ত্তি অনিবু 'ভদ্রচক্র'দা লেঙশিন্নগা গোপীনা কোয়না জগোই শাই। মরম অদুনা কৃষ্ণশাবা, রাধা শাবা য়াওদে। মহারাস শায়বদদি গোপী অমনা রাধাগী শরুক শিন্দুনা কৃষ্ণ অন্তর্ধান তৌরিঙেদা কৃষ্ণথিবগী রায়োল থরা ছাড়াদা থীবা শকপা ওইনা তৌই। অদুগা অহানবা বেণু নাদগী তুংদা অভিসার তৌনরকলবী গোপীশিংনা কৃষ্ণগী নাক য়ৌরক্লবদা কৃষ্ণনা স্বাগতম্ ভো' আসনচিংবা শ্লোক থীরকপা শাদুনা ভদ্র চক্রগী মথাদা হায়রদগী চওদুনা লৈহৌরবা ( চওবা য়াবা মীওই ) মী অমনা ছাড়াদা থীরকই। কোন্নুংগী জগোইদদি গোবিন্দনা বিরাজমান তৌবীরবনা কৃষ্ণ অভিসার অমদি কৃষ্ণ-নর্ত্তন য়াওদে।

(খ) খুল্লকী জগোই রাস-দদি নিপামচা নুপীমচানা রাধা অমসুং কৃষ্ণ শারগা পুন্না অমসুং তোঙানা জগোই শানৈ।

কোন্নুংগী রাসদা ৺গোবিন্দ নিরূপণ তৌরগা ইহান হান্না কংথিকা রাসতা শ্রীমতী রাসেশ্বরীদি নিরূপণ তৌবা নংদবদগী হান্না হানা খন্নরবদা শ্রীযুংনা মজাইবেম্মা বিম্বাবতী ( মমৈদা সিজ লাইরোইবী হায়না খঙনখিবী) বু শাহনবা য়ারোইদ্রা হায়না সনা ষাথং তাকপিরক্রবদা র'কম অসি শ্রীগোবিন্দনা থোকহনগে হায়ব ইচ্ছানা ৺রাসেশ্বরী মূর্ত্তি অসি লোইশিনবা হাহন্দ্রবনি, মসিমক হান্না ফরে হায়র্মা মরাম্না খন্নরহনা হৈস্রাম খোঙর্মমা ষৈথোবা কুম, অগ্রহায়ণ থাগী শুক্লা দ্বাদশী ইরাই মুমিত্তা সাগম লথম সিংহনা শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌই। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মচা ইবেম্মা সীজ লাইরোইবী (বিম্বাবতী)বু অওঙ অঙ্গন তমহনা শ্রীগোবিন্দদা কৎথোকই। মতুংদা অনুপ্রভু নিরূপণ তৌরগা নবদ্বীপতা পুশিন্দুনা লেপ্পা কৎখি। রাকম অসিদা মণিপুর জগোই রাসকী মরু ওইবা শক্তম উরে।

রাস শাহ্নফম মাওবতা রাস মণ্ডল অমা শেমগনি।

রাস মণ্ডল—মণ্ডপ ময়োন মথোঙ ১২ মুংই, মতুংগী ময়াম চানা মায়কৈ মরিদা থোঙ ওইনা কাৎপা ইকোম কোয়না লৈ শুনা নেমতক্লা থাহনা শেমই। কোন্নুংগীদি মসি ফি অঙৌবনা চৈ য়ুংলগা কোয়না শেমই। অহুগা ময়াম চপ চানা কোম তৌরগা থমচেংকী মওঙ মান্না উপাকনা লৈমায়দগী খুহুপ ২ রোম রাংনা শাবা ভদ্র-চক্র শেমই। খুমকীদি ভদ্র-চক্র য়াওদে। রাস মণ্ডল শেম্বা হায়বসিদি রাস খুদীংদা মফম খুদীংদা অহুম্মক মায়ে, মসি য়াওদবা য়াদে।

অহুম্না রাস মণ্ডল অসি বৃন্দাবনগী নিকুঞ্জ-বনদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা মতম লৈবা থিবীক্তা লেঙদনা বৃন্দাবনদা লীলা শাহ্নহনা লৈ হায়বা মফম অহু সাধু বৈষ্ণবশিংনা ধ্যান তৌনবা যোগপীঠগী মওঙ লৌহনা শেম্বনি হায়না চৎনরমই। রাস লোইরগা মফম অহুবু রাস মণ্ডলমক্কী ধূলিনি হায়না চেকশিন্না লৌনৈ।

পূর্ব্বরঙ্গ—জগোই রাস মথল খুদীংমক শাহ্নবগী অহানবদা নিপা-পালানা গৌরচন্দ্রিকা শকুমা পূর্ব্বরঙ্গ তৌই। লৈ-চন্দন অমাদি

কি-নচিংবনা বরিবগা নিপাপালানা অহানবদা পুংগী মাগ অচৌবা হৌদুনা ঈশৈ হনবনা ঈশৈগী মাগ হৌরগা গুরুবন্দনা, সভাবন্দনা তৌরগা মথং মথং গৌরাঙ্গ ভাবিদগী কৃষ্ণ রূপ কাওবা শকনি। মসিদা সঙ্কীর্ত্তনগী হৌনবী তিনতাল, মেল, তাম্চপ, মেনকুপ পরিং অসিদা শকই। অমুম্বা নিপা-পালা শকপা লোইরগা রাস ভম্বিবা রাসধারী ওজানা সূত্রধার পুংয়েবা ওইনা কৈরগা সূত্রধারী ঈশৈ শকপী অমদি যন্ত্রখোংবা পূম্নমক মণ্ডপকী অন্নাং নোংচুপ থংবা চিথেক্তা —৺রাধাগোবিন্দ অমদি ভাবক বৈষ্ণব-সভা পুম্বা থুরুম্নরগা, মশা মশাগী যন্ত্র লোম্ননা ফমদুনা লৈগনি। পুং-য়েবা ওজা মকোকনা চিথেক অসিগী য়েং ওইননা ফম্লগা মাগী য়েংতা ওজা ভুংইনবা পুংয়েবা লৈগনি। অনিমক মায় নোংপোক ওনগদবনি। পুংয়েবা ভুং-ইনবগী য়েংতা 'মোইবুংখোংবা' ফমগনি। মোইবুং খোংবদি নিপাপালাদগী হৌনা অতুম্বক লোয়নররুবনি। চিথেক অসিগী ওয় থংবদা মায় মথা ওন্দুনা সূত্রধারী-ঈশৈ শকপী মকোক ফমগনি অমসুং মাগী ওয়দা ভুংইনবী অতৈ ফমখিগনি। বাঁশী খোংবা অনিনা পুংয়েবা মকোক অমসুং ঈশৈ শকপী মকোকী মতুং ওইরপনা য়েং ওয় মাইনা ফমগনি। অমুম্বা ফমরবদা মখোয় পূম্নমকপু লৈ চন্দন অমদি কি-নচিংবনা বরিবগা রাস হৌগনি।

জগোই রাস অমা কৎপদা নিপাপালা সংকীর্ত্তন য়াওদবা য়াদনা চৎনরকই। অমুমনা শান্নগদৌরিবা রাস অসিগী অকার-অতোই খোক্তনবা অমদি শান্নগদৌরিবা লীলা অগী মতাং কোংদোক্লুনা ঈশ্বরগী নাম-গুণ শক শোন্দুনা হান্না তৌবা পূর্ব্বরঙ্গ হান্নবা চৎনবা অসি তৌই।

গৌরাঙ্গ ভাবি—শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী মতম পূম্নমক্তা রাধা গোবিন্দগী শান্নখিবা লীলা পূম্নমকপু ফাওখিবা মতৌ অদুবু নিপাপালাদা মখাদা লাক্কদবা কৃষ্ণগী লীলা মতাংবু পন্দুনা শ্রীগৌরাঙ্গদা ফাওরকলে হান্নবা হৌদুনা গৌরাঙ্গ ভাবিদগী হৌবা পূর্ব্ব-রঙ্গ তৌই।

কোম্নুংদা শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরদা কংপা রাসদি পূর্ব্বরঙ্গ অসি লোইরগা তন্ত্রচক্রদা লেঙশিল্লবা শ্রীরাধা গোবিন্দবু ব্রাহ্মণনা কুঞ্জআরতি তৌহনা কংলগা, গোপীশিংনা প্রার্থনা শরুগা রাসকী হৌনবী মথং মথং তাই।

**মণিপুর জগোই রাসকী মত**—মণিপুর জগোই রাস, ঋতুগী মতুংইন্না অকরুবা পর্ব্বদিনদা শারে। দ্রষ্টব্যো নাট্য-নৃত্যে চ পর্ব্বকালে বিশেষতঃ' ( অভিনয় দর্পণ )

মমাঙৈদদি সনা কোম্নুংদা গোবিন্দগীদা কংপা রাস পুন্নমক্তা নূপী মচা লৈশাবী কুমারীশিং নত্তনা মো-নূপীশিংবুদি য়াওহন্নরমদে। অসুম্না রাসতা লৈশাবী মচা গোপীশিংগা কৃষ্ণ শাবা অমগা শারে। মহা-রাসতা গোপী খুদীংগী কৃষ্ণ অমমমগা জগোই শাই। কোম্নুংদা শারবনা রাধা গোবিন্দ লেঙথোক্লগা শারে।

রাসকী ঈশৈ শৈরেং—রাসপঞ্চাধ্যায়, গীতগোবিন্দ, গোবিন্দ—লীলামৃত, বৈষ্ণব-পদাবলীশিংনচিংবা লাইরিকশিংদগী লৌখত্তুনা রাস পুন্নমকী ঈশৈ শেমখি।

**জগোই রাসকী রস**—গোপী ভাবকী মরু ওইবদি মধুর রসনি। মসিবু মুখ্যরস কৌই। মরমদি সাত্বিক ভাবনা স্থায়ীভাব ওইবদগী রস ওইবা মথলনি। মধুর-রস মখল ৬৪ থোক্না খায়দোকই। ( ভক্তি রসামৃতসিন্ধু )।

**জগোইনা ফোংদোকপা**—জগোই শাবদা খুৎপী মতোনগা খুদোম্বী মতোনগা শম্নমা পাম্নবা খুৎ অসিনা মরুওইবা খুৎকম ওইবা, মিৎয়েংনা নাত্তোন নাকচি হাইরপ উনা খুত্থপ মরিগী লম লাপ্পা মাঙদা য়েংবা অসিগুম্বা মওঙনি। মসি শান্ত-ভক্তি রসকী অনুভাবকা চারে—

নাসাগ্রন্যস্তনেত্রত্বমবধুতবিচেষ্টিতং।
যুগমাত্রেক্ষিত গতিজ্ঞান মুদ্রা প্রদর্শনং॥

( ভক্তি রসামৃত সিন্ধু )

চান্না ঈশৈ শকই, খোঙদা তাল থমগনি, নতোল নাকচি হাইরণ উন্না খুৎতা মিৎ থমগনি। খুৎকা মিৎকা থানদে, খুৎ লাংবা লেম্না মওঙ মতুংইন্না মিৎকা লোয়নমনা চৎক য়াওগনি। মণি অভিনয়-দর্পণগী—

‘যতোহস্তস্ততো দৃষ্টির্যতো দৃষ্টিস্ততো মনঃ।

যতো মনস্ততো ভাবো যতোভাবস্ততো রসঃ॥

মণিপুর জগোই রাসকী খোঙদোকপা খুৎ-শা অমদি হকচাং পুক্ন-মক (জগোইগী কান্নাং খুদোং) লয় অমসুং তাল অতুপা ইবোরনে। মখল অমুন্না শাবা জগোইবু ঐন্দ্রজালিক রহস্য’ কৌবা শ্রীরামদাস সেন’গী লাইরিক্তা ‘চালক’ কৌই। মতুংদি বংশী নত্রগা অতোপ্পা যন্ত্রগী লয় মতুং ইন্না খুৎ লেঙবা ওৎপবু ‘চালক’ কৌই। অসিগুম্বা মতং মতং নাইদনা মরী মরী শম্নবা, ইপোম নাইনা শাবা অসিনা ‘মধুর রস’ ফোংদোকই।

নিপাগী জগোই, নুপীগী জগোই মখল লৈবনা নিপা জগোইদা অকনবা জগোই ওইবদগী মকক নাইবা খন্না য়াওবগুম উরবনু জশেনো মকক নাইনা চপ সেম্নমক্তি নত্তে।

জগোই রাসদা নুপী জগোইদা নিপাগী জগোই অকনবগী শরুক খন্না য়াওনা শাবা, নিপা জগোইদসু নুপী জগোইগী অমেঙবা অথেৎপা খন্না য়াওনা অনি অসি থোক্না শাই।

জগোই অসিগী অকক্নবা খুৎফম, শাথেক, মিৎফম খোঙফম, কিহুপ্তা চালি, অকৈবী, হাইদোকপী, চন্দ্রাওকপী, লশিংকাপ্পী থাঙ-ম্নানবী, খুজেং লৈবী, চক্র লৈবী—অসিনচি বা কয় শই।

মনিপুর জগোই-রাসদা জগই শান্নিবী গোপী অমদি কৃষ্ণ শাবনা ভাব অমবু ফোংদোক হায়না মায-মি কী অকনবা বিকার শীঞ্জিন্নহনা মানবা উৎনবা হেৎ বদগী ঈশৈ অংদগী ভাব অহুংকা জগোই শান্নিবী অতুগা পুক্নিং হকচাং মশা অমত্তা ওইখহনা থান্না য়ানবা পি তাবা, তু চুংখনচিংবা সাত্ত্বিক বিকার ওইবা মতৌ অহনা মনিপুর জগোই রাসকী

তাব কোংদোকপা—শাস্ত্রশিংগী মতকয় কায়নদবা মনিপুরগী হায়দগী লোয়নবরকপা জগোই ঈশৈগী ইচুদা অমত্তা ওইনা তিনশিন্নুনা ইতোপ তোপ্পা মওঙগী জগোই মখল অমা ওইনা থোকলকখি। ঈশৈনা মপুং ওইবদগী মসিবু 'গীতি-নাট্য' হায়নয় খঙৈ। মসিদা আঙ্গিক, বাচিক, সাত্ত্বিক অমসুং আহার্য্য অভিনয় মখল ৪ মখী অভিনয় তৌই।

মণিপুরগী জগোই রাসকী অভিনয় মখল পুম্নমক্তা ইতোপ তোপ্পা মখল অমা ওইবা মশক উবা অমসুং মতম থরদতা জগোই-রাসকী মপুং কাবা শক্তম অমা শাগৎখিবগী মরমদা ওজাশিংনা খঙনরকই মহুদি—মণিপুর মচাশিং—মী পুম্নমক থাত্র-তা-বৃন্দগী বিদ্যা নীংখিনা হৈরকই, ঈশৈ শকপা হৈনরকই, মত্তু পেনা শকপনচিংবা তৌহনা লাকই—লাই হারউবগী জগোই শাবা চংনরকই। ময়েক থোকপা ফি মখল মথেল শাবনচিংবা লৈবাক অসিগী লেমজনীংঙাই ওইবা মহৈ-শিং অসি অমত্তা রাংতনা লৈবদ্বা জাতি অমা ওইবদগী ধর্ম্ম হোংবগী মতুংইন্না লাইনীং লাইশোনগী পরিং অতুদা জগোই ঈশৈ পানশিনবদা থোইদোক্না অনৌবা ওইদে। মরম অসিদগী ওসিগী জগোই রাস অসি মতম থরদংগী মতুংদা জগোই-ঈশৈ পান্দুনা জগোই-রাস শ্রীগোবিন্দদা কংপনি। জগোই ঈশৈগী মতুং মপান কাওনা অমুক হন্না বিদ্যা অসিগী মখোত শেমগৎপগী থবক্তি চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাকুন্না থায়দগী হেল্লি। মতম অদুগী মী পুম্নমক জগোই-ঈশৈ হৈবা হায়বসিনা মীওইবগী অথোইবা বিদ্যা ওইরম্মী। পুং ঈশৈ-জগোইবু হৈরবা মী অদুদি কম অচৌবা ওইহল্লি, মনা মথুম চাউনা পীতুনা সম্মান তৌবি। তায়তকী মকম কয়াদা মী থাহনা সঙ্গীত বিদ্যা তমহল্লি। সনা হাকুন অসিদা জগোই-শাবী' লোয়শঙ হায়না খঙনবা লোয়শঙ অসিদা ধুলোক তবলা এসরাজ, বেহলানচিংবা যন্ত্র ময়াম খোংবা, নিপানা নুপীগী ফিজেৎ (চামার) শেৎতুনা ঝুলন, দুর্গাপূজানচিংবদা শাবা জগোই মখল অমা মসিমু 'মার্বাক জগোই' হায়মন্নু খঙনবা অসিগুম্বা মখল আসিমন্নু হৈদোকপিরম্মী।

## অনৌবা মণ্ডপ থরা

জগোই রাসদা ভক্তি কংপা, খুরুম্বা হায়না চংনবা অসিদগী অতাউরম কা-বগী ভাব ওইবগী মতৌ ওইবা শেল অমমুং কি লংশিন্দুনা থাবা অসি চংনবী মণ্ডপদা কংপা ওইনা কংলিবা রাসকা চুনবা মণ্ডপদা নত্রবদি রাস-গী মরু ওইবা ভাবতা বৈষ্ণবশিংগী থম্মোইদা অনাবা রাখল অমা পোকপনা রাসকী চেক্শিনবা অরুবা অহু লায়-খোরুরক্লগনি। করিগুম্বা মফমশিংদা শড়ী শেংলগা পোংলোই শেংপী মরক্তা রাস রাওবী মখল অমগা উরে। মসিসু চংনবীদা পোংলোই শেংপনা মণিপুর জগোই রাসকী মণ্ডপ ভাকপা ওইগনি।

অসি নত্তনা মণিপুরগী জগোই রাসদা করিগুম্বা মতাং কপ্পা হাপচিনবা অমদি ওন্থোকপা ভাববদি অহল্লমন শগুহল্লমকম থোকই। মতুদা ঐখোয়না ঐখোযগী ইজ্জং থম্বা থোকনি। জগোই শেম্বা হায়ব-সিমকপু মৈতৈ জগোইগী মথীবোও খঙলবা ওজা গুরুশিংতনা শেম্বা ওমগদবনি। হোংলকপগী মতুংদা হান্না সংস্কৃত অমদি বৈষ্ণব পদাবলী-নচিংবদগী ময়েক শৈরেং লৌতুনা শকলম্বা অহু স্যার চূড়াচাঁদ মহা-রাজগী সনা হাক্তকুগী মৈতৈলোন্দা শকপা হায়বসি চংনরকলে। মরমদি—হান্না মণিপুরদা ইরোন্না—মৈতৈলোন্না ঈশৈ শকপা লাই হাক্তকুগী চংনতুনা লাকপতু নিংথৌনা পাম্বগী মতু ইন্না অনৌবা ধর্ম্মগী মশক লৌবগা লোয়ননা ঈশৈসু ধর্ম্মগা মরী লৈবা লোন্দা শকই। অহুওমনা নিংথৌনবু পামলবদি প্রজাশিংসু চংপা হায়বসি মণিপুর প্রজাশিংনা নীংথিনা ভাকলকই। মসিগী মতুংইন্না হৌজিক জগোই রাসকী ঈশৈ মৈতৈলোন্দা শরুখি।

গৌড়ীয় সম্প্রদায়না মৈতৈবু থাগংলি। রাফম অসি খগেন্দ্রনাথ মিত্রনা মহাকী কীর্ত্তন ( লামায় ২৪ ) দা হায়রম্মী— মৈতৈনা গৌড়ীয়া ধর্ম্মদা দীক্ষা তৌরবা মতমদা তৌবা সংকীর্ত্তনগী রারেন পুন্নমক অসি গৌড়ীয় সম্প্রদায়নচিংবা ভারতীয় সম্প্রদায় অমদগী লৌবা অমত্তা

য়াওদে, সুপ্নগী মৈতৈনা মণিপুরতদা মহৌশানা তৌরকপা ঙাক্তনি। মহুগী মরুদি বেদনচিংবা প্রাচীন শাস্ত্রগা ওয়া লৈননবা উগনি।

## অনৌবা ষ্টেজদা জগোই উৎপা

হৌজীক চৎনরিবা অনৌবা মখলগী জগোই ষ্টেজদা উৎপা কয়া চৎনরে। মসিদা খঙবা য়াবদি মণিপুরগী জগোইদা লাই হরাওবগী জগোই অমসুং জগোই রাস মখল অনিমক অসি মথক্তা পনগ্রবা থোইদোক হেন্দোকপা সুমিৎ—পর্ব্বদিনতদা শাবা জগোই মখলনি। মসিগী মপুং ফাবা হৌনবী ওবা জগোই মখল অহুদি পর্ব্বদিনদা মাওবতা কৎলিবা মতম মতম অহুদা নত্তনা উবা ফংদে। ষ্টেজদদি মহু নত্তবা মওঙ খরদং উৎপা ওইনা তৌই। অহুনা ষ্টেজদা ওজী পরেং য়াওনা শানদে, মপুং ফাবা জগোই রাস ওইবা য়াদে।

মণিপুরদা কৎপা রাস অসিদা রাধাকৃষ্ণগী রসদা মুখ্য অমসুং গৌণ হায়না ভক্তিরসদা মখল অনি থোকই। নাট্য-শাস্ত্র অমসুং অভিনয় দর্পণদা মুখ্য-রস অসিগী মখল য়াওদে, 'শৃঙ্গার'দি য়াওই। ভক্তিরসদা শৃঙ্গার-রসবু মধুর-রস হায়না স্থায়ী ভাব মহাভাবনা ওইদুনা লৈ। মসিদি অশেংবা মীওইবনা সংসারদা ভোগদবা সাধনাগী অথুপ্পা অমৃতগী মশক ওইবা রসবু ভক্তিগ্রন্থ কয়ানা লাউরি। নাট্য-রসসু শৃঙ্গারগী স্থায়ী ভাব রতিনা ওইবনিনা মধুর রসগা মরীদি অমত্তনি। ষ্টেজদা উৎননবগী জগোইদি 'নৃত্য'—মতম হ'য়বা নাইদনা উৎপা য়াবা মায়-মিৎ অমদি হকচাংগী খুংথেক শাথেক অভিনয় কয়ানা মখল মখাগী বিকার উৎপা মণিপুরগী জগোইনা ষ্টেজগা থোইনা চুনবা, মত্তমগা চানবা চাং-য়েং কয়া লৌখৎনরি। শূমাওদা অমদি মাওবতা ধর্ম্মগী মশক ওইনা লৈবা জগোই রাসকী মত্তেক খরদং ষ্টেজদা উৎনরবসু অশেংবা মপুং ফাবা মশক উৎপদি য়াম্না লুনা থোকনি।

অসুম্না লাই হরাওবসু অসি মওয়—ষ্টেজদা চানবা অশেংবা উৎপা খুদোং চাদে।

## জগোই রাসকী মরু ওইবা মথং মনাও

১। গৌরা পালানা হৌনবী রাগ হৌদুনা গৌরাঙ্গ ভাবিদা কৃষ্ণরূপ কাওবা শকই।

২। রাসকী সূত্রধার ওজানা পূংগী রাগমচা হৌদুনা ঈশৈগী রাগ, গুরুবন্দনা, সভাবন্দনা শকুনা বৃন্দাবন বর্ণন তারগা রাস হৌগনি।

৩। অহানবদা কৃষ্ণ অভিসার তৌগনি, জগোই শানা শানা কুঞ্জ য়ৌনবা চংকনি। মসি গোবিন্দজীদদি য়াওদে।

৪। অনুমনা কুঞ্জ য়ৌবগা কৃষ্ণনা মুরলী-নাদ তৌগনি। নিত্যরাসকীনা বৃন্দাগা শয্যা শেম্মিনবা লোইরগা কোয়া বাঁশী খোংই।

৫। মুরলী খোজ্রেল তাবদা গোপীশিংনা 'বাঁশী অনুরাগ' তৌগনি। মহারাসতদি বাঁশী অনুরাগ অসি য়াওদে।

৬। গোপী অভিসারদা কৃষ্ণ ফংনীংবগী রাখলনা রারবী মবেশ্বর সখিশিংনা নাক-যেত্তা চামর থৌগনপা লোয়ননা কুঞ্জ তমনা লেঙই।

৭। কুঞ্জ য়ৌদুনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা পুন্না লেঙশিল্লবদা সখিশিংনা সেবা তৌদুনা প্রার্থনা তৌই।

৮। মতুংদা রাধাকৃষ্ণ অনিনা মরাদা লৈরগা সখিশিংনা মকোক মথং নাইনা কোয়না লেপ্লুনা মণ্ডলী-সাজন তৌরগা গোপীশিংনা রাগ হৌদুনা শকনি।

৯। গোপী রাগদগী জগোই মপোপ—মসিদা তিনতাল, মেল অমসুং তানচপ অদুম মসিদা বৃন্দাবনগী নীংথিবা গুণ, কৃষ্ণগী গুণ অমসুং মরামদা জগোই শাবগী কজবা থাগৎপা ঈশৈশিং অসিদা জগোই শাই। মথাদা চালি তাই।

১০। জগোই মপোপ লোইরগা 'ভঙ্গী-পরেং শাই।

১১। ভঙ্গী লোইরগা কৃষ্ণ-নর্তন ( তাণ্ডব ) অমসুং রাধানর্তন তৌই।

১২। লখখা আত্মসমর্পণ, পুষ্পাঞ্জলি— প্রার্থনা তৌরগা আরতি কনখুনা গৃহগমন তৌরগা লোইশিন্নি।

ভঙ্গী-পরেং শায়গা বসন্ত রাসতদি আবির-খেল, মান-নচিংবা তৌই। মহারাসকীনা কৃষ্ণ অন্তর্ধান, এক-গোপী-এক-শ্যাম-নচিংবা মতাং শাই।

পূর্ণমক অসিগী মখুংদা চালি জগোই হায়বসি মরু ওইবা শরুক অমনি। ভঙ্গীপরেং অতৈ শাত্রবস্ন চালিদংদি শাদবা য়াদে। কনাগুম্বমা লাইমাতদা জগোই মতেক অমত্তং শাগে হায়রবদি চালি অসি শাগনি।

## ফিজেৎ—( পোৎলোই )

জগোই রাসকী ফিজেৎ—পোৎলোইদা কৃষ্ণগী অমসুং গোপীগী পোৎলোই মথল অনিনি। অসিগী মথক্তা কোকুপী অমসুং খাঁগা হায়বা গোপীগী ফিজেৎ মথল অনি শুই। অকোনবগী খাঁপা ফিজেৎ অসিদি গোবিন্দগী কংলিবা মহারাস, কুঞ্জরাস অমসুং বসন্তরাস মথক অহুম অসিদদি শেংতে। নিত্যরাস অমসুং দিবারাস হায়বা মথল অরি অসিদা শেংলিবা ফিজেং অসিদি চন্দ্রকীর্তি সনা হাজনরক্তা নিত্য-রাস হৌদোকখিবা অমুদা হৌদোকখিবনি।

সত্যযুগতা ধ্যান, ত্রেতাদা হোম, দ্বাপরদা পূজা অমসুং কলিযুগ সংকীর্তননা ধর্মনি অদুনা ধর্ম তৌবদা ত্রিকচ্ছ শেংত্রবদি মাংই। মখম অসিনা নাইমেনে, গুপ্পানে অমসুং ওয়গী ফীরেনে অহুম অনি গুত্রবদি মাংই। অদুগা ইমক্তি য়াওত্রবস্ন ফি শেন্নবা কৌই, ধর্ম তৌবা য়'দে। কোকস্ন থাদোকপা য়াদে। অসিগুম্বা ধর্মগী নিয়ম মতুংইন্না জগোই রাসকী ফিজেৎ শেংলি। ( মৈতৈ কীর্তন লাঃ ২০৬ )

## কৃষ্ণ-পোৎলোই ( নটবর বেশ )

১। প্রকোরী শম থাক্ত ট্রুজহুনা শমজেং হাংনপা আয়দা চন্দন খিদনদি। চন্দন খিনবদা হকচাংগী মফম ১২ দা খিন্নদি। চন্দন,

পাম্বোম মরু. অমস্তুং থবাক্কী মকমশিং অসিদা মরু ওইনা শেংনা থিল্লগা অতৈ মকমশিংদি হৌনবীগী মতুংইন্না মকম মকমশিং অতুতং শোক্লগা পূক্রীংদা হুকচাংগী মকম ১২ দা চন্দন থিল্লে হায়না নীংগনি। হৌজীক্তি মতমগী মতুংইন্না মায়দা পাউডারনচিংবা কল্লা থাদুনা শক-চু শেমনৈ।

২। সনাকীগে কৈজোম গুপ্পা থাদদুনা শামু নাতান শানা শেংলি। কৈজোমগী গুপ্পা নাথৈ অমস্তুং নাক য়েংকী কীয়েশিং নাম্বোক্তনবা লংনা ফাজিল্লি।

৩। কৈজোমগী মথক্তা মচু মচুগী পরেংনা শেম্বা থড়া হাপকনি (পুনগনি)।

৪। নাক-য়েং অনিমক্তা খুকউদগী খুদোল অনিয়োম চোম্বুনা খাওন হাপকনি। খাওন অসিদা হায়নবদি শ্রীকৃষ্ণনা মণশেনবা লেঙবদা য়ারক্লগা হাননবা অচা অথক হাপ্পা খাউগী মওঙ অমু লৌদুনা শেম্বনি। হায়নৈ, ভাণ্ডবম ৺উদ্ধব সিংহনা তাকপিরম্বদি, ইন্নফি থাওন ওন্দুনা নাক য়েংতা তাবা কীজীনগী ফজবা অতুদগী লৌদুনা ফিগী মতুংতা খাওন অনি অসি নাক-য়েং অনিদা হাপলিবনি। অমুগা ইন্নফি য়াও-ত্রবদি য়াদে হাযবস্তু লৈ। (ইন্নফিদা খাওন ওন্দুনা হাপ্পা জগোইগী ফিশেং য়েঙ্গুন্দা মৈতৈনা শাবা জগোইদা উবকট)।

৫। খাঙনপ অশাংবা (গুপ্পা হায়নস্ত্র খঙনবা) না মাঙদা য়াম্বুদুনা হাপ্লগা মতুগী মথক্তা খাঙ্গোয় অমা অমুক লাকশিনগনি।

৬। পিশিন্দ্রাই—সনা মচুগী ঝিঞ্জুর পরেংনা মথং মনাও অতেল অশাং নাইনা শেম্বা থবক্কী নাক-য়েংতা শব্দ পোলাং লৈম্বিবা অতুগী মথক মথক্তা তাহনবগুম য়াম্বুহনবা য়াননবা শেমদুনা, অতুগা থবাক ময়ায়গী শন্ন অতুগী মপাদা মণি মপাক (কৌস্তুভ) শানা মিংশেল থিনবা অকোইবা মপাক মচা অমদগী পিশিন্দ্রাং মরীগী মচীনশিং অতু হৌফম ওইনদুনা য়াম্বগনি। মাঙদা তৌরিবসি মপা মায়না তুংলোমদস্তু চপ মায়না অতুম্মক তৌরুপনি। লেংজুম অনিমক্তা পিশিন্দ্রাই মরীনা য়াম্বয়গা হায়রিবা মওঙ অসি তানবা হাপকদবনি। মসিগী মপান্না

